# এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচা নৈনবা





রোজিকা নাওরেম

ꯑꯦꯂꯥꯡꯕꯝ ꯗꯤꯅꯃꯅꯤꯒꯤ ꯕꯥꯔꯤꯃꯆꯥ ꯅꯩꯅꯕꯥ

# এলাংবম দীনমনিগী বারীমচা নৈনবা

রোজিকা নাওরেম




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
এসেমব্লী রোড, ইম্ফাল

Elangbam Dinamanigee Warimacha Neinaba
A Critical Study on Dinamani's Short Stories
Written by **Rojika Naorem**
Published by Naorem Ibotombi Singh and Naorem (O) Thokchom Memcha Devi on behalf of Manipuri Literary Society, Imphal, Assembly Road, Imphal

অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বর ২০১১

ফোঙবা : নাওরেম ইবোতোম্বী সিংহ অমসুং নাওরেম ওংবী থোকচোম মেমচা দেবীনা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা।



কোপী মশিং : ১০০০

মমল : লু: ১৫০/-

মখুম য়েকপা : নন্দা আর্ট, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল।

ISBN : 978-93-81800-02-7

নম্বম : ঐজ্ঞা ইন্টরপ্রাইজেস, কৈশামপাং, ইম্ফাল।

ঐবু তাকপী তম্বীরকপা
অমসুং লৌশিংগী মঙাল পীবিরকখিবা ওজাশিং
অমাদি চৈথেং নংঙবী নুপীশিংগী
মফমদা কৎচরি।

# ৱাহৈ খরদং

এলাংবম দীনমনিগী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি য়াম্না পাক চাউববা ঈরোল্লুং অমর্দানি। মসিদা কূমথদুনা য়েংলুবা অরায়বা নত্তে। কনানা উবা যাই মগাক্কী তাইবঙ অাসি নুংঙাইবা অমদি আশানা থল্লবা অমা ওইনা। মদুমক্কী মশকসু হেক্তা শেংবা উবা ঙমদবা অসিনি লুরিবদি। দীনমনিগী পুন্সি অমদি সাহিত্যগী তোবর্বান অনা অাসি করিগুম্বা মতমদা শম্নখিবরা? পুন্সিগা সাহিত্যগা শম্নদবদি লৈতে। অদুবু শরুক অদুদি তবাইনা উবা ঙমদে। নুংঙাইবগী শক্লোন্না কুপশিল্লবা উবা ঙমদবা অৱাবা ঈবোল্লুং অদুদা কনানা মাবু থিরুবগে? মায়থোংদা উরিবা তাইবঙ অদুগা উবা ঙমদবা অৱাবগী অমম্বা অদুগা কবি মবী লৈনরি? ৱাহং কয়াসি উবি মায়কৈ অসিদা কূমথকুবদা... ... ...

দীনমনিগী মহৌশা অমা লৈ। অদুবু মহাক্কী মহৌশা অদুদা মহাক্তি লৈবমদবা যাই। মহাক্তি সমাজদগী করিগুম্বদা লাপ্না চৎখিবসু থেংনরি। অদুগা মিকুপ অমদা হল্লক্লুনা সমাজগী মখোঙদা কোল্লগা কপ্পসু...। নোক্লিবা মাযথোংদা উবা ঙমদবা পুক্নিংগী মীৎলুদা তারিবা পি, মীওইবনা উদবা পুন্সিগী ঈবৈনুংদা ইশিনখিবা অমুবা ময়েক্কী হিক্লবা খোন্থাংশিং... অসিনচিংবা... অসিনচিংবা...

পুন্সিগী মমিনা হুন্দোক্লক্লবী, পুন্সিগী নুংঙাইবনা ইন্থোক্লক্লবী কনাগী সমাজনা কোনখৎপিদ্রবী অৱা মৈচাক্না ৱাখল চোইরবীশিং মখোয়দা দীনমনিগী মখূৎনা তপ্না শোক্লুই। সমাজগী কোমদা পুৎথরবী হিংবগী কোল্লুনা চপখায়রবী মতু শোল্লবী মখোয়দসু দীনমনিনা তপ্না নানবীরুই। ফিদম্না হিংবদগী নান্থোক্লুনা চেনখ্রবদা খুর্জি অদু পায়রিবা সমাজনা ওন্সিন্দুনা চাশিল্লক্লিবা মতমসিদা নুপী কায়ানা লম্মাক্লদুনা লেপ্লি। মখোয়দু উবদা দীনমনিনা নোকপা ঙমব্রা? হিংনবগী লান্থেংদা মতমগী খূৎনা লাঙ্গোই চনশিনবিখ্রবী ফাসিগী সগাই মথক্তা লেপ্লবী কয়ানা কূ মনুংদা য়াতাবা তারক্লবদা দীনমনিগী মখূৎনা অদুবু হাংদোকপা পামদে। নুপী ওইবী কয়াগী ইজ্জৎকী লনগৈ অদুবু কোল্লগা অশিবগী লম্বী অদুদা চৎখিবা পাম্মী। অহানবদা য়াম্না ৱারুরে, কপ্লুরে, তেংথারুরে, তাদ্রে। লেপ্তুনা অচুম্বদা কোল্লুরে। অদুবু মখোঙদা

তত্তনা নৈররে। তুবা তাররা? লোয়নমক মাঙখিবা তাররা? হুন্দোক্লম্লগা চেল্লদ্রা? অকনবা শাথিবা নোংলৈ অমা সমাজগী মখোঙদা তুদুনা লৈরিবা অমম্বদুদা ঙংদুনা হৌবকই। লান তৌদ্রবদি অঙৈংবা হায়বদু কদাইদগীনো? পি খামজিল্লগা লান তৌবা চুম্মী। মীওইবনা শিরবসু ব্রাখলদি শিরোই। ফিরাল পায়দুনা হৌগৎলকই। মীওইববু নুংশিরকই। সমাজবু নুংশিরকই। মরৈবাকপু নুংশিবকই। অদুদি নুপীশিং অসি থৌনা ফহনবা তাই, থেংনহনবা তাই। মীনোক মৈশাদগীনা নোংমৈ শীংজং ফাওবা শীংনহনবা তাই। চাক্লবা থম্মোয়গী রাকৎপু কুফেং- কাফেংপা বক্ল ওইনা উরবা সমাজ অসিদা তৌফম থোকপদু তৌবা তাই। শিবা চংবা রাহংদি মদুদা লৈরবোই। শিবগা তিংবগা চপ মান্ননা লৌববনি।

ওইননা দীনমণি ব উনবা তোংনবিবা মীৎযেং অফবনি! করিগুম্না [illegible] ভুমলবাদি [illegible] নাইদনা অমা শোয়দনা ওইগদ্রা। থৌনা অসি ফনা মীংথিনা চংশল্লি। [illegible] নুপীশিং [illegible] উনা হৌরিবা অমদি [illegible]। [illegible] কোন্নগদবা [illegible] [illegible] [illegible] অসুম [illegible]। [illegible] [illegible] নীংহৈ।

তাং [illegible] ১৯৯১ ইং

[illegible]
প্রো. প্রোফেসর
মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট
মণিপুর যুনিভর্সিটি, কাঞ্চিপুর

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী সাহিত্যদা নৈন ৱারেংগী লমদা খুৎ থারক্লিবা অইবা অইবীশিংগী মশীং মথাং কায়দে। হৌবম শোমদা পুক্লিং থিংজিনবা মীগী মশীং তাগুই। অদুগা [illegible] অইবা কয়না ইরক্লিবা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী মখল মথেলশিং [illegible], শৈরেং, উপন্যাস, ড্রামা, লমকোয় চৎলিংবা খুৎই কয়া ইনবক্লিবা অইবশিং [illegible] ফোঙদোক্লিবা রাখল্লোন মখোয়গী মীৎয়েং খুৎই চাইনচিংবা [illegible] অমদি মখোয়গী মফম চপ চাবা থাক অমা [illegible] নৈন [illegible] মশাং নাৎপনা অরাবা অমা ওইরি। [illegible] অসি মেনৎপগী শরুক অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা [illegible] চুমথুবা শক্লাইরবা অইবা এলাংবম দীনমনিগী ফোঙদুবা [illegible]শিংদু নৈনদুনা *এলাংবম দীনমনিগী [illegible]* নৈনবা হায়না [illegible] ওইরিবা অইবা রেফিকা নাওবেমনা পুথোবকপাসি যাম্না [illegible]। অইবানা নৈনারবাসি কুনশুবা চহীচা হৌরকপদা লমদমসিদা [illegible] সাহিত্যগী ইহৌ অমা লাকখিবা অদুগা [illegible] খুৎইনা মণিপুরী সাহিত্যদা মথং মথং লাকপা হৌখিবগী শন্নখ্রা ইতিহাস অমসু পাউদম্লি। শক্লাইরবা অইবা [illegible] এলাংবম দীনমনিগী পুন্সিগী শন্নখ্রা শক্তম অমসু তাকপগা লোয়নবা ওঝাগী ফোঙদুনা নৈনবা অতৈ সাহিত্যগী থোইদোকপা শক্তম খরসু অইবানা [illegible] শন্নখ্রা শক্লাক্লমই। অইবীগী মপুং ওইবা [illegible] ওঝা দীনমনিগী [illegible] থেংনিবা মণিপুরী সমাজগী শক্তম, মণিপুরী নুপীশিংগী তোঙান-তোঙানবা [illegible] পুন্সিগী মশক্লচিংবা হৌরমশিং লোয়ননা ওঝাগী মশাগী ওইবা খুৎই চাইহল অমাদ টেক্লিক্কী তোপ-তোপ্পা মওং অমা লৈজরবা অসিবু উৎপনি। পুন্না পান্দুপ মওং থোক্লা খায়দোক্লুনা ফোঙলক্লিবা লাইরিককাসিদা অইবা দীনমনিগী পুন্সি অমাদ সাহিত্যগী শরুক খরদি অইবীগী লাইরিকসিংগী ফঙবা ওন্নগনি।

মীৎয়েং অমরোমদা হায়বা তারগসু মণিপুরী সাহিত্য অসি নৈন- ৱারেংগী লমদা পুথোরকপা লাইরিক মশীংদগীদি ক্রিয়েটিভ ওইবা খূৎইদা ইরকপা অইবা অইবীগী মশীংনা যাম্না হেন্না লৈ। অদুগা ক্রিয়েটিভিটি ৱাংনা লৈরবা অইবা অইবী কয়াগী লাইরিকপু নৈনদুনা ফোঙদোকপীনবা মীগী মশীংদি যাম্না তাঙলি, হেন্না হেন্না থোকহন্নিংই। অসিগুম্বা মতমসিদা নৈনরোইগী মশীং হেনগৎলকপসি যাম্না ফৈ, মণিপুরী সাহিত্যনা মহাকপু তরাম্না ওকফম থোকই। মসিনা মণিপুরী অইবশিংগী মকওইনা ক্রিয়েটিভ রাইতরশিংগী মতিক মঙালবু মীয়ামদা পাক শন্না খঙহনবা অমদি হেন্না মগুণ লৈবা সাহিত্য থোরকপদসু যাম্না মতেং ওইরগনি।

ইম্ফাল
তাং ২৫/১১/২০১১ ইং

ডা. অথোকপম খোলচন্দ্র
চিয়াবমেন
এডিটরিয়েল বোর্ড (সাহিত্য লৈচল)
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,
ইম্ফাল।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি হায়বসি ১৯৮৬ তা লমদমসিগী সাহিত্যদা থবক যাওজবা নহা ওইরিবা অইবা অইবীশিংনা পূনশীল্লগা শেমখিবনি। ভসিদি সাহিত্য অকাদেমী, নই দিল্লিনা শকখঙলবা সাহিত্যগী সংস্থান ওইবে। মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল কয়া পুথোক্লবা সোসাইটিনা হোৎনজবগা লোয়ননা মতম মতমগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা থৌরম কয়া লেপ্তুনা পাঙথোকচরি। থা ৬/৮ কী ওইনা *সাহিত্য লৈচল* হায়না মিংথোনবা চেফোং অমসু লেপ্তুনা পুথোকচরি। মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী মেম্বরশিংনা ইবা মগুণ লৈরবা লাইরিক কয়ানা তোঙান- তোঙানবা সাহিত্যগী মনাসু ফংখ্রে।

ইং ২০০১ দগী হৌনা লমদমসিগী মগুণ লৈবা সাহিত্যগী লাইবিক্তা চহী ১/২ গী ওইনা পীগদবা 'সেরাম মুক্তা মনা' পীবা হৌখ্রে। ভসি ফাওবদা সোসাইটিসিনা লাইরিক ৫১ ফোংখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা রোজিকা নাওরেমনা ইবা *এলাংবম দীনমনিগী ৱাবীমচা নৈনবা* হায়না মিংথোনবা নৈন- ৱারেংগী লাইরিক অসিনা সোসাইটিসিনা ফোংবা ৫২ শুবা লাইরিক্নি। পন্দুপ মঙা থোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনবা লাইরিকসিদা এলাংবম দীনমনিগী পূন্সি অমসুং সাহিত্যগী মতাংদা কুপ্না নৈনবা মীৎয়েং অপাবশিংনা শোয়দনা থেংনবীগনি নীংই। থাজবা অসিনা মাঙদা থল্লগা রোজিকা নাওরেমগী লাইরিক অসি সাহিত্যবু নুংশিবীবা মীয়ামগী মফমদা লাম্থোকচরি।

ইম্ফাল
তাং ২৫/১১/২০১১ ইং

শামুঙৌ থোকচোম
জেনেরেল সেক্রেটরী
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

ঙসিগী মণিপুরী সমাজ অসিদা কুনশুবা শতাব্দীদগী হৌনা মাযকৈ কয়াদগী অনৌবা যাওলগা লোয়নদা অহোংবা কয়া লাক্লি। হোংলক্লিবা কথা অসি মণিপুরী সাহিত্যগী সাহিত্যকার কযানা মাগী মাগী পামজবা মফোঙদোক্লা অনৌবা খুৎহৈ, ষ্টাইল, টেক্নিক কয়া শীজিন্নদুনা মশক অমা লাকশিন্দুনা ফোঙদোক্লবনি। হায়রিবা মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা অইবশিং অসিগী মনুংদা এলাংবম দীনমনিসু অমনি। এলাংবম দীনমনি মণিপুরী সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মচলশিংদা খুৎ থারবসু মরুওইনা রাবীমচা ওইবা অমা ওইনা থোইদোক্লা শীংথানৈ। অইবা অসিগী রাবীমচাশিংদা তৌজক্কী সমাজদা থোকলক্লবা মী ওইবগী পুক্নিং অমদি শক্তমবু তশেং তশেংনা যেক্লবা হেৎনরি। অইবা অসিগী রাবীমচাশিংদা যেক্লবা নুপীগী শক্তমশিং অসি ঙসিগী সমাজ অসিদা চাউরবা শকল অমা কল্পনা তৌরবা য়াই। মীৎয়েং অসিদগী নুপীগা মবী লৈনবা রাবীমচাশিং লৌখৎতুনা, মখোয়গী মশক লৈনদুনা পুথোক্লবা হোৎনজে। লোয়ননা নুপীগী চরিত্রশিং অসিবু লৈনবগা অইবগী মীৎয়েংদা লৈবা তোপ-তোপ্পা মশক খবদু ইশাগী ওইবা মীৎয়েংদা লাকশিন্দুনা উৎনবসু চঙশিঞ্জে। অমরোমদা সমাজ অসিদা নুপীশিং অসিনা কবক্না ফিভমদা লৈরিবা অমদি মখোয়না করি করি সমস্যা মায়োক্লবিবগে হায়বদু থোইদোক্লা লৈনরীংঙৈনি। ঙসিগী ফিভম শোক্লবা সমাজ অসিদা নুপীশিংগী মফম অসি তাকপা অবাবনা য়েং। হোংলক্লবা মতমগী শাফুনা পীবকপা চৈথেং কযাদা নুপীশিংনা ফংলবা পুক্নিং চৈনা কয়া অমদি লাম্বেং কয়াদা মখোযনা লৌবিবা থৌদাং কযাসি খঙবা তশ্লবিরদে। মসমশিং অসিদগী নুপীগী সমস্যাশিং থিজিন্দুনা অমদি লৈনদুনা পুথোকচরিবসিদা হোংলক্লবা সমাজ অসিগী মশক খর্দি শোয়দনা উবা ফংগনি হায়বা খল্লোন্দা অমসুং মণিপুরগী নুপী সমাজদা থোইদোক্লা কান্নবা ওইগনা হায়না খঙ্গবদগী লাইরিক অসি তাকপা হোৎনজবনি।

থোইদোক্লা পঞ্জনীংবা অমনা লাইরিক অসিগী অশোয়- অঙাম য়েংবিখিবা, অফ- ফত্তা তাকপিখিবা ওজা ডা. রাজেন তোইজাম্বগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লোয়নবা অইবা এলাংবম দীনমনিদা অচিনবা মতম-কায়থোকপীদুনা ৱারী শান্নজবা ফংহনবীবা অমদি মতেং পাংবিখিবা লোয়নবা লমজিংবিবগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লোইশিল্লকপদা হায়জনীংবা ৱাফম অমনা অহানবা ওইনা খূৎ থাজবা লাইরিক অসিবু পাবিরিবশিংনা করিগুম্বা অশোয়- অঙাম থেংনদুনা তাকপীবকপদু তবাম্না ওকচগনি।

লোয়নবা লাইরিক অসিবু মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক ফোঙদোকচবদা অযাবা পীবিবকপগীদমক সোসাইটি অসিবু থাগৎচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐক্সা ইন্টরপ্রাইজেসকী প্রোপাইটর কে. মেলাচন্দ্র শর্মাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল
২১।৮।২০১১

মইবী

# য়াওফম তাকপা

*অহানবা পন্দুপ*

# হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য

মণিপুরগী লৈঙাকলোন্দা, রাজনীতি অমসুং সমাজগী পুন্সিদা, অমদি ঈরম কয়াদা অচৌবা অহোংবা কয়া কুনশুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমদা লাকখি। অহোংবশিং অসিগী মনুংদা মণিপুরী লোন নুংশিবা অমসুং চাওখৎনবা হোৎনবা ঈহৌ অসিসু য়াম্না মরুওইবা অমনি। সমাজগী হোংলক্লিবা অমদি লোনগী ঈহৌ অসিগা সাহিত্যগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মমালোনবু নুংশিবগী ঈহৌদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অসি শাগৎলকখিবনি। হায়রিবা মতম অসিবু মণিপুরী সাহিত্যগী য়াকায়রোল শকপা হৌবা অনৌবা চহীচানি হায়না লৌনৈ। চহীচা অসিগী হৌগৎলকপদা ওইরক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক্তগী অনৌবা অহোংবা কয়া পুরকখি। অসুম্না পুরক্লিবা অহোংবা কয়া অসি মণিপুরী সমাজদা মতমগী মতুংইন্না মপান লমগা শম্নরুবদগী পীরকপা অনৌবা ঈথিলনা অমদি অকোয়বগী ফীভমশিংনা ওইহল্লকপা চাউরবা মরম অমনি। মতম অসিগী মণিপুরীশিংনা মপান লমগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগা হেন্না নকশিন্নরকখিবা অমসুং শকখঙনখিবা অসিসু হায়রিবা ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতম অসিদনি। মসিগী মতাংদা অসুম্না থেংনৈ :

> ২০শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা লাকখ্রিবা লৈঙাকলোনগী অহোংবা কয়া, সংস্কৃতি, জগোই-ঈশৈ, কলাবিদ্যা, লোন, মজাতিগী ইতিহাস

থিজিনবা, ধৰ্ম্ম, রাজনীতিগী ঈহৌশিং অসিনা ফিভম হার অমসুং ঈশিং-নুংশিৎ ওইরগা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈরাং অসি শাৎকায়রকখিবনি।[1]

মণিপুরদা চন্দ্ৰকীৰ্ত্তি মহারাজনা (১৮৫০-১৮৮৬) নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা পোলিতিকেল এজেন্ট ওইখিবা সার জেমস জোনষ্টোন্না (১৮৪১-১৮৯৫) ইং ১৮৮৫ দা জোনোষ্টোন মিদল ইংলিস স্কুল লিংখৎখি। তুংদা মসিবু জোনোষ্টোন ইংলিশ স্কুল হায়না খঙনখি। স্কুল অসি লিংখৎখ্রবা মতুংদগী মণিপুরদা অতৈ স্কুল কয়াসু মথং মথং লিংখৎনরকখি। অসুম্না স্কুল কয়া লিংখৎলকপদগী মণিপুরীশিংনা অনৌবা নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিংগী মঙাল ফংবা হৌরকখি। অমরোমদা অনৌবা মঙাল অসি ফংদ্রিঙৈ মমাঙদগী হৌনা মণিপুরীশিংদা হিন্দু ধৰ্ম্মগী অকনবা প্রভাব লাক্লুনা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মনা মরা চেৎখ্রবা মতমনি। মতম কুইনা চৃদুনা লৈরক্লবা অকনবা হিন্দু ধৰ্ম্মগী ঈথিল পীখিবসি গরীবনিৱাজগী (১৭০৯-১৭৪৫) মতমদগীনি। ধৰ্ম্ম অসিদগী ওইবকখিবা চৎনবী, থাজনবী কয়া অদুনা মণিপুরী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। বাংলা লৈবাক্তগী লাকপা মতমদুগী হিন্দুগী লাইনীংলোন অমসুং ধৰ্ম্ম অসিনা তপ্না তপ্না শন্দোবকপনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা (১৭৬৩-৯৪) মণিপুরদা পানবা মতম অসিদদি মণিপুরী সমাজ অসি বৈষ্ণব ধৰ্ম্মনা মপূঙ ফানা কুপশিনখি। মতম অসিদগী হৌবদুনা ধৰ্ম্ম অসিগা লোয়নবিবা বাংলা লোন্না মণিপুরী সমাজদা য়াম্না কন্না চঙলকখি। হায়বিবা অনৌবা ধৰ্ম্ম অসিগী মতুংইন্না হোংলকপা সংস্কৃতিগী শক্তম অমসুং মসিবু ফোঙদোক্লবগী পান্থে পূম্নমক্তা বাংলা লোনগী চাউরবা ঈথিল অমা লাকখি। খুদম ওইনা মণিপুরীশিংগী জগোইরাস অমসুং সংকীৰ্ত্তননচিংবা বাংলা লোন্না মপুঙ ওইনা শক্লা শোন্নদুনা মৈয়োরোলদগী লৈবক্লবা মণিপুরী লোনগী মশক অসি মাঙশিন্নরকখি। মতম অসিনা কলা সংস্কৃতিগী ওইবা লম অসিদা নত্তনা মণিপুরী প্রজাশিংগী অয়ুক [illegible] পালিদা [illegible] শাজিন্নবা

---

1 [illegible] মণিপুরী সাহিত্যগী মঙাল লেখা, ২০০[illegible], (চাউবা, [illegible]
[illegible] মণিপুরী সাহিত্যগী বিবাসিক [illegible]
[illegible] সাহিত্য প্রেমী সমিতি, [illegible]
[illegible] ১[illegible]৪।

তোক্করক্তুনা বাংলা লোন্না মহুৎ শিল্লকখি। ধর্ম্ম অসিগী অকনবা শাফূনা কুপশিল্লক্লবা মতমদা মৈতৈ ময়েক অসিদি মসিবু পামজবা নুংশিজবা অখন্নবা মীশক খরতগী ওইনা লৈরকখি। বাংলা ময়েক অসিনা লৈবাক মীয়াম পূম্বগী ময়েক ওইনা পাক-শন্না শীজিন্নরকখি। অসুম্না বাংলা লোন্না, ময়েক্কা লোয়ননা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা অচৌবা ঈহৌ অমগা শাগোন্ননা চঙলক্তুনা মপৃঙ মরৈ ফানা শন্দোকপা হৌরকখি। মসিদগী মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎসু অনৌবা মায়ওন অমদা লাকপা হৌখি। অসিগুম্বা মতম অসিগী হোংলক্লিবা মশক অসিগী মতাংদা কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা অসুম্না ফোঙদোকই:

> শান্তিদাসগী মতুংদগীদি মীতৈগী ব্রাখন্দা, লাইদা হায়জবা, লৈশি লৈথোনবা মাগী লীলা অমদি মতীক মগুন শক শোনবদি বাঙ্গলাগী শৈরেং ব্রারেংদা নত্রবদি ইয়া-য়াদবগুম্না পাপ পুগদবা মতৌ ওইনা ফাওবা খন্ন-লৌনরম্মী।[২]

মসিগী তুংদা চহীচা কয়া নীংতম্না পানজরক্লবা মণিপুরীশিং খৃষ্টগী কুম ১৮৯১দা খোংজোমগী লানফমদা ইংরেজশিংগী মখৃত্তা মায়থীবা ফংদুনা চহী অসিমক্কী এপ্রিল তাং ২৭তা মশাগী নীংতম্বা মাঙখি। মসিগী তুংদা লৈবাক অসিগী শাসন ইংরেজশিংগী মখুত্তা লৈখি। অমরোমদা মতম অসিগী মমাঙদগী হৌনা ইংরেজশিংগা মণিপুরীশিংগা লৈঙাকলোনগী ওইবা মরী লৈনববসু, ইংরেজশিংগী ওইবা ব্রাখল মীৎয়েংগী মমিদি মণিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সিদা কা হেন্না তাখিদে। অদুবু ইংবেজশিংনা মণিপুর লৌশিনখিদুনা মণিপুরগী লৈঙাক শাসন পায়খিবদগী তোঙান-তোঙানবা হীরম কয়াদা অহোংবা কয়া লাকপা হৌখি, লোয়ননা নোংচুপলোমগী অনৌবা মহৈ-মশিং তম্বগী মওংসু শন্দোরকখি। অসিগুম্বা অনৌবা চৎনবী কয়াগী ঈথিলনা মণিপুরগী প্রজাশিংগী পুন্সি অমসুং সমাজগা ভারতকী অমদি পৃথিবীগী ঈশিং নুংশিৎকা শম্নবা হৌরকখি। অসিগুম্বা সমাজগী অওনবা শক্তম অসিদগী হান্না মরা চেৎনা লৈথ্রবা হিন্দু লাইনীংগী শাদোং ওইরিবা সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা মহৈ-মশিং তম্বগী অহানবা খোঙথাং ওইখি। মরমদি মতম অদুগী মহৈ মশিং তম্বগী চৎন-পথাপ্তা সংস্কৃতনা লৌদবা য়াদবা অমসুং বাংলানা ভর্নেকুলার সবজেক্ট হায়বদু ওইরম্মী। মতমদুগী লাইরিক তম্ফমশঙশিংদা

---

২ কালাচাঁদ শাস্ত্রী, *অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, ১৯৯৭, চিরোম জুগেশ্বর সিংহ, ইম্ফাল, লা: ৯৭।

সংস্কৃত বাংলা অসিনা তঙায়ফদবা সবজেক্ট ওইনা লৌদুনা মহৈ-মশিং তম্বা অসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী প্রজাশিংগী ৱাখল পূক্নীংদা হিন্দুগী ৱাখল্লোন্না হেন্না চেৎশিন্নবা মরম অমসু ওইখি। অসিদসু নত্তনা মতমদুদা মণিপুরীশিংগী মরক্তা নোংচুপকী মহৈ-মশিংগী মঙাল ফংবা য়াওরক্লবসু বাংলা খঙবনা হেন্না লাইরিক হৈবা ওইনা শীংথানরম্মী। মরমশিং অসিনা মণিপুরদা হান্না লৈরম্বা সমাজ, সংস্কৃতিগী মশক্তগী হোংলকপা অনৌবা ঈহৌ অমা লাকখিবসি মপুঙ ওইনা বাংলা সাহিত্যদগী চঙশিল্লকখিবনি। মতৌ অসুম্না পুশিল্লকখিবা অচৌবা অহোংবা কয়া অসিনা মতম অদুগী প্রজাশিংগী পূক্নীং অমসুং ৱাখল মীৎয়েংদা অচৌবা অওনবা অমা পুরকখি। লোয়ননা সমাজদসু অহোংবা কয়া পুরকখি। রাজনীতিগী অমদি সমাজগী য়াওলদা অচৌবা অওনবা লাকখিবা মতমসিদা লৈরম্বা নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিংগী মঙাল ফংলবা লময়ানবশিংগী ৱাখল মীৎয়েংদা অহোংবশিং অসিগী মমি তাখি। হায়রিবা মহৈ-মশিং তম্বগী মওং অসিগা লোয়ননা বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যবু তম্লুবদগী, নৈনরুবদগী অনৌবা মঙাল ফংলক্তুনা মতম কুইনা থওইরুদ্রবা কাউথোক্লুরবা মমালোন মণিপুরী অমসুং সাহিত্যবু নীংশিংলকপা, নুংশিরকপা অমসুং শকখঙলকপগী অনৌবা ৱাখল অমা পোকহল্লকখি। মতম কয়া ইরোন ইযেক অসিবু নমশিন্দুনা থমলুরে হায়বগী নুংনাংবা পোকপগা লোয়ননা নৌনা হিঙ্গৎহন্নিংবগী ৱাখল অদু পোকহল্লকখি :

> মণিপুরী লোন অসি খৃষ্টগী কুম ১৯২৬তা কলিকাতা য়ুনিভরসিটিগী মখাদা মেট্রিক পরীক্ষাদা ভর্নেক্যুলার ওইবা লোন অমা ওইনা ইহান হানবা পরীক্ষা থাবা য়াহনখিবসিনা লোন অসিগী অমসুং সাহিত্যগী খোঙথাংদা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপখি।[৩]

অসিগুম্বা খোঙথাং অসিনসু লোন অসি য়োকখৎনিংবগী ঈহুল লাকখি অমসুং সাহিত্যগী খোঙথাংদসু অনৌবা ঈনোৎ হাপখি। অসুম্না মমালোনবু হেন্না নুংশিবা অমসুং মমালোনগী ওইবা অনৌবা সাহিত্যগীদমক লাইরিক কয়া ইদুনা পুথোক্লিংবগী অমদি হোৎননিংবগী লাঙতক্লবা ৱাখল, মীৎয়েং অমা মতম অসিদা লাকপা হৌখি। অসিগুম্বা অনৌবা মঙাল ফংদুনা, অনৌবা

৩ ডা: নাওরেম [illegible], *কুনশুবা চহীচাগী মণিপুরী উপন্যাস নৈনবা*, ১৯৯১, যশোবন্ত সিংহ, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল, লা: ৬।

জ্ঞান লাক্লবা মতমদা মণিপুরীশিংনা মশাগী ওইবা সংস্কৃতি, কলা অমসুং সাহিত্যবু নৌনা শেমগৎনবা হোৎনরকখি। অসুম্না হোৎননিংবগী ৱাখল পোল্লক্লিবসিগী মরমসি ইমারোনবু নুংশিবগী খক্তা নত্তনা মতমদুগী মহৈ তম্ফমশঙশিংদা তম্নবা মৈতৈলোনগী ওইবা টেক্সবুকশিং লৈতবসিসু চাউরবা মরম অমনি। হায়রিবা অৱাৎপশিং অসি মেনখৎপা তঙায়ফদে হায়বগী ৱাখলসু মতমদুগী খূৎমাবা অইবশিংগী পূক্নীংদা ফাওরকখি। খূদম ওইনা, *ছাত্রমচা* হায়বা লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা খ্বাইরাকপম চাউবনা ইরম্মী :

> আসাম পুমনমক্কি টেক্সবুক কর্মিটীনা লৌখৎলবা ক্লাস ৬/৭/৮ শুরকপগী লাইরিক মঙা তরাগী মতা য়েংদুনা লাইরিক মচা অসি লেংজে। মসিদা আসাম এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা শন্দোকপা সিলেবসকী মতুং ইন্না লোন তম্বীবগা লোঙ্গননা হৌনবী অমসুং রাজভক্তি তম্বিবা হাঙ্গবা অদু ঙস্নমখৈ কাইদনবা ঙাকচরি।[৪]

ৱাফম অসিদগী খঙবা ঙমলে মদুদি মতম অসিদা নৌনা লাইরিক-লাইশুগী মঙাল ফংলকখিবা কয়ানা স্কুলগী ছাত্রশিংগী অমদি মমালোনগী সাহিত্য চাওখৎনবগী ৱাখল্লোন্দা মাগী মাগী ঙমজবা থাক্তা য়াম্না কন্না হোৎনখি। হোৎনবা অসিগী মহৈ অদুশু তুংগী মীরোননা ফনা নীংথিনা ফংখি।

অসিগুম্বা অহানবা খোঙথাং অসিনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎলকপগী মরুওইবা মরম অমনি হায়বা য়াই। অমরোমদা মমালোনগী সাহিত্যবু চাওখৎহন্নিংবগী ৱাখল্লোনগা লোয়ননা অৱাৎপা কয়া অসি মেনখৎনবগীদমক লেপ্তনা হোৎনরকপা মতাংনি। মসিদগী মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মশক অমা কুনশুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমসিদা উবা হৌরকই।

হায়রিবা চহীচাসিগী মতম অসিদা উরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মশক অসি মণিপুরদা ওইরকখিবা লৈঙাকলোনগী ফীভম, সমাজগী অহোংবা কয়া, কলা, সংস্কৃতি, লোন, ধৰ্ম্ম অমদি রাজনীতিগী ওইবা ঈহৌশিং অসিনা অকোয়বগী ফীভম ওইদুনা শাগৎলকখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনি। মতম অসিদা থোরকখিবা অইবা অমসুং অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী অইবা শক্লাইরবা লময়ানবশিং অদুদি— খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ (১৮৯৬-

৪ খ্বাইরাকপম চাউবা, *ছাত্রমচা*, ১৯৪৮, স্টেট লাইব্রেরি, ইম্ফাল, অনীশুবা খূৎনম, ৱাহৌদোক।

১৯৫০), ডা. লমাবম কমল সিংহ (১৯০০-১৯৩৪), হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২-১৯৪৩), অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯০৭-১৯৪৪), হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (১৮৯৭-১৯৪৬), হিজম ইরাবত সিংহ (১৮৯৬-১৯৫১), সোরোখাইবম ললিত সিংহ (১৮৯২-১৯৫৫), লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ (১৮৯৫-১৯৬৭), অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬-১৯৯৫) অমসুং আর. কে. শীতলজীৎ সিংহ (১৯১৩-২০০৮) নচিংবা পনবা য়াই। লময়ানবা অইবশিং অসিনা মশা মশাগী ওইবা ৱাখল্লোনগা লোয়ননা মতম মতমগী ওইবা সমাজগী মমি কয়া উত্তুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শেমগৎলকখি। অনৌবা যুগকী মণিপুরী সাহিত্য অসিগী মশক ওইনা মতম অসিদা মখল মথা কয়াগী খূৎই মচল কয়া থোরকই। মরম অদুনা ২০শুবা শতাব্দীগী পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ অসি য়াম্না মরুওইবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপা মতমনি হায়না লৌবা যাই। মতম অসিদা তোঙান-তোঙানবা অনৌবা সাহিত্যগী মশক কয়া উবা ফংলে। মতমসিগী অইবশিং অসি অনৌবা চৎনবী নিয়ম কয়া ইন্দুনা, মশাগী ওইবা কল্পনা কয়া শীজিন্নদুনা মরন্নাইগী ওইবা ৱাখল মীৎয়েংগা লোয়ননা সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মহাও কয়া হাপ্তুনা য়াম্না কন্না ইনবা হৌরকখি। খূদম ওইনা, ইং ১৯২২দা লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহনা *নরসিংহ* ড্রামা ইখি। লীলা অসি ইং ১৯২৫দা অহানবা ওইনা শান্নখি। হায়রিবা ৱাফম অসিগী মতাংদা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী :

> মতাং অসিদা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ (১৮৯৫-১৯৬৬) দাক্কাদা লাইরিক তন্নিঙৈদা ইং ১৯২২দা ইখিবা 'নরসিংহ' ড্রামা পুথোরক্তুনা ইং ১৯২৫দা শান্নখিবা মণিপুবী ড্রামাগী ইতিহাসতা থোইদোকপা অচৌবা, মশক নাইবা থৌদোক অমনি। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, মণিপুরগী অহানবা ড্রামা ইবা মীওইনি।[৫]

ডা. লমাবম কমল সিংহনা *দেবযানী* হায়বা ড্রামা অসি ইখিবগী মতমসু মাগী লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা লমাবম ব্রজেন্দ্রনা অসুম্না ইরি :

---

৫ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, ডা. থোকচোম ইবোহনবী সিংহ (সম্পা:) *মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, ২০০১, (মণিপুরী নাট্য সাহিত্য-অরাম্বম সমরেন্দ্র) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, লা: ২০১।২০২।

> অহানবা ওইনা মৈতৈরোন্দা মণিপুরী নাট্যগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখিবা মতম অদুরাইদা ইখিবনি। চাওরাক্লা ইং কুমজা ১৯২৪ নত্রগা মদুগী মমাংদা ইবনি হায়বগী প্রমান ফংই।[৬]

ঈহৌ অসিদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য কন্না শেমগৎলকপা অমদি চাওখৎনবা হোৎনরকপদা মতমদুগী চেফোঙশিংনসু অচৌবা থৌদাং কয়া লৌখি। হায়রিবা অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙগী মতমদা ফোঙখিবা মরুওইবা পনবা য়াবা চেফোঙ খরদি মণিপুরগী অহানবা চেফোঙনি হায়না শীংথানরিবা খৃৎনা ইরগা ফোঙবা হৌখিবা 'মৈতৈ চনু' ইং ১৯২০, সম্পাদক, হিজম ইরাবত সিংহ অমদি 'মাসিক জাগরন' ইং ১৯২৪, সম্পাদক, শ্রী অর্জ্জুন সিংহ; 'যাকাইরোন' ইং ১৯৩০, সম্পাদক ডা. নিংথৌজম লৈরেন সিংহ; 'ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা' ইং ১৯৩৪, সম্পাদক, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ; 'মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা', ১৯৩৭, সম্পাদক, থোকচোম মধু সিংহ অসিনচিংবা অসিনি। অদুগা মণিপুরগী অহানবা নুংতিগী ফোঙবা খবর 'দৈনিক মণিপুব' হায়বসিসু ইং ১৯৩৩দা অতোম্বাপু শর্ম্মনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা হৌখি। চেফোঙশিং অসিদা মতমদুগী খৃৎমাবা অইবা অমসুং লাইবিক-লাইশু হৈবা কযানা ইবা ৱারেং, শৈরেং কয়া হাপ্নরকখি অদুগা উপন্যাস, দ্রামানচিংবা অশাংবা খৃৎই কয়াসু তাঙ্কক-তাঙ্কক নাইনা ফোঙনবা হৌরকখি। অতোপ্পা মাযকৈ অমদা মসিগা লোয়ননা মতমসিদা সাহিত্যগী সংস্থান অমসুং থিয়েটরগী সংস্থান কয়াসু লিংখৎনবকখি। লিংখৎনরকখিবা থিয়েটব সংস্থানশিংগী মনুংদা খরদং পনবা তারবদি এম. ডি. য়ু (১৯৩১, মার্চ ১৫) এরিয়ান থিয়েটর (১৯৩৫), চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির (১৯৩৬), সোসাইটি থিয়েটব (১৯৩৭), রুপমহল থিয়েটর (১৯৪৩) অসিনচিংবনি। সাহিত্যগী ওইবা সংস্থানশিংনা মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ (১৯৩৫), বিবোদ জননী সভা, দি মণিপুব কলচবেল একাদমী (১৯৪০) অসিনচিংবা পনবা য়াই। অসুন্না লাক্লিবা কলা, সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী অনৌবা ঈহৌশিং অসিগা য়ান্নন‍া মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা তাঙ্কক অমা শেমগৎলকপা হৌখি :

> চেফোঙ কয়া অসি ফোঙলকপদা নত্তনা মতমসিদা ড্রামাগী সংস্থান কয়াসু লিংখৎলকই। এম.ডি.য়ু (১৯৩১, মার্চ ১৫), এরিয়ান থিয়েটর

৬ ডা. লমাবম কমল সিংহ, *দেবযানী*, ১৯৮৪, লমাবম ব্রজেন্দ্র, অহানবা খৃৎনম, ৱাহৌদোক।

(১৯৩৫), চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির (১৯৩৬), অমসুং অতৈ খুল্লক্তা লৈরিবা সংস্থানশিংনা চাং নাইনা ড্রামা কয়া তোয়না শান্নদুনা থিয়েটরগী অকনবা ঈহৌ লাকখি। সাহিত্যগী সংস্থানদা থোরকই মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (১৯৩৫), বিরোদ জননী সভা, দি মণিপুর কলচরেল একাদমী (১৯৪০) অসিনচিংবনি।[৭]

২০শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা মতম অসিদা মায়কৈ কয়াদগী ফৃজিল্লকপা ঈথিল অমসুং শাফৃনা হীরম কয়াদা মীৎকপ থোক্লকখি। মসিদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা অনৌবা ৱাখল, মীৎয়েং, আশা অমদি মশাগী মশক মচুগা লোয়নননা মপূঙ ফাগৎলকখি।

মতম অসিগী সাহিত্যগী হৌরক্লিবা ঈহৌ, অনৌবা মশক অসি য়াম্না শীংথানিংঙাই ওইবা মতাংনি। অসিগুম্বা শীংথানিংঙাই ওইবা মণিপুরী সাহিত্য অসিগীসু অপূনবা ফজবা মশক অমা লৈজৈ। মতমসিগী সাহিত্যদি য়াম্না রোমান্টিক ওইবা আদর্শদা হেন্না থাজবা, মরৈবাক মজাতি অমদি মমালোন নুংশিবগী ৱাখল্লোন মপূঙ ফানা ফোঙদোকপা, মানবতাবাদকী ওইবা মীৎয়েংদগী মীওইবগী মমল লেপ্পা অমসুং হেন্না ৱাংবা পুন্সিগী পান্দম থিবা অসিনা মরুওইবা মশক্নি। অমরোমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অৱাংবা মীৎয়েং অমদি পুন্সিগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকপা, ফিদম্লিংঙাই ওইবা অৱাংবা থাক্কী চরিত্র উৎপা অমসুং নুংশিবগী শক্লোন উৎপা, অসিনচিংবা হীরমশিং অসিনি। অনৌবা যুগ অসিগী অইবশিং অসিদি মীওইবগী পূক্নীং, ৱাখল অমদি থম্মোয়নুংদা চঙদুনা সমাজগী অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোক ময়াম অদুবু মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা কল্পনানা য়েংদুনা লানথোরকই। মসিগা লোয়নননা মীওইববু নৌহৌননা কৃপ্পা য়েংলকই, ঐখোয়না থেংনদ্রিবা মীওইবগী পূক্নীং ৱাখলগী নুংগী ওইবা অচুম্বা অমসুং মপানগী ওইবা ফজবা কয়া পুথোরক্লিবা অসি অইবশিং অসিনা হিংলিবা মতমদুগী পুন্সিদা থেংনরিবা সমাজ অমদি মীওইবগী শক্লোনশিং অদুদগী লাকপা ঈথিলনি। অনৌবা অইবশিং অসিগী মখূত্তা অৱাংবা ৱাখলগা লোয়নরবা সাহিত্যগী ফজবা মখল কয়াগী খূৎশেম

৭ হাওবম গৌরদাস সিংহ (সম্পা:), *মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা*, ২০০০, (চাউবা, কমল, অমসুং অঙাংহলগী যুগ: মণিপুরী সাহিত্যদা রিনাসন্স অমসুং মসিগী মমল লেপ্পা— ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ) নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কৈশাম্পাৎ, ইম্ফাল, লা:১০৭।

পুথোক্লকই। মতম অদুদগী অনৌবা খূৎশেম ওইনা শেমগৎলক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মচলশিং অদুদি উপন্যাস, ড্রামা, ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচা, মহাকাব্য, খণ্ড কাব্য লমকোয় ৱারী অমসুং অতোপ্পা লোনগী সাহিত্য কয়াদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মশাগী ওইবা লৈহাওগা চান্ননা শেমগৎলক্লবা সাহিত্যগী মচল কয়া অসিনি।

**উপন্যাস পোক্লকপা :**

নোংচুপলোমদগী হৌরকপা 'উপন্যাস' হায়বা সাহিত্যগী খূৎই অসি হিন্দু লাইনীংদগী লাকপা ধর্ম্ম, সংস্কৃতি অমদি বাংলা লোনগা শন্নখ্রবা, তোৎন-তিন্নখ্রবা মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা ফাওবক্তুনা, বেঙ্গোলী সাহিত্য ফাওদুনা মথং মথং মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙদারকখিবনি। অদুগা অনৌবা মণিপুরী ৱারেংগী জগৎতা অহানবদা অনুবাদ তৌনরকপা, তম্নবা লাইরিক পুথোক্লবা হোৎনবা অমদি চেফোঙ পুথোকপগী অনৌবা ঈহৌ অসিগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদসু উপন্যাস থোরকখি। ইং ১৯৩০দা ডা. লমাবম কমল না *মাধবী* কৌবা উপন্যাস অসি ইরকখি। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা উপন্যাসনি। কমলনা মতম অদুগী সমাজদা ওইরিবা ফীভম, খূৎকন-পাঙ্গনবগী শক্তিগী মখাদা মতু শোন্না হিংবগী অৱাবা, মীওইবগী মমল খঙবিদবা সমাজ, অনেম-অৱাং, অমাং-অশেং থায়বা, চারৌ মৌরৌনবগী অথিংবা অসিনচিংবা ফৎত্রবা চৎনবী কয়াগী মায়য়োক্তা য়ানিংদবা ফোঙদোকপা ওইনা *মাধবী* ইরকখিবনি। কমলনা মতমসিগী 'কুটিল' ওইরিবা সমাজবু পামদবা উৎপা ওইনা স্বার্থত্যাগ অমসুং বিশ্বপ্রেমগী অৱাংবা ৱাখল্লোন্না মপূঙ ওইবা মীৎয়েং থমদুনা উপন্যাস অসি ইরকপনি।

ডা. কমলগী মতুংদা খ্বাইরাকপম চাউবগী *লবঙ্গলতা* কৌবা উপন্যাস অসিসু ইং ১৯৩৪দা ফোঙলকখি। মসি ঐতিহাসিক উপন্যাস অমনি হায়না লৌনৈ। বৈষ্ণবকী ৱাখল্লোন্না মরা তানা লৈখ্রবা সমাজসিগী মনুংদা হিংলুবা চাউবনা, হিন্দুগী ফিদম্লিংঙাই ওইরবা সতী ধর্ম্মগী নীংথিরবা শক্তম অদু খাগেম্বগী মতমদা য়েক্তুনা, নুংশিবা অমসুং কথোকপগী মূর্ত্তি অমা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা শাগৎনবা হোৎনৈ। লৌখৎলিবা ৱাফমদি ইতিহাসগী তমথিবা থৌদোক ৱাথোক খরদগীনি। অদুগা উপন্যাসকারগী কল্পনাগী ফজবা কয়াসু নীংথিনা তিনবা উরি। অদুবু মরু ওইবা চরিত্রশিং ইতিহাসগী থৌদোকশিংনা

হেন্না লাকশিন্দুনা উৎলকপনা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি হায়না থোইদোক্না শীংথানরি।

## দ্রামা :

মণিপুরী সাহিত্যদা দ্রামাগী মশক অমা উরকপা অসিসু থোইদোক্না অনৌবা খোঙথাং অমনি। ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমদা প্রোসিনিয়ম থিয়েটর, ষ্টেজদা শান্নবা লীলানা লম অসিদা চঙলকপগা লোয়ননা মণিপুরী দ্রামাগী খোঙচৎসু হৌরকখি হায়না লৌবা য়াই। মতম অসিদগী হৌদুনা মণিপুরী দ্রামাগী খোঙচৎ অসি লেপ্পা লৈতনা চথরক্লি। মণিপুরদা থিয়েটর পুশিল্লকপসি সাহেবশিংগা লোয়নরকপা বেঙ্গোলীশিংনা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। অদুবু লৌরিবা মতৌদি, মখোয়না সাহেবতগী তম্লকপা থিয়েটর মওং অদুনি। শান্নরিবা লীলাসিনা ভারতকী নেসনেলিষ্ট ঈহৌবু শৌগৎপা অমদি হিন্দু ধর্ম্মনা মপূঙ ওইবা ইন্দিয়াগী নেসনেল ইন্টিগ্রিটিগী ৱাখল্লোনবু শৌগৎপা লীলাশিংনি। মতম অসিদদি মণিপুরী প্রজাশিং অসি মীখা পোন্না লৈবা মরমনা মশানা মশাবু থাজদবা, তোন্না লৈরিবনি খঞ্জবগী ৱাখল অমা শাগৎচবম্মী। মরুওইনা নোংচুপ অমসুং ভারতকী ওইবা কলচরগী শাফূনা কনখিবনা মণিপুরগী মশাগী ওইবা কলচর ঙাক শেন্দুনা চাউথোক্না হিংবগী ৱাফম লৈখিদে। মরম অসিনা ৱেষ্টর্ন অমসুং ইন্দিয়ান অনী অসিদগী অমনা ঐখোয়গী মমল লেপ্পগী যূম্ফম ওইনবকই। অসিগুম্না ফীভম অসিদগী ২০শুবা চহীচাগী মণিপুরী দ্রামাগী খোঙচৎ অসিগী মশকসু হায়রিবা অনী অসিগী মীৎয়েংদগী লেপ্পা তারকই। মতম অসিগী লীলাশিংগা, মতমদুগী ওইবা সমাজগী অমদি বাজনীতিগী ওইবা ৱাফমগা মবী লৈনবা তারবসু ভারতকী অমসুং নোংচুপ অনী অসিগী চাউরবা ঈথিল লৈখি। অদুবু মতম খরা লৈরগদি মৈতৈনা মশাগী কলচর য়োকখৎনবা হোৎনরকখি। মৈতৈগী থায়নগী ৱারী কয়া নৌহৌননা পুখোরক্তুনা ষ্টেজদা উৎনরকই। ফজবা ৱাখল অমদি ঈহৌগা লোয়ননা লীলা কয়া খোরকই। অসুম্না থোরক্লিঙৈ মমাঙদা ইং ১৯০৩দা "বমাচরন মুখোপাধ্যায় বান্ধবনাটশালা" লিংখৎলকপা মতম অসিদা লীলা কয়া বাংলা লোন্দা শান্নরম্মী। অদুবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবসু লীলা অদুগী অয়াম্বা ... বাংলা লোন্দা অদুম থম্মী। মতম অদুগী তশেংবা তাইবঙদা বাংলা ... হৈবনা লাইবিক হৈবনি অমদি চাওখৎপনি খন্নরম্না অদুনা

মতমদুগী লীলাদসু বাংলাদা ঙাঙলগনা লীলা মান্না চাওখৎপা ওইনা লৌনখি। মতম অসিদা দ্রামা হায়বসি ইনৌ নৌনা চঙলকখিবা আর্ট ফোর্ম অমা ওইবনা, লীলাদুদা মৈতৈলোন খরা য়াওরিবদুসু বেঙ্গোলীনা ঙাঙবগুম লোন খোইতক্লা ঙাঙবনা অশেংবা ফজবা লোন্নি লৌনরম্মী। মতমসিদা শান্নখিবা লীলাশিংদি *রেজিয়া, রানী দুর্গাবতী, পার্থ পরাজয়, পাণ্ডব কৌরব, ইরানের রানী, কর্নাজ্জুন* অসিনচিংবনি। নাকল কয়াদগী ঈথিল য়াম্না পীরক্লগসু মৈতৈশিংনা মশাগী কলচরেল আইদেন্টিটি অসি মাঙদনবা খোঙথাং কয়াদা হোৎনদুনা লাকই। হাইজিলকপা ঈথিল কয়াবু মশাগী ওইবা মওং অমদা শেম শাদুনা পুথোকরকই। ভারতকী ৱারী কয়া বাংলা লোন্দা শান্নরম্বদুগী মহুত্তা মণিপুর লমদমসিগী ওইবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইদুনা মৈতৈলোন্দা দ্রামা শান্নরকই।

মৈতৈগী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইদুনা মৈতৈলোন্দা ইবা অহানবা মণিপুরী দ্রামাদি শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ না ইবা *নরসিংহ* হায়বা দ্রামা অসিনি। দ্রামা অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা থোকখিবা থৌদোকশিংদা য়ূম্ফম ওইদুনা ইবনি। দ্রামা অসি ইং ১৮১৯দা ঔৱানা মণিপুববু লোই-চনশিন্দুনা খুন্তাক লানশিহনখিবদুদগী ইং ১৮৪৪দা নরসিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবা মতমদুফাও কোনশিল্লি। হায়রিবা দ্রামা অসি ইং ১৯২৫গী সেপ্তেম্বর ৩০গী নুমিদাংদা ইহান হানবা ওইনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা ষ্টেজ শেমদুনা শান্নখি। লীলা অসিনা ইং ১৮১৯দা মণিপুরদা থোকখিবা চহী তরেৎ খুন্তাকপা থৌদোক অদুবু নৌহৌননা মীয়ামদা নীংশিংহনখি, লোয়ননা নরসিংহগী কথোকপা, মরৈবাক নীংবগী চাউরবা ফিদম অমদি মথৌনা মরিংজেল অদুসু মশক তাকখি। মসিমক্লা সাহেবশিংনা লোই চল্লিবা মীয়ামদা থৌনাসু হাপখি। অসিদসু নত্তনা লীলা অসিনা মণিপুরী প্রজা মীয়ামদা অমদি লীলা ইবশিংদা অচৌবা ইনোৎ অমসু পীখি।

মণিপুরীগী অহানবা ওইনা ইবুঙোহলগী দ্রামা *নরসিংহ* শান্নখিবদগীদি বেঙ্গোলি থিয়েটর অমদি দ্রামানা লৌরম্বা থৌদাং অদু হন্থহনখি। সাহিত্যগী খূৎমাবা কয়াসু লমদম অসিগী ওইবা ৱারীদা য়ূম্ফম থোন্দুনা মৈতৈলোন্দা ইনবগী মায় ওনশিনবা হৌনরকখি। কুনশুবা চহীচাগী হৌগৎলকপদা, মণিপুরদা নৌনা চঙলক্লিবা আর্ট অসিবু অনৌবা ৱাখল, মীৎয়েং অমদি থৌনা হাপ্তুনা লমদমসিগী অকোয়বগী ফীভমগা চান্নন শাগৎতুনা লমসিগী মশাগী লন ওইনবা কন্না হোৎনরকখি।

মণিপুরগী মশাগী ওইনা ইরকপা লীলাদা শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুঙোহলনা *নরসিংহ* গী মতুংদা *ববুবাহন পোকপা* (১৯৩২) ইরকখি। মখা তারকপা ওইনা লমাবম কমলনা *দেবযানী* (১৯২৪), শ্রী সোরোখাইবম ললিতনা *সতি খোংনাং* (১৯৩০), *অরেপ্পা মরুপ* (১৯৩১), অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎনা *মোইরাং থোইবী* (১৯৩৫) *ভাগ্যচন্দ্র* (১৯৩৯), অশাংবম মীনকেতননা *সীতা বনবাস* (১৯৩৬), অমসুং হিজম অঙাংহলনা *পোক্তবী* অমসুং *ইবেম্মা* (১৯৩৯) অসিনচিংবা লীলাশিং পুথোরকখি। হায়রিবা শক্লাইরবা অইবশিংনা ইরক্লিবা লীলা কয়া অসি ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী তাঙলবা, মগুণ লৈরবা খুদোল ঙাক্তনি। হায়রিবা মতম মসিদা ওইখিবা সমাজগী ফীভম, পুন্সিগী ৱাখল্লোন, অইবশিং অসিনা থেংনরুবা সাহিত্যগী মওং অমদি পুন্সিগী শক্লোনশিং অসিনচিংবা কয়াগী মমি তারবা লীলাশিংনি। অইবশিং অসিনা নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিংগী মঙাল ফংলকপগা লোয়ননা মখোয়না বাংলা, সংস্কৃত অমদি নোংচুপলোমগী ড্রামাগী মতৌ খরা লৌরগা, মশাগী ওইবা লৌশিং শীজিন্নদুনা মণিপুরীগী ওইবা ড্রামাদা খুৎ থানরকপনি।

## শৈরেং :

কুনশুবা চহীচা অসিদা লাকখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা লময়ানবা ওইখিবা কবিশিংনা মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা অমদি ফাওরকপা ঈহুলশিং অদু শৈরেংগী ফোর্মদা অমুক ইরক্তুনা জাতি অসিগী অশেংবা মশক অমা উৎননবা হোৎনরকখি। মতমসিদা কবি কয়ানা ইনরকখিবা শৈরেং অয়াম্বদা মরৈবাক নুংশিবগী ৱাখল্লোন চেনবা সাহিত্যগী ফজরবা খুৎশেম য়াওই। অসুম্না মীখা পোন্না হিংনিংলক্তবগী, নীংতম্বা পাম্বগী, মজাতিবু নৌনা মশক খঙলকপগী শৈরেং কয়া ইরক্তুনা মরমদম অমদি মমালোন নুংশিবগী য়াকায়রোন শকপা হৌখি। মসিগী মতাংদা ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা অসুম্না হায়রি:

> খুৎমাবা কবি পুন্নমক অসিনা মমা লৈবাক মণিপুরগী মরমদা করিগুম্বা অমওংদা ওইরিবসু ইরমদবা তৌদে। মখোয়না মণিপুরগী ফজরবা

শক্লোন, মহৌশাগী দৃশ্য কয়া শৈথারম্মী। মখল মখা কয়াদগী মণিপুরবু য়েংদুনা মরৈবাক নীংবগী শক্লোন কয়া খুদোল তৌরম্মী।[৮]

কবি লমাবম কমলনা, মাগী *লৈ পরেং* (১৯৩১) হায়বা শৈরেংগী লাইরিক্তা য়াওরিবা মৈতৈ চনু, লৈশক খঙদবা লৈপাল, মৈতৈ কোকিল, কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা, থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য অসিনচিংবা শৈরেংশিং অসিদা মপূঙ ওইনা মরৈবাক মজাতি নুংশিবগী, মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহন্নিংবগী মরমদা শৈথাদুনা ইরি। অনৌবা ওইনা শেমগৎলকপদা ঙায়রিবা মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবগা লোয়ননা তরাম্না ওকপগী মশক অমা 'মৈতৈ চনু' কৌবা শৈরেংসিদা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লি :

মতম কুইনগী তুংদা,
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ-সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা;
য়েন্দাই থন্না লৈহাপ্লুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।[৯]

তরাম্না ওকপগা লোয়ননা নৌরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু য়োকখৎনিংবা অমসুং তুং কোইনা হিংহন্নিংবগী ৱাখল অমসু শৈরেং অসিদা উবা ফংই :

মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,
থারুসনু সমুদ্র ৱাংমদসু
শাৎলুসনু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা;
কবিগী ঙমলোইদ্‌গে 'লৈ পরেং'না তত্ত্ববদি।[১০]

কবিগী অতোপ্পা 'চন্দ্রনদি' কৌবা শৈরেংদা, মজাতিগী সংস্কৃতি নুংশিবা অমদি মসিবু খঙবীদবা য়াওরকপদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লুনা শৈথারি:

কনানো শকহেনবা মীগী তোর্বান্দা লেপ্লুনা,
ঈরুজগে থৌরাংলিবা, থৌরাংবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা?
ইরৈপাক্তসু তুরেল লৈ, ঈচেল কংগ্রে খল্লিবদু,

---

৮ টি. ঐচ. ইবোহনবী সিংহ (সম্পা:) *ৱাখল*, (মণিপুরী শৈরেংদা মবৈবাক নীংবগী ৱাখল-ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ) ডিসেম্বর ১৯৮৯- মার্চ ১৯৯০, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কৈশাম্পাৎ, ইম্ফাল, ৬৬/৬৭ শুবা মশীং, লা: ১৬।

৯ ডা. এল. কমল সিংহ, *লৈ পরেং*, ১৯৬৩, গোভর্মেন্ট লাইব্রেরী, ইম্ফাল, ৪শুবা খূৎনম, লা:১।

১০ *ইবিদ*. লা: ৩।

তৌদুনা য়েংসি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজদু;
লূরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংদুদা,
ঈংগনি পূক্লিং হকচাং, কয়া নুংঙাইগবা পূক্লিংদা।
লৈ-শু থাশি তোর্ব্বান্দা, য়ৈশি হিন্দেদা চেক্কী থাক,
ঙমজরনি ঈরুজবা অশোন অনা পুম্নমক !
পোক্লফম লমদম থাদোক্লুনা, হাপ্পুনা থৱাই খুবাক্তা,
লনতানবা চৎনৈ খুদোংথীরবা মফমদা।
ইরৈবাক্কী মনুংদসু মিংচৎ মমল য়াম্লবা,
ফুমদুনা লৈরি লৈনুংদা, তাম্লুসি শকহেনবা।[১১]

কবি কমলদা লৈরিবা মরৈবাক নুংশিবগী ৱাখল অসি মণিপুরী লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিবু রোমান্টিক অমসুং ফিদম্লিংঙাই ওইবা মীৎয়েংদগী নুংশিবগা লোয়ননা য়েংবনি।

কবি খ্বাইরাকপম চাউবসু মরমদম, মজাতিবু য়াম্না নুংশিজবা, মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু য়াম্না নুংশিজবা, মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎচনিংবা কবি অমনি হায়বসিসু মাগী *থাইনগী লৈরাং* (১৯৩২)দা য়াওরিবা মৈতৈ কবি, লোক্তাক মপান্দা অমদি মৈতৈ লৈবাক অসিনচিংবা শৈরেংশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী।

মণিপুর অমদি মণিপুরী সাহিত্যবু শকখঙবীরমদবা অদুবু কবি চাউবনা 'মীতৈ কবি' কৌবা মাগী শৈরেংদা থম্মোয় শোক্লা তেংথারি :

নারক্তা শাৎপা লৈরাংনা
নমবিনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম;
ঈয়ায়দা লোৎপা মনিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবগুম,
চীংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোঈনা পনঙাকপা
মণিপুর সনা লৈপাকনা

১১ *ইবিদ*, লা: ১০-১১।

অরেম্বদা ঙাল্লম্মি,
অরেম্বদা শাৎলম্মি
খঙবিনবা লৈতনা।[১২]

অদুবু কবিনা থাজবদি মাঙদ্রি, কবিগী ৱাখলদা মৈতৈলোন অমসুং মণিপুরী সাহিত্য অসি মতম অমদা মপূঙ মরৈ ফানা চাওখৎলকখিনি হায়না চেৎনা থাজরি :

লাঈররবী ইরোন্নি
খঙদবনা হায়বনি
মীতৈ কবি লাকখিনি।[১৩]

'লোক্তাক মপান্দা' হায়বা শৈরেং অসিদা লোক্তাক্কী ফজবা থাবগা লোয়ননা, ইজাতিগী মমল য়াম্লবা ঈপাক অমনি হায়বগী চাউথোকচবা, নুংঙাইজবা ৱাখল অমা ফোঙদোক্লি :

মৈতৈ ঈপাক্না, মাংদা ঙানব'দু
ইম্মিৎনা উজবা ফংজরে।
মৈতৈগী ঈপাক্লি মাংদা ঙাললিবা
ঐখোঈগী লোক-তাক হায়বসে।[১৪]

কবি হিজম অঙাংহলসু মাগী শৈরেং মৈতৈ রং, লমন, থাজবা, ৱাখল হায়বিবা শৈরেংশিং অসিদা মরৈবাক নুংশিবগী ৱাখল কয়া মযেক শেংনা ফোঙদোক্লি। মরুওইনা নীংতম্বা পাম্বগী ৱাখল্লোন উবা ফংই। কবিগী 'মীনাই লুহোংবা' হায়বা শৈরেংদা অসুম্না ফোঙদোক্লি :

পোন্দা তারবা উচেক্না পোনগী পোমিৎ থিবগুম।
ঈরাকনরবা জীবনা কংফানগী আশা তৌবগুম।
মপুগী লমন কোকননবা করি থৌরাংদবগে।
মপুগী লাংদা থুরগা ৱাখল করিগী মাঙবগে।।[১৫]

---

১২ খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, *থাইনগী লৈরাং*, ১৯৬৪, ইম্ফাল, মঙাশুবা ফোঙবা, লা: ৫।

১৩ *ইবিদ, লা: ৬*।

১৪ *ইবিদ, লা: ৪২*।

১৫ *মহাকবি হিজম অঙাংহল সিংহগী শৈরেং*, ১৯৯২, হিজম ওংবী স্নাজাওবী রাজকুমারী, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা, লা: ১৩।

কবি অসিগী 'লমন' কৌবা শৈরেং অসিদা মমা লৈবাক নুংশিবগী অশেংবা ৱাখলগী মমি তারি :

নুংশিবদগী নুংশিবা
পাম্মুবদগী পাম্মুবা
ইমা ! ইমা ! ইমাতনি।
ঐখোই লুনা তৌফমনি,
ইমা ইপা অনিতনি,
মহোয় লমন তোল্লিবনি॥
অহে অশিংগী মৱাদি
য়োকচবীনি অতৈ 'সিদি,
ঈগী মরিবু ইমানি।
ঈগী হৌফম ইরৈপাকনি,
অতৈ ইমা অরাইবনি,
পোক্লফম লমদম ইমানি॥[১৬]

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলম্বা অমসুং মরৈবাক নুংশিবগী য়াকায়রোন শকখিবশিংগী মনুংদা হিজম ইরাবতসু অচৌবা মফম কল্লিবা অশৈবা অমনি। ইরাবতকী *ঈমাগী পূজা* (১৯৮৭) হায়বসিদা য়াওরিবা শৈরেং ৪৯ অসিদা মীওইবগী নীংতম্বগী, বৃটিশকী লোইলম শাসনগী পেন্দবা, খোয়শাউনবগী, মীনাইগুম-হিংবগী নুংঙাইতবগী, মরৈবাক মজাতি নুংশিবগী, লৌমী-শিন্নীগী পুন্সিবু নুংশিবগী অমদি নুপীশিংদা থৌনা হাপ্পগী থিমদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইরম্মী। খূদম ওইনা, 'উচেকমক্তা ওইরম্মবসু' হায়বা শৈরেং অসিদা মমা লৈবাক, পোক্লফম লমদমবু নুংশিবগা লোয়ননা করম্বা ফীভমদা লৈরিগদগে হায়না তেংথারি:

অসিবগী লৈপাকুম কিনখ্রব?
নরক কুন্দগুম, তৃজুংনখ্রব?
সাম্রাজ্যবাদ ফ্যাসিস্তকী খূদুমদ
লৈখ্রব মাতৃভূমিদো মীনাইগুম্না ?[১৭]

---

১৬ *ইবিদ*, লা: ২১।

১৭ হিজম ইবাবত সিংহ, *ঈমাগী পূজা*, ১৯৮৭, ইরাবত লাইবিক ফোঙবা লুপ, ইম্ফাল, লা: ৫৫।

*তাম্নরবা মমা লৈবাকপু য়েংনিংবগী ইখৌলাংবসু শৈরেং অসিদা* উংলি:

(ঐনা) উচেকমক্তা ওইরম্মবসু
পাইদুনা য়েংলমগনি অমুক্তসু
ঐগী নুংশিরবা মাতৃভুমি
ঐগী নুংশিরবা দেশবাসী
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?[১৮]

'দিসেম্বর ১২' হায়বা শৈরেং অসিদা, নুপীদা থৌনা হাপ্পগা লোয়ননা, লৈবাক্কী অৱাববু ফোঙদোক্লি :

ঙসি অহিং লেল্লে
নুমীৎ অম চৎখ্রে;
সম্ পুনসীল্লু দেবী
ঈফা ফারিবদো।
দিসেম্বর '১২ অম হৌখ্রে,
দিসেম্বর '১২ অম লাকলে-কাউরব্র ?
থাজব্রা সম্ পূনগনি হায়ব ?[১৯]

মতৌ অসুম্না ২০শুবা চহীচাগী অঙনবা মতমদা শেমগৎলক্লিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যবু মপূঙ ফাহনবদা শৈরেংগী মচল অসিনসু চাউরবা থৌদাং লৌরি।

## ৱারেং :

মথক্কী সাহিত্যগী লম কয়াদা অইবা কয়ানা চঙশিল্লকপগুম ৱারেং সাহিত্যদসু চঙশিল্লকই। হায়রিবা চহীচা অসিদা থোক্লকখিবা, মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনখিবা লময়ানবা অইবশিংগী ৱাখল পুক্নীংদা মণিপুরীশিংগী মশাগী ওইবা সাহিত্য লৈতবগী নুংনাংবা অমসুং মহৈরোয়শিংনা তম্নবা লাইরিক লৈতবগী নুংঙাইতবা পোকখি। হায়রিবা

১৮ *ইবিদ্*, লা: ৫৬।

১৯ *ইবিদ্*, লা: ৪৯।

ঈথিল অসিদগী মমারোনবু নুংশিজবা লময়ানবা কয়ানা শিঙ্খা অমা ওইনা লাইরিক ইবা হৌনখিবনি। অসিগুম্বা অৱাৎপা কয়াশিং অসি মেনখৎনবা হোৎনবদা ইনরক্লিবা সাহিত্যগী মচলশিংগী মরক্তা 'ৱারেং' হায়বসিসু মরুওইবা মচল ওইনা পুথোরকখি। ৱারেং সাহিত্যগী খূৎমাবশিংগী মনুংদা খ্বাইরাকপম চাউবা মাঙজিল থাবা অইবা অমনি হায়বা য়াই। অইবা অসিগী ৱারেংগী লাইরিকশিং অদুদি— *ছাত্রমচা* (১৯২৩), *কান্নবা ৱা* (১৯২৪), *ৱাখল* (১৯২৫), *ফিদম* (১৯২৫), *ৱাখলগী ঈচেল* (১৯২৮) অসিনচিংবনি।

খ্বাইরাকপম চাউবগী *ছাত্রমচা* হায়বা লাইরিক অসি তশেংনমক ছাত্রদা অমদি নহারোল কয়াদা কান্নগদবা, পাউতাক্লা মপূঙ ওইনা য়াওরবা অমদি ছাত্র নহারোলশিংগী অফবা লমচৎ শাজৎ শেমগৎপদা মতেং ওইরবা লাইরিক্নি। অইবনসু তুংগী য়ৃশ্বীরেন ওইগদৌরিবা ছাত্রশিংবু অফবা মী অমা ওইনবা, অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবগী পান্দমশিংগী মখাদা থওইনা ইখিবনি হায়বসি লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংনা মশানা তাকচরে। খূদম ওইনা, *ছাত্রমচা* গী মনুংদা য়াওরিবা 'ছাত্র' হায়না মিংথোনবা ৱারেংদা মরুওইবা পাউতাক খরা অসুম্না থম্লি— (১) তৌগদবা থবক্তা মাইওনশিল্লু, (২) নিংবা কাইগনু হন্না হন্না হোৎনৌ (৩) মীগী মপাল তাংবা তমগনু, (৪) অফবা শঙ্গ তিল্লু, (৫) অহল লমন্না হায়বা ইল্লু, (৬) মতম মাঙহনগনু, (৭) নোল্লুকপা তম্মু, (৮) চাং নাইবা তম্মু অসিনচিংবনি।

মথক্কী ৱারেংশিং অসিদা তোঙান-তোঙান্না অমুক মচা খায়না অইবনা নৈনদুনা ইরম্মী। 'লমচৎ' হায়বা ৱারেং অসিদা অফবা, ফজবা লমচৎ হায়বসি মীওইবগী মমল নাইদ্রবা লন অমসুং লৈতেংনি হায়বদু তাকপগা লোয়ননা মী অমগী পুন্সিদা লমচৎ ফজবা হায়বসি কয়া য়াম্না মরু ওইবগে হায়বদুসু উৎলি।

ৱারেং ২১ য়াওবা *কান্নবা ৱা* হায়বা লাইরিক অসিসু অফবা পাউজেল কয়া পীনবা হোৎনরিবা লাইরিক্নি। মসিসু ৱারেং সাহিত্যগী পুক্কে চোলহন্নবা ইরম্বা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদসু অইবনা মশাগী ওইবা ৱাখল কয়া ফোঙদোকলম্মী। ফোঙদোকলল্লিবা কয়া অদুগী মতাংদা ডা. কে. মাধুরী দেবীনা অসুম্না অমুক হায়রি :

> লাইরিক অসিমক্তি মতমদুগী নৌনা মহে মশিং তমখৎলক্লিবা- মরু ওইনা সাহিত্যবু শকখঙনবা হোৎনরক্লিবা নহারোলশিংগী তম্নবা ৱারেং লাইরিক্কী মশিং ৱাৎনা লৈবা উরুবদগী লাইরিক অসি

> পুথোরকখিবনি। মসিগী চপ চাবা খুদমসু লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তগী খঙবা ঙম্মী।[২০]

লাইরিক অসিগী পান্দম অমসুং পাউজেল অসিসু মীওইবগী মপুঙ ফাবা লমচৎ অমা শেমগৎনবা হোৎনবনি। ছাত্রশিংনা ৱারেংদুবু পারগা মতৌ তম্লিংনবা হায়বদি অফবা ৱাখল খন্নবা, অচুম্বা ঙাঙনবা, হোৎনবা কন্নবা, ধর্ম্ম অমসুং মীনুংশি লৈনবা, অমদি নোল্লুক্লা চৎনিংবগী অপাম্বা পোক্লবগীদমক অইবনা ফিদম্লিংঙাই ওইবা মীশকশিংগী লমচৎপু থিম ওইনা লৌখৎতুনা ইরম্মী খুদম ওইনা, জর্জ ৱাশিংটন, নোল্লুকপা সার আইজাক নিউটন, বেঞ্জামিন ফ্লাঙ্কলিন, লব কুশ, ভীষ্মগী ৱাশক, ভরতনা ময়াম্বা নিংবা, আরব অমসুং মহম্মদ অসিনচিংবনি। অসিদসু নত্তনা লাইরিক অসিমক্তদা খঙজিনবদা কান্নবা মহৌশাগী পোৎশকশিংবুসু বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা শীংথাদুনা ইরি মদুদি, নুমিৎ, লৈচিল অমসুং নোং হায়রিবা ৱারেংশিং মসিনচিংবনি।

*ফিদম* হায়বা অসিদি ৱারেং ঙাক্তগী ওইবা লাইরিক্নি। মসিদা পূন্না ৱারেং ২২ য়াওই। হান্না ফোঙখিবা ৱারেংশিংদগী *ফিদম* দা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসিনা খরা চঙখোনবা ৱাখলগী মশক অমা শেংনা উবা হেল্লি। হায়রিবা ৱারেংগী লাইরিক অসিনা সাহিত্যগী মশক তাকপগা লোয়ননা অনৌবা মহাও অমা পীনবা হোৎনৈ। অদুগা পৃথিবীগী ফাওরবা সাহিত্যকারশিংগী মশকসু খঙহন্নবা হোৎনরি। *ফিদম* দা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি তোঙান-তোঙানবা হীরম হায়বদি লমদমসিদগী হেন্দোক্তুনা পৃথিবীগী ওইবা হীরম কয়াসু লৌশিন্দুনা ইরম্মী। মসিমক নিবন্ধকারগী অনিংবা অমগী মখাদা ইরম্বনি হায়বসি লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তগী খঙবা ঙম্মী মদুদি :

> হিরম অমতগী মরমদা ইবা লাইরিকপুদি হিরম পুম্নমক শুনা য়াওবা লাইরিকনা ঐখোইগী অঙাংশিংগীদি হেন্না কান্নফম থোকই হাইনা নিংজে। মরমদি চাউখৎলবা লোল অতৈ অতৈগুমনা, তোঙান তোঙানবা হিরমদা ইবা মৈতৈ লাইরিক কয়া থোরক্লি। মৈতৈগী লৈরম্বা ঙাক্তা তম্বনসু মতমগী

২০ ডা. কে. মাধুরী দেবী, *চাউবা অমসুং মহাক্কী ৱারেং সাহিত্য*, ১৯৯৫, ডা. এন. নিল সিংহ, ইম্ফাল, লা: ৮৯।

মতিক চাবা লৌশিং পোকপা ঙম্মোইগবরা হাঙ্গনা খঞ্জদুনা মৈতৈগী মমাংঙৈগী লৈরম্বা হিরম ফোঙদোকনবা লাকনবগুম মীরৈবাককী হিরমগী ৱাসু মফম চানা হাপচিঞ্জরি।[২১]

অসুম্না অইবগী অনিংবা অপাম্বগী মতুংইন্না হায়বদি ছাত্রশিংদা কান্নবা অমদি মতীক চাবা লৌশিং পীবা য়াবা হীরমশিং য়েংদুনা ইরম্বনি মদুদি, ৱাখলগী ওইবা, মহৌশাগী ওইবা অমদি মী শক্লাইরবা মীশকশিংনা মপুঙ ওইবা হীরমনচিংবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংদগী খুদম ওইনা খরা পল্লবদা— মীওইবা, নুংঙাইবা, থৌজাল, শিদবদি মিংচত্তনি, থোইবা অমসুং মশাগী ইকাইখুম্নবা, অতনবা অমসুং মপুগী শিঞ্জং, মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা, ভাগ্যচন্দ্র, হজরত মহম্মদ, পুকচেল চাওবা অলফ্রেড, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য, ভরত, খম্বা অমসুং নোংবানগী পাউতাক অমদি খাগীগী লানফম অসিনচিংবনি।

অইবনা মরুওইনা পীনিংলিবা পাউজেলদি, ৱারেংশিং অসিদা উৎলিবা মহাপুরুষ কয়াগী অফবা লমচৎ, পাউতাক কয়াদু লৌদুনা ছাত্র নহারোলশিংনা মতম চারিঙৈ অফবা মী অমমম ওইননবা হোৎনগদবনি হায়বসিনি। মরম অদুনা ফিদম্নিংঙাই ওইবা মীশক কয়াগী মশকসি উত্তুনা ৱারেংগী লাইরিক *ফিদম* অসি ইরম্বনি হায়না লৌবা য়াই।

শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবগী খ্বাইদগী কোন্না ফোঙবা ৱাবেংগী লাইরিক *ৱাখলগী ঈচেল* হায়বসি অইবগী অতৈ লাইরিকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী থাক ৱাংলবা ৱারেংশিংগী অপুনবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদা পুন্না ৱারেং ১১ য়াওই। হায়রিবা ৱারেং ১১ অসিনা হান্না ফোঙখিবা ৱারেংশিংদগী ফজবা অমদি সাহিত্যগী ওইবা গুণ কয়া থাক ৱাংনা চেনবা হেল্লি। মসিগী খুদমদি, অইবা মশামক্লা লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইরম্মী :

> লাইরিক অসি ঐহাক্লা লেংজখিবা ৱাখল, ফিদমনচিংবা লাইরিক্তগী খরদং হেননা লুবা লাইরিকনি। মসিদা মৈতৈগী লৈজরম্বা ভাব লোন্নচিংবা অদু খরদং ফোংদোকপা য়ানবা লাকনজরি। বঙ্গদেশগী মিং চৎলবা লাইরিক লেংবা কালীপ্রসন্নঘোষগী নিভৃত চিন্তানা কলেজগী পাঠ্য ওইনবা উবা অদুদা মাগী ফিভম অদু লাক্তুনা, কান্নগদবা মফমদা

---

২১ শ্রী খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, *ফিদম*, ১৯২৬, ইম্ফাল, অহানবা খুৎনম, ৱাহৌদোক।

> মদুদগী ভাব ফাওবা লৌদুনা, করিগুম্বা তুংদা ঐখোয়গী লৈপাক্তসু মকান্নরবা খংদে হায়না খনবদগী মসি হোৎনজবা হৌখি। অদুগা লাইহরিক অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি থাইনগী মৈতে উঝাসিংগী ৱাখল চাওবা উৎপগী শরুক্তনি হায়বদা থোইনা চিংনফম লৈতে।[২২]

লাইহরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংগী হীরমদি মীওইবগী পূক্নীং ৱাখল, লমচৎ, লাইবক, তৌগদবা থৌদাং, লোন অমসুং সাহিত্যগী ওইবা ঙাক্তনি। মীওইবগী পুন্সিগা য়াম্না নকুবা মরী অমগা কোন্ননা ইবা হীরমশিংনি। *ৱাখলগী ঈচেল* দা য়াওরিবা ৱারেংশিংগী মনুংদা লোন অমসুং সাহিত্যগী ওইবা হীরমদা যূম্ফম ওইদুনা ইবা ৱারেংদি, মৈতৈলোন অমসুং কবি অনীসিনি। 'মৈতৈলোন' হায়বা ৱারেংদা লোনসিগী ফজবা মশক, মতিক মগুণ কয়া থাবগা লোয়ননা, মৈতৈলোনসি অতৈ চাওখৎপা লোনশিংদগী তাদবা, চাওখৎপা লোন অমনি হায়বা তাক্লি। 'কবি' হায়বা ৱারেং অসিদনা কবি অমগী থোইদোকপা গুণ তাক্তুনা কবিদি ইচম চম্বা মী নত্তে, প্রতিভাগী অমদি হোৎনবগী মতীক চাবা গুণ চেল্লবা তোপ-তোপ্পা মীশক অমনি হায়বদু উৎপগা লোয়ননা অইবগী থম্মোয়না কবিগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থমলি।

পূক্নীং ৱাখলগী ওইবা হীরমদা ইবা ৱারেংশিংসু লাইহরিক অসিদা যাওরি মদুদি, শিবা কিবা, মিনুংশি, মীনা করি হায়খিগদগে অমসুং ঈশ্বর ভক্তি হায়বশিং অসিনি। হায়রিবা ৱারেংশিং অসিদা মীওইবগী ৱাখল অমদি থম্মোয়দা মফম মতমগী মতুংইন্না ফাওরকপা ঈহুলশিংসু তাকপগা লোয়ননা মীওইবা হায়বসিদি তোল্ল-তারবশিংদা মীনুংশি লৈগদবনি, কবিগুম্বা থবক অমা তৌরমদাইদা মীনা করি হায়খিগদগে খনগদবনি অদুবু অফবা চাওখৎপা থবক তৌগে খল্লকপা মীকুপ্তদি মীনা করি হায়খিগনি হায়বগী চিংনবসু ফত্তে হায়বা তাকলি। জীবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা ওইরিবা মীওইবা খূদিংমক্না ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি লৈগদবনি হায়বনচিংবা অফবা গুণ, ফজবা লমচৎনচিংবা চৎহন্নিংবগী অপাম্বা উৎলি। মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱাকায়বা, লাইবক অমসুং থবক, শিনফম ওন্নবা, হায়রিবা ৱারেং অহুম অসিদি, পাউতাক্লা মপূঙ ওইবা হীরমদা যূম্ফম ওইরি। হায়রিবা ৱারেংশিং

---

২২ খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, *ৱাখলগী ঈচেল*, ১৯৮২, কুমারী কে. ঐইচ. সোরোজিনি দেবী, উরিপোক, ইম্ফাল, অহুমশুবা ফোঙবা, ৱাহৌদোক।

অসিদা, মীওইবগী তৌফম থোকপা মথৌ নীংথিনা পাঙথোক্কদবনি, অতনবদগী অমাঙবা ওইরকই, অমদি লাইবক্তগী থবক্লা হেন্না মরু ওই হায়বদু তাকলি। লোয়নন মীওইবনা মশাগী অপান্বা অমসুং চানগদবা লম্বী য়েংদুনা থবক তৌগদবনি নত্রবদি শিনফমদুগা তায়োন্নদুনা পুন্সিদু অরেম্বদা মাঙবা য়াই হায়না ময়ামদা পাউতাক পীরি।

মতৌ অসুম্না ২০শুবা চহীচাদা চঙলক্লিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা ৱারেংগী লাইরিক কয়ামরুম ইবিরমদুনা খ্বাইরাকপম চাউবনা মণিপুরী ৱারেংগী পুক্কে চোলহনবিরম্মী। হায়রিবা অইবা অসিদা নত্তনা ৱারেংদা খূৎ থাবিরম্বা লময়ানবা কয়াসু লৈরি। মদুদি পুখ্রম্বম পারিজাৎকী *মৈতৈ ৱারেং অনৌবা, মৈতৈ সাহিত্য,* অয়াম কমলগী *শিনফম* অসিনচিংবনি। ৱারেংগী লাইরিকশিং অসিদসু নত্তনা মতম অসিগী তোঙান-তোঙানবা চেফোঙ কয়াদা অচোইবা ৱারেং কয়াসু ফোঙলকখি। হায়রিবশিং অসিগী মনুংদা, হিজম ইরাবতকী 'নুপীনা লাইরিক তম্বা' (য়াকাইরোল, জুলাই, ১৯৩২); 'লোকমান্য তিলক' (ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা ওক্টোবর, ১৯৩৩); 'মন্দলেগী খোঙফম' (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা, ১৯৩৭); 'হৌজিক তৌগদবা করিনো?' (য়াকাইরোল, ১৯৩২, ২শুবা চহী, মে-জুনদা ফোঙখিবা) অসিনচিংবা পনবা য়াই।

## ৱারীমচা :

চৎলিবা চহীচা অসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা চঙলকখিবা মথক্তা পঞ্জরিবা সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মচলশিং অসিগা লোয়নন মণিপুরী ৱারীমচাসু পোক্লকখি। মসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কয়াগী চাউরবা মফম অমা লৈখি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্তমসি ওইরকপদা মরুওইবা মচল অমা ওইনা চহীচা অসিগী অঙনবা তাঙ্কক্তগী মথং মথং চঙলকখিবা সাহিত্যগী মখল মখা কয়াগী মরক্তা 'ৱারীমচা' গী মশক উরকপসিদা থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা মতম অমনি হায়না লৌনৈ। ৱারীমচা হায়বসিনা অতৈ মচলশিংদগী খরা থেংলপ্লা মণিপুরী সাহিত্যদা পোক্লকখিবগী মতাংদা ৱাফম কয়া থেংনৈ। মসিগী মরমদা খরদং লৌখৎচরি :

> ইংরাজী, বাঙ্গলা অমদি অসামিয়া সাহিত্যগী ৱারীমচাশিং পারুবদগী ৱারীমচাগী মশক খঙলক্লগা লমদম অসিগী লৈহাও অমদি ঈশিং-

> নুংশিত্তগী ফংলকপা মচাক্লা অঙনবা মতমগী মণিপুরী ৱারীমচাশিং পোকহনখিবনি।[২৩]

হায়রিবা সাহিত্যগী অনৌবা খূৎইং অসিগী অহানবা মশক উরকপসি, মতম অসিদা ফোঙনখিবা তোঙান-তোঙানবা চেফোঙ কয়াদগীনি। ৱাফম অসিগী মতাংদা ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা অসুম্না পল্লি :

> পৃথিবীগী অতৈ সাহিত্যশিংনা তৌবগুম্না মণিপুরী ৱারীমচানা অহানবা মশক উৎলকপা অসি চেফোঙ, প্রতিকানচিংবা কয়ানা মপান ফগৎলকপগা য়াম্না মরী লৈনৈ।[২৪]

ৱাফম অসিদগী মণিপুরদা ৱারীমচা পোক্লকপগা সাহিত্যগী চেফোঙ কয়া উরকপগা মতম অমত্তনি হায়বসি অচুম্বা অমনি। মীৎয়েং অসিদগী অহানবা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী মশক অমা লাকশিন্দুনা ফোঙলকখিবা মীশক্তি অহানবদা তাঙখুল ফুরুপকী ওইনা অহানবা বি.এ. ওইরিবা মেজর খুথিং নৎত্রগা রালেঙ খুথিং নৎত্রগা বোব খুথিং হায়নসু খঙনবা অইবা শ্রী খুথিং তাংখুল (১৯১২-১৯৯০) নি। মহাক্না ইবা 'ইমা ৱা তান্নবা' হায়বা ৱারীমচা অসি 'য়াকাইরোল' কৌবা থাগী চেফোঙগী অনীশুবা চহী, অহানবা মশীং, ওক্টোবর ১৯৩১ লা: ১২দগী ১৪ ফাওবদা ফোঙখি। চেফোঙ অসিগী সম্পাদক্না ডা. নিংথৌজম লৈরেন সিংহ(?) নি। হায়রিবা শ্রীখুথিং তাংখুলগী 'ইমা ৱা তান্নবা' হায়বসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হানবা ৱারীমচানি হায়না লৌনরি। ৱারীমচা অসিদা অইবনা লৌখৎলল্লিবা অমদি উৎলিবা মফোঙদোকসিদা ৱারীমচা অমগী মশক্লি হায়না লৌবা য়াবা গুণ খরা উবা ফংলি। মসিদা অইবনা প্লোট মতেক অমা শাগৎপগা লোয়ননা চরিত্রশিংসু য়েকপা থেংনৈ। ৱারীমচা অসিগী শম্লপ্পা ৱারীদি— উখ্রুলগী অৱাং নোংপোকলোমদা লৈরিবা তাংখুলগী 'লোংরু' হায়বা কুম্মে নুমিৎ অমদা শ্রীথংমৈ কপিংপা কৌবা নুপা অমনা ময়াম্না হরাও কুম্মেসিদা লৃপ্তুনা নুংঙাইনা লাংনরিবা অদু য়াওদনা তোঙাম্না মাইথোং মকশিন্না ফমদুনা লৈরিঙৈদা মাগী

---

২৩ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, ডা. থোকচোম ইবোহনবী সিংহ (সম্পা:) *মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, ২০০১, (অঙনবা মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা- ডা. আই.এস. কাঙজম) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, লা: ২২১।

২৪ *সাহিত্য নৈনরোল*, ১৯৯৭ (মণিপুরী ৱারীমচা- ডা. এন. তোম্বী সিংহ) সাহিত্য সেবা সমিটি ককচিং, অমুক হন্না য়েংশিল্লবা অমসুং হাপচিল্লবা খৃৎনম, লা: ২৬৯।

মরূপ শ্রী মংম লুইখামপানা করিগী ৱাখল নুংঙাইতনা ফমলিবনো হংলকপদা মরমশিংদু হায়দুনা মখোয় অনী ৱারী ৱাতাই শান্নবগী মওংসিনা ৱারীসি হৌরকই। থংমৈনা মীরৈবাক্তা মহে তম্বা চংলুবদা থেংনরকপা মতৌশিংদু উরুরগা ইমা লৈবাক মণিপুরসি হরাও কুম্মৈদা তাউদুনা চাওখৎপা ঙমদ্রবা ফীভমদা লৈরে হায়না ৱাজবদু ফোঙদোক্লম্মী। অমদি ইমা লৈবাক্কী সেবা ঙম্নবা লম্বী য়েংলসি হায়না পাউখুম পীরকপদা লুইখামপাদি থংমৈগী ৱাদু লৌশিনবা ঙমখিদে। মমৈথংদা থংমৈনা পোক্লফম লমদমগা অপোকপী ইমাগা অনীগী মরীদু শন্দোক্লা তাক্তুনা খঙহনখি লোয়ননা মমা লৈবাক্কী য়াইফনবা অমদি সেবা ঙম্নবা লম্বী য়েংলসি হায়না ৱা তান্নদুনা মরূপ অনীসিনা ৱারেপ অমা লৌমিন্নখিবা অসিনা ৱারীসিগী পোলোই ওইহল্লি।

ৱারীমচাসিগী প্লোটসি দাইলোগকী মতেংনা শাগৎলকই অমদি চীংগা তমগা অনীগী নুংশিনবা অনকপা মরী অমা উৎপগা লোয়ননা মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন ঈহুল উৎলি। মরৈবাকপু নুংশিজবা চরিত্র য়েকপগা লোয়ননা ফোঙদোক্লিংলিবা ৱাফমদু খজিক্তদা মপুঙ ফানা হায়বা ঙম্বগী ৱারীমচাগী মরমচৎ অদু উবা ফংই।

মসিগী মথংদা শ্রীসর্ব্বজিৎ সিংহ বি.এ (?) না 'য়ুমপানবা' হায়বা ৱারীমচা অমসু চেফোঙ. অসিমক্কী অনাশুবা চহী, নিপালশুবা মশীং, মে, ১৯৩২; লা: ৪২০ দগী ৪২৪ ফাওবদা ফোঙলকখি। শ্রীসর্ব্বজিৎ সিংহগী 'য়ুম পানবা' হায়বসিনা শ্রীখুথিং তাংখুলগী 'ইমা ৱা তান্নবা' ৱারীমচাসি থেংনদ্রিঙৈ মমাঙদদি মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা ৱারীমচানি হায়না লৌনরম্মী।

ৱারীমচা অসিগী অশম্বা ৱারীদি, লৈরেন বাবু কৌবা নুপা অমনা ইরাই নুমিৎ অমদা ওফিস কাদবমখৈ মহাক্কী নুপী শ্যামাসখিদা খরচ চাউনা তৌই হায়না ঙাঙলুবদগী শ্যামাসখিনা শাউখিবা মতাংসিনা ৱারীসিগী অহৌবনি। লৈরেন্না মচানুপী লুহোংনবগী শেল তুংশিনবগী ৱা হৌদোরকপদা শ্যামাসখি শাউরম্বদু খরা নেমথরকখি। নুপীনা পুরম্বা ইমুংগী কুপনোম অমদি খরচ চলাইবগী থবকসু লৈরেন্না অমুক পুরগা য়েংগে হায়দুনা মথংগী নুমিত্তগী মহাক কৈথেল কাবা হৌই। কৈথেল হল্লকপদা অঙাংশিংনা চাক লাম্বগী কপ্পুনা লৈরম্মী, অঙাং অমনা মখুৎ থাংনা শোকপগী কপ্লম্মী। লৈরেন্না খুদক্তা গাড়ী অমা কৌদুনা ডাক্তরগী য়ূম চৎপদা, ডাক্তর থেংনদবদগী, মাইল অমা থাপ্পা হিদাকশঙদা চত্তুনা অশোকপদু য়েংহল্লুরগা হল্লকপদা অয়ূক্কী পুং ১০

তাখি। ওফিস চৎপগী মতম ওইরক্লবদা পুত্রিদা চুপ লূপ্তুনা চাক থোংই আলু ইরোনবগা চাবদু হাউমন্দ্রদুনা কপনিংলম্মী। লৈরেন মশানা য়ুমগী থবক পূন্নমক পুবদা অব্বাবা কয়া থেংনবদগী ভাব তারকই, নুপীনা য়ুম পানবদা চাউরবা থৌদাং লৈ হায়বসি লৈরেন খঙলকই। ব্বারীমচাসিদা অইবনা উৎনিংলিবা মরুওইবা ব্বাফমদু লৈরেনগী ব্বাহৈদা অসুম্না ফোঙদোকহল্লি:

> শ্যামা কনাসু লান্দে। ঐখোই নিপা অসি নুপী য়াওদনা য়ুম পানবা ঙমদে। অসিনা ইপা ইমানা চাওরগ লুহোংবি। য়ুম অসি নুপী নত্তনা কনাসু মপুং ফাহনবা ঙমদে, ঙসিদগী খংলে গৃহিনী লৈত্রবদি ঐখোই নিপা অসি কয়া ব্বাগনি।[২৫]

ব্বারীমচা অসিদা মখোয় অনীগী দাইলোগনা ব্বারীগী প্লোট অমদি কনফ্লিক্ট শাগৎলি। লৈরেন অমদি শ্যামাসখি অনীগী চরিত্র অসিদা রিএলিটিগী ওইবা মচৎ য়াওরি অমসুং অইবনা পাউজেল অমসু পীরি।

অহুমশুবা ওইনা, ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা, শ্রীযুক্ত অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ (সম্পা:) অহানবা চহী, নবেম্বর ১, ১৯৩৩, লা: ৯৭ তগী ১০১ ফাওবদা ডা. লমাবম কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' হায়বা ব্বারীমচা অসিসু ফোঙখি। হায়রিবা ব্বারীমচাসি মতমদুগী সমাজগী মমি তাবা ব্বারীনি। মরুওইনা লুহোংবদা অহল -লমনগী অপাম্বগী মখা পোন্না চৎপগী চৎনবী, মশা মশাগী অনীংবনা তুংওইনহৌবা অসিনচিংবা থৌদোক কয়াদা নুংঙাইনদবগী মশক অদু উবা ফংই। ব্বারী অসিদা ব্রজেন্দ্র কৌবা চরিত্র অসিনা কলিকতা মেডিকেল কলেজদগী এম.বি. পরিক্ষা পাস তৌরগা হেক থোক্লকপগা অহলশিংনা হায়ন-শীংনদুনা মালতি কৌবী নুপী অমগা লুহোংবিখি। ব্রজেন্দ্রনা নুপীদুবু হন্না য়েংখিদে। অদুবু নুপী অসিনদি মপুরোইবনা থওইদবগী অমদি লৈকাইনা ঙাঙনরিবা কয়াবু খাঙদুনা লৈ, ধর্ম্মসু কায়দনা চৎলি। নোংমা বাশক য়েংফমদা ব্রজেন্দ্রনা মালতি উরুবদগী ব্বাখল অমা পোক্লক্তুনা, মীরায়বীরুববা মহাক্কী নুপীবু মরাল লৈতে ঙাকপীরগে খন্দুনা হন্নকপদা ঙসাই উরকপা নুপী অদু মালতি ওইরম্বদগী ইকায় নুংশি য়ান্ননা নুংঙাইবসু পোকখি। মতম কুইনা মালতিনা মপুরোইবগী চানবী মীৎয়েং ঙায়জরক্লবা মতুংদা মহে ফংখিবসিনা ব্বারীসিগী অরোইবা ওইহল্লি।

---

২৫ নিংথৌজম লৈরেন সিংহ (সম্পা:) *য়াকাইরোল*, মে ১৯৩২, অনীশুবা চহী, ৮শুবা মশীং লা: ৪২৩-৪২৪।

ৱারীমচা অসি ট্রেদিশনেল ওই। মসিগী মমাংদা ফোঙখ্রবা ৱারীমচা অনী অদুদগী ডা. কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' হায়বা ৱারীমচা অসিনা মপুঙ ফাবা হেল্লি অমদি ৱারীমচাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা গুণ চেল্লি।

মসিগী মতুংদসু 'ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা' হায়বা থাগী চেফোঙ অসিমক্কী তোঙান- তোঙানবা চহী অমদি মশীংদা অইবা কয়ানা ৱারীমচা কয়া ইদুনা মথং মথং ওইনা ফোঙলকখি। অসুম্না চেফোঙ অসিদা মখা তানা ফোঙলকখিবা ৱারীমচশিং অদুদি গৌহাটিগী কটন কলেজদা তম্বা ছাত্র (মশক মমিং খঙনদ্রবা অদুবু আর. কে শীতলজিৎনি হায়না থাজনবা) অমনা ইবা 'প্রভা', (ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাগী অহানবা চহী, ৪ থ খণ্ড দিসেম্বর ১, ১৯৩৩, লা: ১৪৮-১৫০) দা; সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (১৯০২-১৯৮৬) গী 'লমন' (ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাগী অহানবা চহী, ৬ ঠ খণ্ড, ফেব্রুৱারী ১, ১৯৩৪ লা: ২২২/২২৫) দা; শ্রীযুক্ত বী. সিংহ (অশেংবা মিং খঙনদ্রবা শ্রী মৈত্রম বীর ওইরমগদ্রা থাজনরিবা অইবা) গী 'নুংশি লমন' (সম্পাদক- শ্রী গোকুলচন্দ্র সিংহ, ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাগী ৪শুবা চহী, ২ য় খণ্ড, ওক্টোবর ১, ১৯৩৬, লা: ১৫৪২-১৫৪৬) দা; শ্রীযুক্ত অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ (১৯১৩-১৯৯২) গী 'হেম প্রভা' (সম্পাদক- শ্রীগোকুলচন্দ্র সিংহ অমসুং সহাকারী সম্পাদক- শ্রীঅতোম পীশক সিংহ, ৱাংখে লৈকাই, ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাগী ৪শুবা চহী ৮ ম খণ্ড, এপ্রিল ১, ১৯৩৭, লা: ১৭৯০-১৭৯২) দা; শ্রীকৈশাম কুঞ্জবীহারি সিংহ (?) গী 'থোগ' (ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাগী ৪শুবা চহী ৮ ম খণ্ড, এপ্রিল ১, ১৯৩৭, লা: ২২২৭-২২৩১) দা; শ্রী তেলেম আবীর সিংহ (?) গী 'ফাঁসিগী হুকুম' হায়বসিনা (সম্পাদক শ্রীগোকুলচন্দ্র সিংহ অমসুং রাজ কুমার শ্রী শীতলজিৎ সিংহ বি.এ. ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাগী ৫ ম বর্ষ, ৯ ম খণ্ড মে ১, ১৯৩৮, লা: ২২৫২-২২৫৫) দা; তরাশুবদা পী ঐচ. বাসুদেব শর্ম্মা (?) গী 'সুরেন্দ্র' (ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা, ছাত্রশিংগী ওইবা লামায় *ছাত্র মহল*, ১২ শ খণ্ড, আগষ্ট ১, ১৯৩৮ লা: ২৩১৯-২৩২২) দা ফোঙখি। মথংদা শ্রী কে. গৌরকিশোর সিংহ (?) গী 'থোপা-থোপী' সু (ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা, ১২ শ খণ্ড, আগষ্ট ১, ১৯৩৮ লা: ২৩২২-২৩২৩) দা ফোঙখি। শ্রীপুখ্রম্বম তোমচৌ সিংহ এম এ (?) গী ৱারীমচা 'পুন্যবতি' হায়বসিনা থোকচোম মধুসিংহ, বিএ না সম্পাদন তৌবা

'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা' অসিগী অহানবা চহীগী, অহানবা মশীং, নভেম্বর ১৯৩৯ লা: ২৬-৩১ দা ফোঙলকখি। শ্রীনীলমনি সিংহ (?) গী 'তাইবঙ মপা মীহাৎপা' হায়বা ৱারীমচা অমসু কলকত্তাদা ফোঙবা থা ৬কী চেফোঙ 'নহারোল' (সম্পাদক - শ্রীলাইশ্রম গোপাল সিংহ, অহানবা চহী, য়াউশং মশীং ১বা, মশীং, ১৯৪১ লা. ১৫-১৬) হায়বসিদা ফোঙখি। হায়রিবা নহারোল চেফোঙ অসিমক্তদা ৱারীমচা অনী অমসু ফোঙলকখি মদুদি, কুঞ্জবিহারি সিংহ (?) গী 'নিংঙমহৌদবা' (সম্পাদক- খুরাইজম বুদ্ধ সিংহ, কোংবা বাজার, নহারোল চেফোঙ, ১বা চহী পুজা মশীং, ২শুবা মশীং ১৯৪১, লা: ৭-৮) দা অমদি শ্রী শীতলজিৎ সিংহগী 'লুহোংবা নুমিত্তা' (ইবা, ১৮/৬/১৯৪১) অসিনা চেফোঙ অসিমক্কী, লা.১০-১২দা ফোঙখিবা অসিনি।

মথক্তা পীরিবা মণিপুরী চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রবা ৱারীমচাশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী ৱারীমচাগী হৌগৎলক্লিবা শক্তমনি। অসুম্না অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ফোঙখিবা চেফোঙশিংদা উৎথোরক্তুনা ইং ১৯৩০গী মতমদগী মণিপুরী ৱারীমচা পোক্লক্তুনা অনৌবা য়াওল অমা লাকখিবনি। হায়রিবা অনৌবা য়াওল অসিনা মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙহৌনি হায়বা য়াই।

মতৌ অসুম্না চেফোঙ কয়াদা ৱারীমচাগী মশক মগুণ চেনবা ৱারীমচানি হায়না লৌনবা কয়া ফোঙনবা হৌরকপদগী মথং মথং অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা ৱারীমচা হায়বা অনৌবা কলা অসি পোক্লকখি। অসুম্না পোক্লকপা ৱারীমচাগী মশক অসি রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহগী খুত্তা য়ৌরকপা মতমদদি ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা মশক থোক্লা উবা ফংলে, মদুদি, খৃ: ১৯৪৬ কী জুলাই ৮দা *লৈকোন্‌নুংদা* অমসুং চহী অসিমক্কী আগষ্ট ৮দা *লৈনুংশি* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অনী ফোঙলকপা অসিনি। *লৈকোন্‌নুংদা* হায়বসিদা যুবতী, নক্লবদগী, পেন্নবা, মপুরোইবা অমসুং লাইরিক লেংবা হায়বা ৱারীমচা মঙাসি য়াওই। *লৈনুংশি* হায়বসিনা, লমন, ইন্থোকপা, থব্রায়গী মপু অমসুং কমলা-কমলা হায়বা ৱারীমচা মরি অসিনা পূনশিনবা ৱারীমচাগী লাইরিক্লি। *লৈকোন্‌নুংদা* হায়রিবা লাইরিক অসিগী কৈফিয়ৎতা অইবনা ইরম্মী :

ঐখোয়গী ইরোন্দা ঙসি ফাওবা ৱারি-মচাগী লাইরিক অমফাওবা ফোংদ্রি। পত্রিকানচিংবদা অম-অনিখক মরক মরক্তা মূন-মূনা মোংবদি ময়াওই।[২৬]

ৱাফম অসিনা শীতলজিৎ সিংহবু অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক মপূঙ ফানা ইদুনা পুথোরকপা অমনি অইবনি হায়বসি তাকই। মরম অসিদগী অইবা অসিবু মণিপুরী ৱারীমচাগী অপোকপা হায়রগা খঙনৈ। অসুম্না অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা হায়বা খূৎই অসি পোল্লকখিবনি হায়না লৌনৈ।

২৬ শীতলজিৎ সিংহ, *লৈকোন্নুংদা*, ১৯৮৩, অইবা মশা, কৈশামথোং, ইম্ফাল, ২শুবা ফোঙবা, কৈফিযৎ।

*অনীশুবা পন্দুপ*

# মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী ঈহৌ

মালেম পুম্বগী ওইনা সাহিত্যগী পুক্কেদা থোকলক্লিবা অনৌ-অনৌবা সাহিত্যগী মচলশিং অসি মীওইবগী অনৌবা পাম্বা কলাগী খুৎশেম কয়াদগীনি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুম্বা অনৌবা পাম্বা কলাগী খুৎশেম অসিদগী মথং মথং লৈরমদবা কয়া লৈরকই। মপান নাইদ্রবা মীওইবগী ৱাখলগী ঙমখৈদগী মীওইবা মশানা শেমগৎচরিবা অনৌ-অনৌবা মচলশিং অসিগীসু অনৌবা মশক মমিং অদুম্মক লৈজরকই। ঙসিগী মালেমগী সাহিত্যগী শক্তম কয়াগী মরক্তা ৱারীমচা হায়না খঙনবা থোইদোক্লা শীংথানরবা অনৌবা কলাগী খুৎশেম অসিসু পোল্লকখিবগী শাংলবা ৱাফম কয়া লৈরি। মীওইবগী পূক্নীংনা পৃথিবীগী য়াওল-য়াওলগী থিদুনা চৎলিবা অনৌবা লম্বীশিংদা হায়রিবা পূম্নমকশিং অসি ওইরকখিবা ঙাক্তনি। সাহিত্য কলাগী মনুংদা মহৌশানা সাহিত্যগী মশক অমমম ওইনা লৈরম্লবা কবিতা, উপন্যাস ড্রামানচিংবগী মরক্তা ৱারীমচাদি খরা থেঙনা মশক উরকই হায়বসিদি পূম্নমক্লা য়ানরবা অমনি। পৃথিবীগী সাহিত্যদা ৱারীমচা পোল্লকপগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা ৱাফম কয়া থেংনরি। মণিপুরী ৱারীমচা হায়না খঙনরিবা মচল অসি অচৌ-অচৌবা সাহিত্যগী মশক লৈজবা নোংপোক অমদি নোংচুপকী সাহিত্যগী মশকশিংদগী লাকশিন্দুনা লমদম অসিদসু নৌনা শেমলকই হায়বসি অচুম্বা অমনি। তশেংনা হায়রবদা 'ৱারীমচা' হায়বসি মশাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা লৈজবা সাহিত্যগী অনৌবা কলাগী খুৎশেম অমনি। মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা হায়না খঙনরিবা সাহিত্যগী মচল অসি ইংরাজিদা 'সোর্ট ষ্টোরী' হায়না খঙনরিবা অসিগা অমত্তা ওইনা লৌনৈ। মসিবু হিন্দী

সাহিত্যদা 'কহানী' বাংলাদা 'ছোট গল্প' অমদি আসামীদনা 'চুটি গল্প' হায়না খঙনৈ। ঙসিগী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী মফম য়াম্না চাউনা লৈরে। হৌজিক্কী মতম অসিদা ৱারীমচাগী কলা অসি পৃথিবীগী সাহিত্য খূদিংমক্তা লেপ্পা লৈতনা চাওখৎলক্লিবা অমদি অপাবশিংনসু য়াম্না পাম্নরিবা সাহিত্যগী মচল অমনি। অদুনা ৱারীমচা হায়বা কলা অসি পোক্লকপগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংদা মান্নবা মশক কয়া লৈরবসু ওইরকখিবা মশকশিং অদুগী মরমদা অসুম্না ফংই :

"Story", with its roots in the Latin historia, suggests the relation of fictional accounts to the presentation of historical events; the English "tale" and the French "Conte" suggest something told or recounted and by implication the felt presence of the teller or narrator.[১]

ৱারী হায়বসি মৈহৌরোন্দগী হৌনা মীওইবা জাতিগা লোয়নদুনা লাক্লবনি। অসুম্না মীওইবনা মখোয়গী মরক্তা চীনবুংদা ৱারী লীনরম্বদগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না অওনবা অমগা লোয়ননা অইবা পুথোরকপদগী ৱারীমচা হায়বা খূৎশেম অসি শেম্নকখিবা ওইরম্বসু য়াই। অদুবু ৱারীমচা অসি পোক্লকখিবগী চপ চাবা মতমদি খঙবা ঙমদ্রবসু অখঙ-অহৈশিংনা মশাগী ওইবা মত পীদুনা চাউরাকপা মতম অমা লেপ্লরি। ঙসি ৱারীমচা হায়না খঙনরিবা সাহিত্যগী মচল অসিগা চপ মান্নবা শক্তম অমা নত্ত্রবসু পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা ৱারী কয়া লীনদুনা তানদুনা মতম কুইনদগী চৎনবী ওইনা লাক্লি। অসিগুম্বা থায়নদগী লীনরক্লিবা ৱারীশিং অসিদা হৌজিক্কী মতমদা খঙনরিবা ৱারীমচা হায়বসিগী ৱাখল্লোন নৎত্রগা ৱারীমচাগী মওং খরদি উবা ফংই হায়না লৌনৈ:

Short stories in the sense of short tales told by an oral teller, of course antedate the records of human history. The most primitive man undoubtedly could arrange a series of remembered events in a time sequence and thus have the rudiments of a story. Among the earliest writings of man are Tales of the Magicians, a collection of stories from ancient Egypt which probably date from about 4000 B.C.; similar collections may be found in the ancient writings of Arabian, Hindu, Greek and

---

১ *Encyclopaedia Britanica*, 1768, Society of gentlemen in Scotland, William Benton, U.S.A. , Vol. No. 20, p. 449.

**Hebrew cultures. It has often been pointed out that the Bible contains tales that would fit the present conception of the short story: the books of Ruth and Jonah, for example or such parables in the Gospels as that of the Prodigal son[২].**

অসিদসু নত্তনা ৱারীমচা হায়বসিগী মওং-মতৌগা মান্নবা মশক কয়া য়ুরোপকী তোঙান-তোঙানবা সাহিত্য কয়াদসু লৈ হায়বগী ৱাফম থেংনৈ। ইটালিগী অহৈবা Giovanni Boccaccio (1313-1375)গী ৱারেং অমসুং শৈরেংদা ইবা অতেনবা ৱারীশিংগী পুনশিনবা লাইরিক *The Decameron* (1343-53) হায়বা অসিদা ৱারীমচাগী মওং মানবা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক অমদি চরিত্রশিংগী মশক য়াওরি।

মতৌ অসুম্না আরব লৈবাক্কী মমিং চৎলবা লাইরিক 'The Arabian Night' অমদি অতৈ লাইরিক *Aesop's Fables* অমসুং *Ancient Greek Fables* হায়বা ৱারীগী লাইরিকশিং অসিনচিংবদসু ৱারীমচাগী মচাক য়াওই হায়বগী অমসুং ভারত্তসু থায়নগী সংস্কৃতকী ফজরবা, কান্নবা পাউতাক য়াওবা লাইরিক কয়াদা য়াওরিবা ৱারীশিংগী মনুংদা ৱারীমচাগী শক্তম য়াওই হায়নসু অখণ্ড অহৈশিংনা মত পীনৈ লোয়নননা হৌজিক্কী ৱারীমচাশিং অসি থায়নগী ৱারীশিংদুদগী লাকপনি হায়না থাজনৈ। হায়রিবা ৱাফম অসিগী মতাংদা অসুম্না থেংনৈ :

> These stories came from different sources— Sanskrit, Persio-Arabic and indigenous. The modern short story in Bengali, however, did not evolve naturally out of the tradition of panchatantra or Hitopadesha or Arabian Nights. It grew as a result of the interaction between the native traditions and the impact of Western literature on Bengali as well as the emergence of literary journals which demanded a different kind of narrative. The most important Western narative form that had become extremely popular in the nineteenth century Bengal was the novel. The short story emerged soon after the growth of the novel in Bengali literature. It was identified as a new and distinct form of literary art,

---

২ *ইবিদ।*

distinguished from the novel on the one hand and the tales and fables on the other.[৩]

মতৌ অসিগুম্না মণিপুরদসু ফুঙ্গাৱারী কয়া অঙনবা মতমদগী অহল ওইবশিংনা অঙাংশিংদা লীদুনা লৌশিং জ্ঞান, অফবা পাউতাক অমদি পূক্নীংদা নুংঙাইবা পীদুনা লাক্লি। ফুঙ্গাৱারী হায়বসি অঙাংশিংবু নুমিদাংদা চাকচামাও তুমখিদনবা চাক ঙাইহনবা ওইনা মপু মবেনশিংনা ফুঙ্গা মনাক্তা ফমদুনা লীনৈ হায়দুনা মসিবু চাকঙাই ৱারী হায়নসু কৌনৈ। অতৈ লমগী ৱারীগুম্না মণিপুরী ফুঙ্গাৱারীশিং অসিদসু ৱারীমচাগী মওং মতৌ অমদি মশক য়াওবা থেংনৈ। মরম অদুনা হায়রিবা মমাঙঙৈদগী লীনরক্লিবা ৱারীশিং অসিসু ৱারীমচাগী মচল অমা ওইরি। অসুম্না তোঙান-তোঙানবা লমশিংগী খেন্নবা জাতিশিংগী মরক্তা থায়নদগী হৌনা চীনবুংদা লীনদুনা লাক্লিবা ফুঙ্গা ৱারীশিং অসি হৌজিক্কী সাহিত্যগী ৱারীমচা হায়না খঙনরিবা মচল অসিগী হৌরকফমনি হায়বসু য়াই। অদুবু মসি ৱারীমচা (সোর্ট ষ্টোরি) হায়বসিগা চপ মান্নবা শক্তম অমদি নত্তে। 'ৱারীমচা' হায়না খঙনরিবা অসিদি সাহিত্যগী অনৌবা মচল অমনি। মসিদি মমাঙঙৈদা লীনরম্লিবা ৱারীগী মশকশিং অদুদগী খেন্নবা তোঙানবা মশক অমনি। ৱারীমচাদি মরম্নাইগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্তম লৈবা সাহিত্যগী কলা অমনি।

হায়রিবা সাহিত্যগী কলা অসি হৌজিক্কী মতম অসিদা সাহিত্যগী খ্বাইদগী মরুওইনা লৌনবা মচলশিংগী মরক্তা মসিসু অমনি হায়না শীংথানরি। ৱারীমচা অসি ঙসি ফাওবদা পৃথিবীগী ওইনা আমেরিকাদগী হৌরকপনি হায়না লৌনরি অমদি মসি চাউরাক্লা ১৯শুবা চহীচাগী অঙনবা মতম অদুৱাইদগী পোক্লকপনি হায়না থাজনৈ। য়েলহৌঙৈদগী লীনদুনা লাক্লিবা ফুঙ্গাৱারীগী নমুনাদগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা লাক্তুনা ৱারীমচাগী মশক মওং শাগৎলম্বা পনবা য়াবা খূৎমাবশিংদি আমেরিকাগী Edgar Allan Poe (1809-49) অমসুং Nathanial Howthorne (1804-64) নি। অতৈ শীংথানবা য়াবা ৱারীমচাগী খূৎমাবশিংদি ফ্রান্সকী Guy de Maupassant (1850-1893), রুশিয়াগী Anton Chekhov (1930-1904), Nikolai Gogol (1802-52), Alexander Pushkin (1799-1837), অমসুং ইংলণ্ডগী Brel-Harte (1836-1902) George Washington Cable (1844-1908) নচিংবা অসিনি।

---

৩ Mohan Lal, (Ed.) *Encyclopaedia of Indian Literature* (Sasay to Zorgot), 1992, Sahitya Akademi New Delhi. Vol V, p. 4036.

হৌজিক ফাওবা ৱারীমচাগী দিফিনিসন চপ চাবা পীবা ঙম্লদ্রি। অদুবু ৱারীমচা হায়বসি করিনো হায়বা তাক্লবগীদমক অখঙ-অহৈশিংনা তোঙান-তোঙানবা মশাগী মত পীনরকই। ফোঙদোক্লরিবা মতশিং অসিগী মনুংদা আমেরিকাগী ৱারীমচা ইবা Edgar Allan Poe (1809-1849) গী মত পনবা য়াই :

> According to Poe, the short story (1) must be of such length as to be read in one sitting, (2) must create a single effect. (3) must not contain one word that in meaning or tone fails to point to that preconceived effect, and (4) must convey the impression of finality, so that the reader desires neither an opening other than that provided nor a continuation beyond the final sentence[৪]

অমুকসু মীৎয়েং অমদা ৱারীমচাগী মশক তাক্লনা W.H. Hudson মাগী লাইরিক *এন ইন্ট্রদক্সন্ টু দি ষ্টদি ওফ ইংলিশ লিটরেচর* দা অসুম্না পল্লি :

> Singleness of aim and singleness of effect are, therefore, the two great cannons by which we have to try the value of a short story as a piece of art.[৫]

অসিদসু নত্তনা নোংপোকলোমগী অইবশিংগী মীৎয়েংদগী পীরকপা মতসু লৈরি। মরুওইবা মীৎয়েং অমা লৌখৎলবদা, হিন্দীগী ফাওরবা উপন্যাসকার অমসুং ৱারীমচা ইবা প্রেমচন্দ (১৮৮০-১৯৩৬)না ৱারীমচা হায়বা কলা অসিগী মতাংদা উপন্যাসকা খেন্নবা উত্তুনা হায়রম্বা ৱাফমদুবু শৌগৎপগা লোয়ননা ঙসিফাওবা শীংথানরি। ৱাফম অসিগী মতাংদা প্রো. বাসুদেবগী *হিন্দী কহানী ঔর কহানীকার* হায়বা লাইরিক অদুদা ইরি:

> हिन्दी कहानी लेखकों में प्रेमचन्द का स्थान सबसे ऊँचा है। इसलिए कहानी का जो व्याख्या उन्होंने की है वह आज भी पुरानी नहीं है। उनका कहाना है कि 'कहानी (गल्प) एक रचना है जिसमें जीवन के किसी एक मनोभाव को प्रदर्शित करना ही लेखक का उद्देश्य

---

৪ *Encyclopaedia Americana,* 1829. American Cooperation U.S.A., Vol. 24 p. 754.

৫ W.H. Hudson, *An Introduction to the study of English Literature,* 2000, A.I.I.B.S. Publishers and Distributors. 2nd Edition, p.340.

> রহতা है। उसके चरित्र, उसकी शैली, उसका कथाविन्यास, सब उसी एक भाव को पुष्ट करते हैं। उपन्यास की भाँति उसमें मानव-जीवन का सम्पूर्ण तथा वृहत् रूप दिखाने का प्रयास नहीं किया जाता न उसमें उपन्यास उद्यान नहीं जिसमें भाँति-भाँति के फूल, बेल, बूटे सजे हुए हैं ,बल्कि एक गमला है जिसमें एक ही पौधे का माधुर्य अपने समुन्नत रूप में दृष्टिगोचर होता है॥[৬]

মথক্তা পল্লিবা নৈনরোয় খরগী তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংশিং অসি য়েংলগা ৱারীমচাগী মশক অসি চাউরাক্লা মান্নবা মওং অমদা লেপ্লা য়াই। ৱারীমচা হায়বসি, ৱারী অমা য়াওজবা পুন্সিগী থৌদোক অমদা য়ূম্ফম ওইদুনা তেনতক্লা ইবা, মরুওইরিবা চরিত্র খরদমক য়াওবা অমুক্তং ফম্বদা অতেনবা মতমদা পাবা লোইশিনবা ঙম্বা মরুওইনা সিঙ্গল ইফেক্ট পীবা ঙম্বা, মশা মতোমতা মপূঙ ফাজবা অমসুং অপাবশিংদা থম্মোয়গী ঈহুল অমা পীবা ঙম্বা, ৱারেংগী মওংদা ইবা খূৎই অদুবুনি।

ৱারীমচাসি সাহিত্যগী অনৌবা কলা অমা ওইনা মশাগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমদি মওং লৈজে। অদুবু হোংবা নাইবা মতমগী খোঙজেলসিদা লেপ্লা লৈতনা সুম-সুম চাওখৎলক্লিবা সাহিত্যগী খূৎশেম অমবু করিগুম্বা অকক্লবা নিয়ম নৎত্রগা ৱাহম্ভোক্লা ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্বা ওইথোক্তে। মরম অদুনা অখঙ-অহৈশিংনা মশাগী ওইবা মীৎয়েংগী মতুংইন্না ৱারীমচাগী মশক তাকই। ৱারীমচা ইবশিংনসু মীৎয়েং খেন্নবগী মতুংইন্না তোঙান- তোঙানবা থিম কয়াদা মখল মখলগী খূৎই অমসুং টেক্নিক শীজিন্নদুনা মান্নদবা ষ্টাইলদা ৱারীমচা কয়া ইনরক্লি।

> Almost simultaneously in Germany, the United States, Russia and France collections of short fiction began to appear. In Gērmany, E.T.A, Hoffmann published his exotic tales between 1814 and 1821; Johann Ludwig Tieck, who had begun publishing stories in the 1790s, published several collections in thc 1800s. In the United States the publication of Irving's *The Sketch Book* in 1819 and 1820 marked the begging of a long tradition

---

৬ प्रोफेसर वासुदेव, एम्.ए. हिन्दी कहानी और कहानीकार, १९६१ (कहानी की परिभाषा), वाणी-विहार,वाराणसी-१, तृतीयावृत्ति, पृष्ट२-३।

in the American short stories. One of the three tales in that collection *Rip Van Winkle* has generally been regarded as the first American short story.[৭]

অসুম্না ৱারীমচাগী লাইরিক মথং মথং ফোঙলকপগা লোয়ননা অইবা কয়াসু থোরকই। ৱারীমচাগী লাইরিকসু লেপ্তুনা ফোঙলকই, অমদি পাক শন্না শন্দোক্তুনা ৱারীমচাগী মশক শকখঙনরকই। খূদম ওইনা পনবা য়াবা খরদি, আমেরিকাগী অইবা Irving না ইবা ৱারীমচাগী লাইরিক Tales of a Traveller (1824), Nathanial Howthorne গী *Twice Told Tales* (1837), Herman Melville (1819-91) গী *The Piazza Tales* (1856), ফ্রান্সকী অইবা Ivan Turgenev (1818-1883) না ইবা *A sportsman's Sketches* (1852), Guy de Maupassant গী *The Necklace* ইংরাজি সাহিত্যদা Sir Walter Scott (1771-1832) গী *Wandering Willie's Tale* (1824) অসিনচিংবা পনবা য়াই।

অসুম্না নোংচুপলোমদগী হৌরকপা ৱারীমচাগী কলা অসি ভারত্তসু ১৯শুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপা মতমদা য়ৌরকখি। ভারতনা বৃটিশ শাসনগী মখাদা লৈরবা মতুংদা, ইংরেজশিংগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা শকখঙনরুবদগী অমদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা লাকপদগী ৱারীমচাগী ঈহৌ অসি লাকখি। ভারতকী মনুংদসু ইংরেজশিংগী সাহিত্যগা অহানবা শন্নরুবা মফমশিংদনা হান্না ৱারীমচাগী মমি তারকখি। কলকতাদা মাঙজৌননা ৱেষ্টর্ন ইদুকেসন হেন্না শন্দোকখিবনা মরম ওইদুনা ইংরেজি সাহিত্যগী প্রভাবসু ঙন্না তাখি। মরম অসিদগী বাংলা সাহিত্যদা অহানবাওইনা ৱারীমচা হায়বা সাহিত্যগী অনৌবা খূৎই অসিগী মমি তারক্তুনা লোল অসিদা মশাগী ওইবা ৱারীমচা ইবা হৌরকখি। বাংলাগী ৱারীমচা ইবা অইবশিংগী মনুংদা রবীন্দ্রনাথ টেগোর (১৮৬১-১৯৪১) তোপ-তোপ্পা অইবা শক্লাইরবা অইবা অমনি। রবীন্দ্রনাথনা বাংলা লোনগী ৱারীমচা ইবা অহানবা অইবমক্তি নত্তে মরমদি মহাক্কী মমাঙদা ৱারীমচাগী অইবা খরা লৈগ্রে মদুদি, বঙ্কিমচন্দ্র চেট্রর্জি, সঞ্জিবচন্দ্র অমদি পুর্নচন্দ্রনচিংবনি। পুর্নচন্দ্রনা ইং ১৮৭৩ দা ইবা 'মধুমতি' হায়বা ৱারীমচা অসিনা লোল অসিগী অহানবা ৱারীমচানি হায়না লৌনৈ। সঞ্জিবচন্দ্রনসু ১৮১৪ দা 'দামিনি' ইরম্মী। অদুমকপু বাংলা সাহিত্যগী

৭ *Encyclopaedia Britanica,* 1768, Society of Gentlemen in Scotland, William Benton, U.S.A. Vol. No. 20. p.449.

মপৃঙফাবা ৱারীমচাগী অশেংবা মশক্তি রবীন্দ্রনাথনা ৱারীমচা কয়া ইদুনা ফোঙলকপদগীনি।

মমিং চৎলবা পনবা য়াবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ৱারীমচাশিংদি *পোষ্ট মাষ্টর* (১৮৯১), *ধকাববুর প্রট্যা বর্ত্তন* (১৮৯১), *সম্পত্তি সমরপন* (১৮৯১), *কনকাল* (১৮৯১), *একট্রি* (১৮৯২), *কবুলিৱালা* (১৮৯২), *নিসিথে* (১৮৯৪), *অতিথি* (১৮৯৫) অমসুং *ক্ষুদিতা পাশান* (১৮৯৫) অসিনচিংবনি।

অসুম্না বাংলা সাহিত্যদা ৱারীমচা পোকখ্রবা মতুংদা মথং মথং ভারতকী অতৈ লোনশিংদসু ৱারীমচা পোক্লকখি। ২০শুবা চহীচাগী হৌগৎলকপদা হিন্দী সাহিত্যদা ৱারীমচা কয়া থা-থাগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙদা ফোঙলকপদগী ৱারীমচা মশক উবা ফংলে। ইং ১৯০০ দা ফোঙবা হৌখিবা হিন্দীগী চেফোঙ 'সরস্বতি' দা কিশোরিলাল গোস্বামি (১৮৬৫-১৯৩২) গী 'ইন্দুমত্তি' ফোঙখি। মসিনা হিন্দীগী অহানবা ৱারীমচা ওইখি। ইং ১৯০৭ তা চেফোঙ অসিমক্তদা বাঙ মহিলাগী 'দুলাইৱালী' অমসুং ১৯১৩ দা প্রেমচন্দগী ৱারীমচা 'পঞ্চ পরমেশ্বর' ফোঙখি। মসিগী মতুংদা 'ইন্দু' কৌবা চেফোঙ অমদা রাজা রধাকরামন প্রসাদ সিংহগী 'কানোন মৈ কঙ্গরা' হায়বা ৱারীমচাসি ইং ১৯১৩ দা ফোঙখি। চেফোঙসিদা চন্দ্রধার শর্ম্ম গুলেরিনা ইবা 'উসনে কহা থা' হায়বা ৱারীমচা অসিসু ইং ১৯১৫ দা ফোঙখি। অসুম্না চেফোঙদা ফোঙনরস্বদগী লাইরিক ওইনা পুথোক্লরকখি। মদুদি জয়শঙ্কর প্রসাদ (১৮৮৯-১৯৩৭) কী *সায়া* কৌবা ৱারীমচাশিংগী পুনশিনবা লাইরিক ইং ১৯১২ দা ফোঙখি। অথেঙবদসু *প্রতিধ্বনি* (১৯২৬) *আকাশ দিপ* (১৯২৯), *আন্ধি* (১৯৩১), *ইন্দ্রজাল* (১৯৩৬), মথং মথং ফোঙলকখি। প্রেমচন্দগী না *পোশাকি রাট* (১৯৩০), *নাশ* (১৯৩৪), *কফন* (১৯৩৬) নচিংবা পনবা য়াই। 'অজ্ঞেয়' (১৯১১-১৯৮৭) গীসু *ত্রিপাথগা* (১৯৩১) ফোঙলকখি। হায়রিবা অইবশিং অসিদসু নত্তনা জৈনেন্দ্র (১৯০৫-১৯৮৮), ভগবতি প্রসাদ ভাজপেয়ি (১৮৯৯-?) উপেন্দ্রনাথ অশ্ক (১৯১০-?), অমসুং ভগবতি চরন বর্মা (১৯০৩) য়সপাল (১৯০৩-১৯৭৬) নচিংবা অইবা কয়া থোরক্তনা হিন্দী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী পুক্কৈ চোলহনখি।

আসামী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী কলা লাকখিবসিসু ১৯শুবা চহীচাগী তঙ্খায় চল্লকপা মতমসিদনি। অহানবদা ৱারীমচাসি 'অরুনোদয়া' কৌবা মেগাজিন অমদা ফোঙবা হৌরকই। লক্ষ্মীনাথ বেজবরুৱা (১৮৬৮-১৯৩৮) অসি আসামীগী অনৌবা ৱারীমচাগী অপোকপনি হায়না খঙনবগী ৱাফম থেংনৈ:

> The origin of the short story in Assamese may be seen in the brief anecdotes found in the old literary compositions including the long poems and the *Burunjis*, but the modern short story as we understand it today evolved with the magazine *Arunodaya* in the middle of the nineteenth century. Lakshminath Bezbarua may be called the father of modern short story in Assamese.[৮]

মতাং অসিদা মহাক্কী পনবা য়াবা ৱারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক্তি, *সাধুকথন কুকি* (১৯১০), *সুরাবি* (১৯০৯) অমসুং *জোনেবিরি* (১৯১৩) নি। অদুগা ইং ১৯২৯ দা ফোঙবা হৌখিবা আবাহন কৌবা থাগী চেফোঙ অসিদা ৱারীমচা হাপ্তুনা ফোঙখিবা অইবশিংদি নগেন্দ্র নরায়ন চৌধুরী (১৮৮৭-১৯৪৭), মোহিমচন্দ্র বোরা (১৮৯৪-১৯৬৫), লক্ষ্মীধার সর্মা (১৯০৮-১৯৬৪), ত্রৈলোক্যানাথ গোস্বামী (১৯০৬-১৯৮৮) অমসুং রমাদাস (১৯০৯-?) নচিংবনি। মখা তারকপদা সরতচন্দ্র গোস্বামীগী *গালনজলি* (১৯১৪), *ম্যোনা* (১৯২০) অমসুং *বাজিকান* (১৯৩০) নচিংবা ফোঙলকখি। মতৌ অসুম তৌনা লেমহৌরিবা অতে লোন গুজরাটি, মরাঠিনচিংবগী সাহিত্যদসু ৱারীমচা হায়বা খুৎই অসি থংমু নাউমু ওইনা পোক্লকখি অমদি মসিগী ঈচেলসু লেপ্তুনা চেন্থরকখি হায়বা য়াই।

অসুম্না ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লমশিংগী সাহিত্যদা ৱারীমচা পোক্লকখ্রবা মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী খুৎই অসি থেঙনা য়ৌরকখি। থেঙনা য়ৌরকখিবগী মরমসু লৈ। মণিপুরীশিং অসি মপানগী সাহিত্যগী ঈগিলশিংগা য়াম্না ঙন্না শম্নবা ঙমখিদে। অনৌবা লাইরিক লাইশু তম্লগী ঈহৌ অসি লাক্লবা তুংদা সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মচল কয়া পোক্লকখি। মসিগী অচৌবা মরম অমদি লম্মিৎ তুমিৎকী ফীভম্না মালেমগী হোংলক্লিবা শক্তমদা নকশিন্নবা ঙমদবগী খুদোংচাদবা লৈবা অদুসু ওইবা য়াই। মসিদগী মপান লমগী লোন, সাহিত্যনচিংবসি ঙন্না শকখঙনবা ঙমখিদে। মমৈথংদা তপ্পা তপ্পা লম্বী থোংগী ফীভম ফগৎলক্লবা মতুংদা মালেমগী ঈ পাউ ফাওনবগী খুদোংচাবা লৈরক্লবা মতমদা সাহিত্যগী অনৌবা মচলশিংসি পোক্লক্লবগী মরম কয়া ওইরকখি।

---

৮ Mohan Lal, (Ed.) *Encyclopaedia of Indian Literature*, 1992, (Short story, Assamese) Sahitya Akademi New Delhi, Vol V, p. 4035.

অনৌবা ৱাখল,অনৌবা মীৎয়েং কয়াসু লাকখি। লোয়ননা হান্না লৈজরম্বা মণিপুরীশিংগী মশাগী ওইবা সাহিত্যগী মচলশিংদা অনৌবা মচল কয়া অমসু মশানা পোকচরকখি। অতোপ্পা শক্তম অমনা ভারত পুম্বনা বৃটিশগী মীখা পোনখ্রবা মতুং মমৈথংদা মণিপুরসু বৃটিশকী শাসন মখাদা লৈখি। ইং ১৮৯১ দগী লৈঙাক্লোন্দা অহোংবা অমা লাক্কুনা লাইরিক লাইশু তম্বগী লমদসু অনৌবা শক্লোন অমা লাকখি। অহোংবশিং অদুদি বৃটিশ পোলিটিকেল ওফিসারশিংনা স্কুল কয়া লিংখৎখি। মতমদুদা লিংখৎখিবা নিম্ন প্রাইমারী স্কুলশিংদা বাংলা লোন্না মহৈ মশিং তম্বগী মেদিয়ম ওইবা হৌখি। অসুম্না সাহেবশিংনা হৌদোক্লকলিবা অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগী মওং অদুনা ওইহল্লকলিবা মতমদুগী লাইরিক লাইশু হৈবা মণিপুরীশিং ভারতকী অমদি অতোপ্পা লোনশিংগী সাহিত্যগা শকখঙননবগী তাঞ্জা অমা ফংহনখি। মরুওইনা বাংলা সাহিত্যগা নকশিন্নখি অমদি শকখঙনখি। লাইরিক হৈরবা মীওইশিংদুগী মরক্তা য়াওরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু শেমগৎতুনা য়োকখৎনিংবা ইমালোনগী সেবা তৌনিংবা অমদি তৌখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খূৎমাবশিংগী পূক্নীং ৱাখলদা বাংলা সাহিত্যগী মমি তাখি। মরম অদুনা লময়ানবশিং অসিনা ইদুনা পুথোরকপা মণিপুরী সাহিত্যদসু বাংলাগী মমি তারকপা হায়বসি মশানা তাবনি। মতৌ অসুম্না নোংচুপলোমদগী হৌরকপা ৱারীমচা হায়বা সাহিত্যগা খরা ঙন্না শম্নখ্রবা বাংলা অমদি আসামী সাহিত্যগী মতৌদগী মণিপুরী সাহিত্যদসু ৱারীমচা হায়বা অসি য়ৌরকখি হায়বসি অচুম্বা ৱাফম অমনি। ৱাফম অসিগী মতাংদা ডা. নোংমাইথেম তোম্বীনা মত পীরি :

> হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিগী য়ুম্ফমদি কদায়দগীনো? বেঙ্গলী অমসুং অসামী সাহিত্যদগীনি। মরমদি আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী য়ুম্ফমদি বেঙ্গলী সাহিত্যনা ওইখি। মণিপুরী ৱারী মচা ইরিবা খূৎমাবা অয়াম্বা বেঙ্গলী সাহিত্য, সংস্কৃতিগী ৱাখল, ভাব ধারা লৌবা ঙাক্তনি।[৯]

মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী মশক উরবা মতুংদা মশক থোক্লা চঙলক্তুনা ফোঙদোরকপগী মতাংদসু সমালোচক অসিনা অমুকসু হায়:

> মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা য়াম্না থেঙনা চঙলকই। তশেংবমক হায়বা তারবদি মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা চঙলকপসি অনীশুবা লাঞ্জাওগী

---

৯ পি. কোকঙাং সিংহ ( সম্পা:), *মীৎয়েং*, ১৯৭৩ (মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা, অঙনবা শরুক- প্রো: নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ), মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা উরিপোক, অহমশুবা চহী, মঙাশুবা মশিং, ইম্ফাল, লা: ১৩।

মতুংদগীনি। মরমদি মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী ইহান হানবা লাইরিক ওইনা ফোঙলকপদি রা. কু. শীতলজিৎ সিংহগী "লৈকোন্নুংদা" হায়বা ইং ১৯৪৬ তা ফোঙবা লাইরিক অসিনি।[১০]

অদুবু ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা ফোঙলক্লিঙৈ মমাঙদা ৱারীমচা খরদি মণিপুরগী অনৌবা যুগকী অঙনবা মতমদা ফোঙখিবা চেফোঙশিংদা উবা হৌরক্রবনি। মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা পোক্লকপা অমদি চাওখৎলকপা হায়বসিদা মতমদুগী চেফোঙশিংনা চাউরবা থৌদাং লৌখি হায়বা য়াই। মরমদি মণিপুরী ৱারীমচানা মশাগী ফিরেপ অমদা লেপচবা ঙমদ্রিবনা চেফোঙশিংনা পাম্বে অমা ওইখি। অতোপ্পা লমগী মতৌগুম সাহিত্যগী চেফোঙনা ৱারীমচা পোক্লবগী ঈথিল পীবগুম মণিপুরী সাহিত্যদসু ৱারীমচাগী অহানবা মশক উৎলকপসি মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙশিংদগীনি। অদুনা মণিপুরীশিংগী ওইবা সাহিত্যগী চেফোঙনা মপান ফরক্তুনা চাওখৎলকপগা মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙহৌগা অমতা ওইবা অচেৎপা মরী লৈনৈ।

হায়রিবা ৱারীমচাগী কলা অসি তোঙান-তোঙানবা মণিপুরী চেফোঙশিংদা ফোঙনদুনা ইহান হানবা ওইনা মশক উবা হৌরকপসি ২০শুবা চহীচা হৌরকপদা হায়বদি ইং ১৯৩০ গী মতমদনি হায়না লৌনৈ। ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিঙৈ মণিপুরী চেফোঙ খরদা ফোঙখিবা মণিপুরী ৱারীমচাশিং কয়া লৈখ্রে। অসুম্না মতমদুগী মণিপুরী চেফোঙশিংদা মশক উৎপা হৌরকখিবা ৱারীমচাশিং অসি অহানবা ওইনা খূৎ থানরকপা মরমনা মওং তাবদি ৱাৎলি হায়বদি ৱারীমচা অমা ওইবগী এটমোস্ফিয়ার শেমগৎলকপদা মপুঙ ফাদবা য়াওই। ৱারীমচাশিং অসি ইবদা শীজিন্নরিবা টেক্নিক ইবগী মওং অমদি মফোঙদোক্তা মপুঙ ফাবা শক্তম অমা মওং-তানা শাগৎপা ইঙম ঙমদে। অইবশিংনা মশা-মশাগী ওইনা মীৎয়েংদগী তোঙান-তোঙানবা থিমদা ইনরকই অদুগা থিমদুগা মরী লৈনদবা কান্নদবদা কোইথোক্লা অমদি শন্দোক্লা ফোঙদোকপগী মওং য়াম্না য়াওই। অদুমকপু শীংথানবা য়াবা ৱারীমচাসু য়াওদবদি নত্তে। হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিগী চাউরাক্লা মান্নবা শক্তম অমা লৈরি। মদুদি ৱারীমচাশিংসি ট্রেডিশনেল ওইবা খূৎইনি। অয়াম্বনা নেরেটিভ ফোর্মদা অহৌবসু অরোইবসু ইচম চম্না ইনৈ। শোক

---

১০ *সাহিত্য নৈনরোল*, ১৯৪৭(মণিপুরী ৱারীমচা- ডা. এন. তোম্বী সিংহ), সাহিত্য সেবা সমিতি ককচিং, অনীশুবা ফোঙবা, লা: ২৬৯।

তারিখ *পীদুনা দাইরিগী* মওংদা ইবসু য়াওরি, খূদম ওইনা *কৃষ্ণমোহনগী লমন* পনবা য়াই। ৱারীশিংসি করিগুম্বা থম্মোয়গী ঈহুল অমা ফোঙদোকপগী মওংদা ইরম্মী, ঐতিহাসিক ওইবা মানবসু থেংনৈ। চেফোঙদা ফোঙখিবা হায়রিবা ৱারীমচাশিংসিগী মনুংদা অয়াম্বনা কান্নবা ৱাফম, অফবা পাউতাক্লচিংবা পীবগী মওংনা নম্না য়াওই। মতমদুগী সমাজগী মমিসু তাদবা নত্তে, খেন্নবা জাতিশিংগী মরক্তা অমগা অমগা লৌন লৈনবা য়াদবা, ৱাশকপগী অমদি অচেৎপা চৎনবী থাজনবী কয়া ঙাক্লা চৎনরম্বগী ফজরবা সংস্কৃতিসু উৎলি। নিংথৌ পাল্লিভৈগী চৎনবী, প্রজাশিংনা নীংখা তম্না পানবা ঙমদবা অনৌবা য়াওল অমা পুরকপা ঙমদবা ফীভমগীসু মমি তারি। ৱারীমচা খরদা মণিপুরগী ওইবা হরাও কুম্মৈসু লোকেল কলর ওইনা হাপ্লি। অদুগা মতমদুগী মণিপুরীশিংদা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অকনবা শাফূ পীবসু উবা ফংই। হিন্দু ধর্ম্মদগী লাকপা নুগী ওইবীশিংনা মপুরোইববু ঈশ্বরগুম নীংবা অমদি কথোকপগা লোয়ননা পূক্লীং চঙনা মপুরোইবগী সেবা তৌজবা, ফিদম্লিংঙাই ওইবা শক্তমসু তারি খূদম ওইনা ডা. কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' দা য়াওরিবা মালতিগী চরিত্র অসি হায়বা য়াই। অসিদসু নত্তনা নুপা নুপীগী মরী আদর্শ ওইবা নুংশিবগী মশক অমসুং য়ুমপানবদা নুপীগী চাউরবা থৌদাংসু উৎলি খূদম ওইনা, সর্ব্বজিৎকী 'য়ুম পানবা' অসিনি।

মণিপুরী চেফোঙদা ফোঙখিবা ৱারীমচাশিং অসিগী মনুংদা ডা. কমলগী 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা', কৃষ্ণমোহনগী 'লমন' অনী অসি চাউরাক্লা শীংথানবা য়াই হায়না ডা. নোংমাইথেম তোম্বীনা মত পী। মহাক্লা, অসুম্না হায় :

> ৱারীমচা অনী অসিনা ৱারীমচা কলাগী ফজবা খুৎশেম য়ৌনা উৎপা ঙমদ্রবসু অঙনবা মণিপুরী ৱারীমচাগী শক্তম অমদি তাকপা ঙমই, লোয়ননা অনৌবা কলা অসিগী য়ুম্ফম থোনবা হৌখি।[১১]

হায়রিবা ৱাফম অসিগী মতাংদা ডা. আই. এস. কাঙজমনসু হায়রি:

> মতম অদুগী চেফোঙশিংদা অচোইবা ৱারীমচাশিং অসি ফোঙনরকপদগী মণিপুরী ৱারীমচাগী পরীং হুনখিবনি।[১২]

---

১১ *ইবিদ*, লা: ২৭০-২৭১।

১২ ডা. আই এস কাঙজম, লমাবম গোজেন্দ্র সিংহ (সম্পা.) *পরিষদকী শঙ্কৎলবা ৱারীমচা*, ১৯৯৭,(মণিপুরী ৱারীমচা-- ডা. আই. এস. কাঙজম), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, তশুবা ফোঙবা- XVI.

সমালোচক চনী অসিগী মতশিংসি ময়াম্নসু য়ানরবা ৱাফমনি। তশেংনমক চেফোঙশিংসিদা চোইনা ফোঙবা ৱারীমচাশিংনা মণিপুরী সাহিত্য ৱারীমচাগী পরীং হুন্দুনা যূম্ফম থোনবা হৌগৎলকখিবনি।

অসুম্না চেফোঙদা ফোঙনরম্বদগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা মণিপুরদা অনৌবা য়াওল অমা লাক্নুনা অনৌবা পুন্সি মরেল অমা হৌরকপগা লোয়ননা মণিপুরগী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা পুথোরক্নুনা কলা অসিগী মশক থোকপা শক্তম অমা উবা ফংলকখি। ইং ১৯৪৬ তা ইহান হানবা মণিপুরী ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা রাজকুমার শীতলজিৎকী *লৈকোন্নুংদা* অমসুং *লৈনুংশি* হায়বা লাইরিক অনী অসি ফোঙলকখি। অহানবগী *লৈকোন্নুংদা* হায়বা লাইরিক অসিদা ৱারীমচা মঙা য়াওরি মদুদি, 'যুবতী', 'নক্লবদগী ', 'পেন্ননবা', 'মপুরোইবা', 'লাইরিক লেংবা' অসিনি । অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক *লৈনুংশি* হায়বসিদনা 'লমন', 'ইম্থোকপা', 'থৱাইগী মপু', 'কমলা কমলা' হায়বা ৱারীমচা মরিসি য়াওই। লময়ানবা অসিগী হায়রিবা লাইরিক অনী অসি ৱারীমচাগী কলা অসিবু যূম্ফম থোন্দুনা শেমগৎপদা মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা অমদি অইবনা তৌরম্বা অচৌবা দান অমনি। মসিনা মরম ওইরদুনা লময়ানবা অসিবু মণিপুরী ৱারীমচাগী অপোকপা হায়না কৌনৈ। অসুম্না হৌরক্লিবা মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙহৌ অসিগী মতাংদা অমুকসু ডা. আই.এস. কাঙজমনা হায়রি:

> ... চপচানা মসিগী অচেৎপা য়ুমফম অমা থোনখিবদি শীতলজিৎকী ৱারীমচাগী লাইরিক অনী 'লৈকোন্নুংদা' অমসুং 'লৈনুংশি' খৃষ্টগী চহী ১৯৪৬ তা পুথোক্লকপদগীনি।[১৩]

শীতলজিৎকী ৱারীমচাগী লাইরিক অনীসিগী মথংদা চিত্রেবীরেন্তোম্বীচান্দ খোর্জেরুপ কী ৱারীমচা মরি য়াওবা *নুপী* হায়না থোনবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা ইং ১৯৫১ দা ফোঙলকখি। হায়রিবা লাইরিক অসিদা শ্রী চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী 'শোয়হৌরবী নুপী', শ্রীবীরেন্দ্রকুমার সিংহগী 'ও ! নুপী', শ্রীইবোতোম্বী সিংহগী 'লাইনা তম্বা নুপী' অমসুং শ্রীব্রজচান্দ সিংহগী 'মীতৈ নুপী' হায়বা ৱারীমচা মরি অসি য়াওই। নুপীগী তোঙান- তোঙানবা শক্নোন উৎতুনা য়েকপা ৱারীমচা ঙাক্তনি। মসিগী মথংদা ইংশোক ১৯৫৫ দা শ্রী এলাংবম রজনীকান্ত (১৯৩৪) গী *চীংয়া*

---

১৩ *ইবিদ,* XVI - XVII.

*তময়া* কৌবা ৱারীমচা তরেৎ য়াওবা লাইরিক অসি ফোঙলকখি। অইবা অসিগী অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা খৃ: ১৯৫৮ দা ৱারীমচা তরা য়াওবা *য়ুমগী মৌ* হায়বসি অমুক পুথোরকই। অইবা অসিগী পনবা য়াবা ফজবা ৱারীমচা খরদি 'থাজগী অইবা মায়থোং', 'নুংশিবা থিবা', 'য়াউশং', 'নুংশিবা', 'চীংনুংদা অহিং', 'করিনুংগীনো', 'আশ্রমগী ইমা', 'হাসপিতাল' অমসুং 'ড্রামা' অসিনচিংবনি। চহী অসিমক্তদা খাইদেম প্রমোদিনী (১৯২৬-২০০৬)গী *পুন্সি মৈরা* সু ফোঙলকখি। অদুগা খৃ: ১৯৬০ দা তখেল্লম্বম গুনধ্বজ অমসুং রাজকুমার স্বর্নজিৎ অনীগী অপূনবা ৱারীমচাগী লাইরিক *কুন্দো পরেং* হায়বসি ফোঙলকখি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী মশক হেক উবা হৌরকপদগী খৃ: ১৯৬০ ফাওবদা ফোঙখিবা ৱারীমচাগী তাঙ্কক অসি অঙনবা মতমগী মণিপুরী ৱারীমচাগী মশকনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা মত ফোঙদোক্লবগা লোয়ননা পূম্নমক্লসু য়ানরবা ৱাফমনি।

হায়রিবা মতম অসিগী ৱারীমচাশিংগী থিম অসি মপৃঙ ওইনা নুপা নুপীগী মরী উৎপা অসিনি। থিমসিগী মনুংদা মণিপুরী সমাজগী জাৎ ধর্ম্ম খায়বগী হায়বদি শাগৈ-জাৎ, অনেম-অৱাং খায়বা, চারৌ মৌরৌনবগী অথিংবা, সমাজগী চৎনবী ৱাংমা লানবদা থেংনরকপা সমস্যাশিং উৎলি। শেল-থুমগী অৱাবা অমদি সমাজদা ফিদম্লিংঙাই ওইবা ৱাফম নৎত্রগা চরিত্রনচিংবদসু য়েক্তুনা ৱারীমচাগী থিম শাগৎলি। অঙনবা মতমগী ৱারীমচাগী থিমগী মতাংদা সমালোচক ডা. আই.এস. কাঙজমনা অসুম্না মত পী :

> ... নায়ক নায়িকাগী নুংশিনবদা অপনবা পীবা, মদুবু মায়োক্লবা, মমৈদা থুংনবা, করিগুম্বদনা অহল লমন্না মরম ওইদুনা থুংনদবা, অতোপ্পদা য়ুম পানবা, ময়ুম পাল্লবা মতুংদসু কাউবা ঙম্নদবা, অহল লমন্না য়েৎপগী মরম, শেল থুমগী ফীভমদা থোং মান্নদবা অসিনচিংবশিং অসি মতম অদুগী ৱারীমচাশিংগী মপৃঙ ওইবা য়ুম্ফম্নি। মতমদুগী নুপী বিদ্রোহ তৌদে, সমাজদা শীংনবগী থৌনা পোক্তে। অৱা-মৈচাক খাঙদুনা পুন্সি লোল্লি। মপুরোইবনা হুন্দোকপিরম্লবসু পুন্সিগী লানফম্দা অৱাৎপা কোঙ্গায় মায়য়োক য়াই; মসিনা মতমদুগী ফিদম গী মশক ওইরবা সোসিয়েল ভেল্যু ওই। নুপীদগী নীপাদনা হেন্না অধিকার পীবা সমাজ ওইবনা নুপীবু থাদোকপা (ত্যাগ) হৈই, অখাঙ কনবী হায়বা ইনবী ওইনা উৎলি। অদুবু সমাজগী মায়য়োক্তা

শীংনদবা অসিনা ফিদম্লফম ওইবা। ... । ভেল্যু অসি মাঙথরক্লবগী মরমসু ওই।[১৪]

মফোঙদোক্কী মতাংদা অঙনবা মতমগী মণিপুরী ৱারীমচাশিংগী খুফোঙদোকসি ইচম চম্মী। অয়াম্বনা ৱারী লীদুনা পাউ তম্বগী মওংদা ইনৈ। খুৎইনা দিসক্রিপটিব ওই। ৱারীমচা খরদা ফ্লাস বেক টেক্নিক অমসুং ড্রিমনচিংবা শীজিন্নবা য়াওই।

মতৌ অসুম্না চেন্থরক্লিবা মণিপুরী ৱারীমচাগী ঈচেল অসি হুম্ফুগী মতম য়ৌরকপদা, মণিপুরী সমাজদসু মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাকপগা লোয়ননা, মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা ৱারীমচাগী থিম, রাইটিং ষ্টাইল অমদি টেক্নিক্রচিংবদসু অনৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। অঙনবা মতমগী ৱারীমচাদা আদর্শকী মীৎয়েং য়াওবা চরিত্র কয়া য়েক্তুনা, রোমান্টিক ওইবা মীৎয়েংনা মপূঙ ওইবা ৱারীমচা কয়া ইনরম্বা অদুদগী নাথৈরক্তুনা সোসিয়েল রিএলিটিবু উশিন্দুনা থৌরবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা খুৎমাবশিংনা অনৌবা ৱারীমচা ইনরকখি। লোয়ন-লোয়ননা মণিপুরী ৱারীমচাগী ঈচেল অসিসু অসুম অসুম কনখৎলকই। মসিগী মতাংদা ৱাফম অমসু থেংনৈ :

> মণিপুরী ৱারীমচানা চেফোঙদা মসি তম্লগা চাইদুনা লৈরম্বদগী রাজকুমার শীতলজিৎকী মখূত্তা ৱারীমচাগী মশক নাইহল্লকপা, আর. কে. এলাংবমনা মখা অমুক শমথরক্তুনা রোমান্টিক অমসুং আদর্শকী মীৎয়েং পুবা লিরি-লিরি চেন্থরকপা ঈচেন্না হুম্ফুগী মতম য়ৌরকপদা মশক নাইবা অইবা কয়ানা-- মহারাজকুমারী বিনোদিনী, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, খূমন্থেম প্রকাশ, শ্রীবীরেন, হিজম গুণ, এলাংবম দীনমনি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, নীলবীর শাস্ত্রীনচিংবনা তাঙ্কক অসিদা চোল্লপ চোংথোক্তুনা ৱারীমচাগী অনৌবা ঈনোৎ হাপখি।[১৫]

হায়রিবা মতম অসি মণিপুরী ৱারীমচাগী মপূঙ মরৈ ফাগৎলকপা তাঙ্কক হায়বদু ওইখি। নীংতম্লবা মতুংদা ওইরকখিবা অহোংবা কয়ানা মণিপুরগী রাজনীতি অমসুং সমাজিক পুন্সিদা কল্লবা শাফূ পীদুনা, পুরকখিবা অওনবশিং অদু হুম্ফুগী

---

১৪ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, ডা. খোকচোম ইবোহলবী সিংহ (সম্পা:), *মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* ২০০১ (অঙনবা মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা- ডা. আই. এস. কাঙজম), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, লা: ২১৯-২২০।

১৫ *ইবিদ,* (হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা- নহাকপম অরুনা), লা: ২৬।

মতম অসিদা হেন্না ময়েক শেংলকখি। অওনবশিং অসিগী ঈথিলদা মণিপুরী সাহিত্যগী নৌরিবা কলা ৱারীমচা হায়বা অসিদসু সমাজগী হোংলক্লিবা শক্তমশিং অদুগী মমি চপ চানা তাখি, মরুওইনা হুম্ফুগী মতমগী ৱারীমচাদনি। হুম্ফুগী মতমদগী চেম্থরক্লিবা অনৌবা ৱারীমচাগী ঈচেল অসি শোক্কী মতুংইন্না অসুম্না খায়দোক্তুনা য়েংবা য়াই : (ক) ১৯৬০ দগী ১৯৭০ ফাওবগী ৱারীমচা। (খ) ১৯৭০দগী ১৯৯০ ফাওবগী ৱারীমচা। (গ) ১৯৯০ দগী হৌজিক ফাওবগী ৱারীমচা।

অহানবগী তাঙ্কক অসিগী মনুংদা ফোঙখিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি, খুমন্থেম প্রকাশ (১৯৩২) কী *ইচেগী শম* (১৯৬৫), নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন (১৯৩৫) গী *চেনখিদ্রবা ঈচেল* (১৯৬৫), এম. কে. বিনোদিনী (১৯২২-২০১১)গী *নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখি* (১৯৬৫), এলাংবম সোনামনি (১৯২৯)গী *নির্ম্মল যমুনা* (১৯৬৬), শ্রীবীরেন (১৯৪৬)গী *লৈচিল্লক্কী থাজ* (১৯৬৭), নীলবীর শাস্ত্রী (১৯২৭)গী *বাসন্তী চরোং* (১৯৬৭), হিজম গুন (১৯২৭-২০১০)গী *ফিজং মরুমদা* (১৯৬৯), এলাংবম দীনমনি (১৯৪০)গী *থকবী* (১৯৭০), চিত্রেশ্বর (১৯৩৯)গী *ঙসিদি লাক্লে* (১৯৭০) হায়রিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অসি অসুম্না মথং মথং ফোঙলকখি।

মতমসিদা থোরক্লিবা অইবশিং অসিনা মমাঙদা লৈরম্লবা ৱারীমচাগী খূৎইশিংদগী তোঙানবা মশক অমদা হোংলকপা অদু মথক্তা পল্লিবা ৱারীমচাশিং অসিদা থেংনৈ। সমাজনা হোংলকপগী মতুংইন্না অমসুং অকোয়বগী ফীভমগী শাফূদুনা ঈথিল কয়া পীরকপনা অইবশিংদসু শাহুম ফংবনি। হায়রিবা অকনবা অনৌবা শাহুম অসিনা মরম ওইরগা লময়ানবশিং অসিনা মশা-মশাগী অনৌবা মীৎয়েং অমদগী থিম শাগৎনবা হোৎনরকই। মখোয়না হান্নগী ইনরম্বা থিম হায়বদি, রোমান্টিক ওইবা অমদি হেন্না আদর্শ ওইবা মশক কয়া অদু থাদোক্তুনা সমাজগী ওইবা অশেংবা মশক্তা মায় ওনশিল্লকপনি। অসুম্না সমাজগা চানবা মফোঙদোক কয়াদা খূৎ থানরকই। হায়রিবা তাঙ্কক অসিগী ৱারীমচাশিং অসিদা অইবশিংনা সমাজ অমসুং পুন্সিগী অশেংবা মশক অমদি পুন্সিদা থেংনরিবা সমস্যা কয়া পুথোক্লবা লাক্লবদা পূক্নীং চঙনবা হেল্লকই। মদুদি, সমাজগী অমদি মীওইবগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোন কয়া উত্তুনা পুন্সিগী নুং অমসুং পানগী অচুম্বা কয়াসু ময়েক শেংনা ফোঙদোরকপা খূৎইনি। তাঙ্কক অসি হায়বদি ১৯৬০দগী ইং ১৯৭০ ফাওবগী মতমসিদা মণিপুরী ৱারীমচাগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখিবা য়াম্না মরুওইনা, মণিপুরী

ৱারীমচাগী খ্বাইদগী লাইবক ফরবা অনৌবা খূৎশেম কয়াসু শেমগৎনরকখিবা মতমনি।

ইং ১৯৭০ দগী ইং ১৯৯০ ফাওবগী তাঙ্কক অসিদা মণিপুরী ৱারীমচা ইবা অনৌবা অহৈবা কয়াসু থোরক্লুনা হান্নগী অইবশিং য়াওনা ৱারীমচাগী লাইরিক কয়া ইনরকখি। মসিদা 'মৈরিক' চেফোংগী চাউরবা থৌদাং লৈ। চেফোং অসিনা মণিপুরী ৱারীমচাগী খোঙচৎতা ঈনোৎ হাপ্তুনা ৱারীমচাগী অকনবা ঈহৌ ওইহনখিবনি। 'মৈরিক' হায়বা চোফাঙ অসি ৱারীমচাতগী ওইবা থা অনী অনীগী ওইনা ফোঙবা চেফোং অমনি। মসিগী মতাংদা ডা. নহাকপম অরুনানা ৱাফম খর ফোঙদোক্লি:

> খৃষ্টগী কুম ১৯৭৪দা শ্রীবীরেন, ইবোমচা, বীরমনি, প্রিয়োকুমার, প্রেমচান্দ, কিশোরচান্দ, ইবোহনবীনচিংবা অপূনবা খূৎপু অমগী অকনবা খোঙজং অমা ওইনা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন্না সম্পাদক ওইদুনা মৈরিক (থা অনী/অনীগী) চেফোং ফোঙলকই। মখোয়গীদি ওল্লক্লিবা পুন্সি শকফম অমসুং মসিবু চঙ ফংনা ফোংদোক্লবা হোৎনদুনা অকনবা ঈহৌ অমা শাগৎলকপনি। য়াম্না ভাব তানা চঙশিল্লকপা খোঙথাংনি।[১৬]

হৌজিক্কী মতমদা সমাজগী অমদি মীওইবগী অশেংবা পুন্সিদা থেংনরিবা সমস্যা কয়াবু উৎতুনা ৱারীমচা ইবগী তঙাইফদবা অমদি য়াম্না মরুওইবা থৌদাং কয়া পন্দুনা মৈরিক্কী মেনিফেস্তোদা পনখিবা ৱাফমশিং অদুদগী অমুক ডা. নহাকপম অরুনানা মচঙ ওইবা ৱাফম খনগৎতুনা অসুম্না অমুক উৎলি:

> হৌজিক্কী পুন্সিগী মওং মতৌ পূম্নমক হোংলে। ... থোইদোক্লা মীচম প্রজাশিংগী পুন্সিবু লৈবাক অসিগী ব্যুরেক্রেতিক লৈঙাকলোন্না য়োকখৎলিবা কেপিতেলিস্ত ইকোনোমিনা নোংম-নোংমগী তকখায়রক্লুনা মীওইবগী অধিকার পূম্বা উৎ ওইহল্লক্লি। ... অসিগুম্বা নীংবা কায়বা তৌফম খঙদবা পুন্সি অসিদগী অনৌবা কলাগী শক্তম অমা মরন্নাই থোরকই। অসুম্না ৱারীমচাগীসু হৌজিক্কী হোংলক্লিবা পুন্সি শকফম পুদুনা অনৌবা ৱারীমচাগী শক্তম অমা চোংথোরকপা অমসুং হোংলকপা মশানা তাবনি।[১৭]

---

১৬ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, ডা. থোকচোম ইবোহনবী সিংহ (সম্পা:), *ওপ. সিট.*, (হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা— ডা. নহাকপম অরুনা), লা: ২২৮।

১৭ নহাকপম অরুনা, *নোংথাংলৈমা অমসুং অইবঙ*, ২০০১ (হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা), চুংখাম যশবন্ত সিংহ, কৈশামথোং, ইম্ফাল, লা: ৬৪-৬৫।

মতম অসিদা মথং মথং ফোঙলকখিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা পনবা য়াবা খরা থমজরি। অহানবদা কৈশাম প্রিয়োকুমার (১৯৪৯)গী *অৱাওবা পুন্সি* (১৯৭১), এলাংবম সোনামনিগী *ৱোমকুদা শিকার* (১৯৭৩) নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী *ইলিশা অমগী মহাও* (১৯৭৩) এলাংবম দীনমনিগী *মারাপ্পী অঙাওবী*(১৯৭৪) অমসুং *তিংখংলৈ* (১৯৭৭), আই. এস. কাঙজম ১৯৪৬) গী *করিগী*(১৯৭৭), এলাংবম সোনামনিগী *মংসৎ তানবা*(১৯৭৮), মার. কে. এলাংবমগী *কালেন থাগী লৈপাকলৈ*(১৯৭৯), হাওবম চনু সত্যবতী ১৯৫৩)গী *মল্লবা ডাইরী* (১৯৭৯) অমসুং নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী ৱানমিচাক অমনা কেনখিবা (১৯৭৯) অসিনি। হায়রিবা অইবা কয়াগী ারীমচাগী লাইরিকশিং অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিংসি মখল কয়াগী চৈথেং ংলবা মীওইবগী পুন্সিগী মতাংদা রিএলিষ্টিক ওইনা য়েকপা খুৎয়েক্লা অয়াম্বনি। দম ওইনা কুঞ্জমোহনগী *ইলিশা অমগী মহাও* হায়বা ৱারীমচাসিদা, লৈত- ায়রনা খম থেংনা ৱারবা ইমুং অমগী সমস্যা অমা অইবনা মীনুংশিগা লোয়ননা য়কলি। অশেংবা তাইবঙদা থোক্লিবা নৎত্রগা থোকপা য়াবা থৌদোকনি।

অসুম্না লাক্লিবা ৱারীমচাগী অনৌবা ঈহৌ অসি মরিফুগী মতম য়ৌরকপদা াণিপুরী ৱারীমচাগী থোঙজং হেন্না কনখৎলক্নুনা মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারীমচাদা াফম চাউনা কল্লক্লে। হায়রিবা মতমসিদা ফোঙলকখিবা মরুওইবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি লমাবম বীরমনি (১৯৫২) গী *পিকনিক পিকনিক*(১৯৮০) অমসুং *চক্লা পাইখ্রবদা*(১৯৮১) শ্রী দীনমনিগী *পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা*(১৯৮১) অমসুং *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হড় হড়* (১৯৮৩) হিজম গুনগী *লংজিন মাংখ্রবা কিশি*(১৯৮১), লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দ (১৯৫৮ )গী *শাহিং চাবা অমগী ৱারী* (১৯৮২) খুমন্থেম প্রকাশকী *মণ্ডগী ঈশৈ*(১৯৮৪), থাইদেম প্রমোদিনীগী *পলেম লৈপাক লৈমা* অমসুং কমল তোইজাম্বা (১৯৪৮)গী *এ লেটর ফ্রোম পোর্ট ব্লেয়র* (১৯৮৪) অসিনচিংবা লাইরিক কয়া ফোঙলকখি।

মতমসিদা ৱারীমচা ইনবা লেপত্রি, হেন্নদুম ঈচেলসি কনখৎলকই হায়বা য়াই। ইং ১৯৮৫দসু ৱারীমচাগী লাইরিক মথং মথং ফোঙনরকই। হায়রিবা লাইরিকশিং অদুগী মনুংদগী খরা পল্লবদা, সিনাম কৃষ্ণমোহনগী *ৱারীলি শিংবুনলি*, এলাংবম সোনামনিগী *মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনিংথোঙদা লাকউদনা*, ইজম গুণগী *খদাংগী শমবু*, চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী *শান্নবুংদা* অসিনচিংবনি।

মসিগী মতুংদগী ইং ১৯৯০ ফাওবগী মনুংদা অনৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক কয়াসু থোক্লকখি। ইং ১৯৮৬তা শ্রী দীনমনিগী *মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র*, নীলবীর শাস্ত্রীগী *তৎগ্রবা পুন্সি লৈপুন* ফোঙখি। ইং ১৯৮৭তনা অরিবম চিত্রেশ্বরগী *লুপথত্রবা হিনাউ*, কমল তোইজাম্বগী *খুম্লক্তগী চীংলক্তগী* অসিনচিংবা থোকলকখি। মথং ১৯৮৮গী মনুংদা ফোঙলকখিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অদুদি বীরমনিগী *কাককী মচা কাক উরোককী মচা উরোক*, বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম (১৯৫৯)গী *অওনবা*, লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দগী *নতোন চাবীগী বসন্ত* হায়রিবশিং অসিনি। ইং ১৯৮৯দা ফোঙখিবা পনবা য়াবা ৱারীমচাগী লাইরিক খরদি, রাজকুমার মনি (১৯৩৯)গী *ময়াই কারবা শামু*, লনচেনবা মীতৈ (১৯৬১)গী *মীকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা* অসিনচিংবনি। দিকেদ অসিগী অরোইবা চহী ইং ১৯৯০দা কৈশাম প্রিয়োকুমারগী *ঐখোয় য়ুমলোন্নবা*, সুধীর নাওরোইবম (১৯৬৯)গী *য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ*, থোইবী দেবী (১৯২০) *পোষ্ট মোর্টেম*, য়ুম্লেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯)গী *নুমিৎতি অমুম হেংজিল্লকলি* হায়রিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অসি ফোঙলকখি।

মতৌ অসুম্না দিকেদ অনীগী মতমগী মনুংদা হায়বদি ১৯৭০দগী ১৯৯০ ফাওবদা ফোঙখিবা অইবা অইবীশিংগী ৱারীমচাগী তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিং অসিগী হীরম অমদি মখোয়গী মীৎয়েং ৱাখল্লোন অসি চাউরাক্লা মান্নে হায়বা য়াই। মৈরিক্কী মতমদগী লাকখিবা চাংয়েং তৌবগী ঈহৌ অদু হায়রিবা মতমসিদা হেন্না কনখৎলকপনি। মতম অসিদা ৱারীমচা ইবা অনৌবা অইবা কয়াসু থোরকপগা লোয়ননা মৈরিক্কী মতমগী থিমদা খূৎ থানরকখি। অমদি হুম্ফুগী মতমদা থোরকখিবা অইবা অইবী কয়াসু য়াওনা অনৌবা রাইটরশিং অসিনা মশা মশাগী তোঙানবা মীৎয়েং অমমমগা লোয়ননা মখল মখলগী ৱারীশিংদা চাংয়েং তৌনরকই। ৱারীমচাশিং অসিদা চাংয়েং তৌনরকপসি, অইবশিংগী মরক্তা অথোই অহেন লৈরবসু অমদি অহোংবা খরা য়াওজরবসু হায়রিবা ঈহৌ অদুগী মীৎয়েংদগী ওইরকপা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ঈহৌ অসি মণিপুরী সমাজগী অওনবা শক্লোন অমদি রাজনীতিগী অনৌবা কাওলোন অদুদগী ওইহল্লকপা পেন্দবা অমদি নীংঙমদবা কয়াদুনা প্রজাশিংদা খোয়রাং খোয়শাউনবা পোকহল্লকপগা লোয়ননা ফংলিবা চৈথেং কয়া অসিনা সাহিত্যগী লমদসু অহোংবা অমা পুরক্লবগী অচৌবা ঈথিল অমা ওইখি। ঈথিল অসিদগী ইনরক্লিবা ৱারীমচাশিং অসিদা, নহা ওইরিবা অইবশিংনা অর্থ য়াওদ্রবা অনৌবা লৈঙাক্লোন, অকনবা শক্তিনা নৈহৎপীরবা তোল্ল-তারবশিংগী

*সার্টিফিকেট*(১৯৯৫), অমসুং বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী *নাতকী খোঞ্জেল* অসিনচিংবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং পুথোরকই।

চহী খুদিংগী ৱারীমচা ইবা অমসুং ফোঙবা লেপ্পা লৈতে। ইং ১৯৯৬তসু ৱারীমচাগী লাইরিক কয়া ফোঙলকই, খুদম ওইনা খরা পল্লবদা, লাইতোঞ্জম প্রেমচান্দগী *ইমাগী ফনেক মচেৎ*, খাইদেম প্রমোদিনীগী *ইবেন মায়োগী লৈপরেং*, কমল তোইজাম্বগী *মীথুংশঙগী হনুবা* অসিনচিংবনি। ইং ১৯৯৭তা দীনমনিগী *লাইকিশি*, নিঙোম্বম সুনিতা (১৯৬৫)গী *খোঙজি মখোল* নচিংবা ফোঙলকখি। মসিগী মতুংদসু নৌরিবা অইবা অইবী কয়া য়াওনা ৱারীমচাগী লাইরিক লেপ্তুনা পুথোরক্লি। সুধীর নাওরোইবমগী *লৈই খরা পুন্সি খরা*(১৯৯৮), এটচ. বেনুবালা (১৯৫১)গী *ঙাইবগী ঙমখৈ* (১৯৯৮), ডা. যামিনীগী *লোইনাইদ্রবা ৱারী* (১৯৯৯) অমসুং *নুংশি খুদোল* (২০০৬), দীনমনিগী *ঈপাক* (২০০০), নী দেবী (১৯৬৮)গী *শোল্লবা মরী* (২০০২), মায়া নেপ্রম (১৯৬০)গী *ৱাকৎ* (২০০৪), রাজমনি অয়েকপমগী *নাথৈরুরবা ঈচেল* (২০০৩) অমসুং *ইথৌগী থাঙ* (২০০৫) অসিনচিংবা পনবা য়াই। অসুম্না লাইরিক ওইনা ফোঙলকপা অসিদসু নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা চেফোঙশিংদসু চোইনা চোইনা ৱারীমচা ইদুনা হাপনরকই।

মতৌ অসুম্না অরোইবা দিকেদ অসিদা ফোঙলক্লিবা য়াম্না নৌরিবা ৱারীমচাশিং অসিগী থিমসি অহোংবা অমা লাক্লে। মসিগী ওইবা য়াবা মরমদি মতমসিদা নহা ওইনা থোরক্লিবা অইবা কাঙলুপ অসিগী ৱাখল্লোন অসি মতমগী মতুংইন্না অওনবা পুরকপদগী ওইবসু য়াই। থিম অসিবু ফোঙদোক্লবগী টৈক্লিক্তি হান্নগী মখা চত্থরকপনি হায়বদি মৈরিক্কী ঈহৌদগী লাকখিবা খুৎইদুদা চাংয়েং তৌদুনা ইবনি। হৌজিক্কী পুন্সিগী মপাম্থোংদা থেংনরিবা অৱা-নুংঙাইগী মশক্তা নত্তনা নুংগী ওইবা খঙঙমদবা পূক্নীংগী অথুপ্পা অমদি ৱাখলগী ঈরৈ কয়াসু রিএলিষ্টিক ওইবা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইদুনা সাইকোলোজিকেল ওইবা মীৎয়েংদগী ৱারীমচা ইননবা হোৎনরকই। অসুম্না লাকখিবা অহোংবশিংগী মনুংদা ৱারীমচা অইবীশিংগী তোপ-তোপ্পা মীৎয়েং অসিসু অমনি। নুপীগী পুন্সিদা থোক্লিবা, ফিদম্লিংঙাই ওইরবা অৱাংবা থাক্তগী লৈখা তারবা অনেম্বা থাক ফাওবদা অইবী কয়ানা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী য়েক্তুনা লেপ্তুনা ইনরক্লি। ট্রেদিশনেল ভেল্যু কয়ানা য়োমদুনা শাগৎলিবা নুপীগী শক্তমবু ঙাক্লবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া মায়য়োক্লরিবী অমদি পেট্রিয়ার্কলগী চৎনবী লৈরিবা সমাজ অসিনা শেম্বা

নিয়মশিংনা পুনশিন্দুনা থম্বীরবা, লেঙ-ওৎপা য়াদনা হিংলক্লিবা নুপী ওইবীশিংগী পুক্সি মহিং উবদা চোকথরক্তুনা, খোয়শাউনরকপা অমসুং মসিগী মায়য়োক্তা শীংনবা পাল্লকপগী ঈথিল অইবীশিংদা ফাওরকই। অসিগুম্বা চৎনবীবু য়ানিংদবা উৎপা হৌরকই। হায়রিবা মীৎয়েং অসি মতম অসিদা থোরক্লিবী অইবীশিং— ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী দেবী, খুম্বোংময়ুম বীমাবতী, হাওবম সত্যবতী, মেমচৌবী, নিঙোম্বম সুনিতা, ডা. যামিনীনচিংবগী খুৎইদা ফোঙদোরকখি। অইবীশিং অসি হৌজিকসু ইবা লেপত্রি, ৱারীমচাদসু খুৎ থানরি।

মতৌ অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা পোক্লকপদগী ঙসি ফাওবদা ফোঙলক্লিবা মখল মখলগী ৱারীমচাশিং অসিনা মণিপুরী ৱারীমচাগী পুক্কে চোলহন্দুনা মওং তারবা থাক অমা য়ৌরক্লে হায়বা য়াই। মণিপুরী ৱারীমচাগী মশীং য়াম্বগী মথক্তা মপূঙ ফাবা কলা অমা ওইরক্তুনা ভারতকী লোন কয়াগী ৱারীমচাগী ঈচেলদা তিনবা ঙমলে। মণিপুরী সাহিত্যদা চেম্থরিবা ৱারীমচাগী ঈচেলসু লেপ্পা লৈতনা ঙসিসু অদুমক চেম্থরি।

*অহুমশুবা পন্দুপ*

# এলাংবম দীনমনিগী সাহিত্য অমদি মীৎয়েং

**এলাংবম দীনমনি:**

মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াওলগা লোয়ননা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা থোরকখিবা লময়ানবশিংগী মনুংদা এলাংবম দীনমনিসু অমনি। মহাক অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরিবা অইবনি। এলাংবম দীনমনি ইং ১৯৪০গী দিসেম্বর তাং ১৪দা পোইনুগী পূর্ণিমা, থাংজ নুমিৎতা এলাংখাংপোকপীদা পোকখি। অপোকপগী মিংনা এলাংবম কুলচন্দ্র সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিংনা হৈস্নাম নিংঙোল নন্দমুখি কৌই। অইবগী অপোকপা, মতমদুদা নট পালাগী ঈশৈ তৌরম্মী। মচিল মনাও নুপা অহুম, নুপী তরেৎ পূন্না তরাগী মনুংদা দীনমনিনা অনীশুবনি। মহাক মশাগী চহী অহুম খরা হেল্লকপা অদুৱাইদা শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইদা লাক্কুনা লৈখি। অইবা মশাগী পোক্লফমদা লাইরিক ময়েক খরা তম্বা হৌরকখি অদুবু স্কুল কাদুনা মহৈ-মশিং তম্বা হৌবদি শীংজমৈদা লাক্লবা মতুংদনি। অহানবা ওইনা, পেটিগ্রু এল্. পি. স্কুল শীংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা অহানবা, ২শুবা, ৪শুবা অমসুং ৫শুবা (ক্লাস ২ গা মান্নৈ) হায়না তম্বা হৌরকখি। মথংদা চুড়াচান্দ হায়স্কুলদা ক্লাস থ্রিদগী টেনফাও তমখি। ইং ১৯৫৯দা মেট্রিক থাখি। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা ডি.এম. কলেজদা আই.এ. (ইন্টরমিদিয়েট আর্টস) চহী অনী তম্মী। আই.এ. অসি লোইরগা কলেজ অসিমক্তদা বি.এ চহী অনী তমখি। মসিগী মখা তাবনা ইং ১৯৬৩দা আগ্রাদা বি.এদ(বি.টি) তম্মী। ইং ১৯৬৪দা হিন্দী শিক্ষন পরাঙ্গত লোইরগা আগ্রা য়ুনিভর্সিটিদা হিন্দীদা এম.এ. তম্মী। ইং ১৯৬৬তা এম.এ হিন্দী আগ্রা

য়ুনিভর্সিটি মখাদা সেকন্দ ক্লাসতা পাস তৌখি। মণিপুরগী ওইনা হিন্দী সবজেক্টতা এম.এ. লোইখবসি দীনমনিনা অহুমশুবা মীশকনি। অসুম্না এম.এ. লোইশিন্দুনা মণিপুরদা থোরক্লগা থা অহুমগী মতুংদা, উখ্রুলগী উখ্রুল হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা হিন্দীগী লেকচরর ওইনা থবক চঙখি। হায়রিবা স্কুল অসিদা চহী অমগা থা অমা চপ চানা ওজা ওইরম্মী। অসিগী মথংদা তম্ফাসনা গার্লস হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা ট্রান্সফর তৌরক্লুনা ইং ১৯৭০গী হৌরকপা মতমফাও ওজা ওইনা লৈখি। মসিগী মতুংদা ডি.এম. কলেজদা ১৯৭৪গী মার্চ থাফাও মণিপুরীগী ওজা ওইখি। চহী অসিমক্কী এপ্রিল থাদগী পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজ (জে.এন.ইউ.)কী মণিপুরী বিভাগতা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার ওইনা থবক তৌবা হৌখি। এলাংবম দীনমনিনা এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার ওইরিঙৈ মনুংসিদা, এলাহাবাদ য়ুনিভর্সিটিদা পি.এইচ.দি তৌখি। য়ুনিভর্সিটি অসিদগী 'আধুনিক মণিপুরী কহানিয়োং মে সামাজিক চেতনা' হায়বা হীরমসিদা শ্রী দীনমনি ডোক্তরেট দিগ্রী ফংখি। জে.এন.ইউ.না মণিপুর য়ুনিভর্সিটি ওল্লবা মতুংগী অথেঙবা ইং ২০০৩গী সেপ্তেম্বরগী অরোইবদা প্রোফেসার ওইনা থবক্তগী পোথাই।

অইবা অসি সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়াগসু মরা লৈনৈ, থবকসু তৌই। অইবনা ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা 'মণিপুর সাহিত্য পরিষদ'কা শম্নবা হৌখি। দি কলচরেল ফোরম মণিপুরগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরম্মী, সংস্থান অসিনা ফোঙবা 'ঋতু' চেফোংগী ইডিটরসু ওইরম্মী। মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা পুথোকপা চেফোঙ 'সাহিত্য' গীসু ইডিটর ওইরম্মী, হৌজিক্লা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমীতি, কলচরেল ফোরম অমদি মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী লাইফ মেম্বর ওইরি। এলাংবম দীনমনি ডি. এম. কলেজদা লেকচরর ওইরিঙৈ ইং ১৯৭১দা শীংজমৈ মথক য়ুম্নাম লৈকাইদগী য়ুম্নাম নিংঙোল ইবেহায়বী দেবীগা য়ুমপানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখি। অইবগী লোয়নবী অসিসু মণিপুর কলেজ ইম্ফালগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক্তগী পোথাই। অইবগী পুন্সিদা মচানুপা অমগা নুপী অমগা ফংজখি।[১]

---

১ এলাংবম দীনমনি, অইবা মশাগা উনদুনা ৱারী শানবদগী ফংবা, চহী ৬৮, শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ভাং ২৫ নবেম্বর, ২০০৭।

## দীনমনিগী সাহিত্য:

দীনমনি ডি.এম. কলেজদা ছাত্র ওইরিঙৈদগী সাহিত্যদা খূৎ থাবা হৌরকখি। তশেংনা হেক ইবা হৌখিবদি অইবনা চুড়াচান্দ হায়স্কুলদা ক্লাস IX তম্লিঙৈদগীনি। মতমসিদা উপন্যাস অমা ইখি অদুবু ফোঙখিদ্রে, খূৎইদুসু মাঙখ্রে। অইবনা হিন্দীগী ওজা অমা ওইরুবা অমদি হিন্দী সাহিত্য তম্লুবদগী, নৈনরুবদগী ইনিংবগী ৱাখল হেন্না পোকখি। দীনমনিনা সাহিত্যদা মায় ওনশিন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অয়াম্বদা খূৎ থারকপসি হিন্দী সাহিত্যগী চাউরবা ঈথিলননি হায়বা য়াই। হিন্দী সাহিত্যগী শক্লোন কয়াগা থেংনরুবদগী মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদসু অনৌবা লৈচল কয়া ইদুনা হাপচিন্নিংবগী অপাম্বগা লোয়ননা চঙশিল্লকখি।

এলাংবম দীনমনিগী পুন্সিদা ইহান হান্না খূৎ থাদুনা ইবা হৌখিবা সাহিত্যগী মচলসি উপন্যাসনি। মথংদা ৱারীমচা ইখি। অদুবু লাইরিক ওইনা মশক থোক্লা ইহান হন্না ফোঙখিবদি নৈন-ৱারেংগী লাইরিক *মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার* (১৯৬৬) হায়বা অসিনি। মসিসু মণিপুরী সাহিত্যদা নৈনবগী লাইরিক ৱাৎনা লৈ হায়বা ৱাখল অসিদগী ইখিবনি। অইবনা উখ্রুলদা ওজা ওইদুনা লৈরিঙৈ মতমদা ইহান হানবা ৱারীমচা *থকবী* অসি ইখি। অইবগী পুন্সিগা সাহিত্যগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। অইবসিনা ইরিবা মচল কয়াগী সাহিত্যসি অইবগী পুন্সিদা থেংনখিবা অৱা নুংঙাই, পেন্দবা, শাউনিংবা, থোকখিবা থৌদোক কয়া অমদি থোকপা য়াবা থৌদোক, করিগুম্বা থৌদোকসি ইশাদা থোক্লবদি করি ওইনি খনবনচিংবা, অইবা মশাদা নৎত্রগা সমাজদা অকায়বা নৎত্রগা কায়বা য়াবা থবক অসিনচিংবদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইখিবা ঙাক্তনি। অইবা মশাদা হকথেংননা চপচানা থোক্রবসু উরুবা তারুবা অমদি থেংনরুবা অশেংবা থৌদোকশিংবু হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা কল্পনাগী মতেংনা খরা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা ইবনা অয়াম্বনি। মহাক্কী সাহিত্যশিংদা অশেংবা অহিংবা পুন্সিগী মমি য়াম্না নীংথিনা তাই। অইবা মশানসু অসুম্না হায়:

> ঐগী ৱারীমচাশিংগী মচাকশিং অসি ঐগী অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোক মচা অচৌবা কয়া, উরুবা তারুবা কয়া, ইশাদা থোক্লবদি কমদৌবা হায়না তুজুংবা পোকখিবা কয়াসিদগী থোক্লকপনি হায়দি ঐঙোন্দা চপ চানা থোক্রগসু, ঐনা থেংনরুবদুনা অয়াম্বনি।[২]

---

২ অইবগা উন্নদুনা ৱারী শাবা, উন্নরুবা নুমিৎ, মতম মথক্কা মায়ে।

দীনমনি, সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগী ইকায়খুম্ননিংঙাই ওইবা মনা কয়াসু ফংখ্রবা অইবনি। অইবগী মরিশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক *পিষ্টোল অমা কুন্দামৈ অমা* হায়বসিদা ভারত সাহিত্য একাদেমিনা ১৯৮২দা সাহিত্য একাদেমি মনা পীখি; মগাশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্* হায়বসিদসু মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিনা ইং ১৯৮৫দা সাহিত্যগী মনা পীখি; ইং ১৯৯৫দা ফোঙখিবা রেডিও লীলা *বন্দ কৈথেল* হায়বসিদা বেষ্ট হ্যমরস প্লেরাইট ওইনা এ.আই.আর দিল্লীনা ১৯৯৩দা শকখঙবা উৎখি। অইবনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা গিরীশ কার্নাদকী (১৯৩৮) লীলা *হয়ৱদন* (১৯৯২)দা ইং ১৯৯৪দা সাহিত্য একাদেমি দিল্লীনা ট্রান্সলেসন মনাসু পীখি। অসিদসু নত্তনা নোর্থ ইষ্ট টেলিভিজন (এন.ই.টি.ভি.) না পিপলস চোইস লাইফ টাইম কনট্রিব্যুসন টু লিটরেচর হায়না ২০০৬তা পীরকখি। মসিগী মথক্তা অইবনা সাহিত্যগী লমদা তৌরক্লিবা দানবু শকখঙবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনসু ইং ২০০৭দা সাহিত্য রত্ন হায়বা উপাধি অসি পীখি।

কুনশুবা চহীচাগী তঙ্খায় চনশিল্লকপা মতুংদা থোক্লক্লিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবা অসিনা সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা লম কয়াদা খুৎ থারম্মী। অইবা অসিনা শোক্তবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমসি লৈত্রে হায়বা য়াই। দীনমনি মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মশক নাইরবা সাহিত্যকারনি, সমালোচক্লি অমদি অনুবাদক অমসুনি। অইবা অসিনা খুৎ থাখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা লমশিং অদুদি- ৱারীমচা, নৈন-ৱারেং, অনুবাদ সাহিত্য, ড্রামা (রেডিও লীলা য়াওনা) শৈরেং, ৱারেং অমসুং উপন্যাস হায়রিবশিং অসিদনি। পূম্নমকসি ওইদুনসু এলাংবম দীনমনিবু ময়াম্না মণিপুরী সাহিত্যদা, সমালোচক অমা ওইনা অমসুং মণিপুরী ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা থোইদোক্না শীংথানরি।

## ৱারীমচা:

এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচাগী মপুঙফারবা লাইরিক তরা ফোঙখ্রে। লাইরিকশিং অদুদি— (১) *থক্লবী*, (২) *মোরাম্বী অঙাওবী* , (৩) *তিংখংলৈ*, (৪) *পিষ্টোল অমা কুন্দামৈ অমা*, (৫) *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্*, (৬) *মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র* , (৭) *লাইরেল মরীম্মোং* , (৮) *কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট* , (৯) *লাইকিশি*, অমসুং (১০) *ঈপাক*, অসিনচিংবনি।

হায়রিবা অইবগী ফোঙলবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অসিগী চাউরাকপা শক্তমদি, ৱারীমচাশিং অসিদা মখল কয়াগী সমস্যা তোঙান-তোঙানবা মীওইবগী লীচৎ অমসুং সমাজগী অফবা ফত্তবা শক্তমশিংগী মমি তশেং-তশেং তারি। ৱারীমচাশিং অসিদা অইবনা পুথৎলক্লিবা থিমশিং অসিদগী মরুওইবা পনবা য়াবা খরদি নুপা নুপীগী ওইবা মরী, নুপীগী থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা লৈরিবা অশেংবা নুংশিবা অমদি কৎথোকপা ঙম্বগী গুণ, মসিদা য়াওরিবা চয়েৎনবা সমস্যা, মপুরোইবা নীংবা নুপীগী শক্তম, মচাবু নুংশিবগী থোৎলবা থম্মোয়চেনবী নুপীগী মশক, লায়রবগী সমস্যানা নুপী ওইবীশিংদা পীরিবা চৈথেং, হিংনবগী লানফমদা অৱা-অনা, মীনোক মৈশা খাঙলিবী নুপীশিং, নুপানা অমদি সমাজনা তুহৎলবা নুপীগী শক্তম অসিনচিংবনি। অসিদসু নত্তনা অইবনা মাগী ৱারীমচাশিংদা, ইমুং-মনুংগী, কৈরোই লৈকাইগী অমদি মীওইবা সমাজগী খেন্নবা ৱাখলশিংদগী থোরকপা সমস্যা, মীওইবগী মমলবু শেলনা লেপ্পরক্লিবা, মসিদগী থোরক্লিবা মখল কয়াগী সমস্যা, লৈরিবা মীয়ামসু মেটরিয়েলিষ্টিক ৱার্লডদা লুপশিনবা হেল্লকপা, সরকার পায়রিবা অঙম-অথৌশিংগী অশোয়বা লৈঙাক পথাপ, শেঙ্গা-থুমজা অসিনচিংবা মণিপুরী খুন্নাই অসিগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোন পুরিবা শক্তমশিং অমদি অইবগী পুন্সি খোঙচৎতা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা থেংনবা, অওইবা ওইরিবা সমস্যা নৎত্রগা ওইরকপা য়াবা সমস্যা কয়া অইবনা ৱারীমচাগী থিম ওইনা লৌখৎতুনা মীয়ামদা অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌবীরি।

## নৈন-ৱারেং:

দীনমনিগী ফোঙখ্রবা নৈন-ৱারেংগী শীংথাবা য়ারবা লাইরিকশিং অদুদি— (১) *মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার*, (২) *থাইরাকপম চাউবা* (১৯৭২), (৩) *ডা. কমল* (১৯৭৬), (৪) *ডা. কমল পুন্সি অমসুং সাহিত্য* (১৯৮২), (৫) *অঙাংহল সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি* (১৯৯২), (৬) *হিজম অঙাংহল* (ইংলিশ মোনোগ্রাফ, ১৯৯৭), (৭) *ভারতকী কাব্য শাস্ত্র* (১৯৯৯), অসিনচিংবনি।

১। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার :

এলাংবম দীনমনিগী অহানবা ফোঙবা সমালোচনাগী লাইরিক্নি। মসিদা মপূঙ ওইনা নৈনরিবসি নোংপোক অমসুং নোংচুপকী সমালোচনাগী মীৎয়েংদা সাহিত্য নৈনবা (লিটরেরী ক্রিটিসিজম) না অহৌবা ওইরগা ডা. কমলসু মশক তাক্লবা হোৎনরি। মতাং অসিদা কবি অমা ওইনা কমলবু মশক তাকপগা লোয়নননা শৈরেং লাইরিক *লৈ পরেং* অমদি উপন্যাস, *মাধবী* নচিংববু নৈনদুনা কমলগা প্রকৃতিগা লৈনবা মরী, কবিগী দর্শন, বাদ অমদি মাধবীদা কমলনা পীরিবা অনৌবা পাউজেলবু উৎনবা লাক্লরি। ডা. কমলগী মতুংদা হিজম অঙাংহলগী *খম্বা থোইবী শৈরেং* (ইবা: ১৯৩৯/৪০, ফোঙবা: ১৯৬৪)বু নোংপোকলোমগী অমদি নোংচুপলোমগী সাহিত্যশাস্ত্রগী মতুংইন্না মহাকাব্য অমা ওইনা নৈনবগা লোয়নননা *থম্বাল* (ইবা: ১৯৪২, ফোঙবা ১৯৪৭) বু এল্লেগোরিকেল এসে অমা ওইনা উৎনবা লাক্লরি। মথংদা দরেন্দ্রজিৎকী নাটক *ভাগ্যচন্দ্র* বু ঐতিহাসিক নাটক অমা ওইনা নৈনবগা লোয়নননা চাউবগী *লবঙ্গলতা* সু ঐতিহাসিক উপন্যাস অমা ওইনা নৈনরি। অরোইবা পন্দুপতা জি. সি. তোংব্রাগী ড্রামাদা উৎলিবা ফাগী অমদি মসিদা মীওইবগী অরানবা অশোয়বা মশক তাকপা, চৎনবী থৈদোকপনচিংবগী মতাংদা সবজেক্টিভ ক্রিটিসিজম অমা পীবগা লোয়নননা মাগী লীলামচা খরদনা সাইকোলোজিকেল ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েংদা নৈনরি।

২। খ্বাইরাকপম চাউবা :

লাইরিক অসি দীনমনিগী অনীশুবা ওইনা ফোঙবা সমালোচনাগী লাইরিক্নি। মণিপুরী সাহিত্যদা কবি অমগী মরমদা নৈনদুনা ইবা মপূঙ ফাবা সমালোচনাগী ওইনদি অহানবনি। মসিদা মপূঙ ওইনা নৈনরিবসি কবি চাউবগী পুন্সি অমদি সাহিত্যদনি। পন্দুপ মঙাথোক্লা খায়দোকপা সমালোচনাগী লাইরিক অসিগী অহানবা পন্দুপতা কবি চাউবগী শল্লপ্পা পুন্সি ৱারী অমা লীরি। মসিদা কবি চাউবা উরিপোক শোর্বোন থিংঙেল লৈকাইদা পোকখিবা, থাংমৈবন্দ এল.পী স্কুলদগী জোনোষ্টোন স্কুলনচিংবদা মহে তল্লকপা পূম্নমক তাকলি। অসিদসু নত্তনা *ছাত্রমচা, কান্নবা ৱা, ৱাখল, ফিদম, ৱাখলগী ঈচেল, থাইনগী লৈরাং, লবঙ্গলতা* নচিংবা লাইরিকশিং ইরম্বা, মিত্র সমিতিদা য়াওদুনা ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যদা খোঙদারকপগী মতাং অমদি

য়াকাইরোল, ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা, মিংনাইদবী অমদি জ্যোতিনচিংবা চেফোঙশিংদা ৱারেং শৈরেংনচিংবা ইদুনা ফোঙখিবগী ৱাফম পল্লি। অনীশুবা পন্দুপতা কবি চাউববু এসেয়িষ্ট অমা ওইনা মশক তাক্লবা হোৎনরি। মসিদা নিবন্ধগী শক্তাক ৱারোল, মসিগী পোৎচঙশিং, মখলশিং, মসিগী বিধা খূৎইনচিংবা শন্নপ্না পল্লম্বগা লোয়ননা চাউবগী বিষয়, নিবন্ধ মখল খূৎইনচিংবা মাগী লাইরিকশিংদা য়াওবা নিবন্ধশিংদগী খূদমগা লোয়ননা নৈনরি। অহুমশুবা পন্দুপ অসিদি কবি চাউবগী ঐতিহাসিক উপন্যাস *লবঙ্গলতা* দা মপূঙ ওইনা নৈনরি। মণিপুরী সাহিত্যদা লবঙ্গলতাগী মফম, মসিগী ৱারী লিশাং, মসিগী গুণ অমদি দোষ, মসিদা য়াওরোইদবা মীওইশিং হায়বদি চরিত্রশিং, ৱারী ৱাতাই, নাকয়েৎ, মফম মতম, খূৎই পষ্টুংনচিংবা শন্দোক্লা খূদম পীদুনা নৈনরি। মখা চখরকপদা লবঙ্গলতাবু ঐতিহাসিক উপন্যাস অমা ওইনা উৎলি। উপন্যাস অসিগা মরী লৈননা প্রকৃতি বর্ননসু মতেক অমা য়াওহল্লি। মরিশুবা পন্দুপ অসিদনা কবি অমা ওইনা কবি চাউববু মশক তাক্ল বা হোৎনবা অমসুং কবিগী শৈরেংশিং নৈনবগা লোয়ননা মাগী লোল অমদি ৱাহৈ পুক্নৈসু নৈনরি। অরোইবা মঙাশুবা পন্দুপ অসিদদি কবি চাউবনা ইরম্বা লাইরিকশিংগী মরমদা শমজিন্না মশক তাকপনি। মসিদা *কাম্নবা ৱা, ছাত্রমচা, থাইনগী লৈরাং, নবমালিকা, ৱাখল, ৱাখলগী ঈচেল* নচিংবা লাইরিকশিং য়াওরি।

৩। ডা. কমল :

হায়রিবা লাইরিক অসিসু দীনমনিগী অহুমশুবা ওইনা ফোঙবা সমালোচনাগী লাইরিক্নি। লাইরিক অসিগী চাউথোক্লবা মপূঙফাবা ভোল্যুম অমা *ডা. কমল: পুন্সি অমসুং সাহিত্য* হায়না মমিং থোন্দুনা ফোঙপ্রে, অদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা শমজিনবা মশক তাকচব্রে।

৪। ডা. কমল : পুন্সি অমসুং সাহিত্য :

এলাংবম দীনমনিনা এলাহাবাদ য়ুনিভর্সিটিদা রিসার্ছ তৌরুবা অমদি ডোক্তরেট ফংলবা মতুংদা ইবা সমালোচনাগী মপূঙ ফাবা লাইরিক্নি। *ডা. কমল* হায়বা সমালোচনাগী লাইরিক অদুগী চাউথোকহল্লবা ভোল্যুমনি। মসিদা অইবনা মপূঙ ওইনা নৈনরিবসি ডা. কমলগী পুন্সি অমসুং মাগী

সাহিত্যগী মরমদনি। লাইরিক অসি পন্দুপ তরুকথোক্লা খান্নরি। অহানবা পন্দুপতা ডা. কমলগী পুন্সি, লংথবান কুঞ্জদা পোকখিবা; হোসপিতালদা লৈবা মাগী মমুমদা নোঙ্গাখিবা; মহে তম্লকপনা শিলোংগী পীক্লবা এল.পী. স্কুলদগী হৌরক্লগা জোনোষ্টোন স্কুল অমদি অরোয়বদা দিব্রুগড়দা চত্তুনা বেরি হ্বাইট মেদিকেল স্কুলদা এল. এম. পী তমখিবা, স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ইবা হৌখিবনচিংবা পল্লি। অনীশুবা পন্দুপতা কবি অসিগী শৈরেং লাইরিক *লৈ পরেং* দা য়াওবা শৈরেংশিং অদুগী মরমদা নৈনরি। অহুমশুবা পন্দুপ্তুনা কবি অমা ওইনা ডা. কমলবু মশক তাক্লবা হোৎনরি। মসিদা কবিগা, প্রকৃতিগা, সংস্কৃতিগা, দেশ প্রেমগা, নুংশিবা অমদি আদর্শগা পুন্সিগা লৈনবা মরী অদু মাগী শৈরেংশিংদগী খৃদমগা লোয়ননা প্রমান পীরি। মরিশুবা পন্দুপ অসিদি কবিগী সামাজিক উপন্যাস *মাধবী* দা মপূঙ ওইবা মীৎয়েং থমদুনা নৈনবনি। মসিদা উপন্যাস অসিগী হীরম, থৌদোক ঝাথোক, চরিত্র শেম্বা চরিত্রশিংগী মতাং, ৱারী-ৱাতায়, নাক য়েৎ, শৈলী অমদি লমথুংনচিংবা নৈনরি। মঙাশুবা শরুক্তুনা ডা. কমলবু উপন্যাসকার অমা  ওইনা মশক তাক্লি। তরুকশুবগী অরোইবা শরুক্তুনা ডা. কমলনা ইরম্বা 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা' হায়বা ৱারীমচা অদুগী মরমদা নৈনবনি। মসিদা ৱারীমচা অসিগী হীরম, থৌদোক ঝাথোক পরীং, লমচৎ য়েকপা, ৱারী লীবগী মওং অমদি মতমদুগী সমাজনচিংবগী মরমদা য়াম্না মচা খায়না শন্দোক্লা খৃদমগা লোয়ননা নৈনরি।

৫। অঙাংহল সাহিত্য, সমাজ অমদি সংস্কৃতি :

এলাংবম দীনমনিগী খ্বায়দগী ৱাখল তানা  ইবা অৱাংবা থাক্কী ওইবা (মাস্টরপিছ অমসু ওইরিবা) সমালোচনাগী লাইরিক অমনি। ঙসি ফাওবদা অসিগুম্বা মপূঙ ফাবা সমালোচনাগী লাইরিক অমতা পুথোরকপা লৈত্রি। লাইরিক অসিদা মপূঙ ওইনা নৈনরিবসি মহাকবি অঙাংহলগী পুন্সিগী মশক তাকপগা লোয়ননা মাগী সাহিত্যবু নৈনবনি। অসিদা নত্তনা অঙাংহলগী মতমগী  সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মশকসু নৈনরি। হিজম অঙাংহল শমুরৌ হায়বা খুঙ্গংদুদা তাইবঙ খোঙদারকপা অমদি লাঙ্গেম্নবদা নিংঙোমথোঙদা নোঙ্গাখিবা, সাহিত্যগী লম্বেলদা কবিনা ইং ১৯২৫গী মতুংদা সাহিত্যদা খোঙদাবা হৌরকখিবা, 'য়াইস্কুল নুপীমচা স্কুল' (১৯২৭) লীংখৎতুনা *ইবেম্মা, নিমাই সন্যাস, থাবল চোংবী* নচিংবা লীলা ইদুনা শান্নহনখিবা,

ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাদা শৈরেং ইদুনা মথং মথং ফোঙখিবা অসিনা অহৌবা ওইরি। কাব্যকার অমা ওইনা অঙাংহলবু মশক তাক্লবা লাক্লবদা কবিগী মহাকাব্য অনী *শিঙ্গেল ইন্দু* অমদি *খম্বা থোইবী শৈরেং* বু নোংপোক্লোমগী মীৎয়েংদা মহাকাব্যগী বিধা অমা ওইনা নৈনরম্মী। মথংদা, *খম্বাল* বু ৱারেং শৈরেং (পোইটিক প্রোজ) অমা ওইনা মশক তাক্লম্মী। অঙাংহলবু উপন্যাসকার অমা ওইনা উৎপদনা কবিগী উপন্যাসশিং *য়াইখিংকোনু* অমদি *জহেরা* নচিংবদা য়েক্লিবা উপন্যাস অমা ওইবগী লক্ষনশিংগা লোয়ননা নৈনরি। 'অঙাংহলগী লীলা' হায়বা পন্দুপতদি *ইবেম্মা* অমদি *পোক্তবী* হায়বা লীলা অনীসিগী মরমদা নৈনবনি। মসিদা মতমদুগী সমাজগী ওইবা হীরমদা ইবা লীলানি হায়না নৈনরি। অরোইবা পন্দুপ্তা নৈনরিবনা অঙাংহলনা মাগী শৈরেংশিং অদুগা লৈনবা মরীগী মশক মপূঙ ওইনা অঙাংহলগা প্রকৃতি অমদি সমাজগা লৈনবা মরী উৎলি। কবিগী শৈরেংদা শীজিন্নবা লোন অমদি ইবগী মওং নচিংবসু অরোইবা শরুক্তা য়াওরি। মসিনা লাইরিক অসি মপূঙ ফাহনবদা মতেং ওইরি।

৬। হিজম অঙাংহল (ইংলিস, মোনোগ্রাফ) :

এলাংবম দীনমনিনা হায়রিবা লাইরিক অসিদা হিজম অঙাংহল সিংহগী পুন্সি অমসুং থবক্কী মরমদা নৈনদুনা ইরি। লাইরিক অসিগী প্রিফেসতা, হিজম অঙাংহলসি কুনশুবা চহীচাগী অহানবা দিকেদতা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্বা কবিনি হায়না অইবনা পল্লম্মী। অঙাংহলনা সমালোচনাগী লাইরিক নত্তনা অতৈ সাহিত্যগী মচল শুনবা খূৎ থাবীরম্মী হায়নসু তাক্লি। অসিদসু নত্তনা অঙাংহলনা ইবগী থবকসিগী মথক্তা সমাজ মীয়ামগী ওইবা থবক মহৈ মশিং তম্নগী অমসুং আর্ট এন্দ কলচরগী থবক্তা শরুক য়াদুনা পুন্সি লেল্লম্মী, মসিনা অঙাংহলবু মণিপুরী সমাজগী য়াইফনবা অমদি চাওখৎনবা হোৎনবদা পুক্লীংসু লুপ্লম্বা অইবনি হায়না দীনমনিনা লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা পল্লি।

লাইরিক অসিগী অহানবা পন্দুপতা অঙাংহলগী পুন্সিগী মতাংদা মতেক অমা ইরি। অঙাংহলনা সমুরৌদা পোকখিবা, জোনোষ্টোন হায়স্কুলদা ক্লাস ফাইভ ফাও তম্লম্বা, চৈরাপ কোর্টতা মোহোরি ওইনা থবক তৌবা, ১৯১৭ তা থোংঙান মিকোই দেবীগা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা চঙলকপা অসিনচিংবা

তাকপীরি। অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতমদা অঙাংহলগী ইমুং লাঞ্জেন্নখিবা য়াওখি, মমৈদা নিংঙোম থোঙজাওদা লৈরবা মতুংদা মশাগী চহী ৫১ শুরকপদা দাইবেটিসনা নাদুনা শিখিবফাওগী ৱাফম য়াওরি। অনীশুবা পন্দুপতা, অঙাংহলগী তোঙান-তোঙানবা লাইরিক্তা গৌরিয়া বৈষ্ণব চৎপা অমসুং গান্ধিয়ান মুভমেন্টকী ৱাখল্লোন চেনবা মীশক অমা ওইন্না উবগী মীৎয়েং অমা উৎলি। লোয়ননা সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা, লোন অমসুং সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবা অমা ওইনা নৈনরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসিবু ইহান হান্না হৌদোকখিবা মীশকশিংগী মরক্তা মহাকপু অমনি হায়নসু পল্লি। অসিদসু নত্তনা ড্রামাটিষ্ট অমা ওইনা, লিরিসিষ্ট অমা ওইনা অমদি ওটোবাইওগ্রাফি ইবা অমা ওইনসু মশক তাক্লি। লোইশিল্লকপদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাক্কী সাহিত্য অমসুং কলচরগী থৌদাংবু শকখঙবীদুনা লৈখিদ্রবা মতুং ১৯৪৮ দা কবিরত্ন উপাধি পীখিবফাও ইরি। মথংদা অঙাংহলবু কবি অমা ওইনা ১৯৩৮ দা ফোঙখিবা *সিঙেঙল ইন্দু* দা যুম্ফম ওইদুনা নৈনরি। মথংগী পন্দুপতনা *খম্বা থোইবী শৈরেং* মহাকাব্যগী চাউরাকপা মশক নৈনদুনা উৎলি। মথংগী প্রোজ পোইত্রি এন্দ সোর্ট পোইমস হায়বসিদনা *থম্বাল* বু এলিগোরিকেল নেরেটিভ প্রোজনি হায়না তাকপগা লোয়ননা শৈরেং মচাশিং, নাচোম চিনবী, হুইনাও মচা য়েংবা, মৈতৈ রঙ, মাগী, পথাপ, খঙদবা, লল্লোনপোৎ নচিংবা শৈরেংশিংসু শন্নপ্পা নৈনরি। মথংদা এজ. এ নোভেলিষ্ট হায়বসিদা অঙাংহলগী সামাজিক চেতনাদা যুম্ফম ওইবা উপন্যাস *জহেরা* অমসুং ফোকতা যুম্ফম ওইবা উপন্যাস *য়াইথিংকোনু* অনীগী থিম, ৱারী, শীজিন্নরিবা টেক্নিক, লোন্নচিংবগী মতাংদা শন্নপ্পা নৈনবগা লোয়ননা অঙাংহলনা মণিপুরী ফোক নোভেল ইবা অহানবা অইবনি হায়বসু তাক্লি। অরোইবগী পন্দুপ, এজ এ প্লেরাইট এন্দ ষ্টেজ পর্সোনেলিটি হায়বসিদা অঙাংহলনা থিয়েটরবু পামজবদগী য়াইস্কুল নুপীমচা ড্রামাটিক পার্টি কৌবা সংস্থান অমা য়াইস্কুলদা শেমগৎপা হৌখিবদগী নৈনবা হৌরকই। খরা লৈরগা থিয়েটরগী সংস্থান অসিবু য়াইস্কুল ড্রামাটিক য়ুনিয়ন হায়না মমিং হোংদোকখিবগী ৱাসু পল্লি। মসিদগী অমুক মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন অসি ওনখিবনি হায়রি। অঙাংহলনা বেঙ্গোলিদগী হন্দোকপা ড্রামাবু পামদবদগী *নিমাই সন্যাস* অমসুং *থাবল চোংবী* অনীসি ইখিবগী ৱাফমসু য়াওরি। অঙাংহলগী *ইবেম্মা* অমসুং *পোক্তবী* অনীবু শন্নপ্পা নৈনদুনা অঙাংহলবু

প্লেরাইট অমা ওইনা মশক তাক্লি লোয়ননা মায় পাক্লবা ড্রামাটিষ্টনি, অফবা প্রদ্যুসর অমসুং ষ্টেজ মেনেজরনি হায়নসু তাক্লি।

অসুম্না অঙাংহলগী পুন্সি, সাহিত্য অমসুং অতৈ থবকশিংগী মতাংদা এলাংবম দীনমনিনা মপূঙ ফারবা সমালোচনাগী লাইরিক অমা ইদুনা পুথোকপীরম্বা অসিগী মীৎয়েংদগী মহাকপু মীচঙ মীখায় নাইদবা অফবা সমালোচক অমনি হায়না লৌবা য়াই।

৭। ভারতকী কাব্য শাস্ত্র :

এলাংবম দীনমনিগী নোংপোকলোমগী কাব্যশাস্ত্রগী মীৎয়েংদা ইবা মপূঙ ফারবা সমালোচনাগী লাইরিক অমনি। হিদংময়ুম দ্বীজমনি দেব শর্ম্ম, অরিবম গোকুল শাস্ত্রী, বি.মনিস্না শর্ম্মা অমদি ওয়নাম ইবোচৌবা নচিংবা কয়ানা নোংপোকলোমগী মরুওইনা ভারতকী সাহিত্য নৈনরোলগী লাইরিকশিং ফোঙথ্রবা মতুংদা অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যবু বিষয় অমা ওইনা তম্লিবা মরুওইনা মণিপুরী মহৈরোয়শিংনা থেংনরিবা অৱাবসি খরদং ওইরবসু মতেং পাংনবা ইখিবা লাইরিক্লি। সমালোচনাগী লাইরিক অসিদা মরুওইনা নৈনরিবসি অহানবা শরুক্তা, কাব্য শাস্ত্রগী মশক তাক্লবা অমদি কাব্যশাস্ত্রগী তঙাইফদবশিং তাক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা কাব্যশাস্ত্রগী মমিংশিং পীরি অমসুং কাব্যশাস্ত্রগী খোঙহৌ অমদি ঈচেলবু শমজিন্না পাউদম্বনি। অনীশুবা শরুক্তনা কাব্যগী শক্তাক ৱারোল পীরি। মসিদা কাব্যগী মখল, ভারতকী মীৎয়েংদা লীলাগী মচল, কাব্যগী অবস্থা অমদি নায়ক নায়িকাগী মখলনচিংবসু পীরি। অহুমশুবা শরুক্তা সম্প্রদায়শিংগী মরমদা নৈনরি। মসিদা কাব্যশাস্ত্রগী সম্প্রদায় তরুক- রস সম্প্রদায়, অলংকার সম্প্রদায়, রীতি সম্প্রদায়, ধ্বনি সম্প্রদায়, বক্রোক্তি সম্প্রদায় অমদি ঔচিত্য সম্প্রদায়শিং অসিগী হৌদোকপা আচার্যশিংগী মমিংশিং অমদি মথং মথং চৎথরকপগী ৱারী পরীং অদু শক তারিখকা লোয়ননা পীরি। মরিশুবা শরুক্তা নৈনরিবনা রসকী মতাংদনি। মসিদা রসকী পোৎচঙ, রসকী মশক, রস ১১ হায়বদি শৃঙ্গার রস, হাস্য রস, করুণ রস, রৌদ্র রস, বীর রস, ভয়ানক রস, বীভৎস রস, অদ্ভূত রস, শান্ত রস, বাৎসল্য রস, ভক্তি রসকী মরমদা শন্দোক্লা খূদমগা লোয়ননা তাকলি। অরোইবদা রসকী ফীভম-বাদশিং রসকী মনুংঙাই, সাধারনীকরণ, কবিগী রসনচিংবসু নৈনরি। মঙাশুবা শরুক অসিদি

কাব্যদা দোষ অমদি কাব্যগী গুণগী মরমদা নৈনবনি। মসিদা 'দোষ' করিনো হায়না তাকপগা লোয়ননা মসিগী মখলশিং অদুগী মরমদসু শন্দোক্লা হায়রি। মখা চত্থরকপদা 'গুণ' গী মরমদা নৈনরি। তরুকশুবা শরুক অসিদনা কবিগী মশক তাক্লি অমদি কাব্যগী মরুওইবা মরম (কাব্যহেতু) পীরি। কবিগী মহৈ মশিংগী মতাংদা শন্নপ্লা হায়বগা লোয়ননা কবিগী হীরমগী মীৎয়েং অমসুং ফীভমগী মীৎয়েংনচিংবসু নৈনদুনা কবিগী তোঙান-তোঙানবা মখল খায়দোক্কুনা থম্লি। তরেৎশুবা অরোইবা শরুক্তনা 'নৈনবা আলোচনা' হায়বসিগী মতাংদনি। সাহিত্যগী মহৈরোই অমা ওইবা তারবদি আলোচনা মুন্না খঙদবা য়াদে অদুনা আলোচনা করিনো অমদি আলোচকী গুন্না করিনো হায়না নৈনরি। মখা চত্থরকপদা আলোচকী মখল, আলোচনাগী মখলনচিংবা পীবগা লোয়ননা মখলশিং অসিগী মরমদসু শন্দোক্লা তাকলি।

অনুবাদ :

হৌজিক ফাওবদা দীনমনিনা অতোপ্পা লোন্দগী মণিপুরীদা উপন্যাস অমা অমসুং লীলা মরি পুন্না লাইরিক মঙা হন্দোক্কুনা ফোঙপ্রে। হন্দোক্লিবা লাইরিকশিং অদুদি: (১) *ত্যাগপত্র* (১৯৭০), (২) *অমম্বা যুগ* (১৯৮৫), (৩) *হয়বদন* (কোক শগোল), (৪) *ঈঙাগী নোংমা* (১৯৯৩), (৫) *নাগমণ্ডল* (১৯৯৪) অসিনচিংবনি।

১। ত্যাগপত্র :

হিন্দী সাহিত্যগী উপন্যাসকার জৈনেন্দ্রকুমারগী *ত্যাগপত্র* (১৯৩৭) হায়বা উপন্যাস অসিদগী এলাংবম দীনমনিনা মৈতৈলোন্দা *ত্যাগপত্র* হায়না হন্দোক্কুনা ফোঙখি। উপন্যাস অসিদা অইবনা মতম অদুগী ভারতকী সমাজদা নুপী জাতি অসি করম্বা ফীভমদা লৈরম্বগে হায়বদু তাকপগা লোয়ননা মীওৎ মীনৈগী চৈথেং নংলবী, লৈখা তাররবী নুপী অমগী সমস্যা উৎলি অমদি পাউজেল অমসু পীনিংলি।

*ত্যাগপত্র* হায়রিবা উপন্যাস অসি মীওইবগী পূর্ন্নীংগী ঈহুল অমদি ঈহুল অসিদগী থোরকপা তোঙান-তোঙানবা সমস্যা নৈনবা উপন্যাস অমনি। মসি মৃনাল কৌবী নুপী অমগী চরিত্রনা মরুওইনা অমদি মপৃঙ ওইনা য়েকপা উপন্যাস অমনি। ব্রারীদি ইচম চম্বা ব্রারীনি। প্রমোদ কৌবা লৈবাক্কী ব্রায়েল মপু ওইরবা নুপা অমনা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈ পুক্নিদা লুনা চান্না

লোয়নরকপা মনে মৃনালগী অৱা পোলোই পুন্সিগী মতাংদা নুংনাংবা ফোঙদোকপা অমদি মনে অসিগীদমক্তা করিগুম্বা অমত্তা মতেং পাংবা ঙমখিদবা অমসুং লান্দবা মনেগীদমক লেপ্পা ঙমখিদবা, অচুম্বা ৱায়েন বীচার তৌবা ঙমখিদবা অসিদগী নুংঙাইতবা, নীংঙমদবা অদুনা মশানা পায়রিবা ৱায়েন মপু ওইরগী ফম অদু থাদোকখিবগী ৱারীনি। উপন্যাস অসিদা অইবনা নুপী ওইবীশিংগী পুন্সিগা মরী লৈনবা সমস্যা খরা পুথোক্তুনা নৈনরি। উপন্যাস অসিগী মপৃঙ ওইবা চরিত্র অমা ওইরিবী মৃনালগী থম্মোয় শোকপা অৱাবনা থল্লবা পুন্সিগী মরুমদা অইবনা উৎনিংলিবা সমস্যাদি নুপা নুপী নুংশিনদুনা লৌন-লৈনবগী হক ফংদবা, চুংশিন্নবা য়াদ্রবা লুহোংবগী অমাঙবা, নীংঙোল ওইবীশিংনা মপামদা অমদি নুপা ময়ূমদা চঙজফম লৈত্রবদা ককঙাওনবা, অমদি য়ূম্বানবগী পুন্সিদা নুপীনা তোন্না হিংবা, লৈখা তারবা ফীভমনচিংবা উৎপা সমস্যানি।

তশেংনমক *ত্যাগপত্র* হায়রিবা উপন্যাস অসি নুপীশিংগী ওইবা সমস্যা উৎপগা লোয়ননা নুপীদা ওৎনৈবা তৌদনবা অমদি ওইজবা থাদোকপগী পাউজেল অমসু পুরিবা মহৈ য়াম্লবা সামাজিক উপন্যাস অমনি।

:

২। অমম্বা যুগ:

*অন্ধা যুগ* হায়বা লাইরিকসি হিন্দীগী নাট্যকার ধর্মবীর ভারতী (১৯২৬) না ইবা লীলা অমনি, ইং ১৯৫৫ দা ইবনি। এলাংবম দীনমনিনা মণিপুরীদা *অমম্বা যুগ* হায়না হন্দোক্তুনা ফোঙখি। *অমম্বা যুগ* পোইটিক ড্রামানি। ড্রামা অসিদা মহাভারতকী ৱারীগী মচাক লৌরগা অমদি পাত্র পাত্রী লৌরগা ইবা মতমসিগী সমস্যা অমদি তুংগী ফীভমবু য়েক্লি। পৃথিবীদা থোক্লিবা অচৌবা লাঞ্জাওশিংগী মতুংদা ওইরক্লিবা মীওইবগী নুং অমদি পানগী ফীভমবু ড্রামা অসিদা মপৃঙ ওইনা উৎলি।

ৱারীদি মহাভারত লানগী ১৮নি চনবা নুমিৎকী য়াচংবদগী হৌরগা প্রভাসতীর্থদা শ্রীকৃষ্ণনা থুপখিবগী মতাং ফাওবনি। উৎলিবা লীলানা মহাভারতকী মতাং অমা ওইজরবসু, হৌজিক্কী মতম অসিগী মীওই পুন্সি কয়াগী মহিং অমদি লৈঙাক খূৎঙাক্কা করিসু খেন্নবা লৈতে। অচৌবা লাঞ্জাওশিং মালেম অসিদা তত্তনা থোক্লি। অসিগুম্বা লাঞ্জাওশিং অসি থোক্লিবগী মরম ময়েক শেংনা উবা ফংই। মশাগীতা খনবা, ওইজবা থিবা, মমিৎ তাংবা নিংথৌনা লৈঙাকপদগী থোরকপনি। কোরস শীজিন্নদুনা অনৌবা

লীলাগী মশক অমা পুথোক্লবা হোৎনৈ। লাঞ্জাও কয়াগী মতুংদা ধর্ম্মনা লৈখা তারকপদগী, ধর্ম্ম লৈতবা লৈবাক্লা মশীং হেন্দুনা, লৈবাক্কী অর্থনীতিগী ফীভমদসু লৈখা তারকই। মালেমসি পুন্না মাঙমিন্নবগী মওংদা লাকপা, শেঞ্জাও পায়বা কয়াগী লৈবাক ওইরক্তুনা লায়রবশিংবু নমথরকপা অমদি শক্লোন পুবা কয়ানা ওইদবা ঙাঙবা, উৎপাৎ তৌবা হৈবা কয়ানা মগুণ লৈবা ওইনা শকখঙনরকপা অসিগুম্বা লাঞ্জাও কয়াগী মতুংদা নিংথৌশিংগী শক্তিশিং অসি নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকই, প্রজাশিংনা ঙমখৈ লৈতনা ৱানা খাঙনরকই। হিংবা ঙম্মনবা খা-ৱাং খঙদনা চেন্দুনা খাঙনরিবা অসিগুম্বা তমথিবা মশক অসিবু ময়েক শেংনা ড্রামাসিদা উৎলি।

মহাভারতকী ৱারীদা য়াওবা কুরুক্ষেত্রগী লানফম অদু হৌজিক মতমগী সভ্যতাগা চাশিন্নহন্দুনা পুথোকপনি। হৌজিক্কী ২০শুবা চহীচা অসিদসু মীওইবগী পূক্লীংনা শারমচৎকী ওইবা ঈহুল থাদোকপা ঙমদবনা অমদি মতম চুপ্পদা লানগীদমক শেম-শাদুনা লৈ হায়বদু লীলাসিনা তাকপনি। মহাভারতকী লাঞ্জাওসি ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা লন থুম মীহৌবা অমদি শক্তিদা ঙাওবগী পাণ্ডবশিংদা শীংনদুনা থোকখ্রিবা লান্নি। অইবনা হায়নিংলিবদি মীওইবগী পূক্লীংসি অমম্বা শুরুংনি অমসুং মসিদা মমিৎ তাংবা মীগী পূক্লীংদা মতম পূম্নমক্তা শা অমা কুন্দুনা লৈ হায়বা অসিনি। হায়রিবা শারমচৎকী ওইবা ঈহুল অসি লাকশিনবা ঙমদদুনা ফুদোরকপদগী, মীওইবনা তমথিরবা, অকিবা ফংলবা, হৌনদবা থবক কয়া তৌরকই, মসিনা মীদগী শা ওল্লে তাকপনি। ধৃতরাষ্ট্রদি মমিৎ তাংই হায়রিবসি মপাম্বোংগী ওইবা মমিৎ অদুদবু নত্তে, মহাক্কী নুংগী ওইবা মীৎয়েং অদুসুনি। মহাক্লা মচাশিংবু য়োকখৎনিংবদগী অচুম্বা কাণ্ডবু পাণ্ডব অমদি শ্রীকৃষ্ণবু নমথগে খনখিবনি। অসিগুম্বা মীৎয়েং অসি অমম্বগী মশক্কুম্বনি। অমম্বা অচুম্বা য়াওদ্রবা শক্তিগীদমক্তা মীকানবা মশক্তু অমম্বা যুগকী মশক্লি হায়বা উৎপগা লোয়ননা হৌখিবা অমদি ঙসিগী সমাজগী মশক অমা তাক্লবা হোৎনরি।

৩। হয়ৱদন :

গিরীশ কার্নাডকী *হয়ৱদন* হায়বা লীলা অসি এলাংবম দীনমনিনা মৈতৈলোন্দা *কোক শগোল* হায়না হন্দোক্তুনা ফোঙখিবনি। দীনমনিনা হন্দোক্লবা লীলাগী লাইহিরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা গিরীশ কার্নাডকী *হয়ৱদন* বু অসুম্না মশক তাক্লি:

গিরীশ কার্নাডকী কলমদগী থোকলকখিবা লীলা অসিদি তশেংনা ভারতকী লীলা ঈচেলদা অনৌবা মহাউ অমা পুদুনা লাকখিবনি। ইতিহাসকী ওইবা নাক-য়েং অমগা হৌজিক্কী হকথেংনরিবা ফীভমগা, অনীগী মরক্তা তাইবঙ লীচংকী ওইবা মূক্ষম অমা পুশিন্দুনা নুংগী পুক্লিবু শক্তম পান্দুনা য়েক্লবা লাক্লবা লীলানি। মপাম্ভোংগী মচু মখল মখলগী কুয়োম্না নীংথিনা য়োমদুনা থম্মিবা থম্মোয় অমদি পূক্লিংবু হন হন্দুনা থিবদা ফংলকপা অমদি থেংনরকপা অচুম্বা অদু উৎকে হায়বগী অপাম্বা অমা ইরোয়নবা খূৎইনি। তোপ্তোপ তারবা প্রোলোগ অমদি ইপিলোগ অনীনা মপান চনবা অদুগা লোক নাট্যগী মচলনা মরক্তা ফেনবা চাংয়েংগী মওংদা থম্বা লীলা মখল অমনি। লীলাগী লমদা অনৌবা মহাও পীবা মচলনি।[৩]

লীলাসিদা শাগৎলিবা ৱারীদি, ধর্মপুরী কৌবা লৈবাক অমদা ধর্মশীল কৌবা অফাওবা নিংথৌ অমনা পাল্লিঙৈ মতমদা লৈরম্বা ময়াদা মৈ হৌবা পণ্ডিত বিদ্যাসাগরগী অমত্তা পোকচবা মচা মমিংনা দেবদত্ত শর্ম্মা কৌবা ন্যায় শাস্ত্র অমদি কাব্যগী লমদসু মহাকবি মিংথোল ফংলবা নুপা অসিগা অথৌবা লোহিতকী মচা, সনাকোনুংগী খূৎলাই শঙগী যূম্বীরেল কপিল হায়বসিগা থৱায় হকচাংগুম অমত্তা ওইনা তিন্নবা মরূপ অনীগী থম্মোয়দা পদ্মিনী কৌবী নুপী অমতবু খোয়দারুবগী ৱারীনি। লুহোংবদি দেবদত্তগা পদ্মিনীগা লুহোংখি। নুপী অসিনসু মখোয় অনীগী গুণ অমমমবু পামজরুই। দেবদত্তগী অৱাংবা বুদ্ধি লৈবা কোক অমরোমদা কপিলগীনা লাম্বা লৈত্রবা মপাঙ্গল কনবা হকচাংনি। ৱাশক ঙাক্লবগীদমক দেবদত্তনা মশাগী মকোক কক্লুনা কালিদা কৎলবদা কপিলসু মরূপকী তুংইন্না মাগীসু ককচখি। পদ্মিনীনা কালিদা থৱায় নীজদুনা হিংগৎহনখি। অদুবু পদ্মিনীনা মখোয়নীগী মকোক অনীদু ওন্ননা পানখিবদগী করম্বা নুপাগী লোয়নবী ওইগদগে য়েৎনরকপদা, উগী মরক্তা কল্পবৃক্ষনা থোইবগুম কায়াৎশিংগী মরক্তা কোক হায়বসিনা থোইবনি হায়বা উৎলদুনা দেবদত্তগী মকোক্কা কপিলগী হকচাংগা পূল্লবা নুপাদু মহাক্কী মপুরোইবা ওইখি। অদুবু মমৈথংদদি দেবদত্তগা কপিলগা মশা মশা য়ানরদুনা

৩. এলাংবম দীনমনি, গিরীশ কার্নাডকী *ঘ্রদন*, ১৯৯২, হন্দোকপা মশা, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ৱাহৈদোক।

হাৎনখি। অদুগা হকচাং অনীগী তথ্মায় তথ্মায় ওইরুবী পদ্মিনীদি মায়থীবা, মায়পাকপা খঙদনা পুন্সি লোমখি। মপাম্বোংগী ওইবা মখল মখলগী কুয়োম্না য়োমশিন্দুনা থল্লিবা খঙবদা লুরবা মীওইবগী নুংগী থম্মোয়গী মশক অদু উৎপনি।

৪। ঈঙাগী নোংমা :

*ঈঙাগী নোংমা* হায়বা লীলা অসি মোহন রাকেশকী *আষাঢ় কা এক দিন* লীলাদগী দীনমনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙবনি। লীলা অসি মোহন রাকেশনা ইদুনা ইহান হান্না ফোঙখিবদি ইং ১৯৫৮ দনি। হায়রিবা লীলা অসি ইং ১৯৬২ দা নেশনেল স্কুল ওফ ড্রামানা মায় পাক্না শান্নখ্রবা লীলানি। অসিদসু নত্তনা ইংলিস, বেঙ্গলী, গুজরাতী, মরাঠীনচিংবদা হন্দোক্লুনা লীলা অসি শান্নরকপদগী ভারতকী লীলাগী খোঙচৎদা অনৌবা মঙাল পুরবা লীলা অমা ওইনা শীংথানরকখি। ১৯৭০দা মণিপুরীদসু মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ব্রার্কশোপনচিংবা শীন্দুনা শান্নখ্রবা লীলানি। লীলা অসি এলাংবম দীনমনিনা মৈতৈলোন্দা *ঈঙাগী নোংমা* হায়না হন্দোকপা মতমদসু ওরিজিনেলিটিগী ফজবশিংদু মাঙহন্দে লোয়ননা লমদমসিগী ওইবা ঈশিং নুংশিৎকা চান্ননা ইবনা হন্দোকপনি হায়বা কাউহনবা মতাংসু যাওরি। *ঈঙাগী নোংমা* হায়বা লীলাসিগী ব্রাহৌদোক্তা দীনমনিনা লীলা অসি হন্দোকপগী মতাংদা অসুম্না পল্লম্মী :

> লীলা অসিমক্তি ভারতকী মশাগী ওইবা হীরমবু লৈবাক অসিগী ওইবা ফম্পাক্কী মওংদা লমদমসিগী ওইবা ব্রাখল পরীংদা শাগৎপা থম্মোয়গী ঈথিল অমা নাক য়েৎ অসিমক্কী লৈহাওগা শাগোন্ননা পুথোক্লবা লাক্লবনি।[৪]

*ঈঙাগী নোংমা* হায়বা লীলা অসিগী শল্লপ্পা ব্রারীদি কবি কালিদাস অমদি মহাক্কী খোয়দাজবী মল্লিকা অনীগী থম্মোয়গী অনীংবগা নোংদম্বগা তায়োম্নদুনা কায়নখিবগী অব্রাবনা পোলোই ওইবা ব্রারীনি। লীলা অসিদা কালিদাসসি

৪ এলাংবম দীনমনি, *ঈঙাগী নোংমা,* ২০০১, দিনেশ্বরী ভবন, কানচিপুরগীদমক ডা. ইবেহায়বী অমদি শ্রীমতি রোমিতা, বোবী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ২শুবা খূৎনম, অহানবা খূৎনমগী ব্রাহৌদোক।

লায়রবা, মীনা থওই উশিংপীদবা মীশক ওইনা হৌরকই। মহাক্কী পম্মুংকম খঙদবা পুন্সি মরেল অসিদা মল্লিকাগী মমা অম্বিকানদি মচাগা লোয়নবদু পামখিদে, থম্মোয় অনীখক তিন্নবা অদুনা পুন্সিগী তঙাইফদবা কয়া মেনখৎপা ঙল্লোই, তুং কোয়বা য়ারোই হায়না মল্লিকাবু থিংনবা হোৎনখি। তাল্লক অসিদা কালিদাসকী ঋতুসংহার, মেঘদূতনচিংবা শৈরেংশিংবু শকখঙবীদুনা ইকায়খুম্নবা মিংথোল পীনবগীদমক উজ্জয়িনীগী নিংথৌনা কালিদাসপু লৌরুনবা মায়চৌ থারকখি। কালিদাসতি তশেংনা খুঙ্গংসি থাদোক্তুনা কোনুংদা চৎনিংখিদে। অদুবু মল্লিকানা কালিদাসকী প্রতিভা অমদি মমল নাইদ্রবা মিংচৎ অদুবু মাঙহন্নিংদদুনা কন্না হায়জবদগী কোনুং চৎখি। মফম অদুদা কালিদাস, লন, মিংচৎ, অধিকার, পূম্নমক ফংখি, লুহোংবীখি, মীনা ইকায়খুম্নখি, ইখিবা লাইরিকসু লৈবাক শীন-থুংনা শন্দোকখি অদুবু নুংঙাইবা ঙমখিদে, থম্মোয়গী পোথাফমসু ফংখিদে। মমৈথংদা, মহাক্কী শৈরেংগী হৌরকফমদি মল্লিকা অমদি খুঙ্গং অসিনি খঙলকখি। থম্মোয় মকা লাম্না লৈজগদবা লম্বী অসিবু তুংওইনরম্মে হায়বা মশানা খঙজরক্তুনা চহী কয়াগী মতুংদা ঈঙাগী নোংমা অমদা হল্লকপা মতমদদি মল্লিকাসু ফীভমনা মতমনা য়ারক্তুনা বিলোম কৌবা মাবু পামজরকপা নুপা অমদা য়ূম পান্দুনা মচা অমা লৈরমখি। ঈঙাগী নোংথাঙ কুপ্পা অমদি খাকপগা লোয়নরিবা নোংদু চুথরকপা মীকুপ্তুদা কালিদাস থম্মোয় শোক্লা নীংবা কায়না হনখি। মল্লিকাসু কোল্লিবা অঙাংদু য়েংলগা মখোঙদু খংফা ফাখিবগুম থাংদোক্কে ঙমদনা হৈনিংদনা ফমদুনা লৈহৌখি।

৫। নাগমণ্ডল :

*নাগমণ্ডল* হায়বা লীলা অসি গিরীশ কার্নাডনা কন্নড়দা ইবা লীলা অমনি, ইং ১৯৮৮ দা মশামক্লা ইংলিসতা কোন্না হন্দোকপনি। মদুদগী অমুক এলাংবম দীনমনিনা *তাঙজ কুম্মৈ* হায়না মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙখিবনি। হায়রিবা লীলা অসি গিরীশ কার্নাডনা কর্নাটককী ফুঙ্গাৱারী অনীদা য়ূম্ফম ওইদুনা ইখিবনি। তাঙ্কক অনীগী ওইবা লীলানি। লীলা অসি, মসিদা য়াওরিবা চরিত্র হায়বদি 'নুপা', 'মৈরা ৩', অমদি 'ৱারী' হায়বা চরিত্র অহুম অসিনা ৱারী শান্নবদগী হৌদুনা তাঙজ কুম্মৈগী ৱারীসু 'ৱারী' হায়বা চরিত্রসিনা ৱারী ওইনা লীরকপনি, অদুগা নুপা অমদি মৈরা ৩না ৱারীদু তাবগী

মওংদা চথরকই। বারীদি— রাণী কৌবী নুপী অমবু মহাক্কী নুপানা য়াম্না তুহৎনা মীনাইগুম থম্লীবা, মপান থোকহন্দবা হায়নিংবা বাফাও নীংতম্না হায়জবা ওমদবা ফীভমদা লৈরবী নুপী অমগী বারীনা মপূঙ ওই। মহাক্কী মপুরোইবসি চাক চারমদাইতদা লাকই অদুগা চারগা নুপীদুবু থোঙ লোন্দুনা হেক হেক থম্মী। অসুম্না মপুরোইবনা থৌশাবীদ্রবা বারীগী মতৌসি খঙবদগী নুংঙাইতদুনা লৈকাইগী কুরুডব্বা কৌবী মীৎতাংবী নুপী অসিনা নুপানা নুংশিবীনবা হিদাক্তি হায়না উরু অমা পীবীরম্মী। হনুবী অদুনা তাকপীবগী মতুংইন্না রাণীনা অপন্নাগী শঙ্গোমদা উরু হাপ্তুনা পীথকপদা বাম্থখি। অদুবু কান্নবদি ফংদবদুদা অচৌবা কুরু অমুক পীরকখি, রাণীনা পীজনবা শেন্নগা কীরক্তুনা অপন্না উদনবা হায়দুনা লিনগী মখুলদা হিদাক্তু হৈজিল্লুবদগী লিন অদুদা ওইনা হিদাক্তু পানখি। ওন্নিংবা শক্লোন ওনবা ঙম্বা লিনদুনা অহিং খুদিং অপন্না ওন্দুনা রাণীগী মনাক্তা লাক্তুনা রাণীগী নুপা ওইখিবগী বারীনি। অসুম্না লিনসিগী কুম্মৈসিনা কুইরক্লবদা অশেংবা অপন্নানা রাণীগী লীচৎতা চিংনরকখি। অদুবু কাইনথংদা চাংয়েং তৌদুনা রাণীনা মায় পাকখি। অপন্নাগী মশাগী অশোয়বা খঙজরকখি।

মতৌ অসুম্না এলাংবম দীনমনিনা তোঙান-তোঙানবা লোনগী লাইরিকশিং অসি হন্দোকপদা ওরিজিনেল ওইবগী গুণ অদু মাঙহন্দনা নীংথিনা লাম্থোরকই। লোন্দুগী-অমদি লমদুগী সমাজ, সংস্কৃতিগী শক্তমশিংদু কায়হন্দনা থমদুনা হন্দোরকই অমদি হন্দোরক্লিবা লোন অসিগী সমাজ অসিগসু চাননা য়াম্না হৈশিংনা মশাগী ওইবা লৌশিং শীজিন্নদুনা অপাবশিংবুসু শুমহৎপা ঙমহল্লি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মচলশিংগী মরক্তা, লেপ্তুবা খোঙচৎ অমগা লোয়ননা মফম অমা কল্লিবা অনুবাদ সাহিত্যগী ঈচেলদা য়াওরিবা মরুওইবা অনুবাদকী লাইরিকশিংগী মনুংদা দীনমনিগী অনুবাদকী লাইরিক মঙা অসিসু চিখ্বা য়াদ্রবা অমনি। অসুম্না অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা অইবা অসিবু হন্দোকলোয় অমা ওইনসু শীংথানৈ।

## ড্রামা:

অইবা অসিগী রেডিও লীলা য়াওরগা পূন্না লীলা নিপালসু ফোঙদুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌখ্রে। ফোঙখ্রবা লীলাশিং অদুদি :
**রেডিও লীলা :** (১) *তরঙ খোংনাং চাউথোইবা* (১৯৯৩), (২) *বন্দ*

*কৈথেল* (১৯৯৫), (৩) খোঞ্জেল লীলা অহুম (১৯৯৮), (৪) *বিক্কা ওল্লবা এক্স গ্রেসিয়া* (২০০৬) হায়বশিং অসিনি।

১। তরঙ খোংনাং চাউথোইবা :

খোঞ্জেল লীলাগী লাইরিক অসিদা লীলা মঙা য়াওরি, মদুদি—(ক) পরীক্ষা দেবী, (খ) অউনপোৎ লৈমা, (গ) য়াউশঙ মৈথারে, (ঘ) হো চাক্কৌরসে, (ঙ) তরঙ খোংনাং চাউথোইবা হায়রিবশিং অসিনি।

লাইরিক অসিগী মনুংদা অহানবা লীলা ওইনা য়াওরিবা 'পরীক্ষা দেবী' লীলা অসিদা অইবনা লমদমসিদা লৈরিবা প্রজাশিং, ছাত্র ছাত্রীশিং অমদি সরকারগী অশোয়বা অরানবা কয়াবু করেম্নবগা লোয়ননা সমস্যাসি উৎনবা হোৎনরি। মতম অমদা লমসিগী কুম্মৈ অমগুম তশেংনা থোকখিবা, চৎনবীগুম উখিবা মেত্রিক পরিক্ষাগী মতম লাকপদা থোইরেন মশা পাইনবা, পরিক্ষাগী সেন্টরদা করম্না ওজা তাবগে থিদুনা ৱাচৎ ৱানোমহৌবা, মমা মপা অহল লমন য়াওনা চেনবিবা, পরিক্ষাদা পুশিন্নবা লাইরিক শেম শাবা, লাইরিক পাবগী ৱাখলদি লৈনদবা, মহুৎ শিন্দুনা থাবা, খোঙবান চেনবা অসিনচিংবা ময়ামগী অমোৎপা হৈনবীশিং অদুবু অইবনা করেম্নদুনা লীলা অসিদা ফোঙদোক্লি। অসিদসু নত্তনা লাইরিক পাহৌদ্রবা পরিক্ষা থানিংদবা ছাত্র খরনা পরিক্ষা তৌদনবা বন্দ কৌনবা হোৎনবা অমসুং সরকারগী বোর্দনা পরিক্ষা মতম চানা লেপ্পা ঙমদবা, ক্লেসন লিগ ওইবনচিংবা নীতি নিয়ম কায়রবা সরকারগী অমোৎপা থবক থৌওংশিংবুসু অইবনা উদুনা লীলাসিদা উৎনবা হোৎনরি।

'অউনপোৎ লৈমা' হায়রিবা অনীশুবা লীলা অসিদা মৈতৈ সমাজগী চৎনবী ওইরিবা লুহোংবগী থৌরমসিদা অচা অথক অমদি অউনপোৎতা ইজ্জৎনি হায়দুনা কা হেন্না অরেম্বদা শেল চঙহনবা চৎনবী অদু ফাগী ওইনা পুথোক্তুনা উৎনবা হোৎনরি, লোয়ননা অউনপোৎকী লমজেল তাম্নরকপা ফত্তবা চৎনবী অসিনা লায়রবা মীওইশিংদদি অরাম্বা পোৎলুম অমা ওইহল্লিবা অমদি মসিদগী থোক্লকপা য়াবা সমস্যাশিং অদুদগী মতম চানা কলহৌনবা অইবনা ইঙ্গিৎ পীরি। লীলা অসি, লীলাগী কাঙবু অমনা লীলা হৌগদবগী মী মশীং শুবা ঙায়নবদগী শাগৎলকই। শেম শারবা লীলাগী স্থপতি য়াওরমদে করি হীরমদা লীলা শান্নসিগে খন্নরকপদা অউনপোৎকী মতাংদা ৱারী হৌদোরক্তুনা নুপী অমনা অউনপোৎ

হেন্না পুনিংবগী ৱাফমদু পুশিল্লকই। অউনপোৎকী সমস্যাসি খন্ন-খন্নদুনা লীলা অসি শান্নবগী মওংদা চথরক্তুনা মসিগী অফ-ফত্ত নৈনরকই। দীনমনিনা হায়নিংলিবা ৱাফমদি, লীলাসিদা য়াওরিবা 'অইবা' হায়বা চরিত্র অসিগী খুখাংদা ফোঙদোক্লিবা ৱাফমশিং অসিনি। হায়রিবা ৱাফমশিং অদুদি লুহোংবা হায়বসি মীওইবগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা থৌরমনি, চৎনবী অমসুনি, অদুবু থৌরমসি পাঙথোকপদা কান্নদবা হেন্না চাদিং তৌবদি ফত্তে অমদি মশা মশাগী ইনকমগী মতুংইন্না চান্ননা পাঙথোকপা ফগনি, মসিদা ইজ্জৎনি হায়দুনা মীঙোন্দগী শেল পূদুনা, অরৈবা মাল চাং কায়দুনা অরৈবা শাদুনা শেল তিংহনবসি লৈবাক মাঙনিংঙাই ওইবা মশক্তি হায়বসিনি। লীলাসিগী মরুওইবা চরিত্র 'অইবা' হায়বসিগী ৱাহৈদা অইবনা অসুম্না ফোঙদোক্লি:

> এ! অদুসু হেক য়াবা নত্তেদা, নহোয়সু ! মীগী চৎনবী লোনচৎ হায়বা অমসু লৈরি। চৎনবী মুথৎসি হায়বা নত্তে, পীথোক-পীশিন, লৌথোক-লৌশিনগী মতাংদা হম্বুহনসি হায়বগী ৱানিদা![৫]

তশেংনা হায়রবদা অইবনা পীনিংলিবা পাউজেলদি তৌদ্রবা য়াদ্রবা চৎনবী থৌরমদু পাঙথোকপদা পোৎলুম ওইহনবসি অফবা অচুম্বা নত্তে, কা হেনবগী চৎনবীসি থাদোকসি হায়বনি।

অহুমশুবা লীলা 'য়াওশঙ মৈথ্রে' হায়বা অসিদসু অইবনা লমদমসিদা চাউরবা কুম্মৈ অমা ওইনা পাঙথোক্লরিবা য়াওশঙ হায়বসিগী অফ-ফত্ত, কান্নবা অমদি মাঙজবা কয়া নৈনরি। লীলাসিগী মরুওইবা চরিত্র ওইরিবা চহী ৭০মুক শুরবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা ফৈজাও কৌবা অহল অমগা মহাক্কী মশুনুপা চহী ২৫শুরবা মরৈ কনবা মমৈ কৌবা পাখঙ অসিগা মখোয় অনীনা য়াওশঙদা তৌনরিবা মখল কয়াগী কুম্মৈগী মতাংদা মরৈ তৌনহল্লি। মপু ফৈজাওনা থায়নদগী চৎনরক্লবা য়াওশঙগী কুম্মৈ অসিবু অদুম পামজে, তোকহন্নিংদে মসিগী মায়য়োক্তা মশু মমৈনদি কান্নদবা অরেম্বদা শেল য়াম্না তিংহল্লি, মুথৎপনা ফৈ, ময়ামদা কান্নগদবা স্পোর্টসকুম্বা শীন লাওদুনা শান্নহনবনা কান্নগনি হায়না কন্না য়েৎলি। কুম্মৈ অসি লমদমসিদগী হৌরকপা কুম্মৈ নত্তে থিংজিলহৌবনা ফগনি হায়বসি মশু অসিগী অকনবা

৫ এলাংবম দীনমনি, *তরঙ খোংনাং চাউথোইবা*, ১৯৯৩, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বব, বোবী পব্লিকেসন, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৫০।

মতনি। অদুবু লাইরিক হৈবা, ৱাখল মুন্না খনবা অহল ফৈজাওনদি কুম্মৈসি লমদমসিদগী হৌরকপা নত্তে খঙলবসু লমসিগী মীশিংগা চূশিন্নৱবা কুম্মৈনি পাক মুত্থৎপা ঙম্লোইদ্রি অমদি খংওন ওনবদি ওইথোকপা ৱাগনি অদুবু মসিগী মনুংদা য়াওরিবা ফত্তবা মীয়ামগী অমদি লৈবাক্কী মাঙগদবা চৎনবীদি শেমদোকপা য়াই লোয়ননা মতমগা চানরক্তবদি, চৎনবী ওইদুনসু মশানা অদুম মাঙজরকই নত্রবসু তপ্না তপ্না শেমদোকপা য়াই হায়না মত ফোঙদোকই। মসিবু ফৈজাও হায়বা অসিগী ৱাহৈদা অসুম্না হায়হল্লি :

> চৎনরকই হায়দুনসু মতমগা চান্নরক্তবদি শেমদোক-শাদোকপা করি য়াদনি। চাউনা হেক শেমদোকপা খংওন হেক ওহ্লোকপদি মী কাঙলুপ অমগী তিং শোকপা য়াওনৈ। মদুমকসু অফবা নত্তে। তপ্লি-তপ্লি খরা অদুম শেমদোরকপা য়াই। অদুম মচৎনৈ।[৬]

অদুনা অইবনা পীনিংলিবা পাউজেলদি, অঙাং নুবী অহল লমন অমদি নহারোলশিং হরাওজনবা য়াওশঙগী মনুংচন্না তৌবা য়াবা থৌরম খরদি শেল কা হেন্না চঙহন্দনা তৌবা য়াই অদুগা অহেনবা লৈখা তাগদবা থবক্তি থাদোকসি হায়বসিনি।

মরিশুবা লীলা 'হো চাক্কৌরসে' হায়বা লীলা অসি মৈতৈগী নুংশিরবা চাউরবা কুম্মৈ অমসু ওইরিবা নিংঙোল চাক্কৌবা হায়বসিগী মতাংদা কূপ্না নৈনবা রেডিও লীলা অমনি। চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং মমা মপা মবুং মৌপ্পা ওইবশিংনা য়ূম পানখ্রবী মচে মচলশিংবু নুংশিনা চাক কৌদুনা চামিন্নবগা লোয়ননা ঙমজবা খুদোল তন্বীবা হায়রিবা নিংঙোল চাক্কৌবগী ফজরবা ৱাহন্থোকশিং অদু মাঙখিবগুম তৌরিবসি অইবনা লীলাসিদা উৎলি। অশেংবা নিংঙোল চাক্কৌবগী মগুণ খঙদনা দখিনাগীদমক চাক্কৌবা চৎনিংবা, লৈমিন্নবা মৌ মশেলগী মরক্তা দখিনা চাউবা তান্নবা, অপীকপা দখিনা পুরকপা মৌবু হন্থনা য়েংবিবা, অসিনচিংবা ওল্লক্লিবা ৱাখল্লোনশিং অসিনা লায়রবা লৈজদবা মমা মপা, মবুং মৌপ্পাদি নিংঙোল চাক্কৌবগী মতম লাকপদা অচৌবা সমস্যা অমা ওইরকপদু দীনমনিনা উদুনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লি। লীলা অসিদা মরুওইনা উৎলিবদি দখিনা চাউবা পীকপগী অমদি চাউবা তান্নরকপগী ফত্তবা চৎনবীগী মরমদনি। অইবনা পাউজেল ওইনা হায়নিংবশিংদু লীলাসিগী চরিত্র

---

৬ *ইবিদ,* লা: ৭৮।

অমা ওইরিবী মেমী কৌবী চহী কুনমুক্তা ঙায়রিবী নুপীমচা অসিগী ৱাঙাঙদা ফোঙদোক্লি :

> মসিমদি চুম্মবনি। অউনপোৎ পিবদা দন্দি পানবা ওইনা চৎনহনবদি সুকচুম চুম্মোই। থিংবা নত্তে চৎনহন্দবা চুম্মী। থিংবা হায়বসিদা নম-হাবগী ফীভম লৈ। ঐখোয়না চৎনহনবনিনা ঐখোয়না চৎনহন্দ্রগা লোইরে। ঐনা খনবদি কাকায়াই, ঐখোয়না অপাম্বা অফংবা ঙা মথেল পীজবদৌনা দোখিনাসু ঐখোয়না পাম্বা তৌবা কায়দে। দোখিনাগীদমক্তা চাককৌবা লাকপা নিংঙোল লৈবা হৌনদে।[৭]

দখিনাদি অঙম-অঙম্বনি, অকক্লবা ঙমখৈ লৈবা নত্তে, মরল লৈবা মীনা চাউনা তৌবদু লৈতবনা মতৌ তম্ফম থোক্তে, ঙমজদবশিংনা তৌদবদা ইকায়নিংঙাই ওইদে, থম্মোয়শেংনা ঙমজবা খরা পীবদুনা অশেংবা খুদোলনি, মসিদা লমজেল তান্নবগী মওংদা চথরকপসিদি ফত্তে হায়বগী পাউজেল ওইনা অইবনা মেমীগী ৱাহৈদা অমুকসু ফোঙদোক্লি :

> দোখিনাদি অঙম অঙম্বনি-মাগী মাগী পাঙ্গল থৌনাগী মতুংইনবনি। অকক্লবা ঙমখৈ অমা লৈগদবা ৱা নত্তে। ঙমজদবনা তৌদবদা করিসু কায়বা নত্তে।[৮]

লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা মঙাশুবা লীলা 'তরঙ খোংনাং চাউথোইবা' হায়বসিদা উৎলিবসি সরকারগী তোঙান-তোঙানবা লোয়শঙশিংদা মথৌ নীংথিনা তৌনি খঙদবা কর্ম্মচারীশিংগী মশক, মরম চাবা চাদবা খঙদনা ষ্ট্রাইক অমদি বন্দনচিংবা তৌরিবা তলব চাং নাইনা পীদবদগী ৱানা লেন্নরিবা প্রজা কয়া পুন্সি অমদি করিনো হায়বা তাংদাংবা খঙদনা তোকঙা শন্দোকপা, করিসু লৈতবা ৱাফম মচা অমবু অঙম অথৌশিংনা অপাম্বগী মতুংইন্না লৈবাক্কী অচৌবা ৱাথোক ওইহন্নবা হোৎনবা, চীঙ্খাংদা সুম শন্দোকখিদুনা মীয়ামদা চরাংনবা পোকহনবা মতৌদু, লীলাসিদা, মথক্তা হৌবা ওইথোক্তবা খোংনাংবু লৈ হায়বা থাজহনবগা লোয়ননা নিলাম লাউগনি হায়না চরাংনহন্দুনা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নে। লীলা অসিদা য়াওরিবা তোম্বুং হায়বা চরিত্রসিনা তরঙ খোংনাংগী ৱাফমদা চমম্লবগা লোয়ননা অসুম্না হায়রকই :

---

৭ *ইবিদ*, লা: ১১১-১১২।

৮ *ইবিদ*, লা: ১১২।

> অদু নত্রদি করি ওইনে'গে? অমদা হংই; অমদমুক হংই-নুপীদা অঙাংদা ওৱা গুরুশিংদা সুরে! অয়দি হায় উই, মফম খঙই, হায়বদি অমত্তা হায়নদে। য়েংউসি। য়েংউসি হায়দনা পুবিরকইবা অদ থবীসু মফম অংদাংবা খঙদে হায়দনা লাকমিন্নরিসিনি। অঙাও'তা লৈরকইসি ফনা কুইরে। ময়েক শেংনা অমুত্তা অসি মরূপ; মঙদা শামুনা অনগে অনগে তৈরকইসি অমুত্তা ফাধসি ময়েক শেংনা অমুত্তা তাকউ। ফজনা তাথোকসিনে তাদ, উদৌসু লৈরে; উদ্রিঙৈসিদা অথুপ্পদু খঙহৌরসিনে।[৯]

অসুম্না রাজনীতি তৌবশিংনা প্রজাশিংবু মীৎ থকহনবা, তরঙদা হরাওহনবা, তশেংনা ময়ামগী য়াইফনবা থৌরমদি পায়খৎতবা অসিনচিংবা অশোয়বশিং অদু অইবনা ফাগীগী পান্থৈনা উৎথোক্লবা হোৎনরি।

২। বন্দ কৈথেল :

*বন্দ কৈথেল* হায়বা খোঞ্জেল লীলা অসি ফাগীদা য়ুম্ফম ওইদুনা মণিপুরদা তোয়না কৌরিবা বন্দগী মতাংদা ৱাফম কয়া নাকোয়ননা ফোঙদোকপা লীলানি। অপীকপদগী অচৌবা সমস্যা ফাওবগী থোক্লিবা থৌদোক খূদিংগী বন্দনা খূৎলায় ওইদুনা য়ানিংদবা উৎপা অসি হেনমল্লক্তুনা মমল অমদি মগুণ য়াওরক্তবা, বন্দবু কুম্মৈ অমগুম লৌনরক্লিবা, অশোয়বা কয়াশিং অসিবু অইবনা ফাগী তাথোক্তুনা উৎলি। লীলাসিদা য়াওরিবা ফিশাবী চরিত্রনা বন্দ তৌরগা করিসু কায়দে, ফন্দুম নুংঙাই হায়বগী মওংদা হায়রকই :

> করি লৈরুনি। মহোয়' বননা ইয়োংগী লং থদৎলবসু লৈতে; পাঙন্দেম তাখিবসু খুনবিরদৌ লৈতে। অমহানি। বননা নাৎ শাংদোকহনবসু তৌদে তেনশিনবসু ঙমদে। অদুগনে ইবেম্মা পোথাবা অমত্তংদি লৈহে। ইসু নুপা মহা কোক্কা-কাক্কা তৌবা অমা লৈয়ে। পাখঙ পুঙকক্অবা। য়ুমসিদা মপাগা পঙলাউদা লাউনবা পঙখত্তা খৎনবা। মফম-মরাঙ ইখঙ খঙদনা ইশাউদ শাউবা ইশঙদা শঙ্গৎপা। মাদংদি নুমীৎ হুম্লিমুক ফারে হল্লক্তবা। খরা ঈংই ইমুংসে। বনসি চহিমুক করিমুক্তা।[১০]

---

৯ *ইবিদ*, লা: ১৫০।

১০ এলাংবম দীনমনি, *বন্দ কৈথেল*, ১৯৯৫, শ্রীমতী এলাংবম ইবেহায়বী দেবী, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৪২-৪৩।

অদুবু নোকহন্নবা খক্তগী ফাগীদি নত্তে, মণিপুরদা ওইরিবা ফীভম, অশেংবা থৌদোক-ৱাথোকশিংবু ফাগীগী মরুমদা লোয়নদুনা চৎপনি। বন্দনা মীচম প্রজাদা নৎত্রগা লৈবাক্কী ওইবা ৱাফমদা অমাঙ-অতোং কয়া থোকলিবা, বন্দনা মাঙহল্লিবা বন্দ তৌবগী কান্নবসু পুরক্তবা অরেম্বা তারিবা, খরা অমনা বন্দ তৌরগা নুংঙাইবা কুম্মৈগুম খন্নরিবা মশকশিং অদু উৎলি। খূদম ওইনা লীলাসিদা বন্দ শৌগৎপা জোন কৌবা চরিত্র অসিগী ৱাহৈদা অসুম্না হায় :

> ইচে, ৱারৌ' য়াদে মৈগী থবক তৌবনি, ঈশিংগীনি হোস্পিটালদনি হায়দনা চৎখিবসি মী ফনা য়াম্মে কৈথেনদু বন্দ য়েংবা মীনা পীক থল্লম্মনি।[১১]

অসিদসু নত্তনা নোংমগী চরা তাঞ্জরিবা লায়রবা প্রজাদা বন্দনা পীরিবা চৈথেং, অমরোমদা শেল পায়বা কারবারৱালাশিংনা বন্দ তৌরিঙৈ মনুংদা পোৎকী মমল হায়গৎনা থাদুনা খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনবা তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং উৎলি। অমুকসু, ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিংনা বন্দ কৌরিবগী মরমদি তাংদাংবা খঙদনা ইরাং শাগৎপদা হেন্না থৱায় য়াওশিনবা, থৌনা উৎথোকপা, পাউমী কয়ানা লৈবাক্কী ইরাং অমা থোক্লকপদা, শোক পনগনি হায়বগী অকি-অখঙ লৈতনা পাউ খোম্বা চৎপদা থৱায় য়াওবা মতৌ কয়াদুসু অইবনা উৎলি। অসুম্না নোক্লিংবগী ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নদুনা সমাজসিদা থোক্লিবা অশেংবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু ফাগীরোমদা পুথোক্লগা উৎনবা হোৎনবনি।

৩। খোঞ্জেল লীলা অহুম :

মসি রেডিওপ্লে অহুমখক্লা পূনশিনবা লীলাগী লাইরিক্লি। য়াওরিবা লীলা অহুম অদুদি— (ক) শিবু শিনীংদ্রেদা (খ) ঈ কাপ্পা (গ) থবক ফংবা, অসিনি।

খোঞ্জেল লীলা অহুম অসিদা য়াওরিবা লীলা, *শিবু শিনীংদ্রেদা* হায়বা অহানবা লীলা অসিদা, মী অশিবা হংবা চৎপদা, শিরিবা ইমুংদু অচৌ অশাংগী ইমুং ওইরবদি পোৎচৈ য়াম্না পুদুনা তুংগী মশাগী ওইজবা তান্নবা

১১ *ইবিদ*, লা: ২৭।

হোৎনবা, অশিবা হৎবা লাকপদা ইমুংদুগী অৱাবদা শরুক য়াবগী মহুত্তা অরাকপা মশেল ৱারেম ঙাঙনদুনা মরৈ য়েৎনদুনা ইমুংদুগী থবক ইনখাংদা অপনবা পীবা, কান্নদবদা মরৈ য়েৎনবগী খৎন-চৈনবা থোকপা অসিনচিংবা কয়া অসি পুথোক্লগা অইবগী সমাজ অসিগী চৎনরোলদা করেম্নবা উৎপা লীলানি। লীলা অসিদা মন্ত্রি ময়ুমগীদা অশিবা হৎবা চৎনবা পোৎ চৈ ময়াম অমা লৈরুরগা কবোক্লেনা হুল্লকপদা তোলহনগা মরৈ য়েৎনৈ, কান্নদবদা মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎ ঙাক্তা লৈশিল্লকই হায়না শাউই। তোলহন্না পামলিবদি লমদম অসিগী ওইবা পোথোকতগী তঙাইফদবা পোৎশক খরদমক পুবনি। অঙম্বশিংনা ইজ্জৎ তান্নবগী মওংদা চত্থরকপসিদা সমাজ অসিদা থোরক্লিবা অমাঙবশিং অদু পুথোক্তুনা উৎলি। তোলহনগী ৱাঙাঙদা, অইবনা অসুম্না হায়রি :

> মদুমাইনা তৌবদুনা চৎনবি অমা ওইরকঅবদি ঐগুম্বা অনংবা মীদি হৎবা চৎপা ঙম্মরোই হায়বনি।[১২]

অমুকসু লীলাসিদা য়াওবা ইবোহল কৌবা চরিত্র অমগী চিন্দগী অসুম্না ফোঙদোক্লি :

> ঐ হায়গে কান্নদবদা কা হেনগুমসি; লৈথিদ্রবগী শোরাৎ শোনসি হিংহৌবশিং হাৎকুমসি হায়বা।[১৩]

সংকীর্ত্তনগী ঈশৈদা শেল য়াম্না থাবা, অশিবা হৎবা লাকপদা ইমুংদুদগী লেম্না ফৎবা চা থক্তুনা ৱারেম ঙাঙবা, খৎন-চৈনবা, রাজনীতিগী ৱাফম, সমাজগী সমস্যা নৈনবগী মওংদা চরাংনদুনা মতম মাঙহনবনচিংববু অইবনা করেমনৈ। মনুংদি পুমহো হোরগা মপাম্বোংগী কুয়োমদা ভাব তাবা ঙমদ্রবা সমাজ অসিবু উবদা অইবনা, তোলহন কৌবা চরিত্র অসিগী ৱাঙাঙদা হয়েং শিরগা মাগীদা তৌরক্কদবদু উবদা শিবু শিনীংদ্রেদা হায়না ফোঙদোকহল্লি।

অনীশুবা লীলা 'ঈ কাপ্পা' হায়বসিসু লমদম অসিগী মতমগী মমল খঙদবা, মতমবু কোম্না শীজিন্নবা অসিবু করেম্নবা লীলানি। মতম্বু লুনা খনবা,

---

১২ এলাংবম দীনমনি, *খোঙ্জেল লীলা অহুম*, ১৯৯৮, ইবেহায়বী দেবী অমদি দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৮।

১৩ *ইবিদ*, লা:৮।

মতমগী মমল ফজনা খঙবা কর্নেল চাউসনা লৈবাক্কী লৈঙাকপা ওইনা থবক পায়রুনবা থবক পায়খ্রিঙৈ মমাঙদা মাঙজৌননা লমদম অসিবু মশক থিজিনবা লাকখি। সনালৈবাক্কী চোইনৌলেগু হায়বা পাউচেগী এডিটরনা লমজিংই। লাকপগী লম্বীদা কর্নেল চাউগী প্রাইভেট সেক্রেটরি থোইনা মহাক্না লাইরিক্তা থেংনখিবা সনালৈবাক্কী মতীক-মগুণবু শীংথাদুনা তাকই। মদুগী পাউখুমদা এডিটর তোমনা সনা লৈবাক অসিগী হোংলক্লিবা শক্তম অসি শীংথাহি 'কৈগী কৈ ঙাক্তা ঙাইরে' হায়না হৌজিক্কী মণিপুরগী চপচাবা ফীভম্ব তাকই। লমদম অসিদা থবক থৌরম মতম চানা তৌদবা, মতম্ব থৌওইদবা, ঐখোয়না মৈতৈ পুং হায়নবা অদু অইবনা লীলা অসিদা 'খাস লোকেল তাইম' হায়না শীজিন্নরি। মণিপুরগী মপান্দগী ফনা ফবা মী লাক্লবসু লমদমসিগী মীওইশিংনা, লমদম অসিগী অতনবনা, মতমগী মমল খঙদবগী হৈনবীদা অফবা মী অদুবুসু লায়না হুমদুনা পুই হায়বদু লীলাসিদা মপান্দগী লাক্লিবা চাউদা লমসিগী মীগী ঈ কাপ্পদগী ফত্তবা হৈনবীদা চঙশিনখিবা ওইনা উৎতুনা নোক্লিংবা মওংদা পুথোক্তুনা করেম্মরি। অসুম্না লমদম অসি ওস্থোকপা মওং ওইরে হায়বদু লীলা অসিদা অইবনা ময়েক শেংনা করেম্নবা মওংদা পুথোক্তুনা তাক্লি।

অহুমশুবা লীলা 'থবক ফংবা' হায়বা অসিদা থবক ফংদবগী সমস্যা অমদি শেঙ্গা-থুমজা য়াওদ্রবদি ইন্টরভিয়ু ফনা য়াওদুনসু থবক ফংদবগী অৱাবদু উৎলি। অসিগুম্বা চৎনবী অসি লৈবনা থবক ফংনবা শেল পীনবগীদমক পোৎ-চৈ মাল-চাং কায়বা, লৌ-ইংখোলফাও য়োন্নরিবা, শেলবু পীরবদি মতম চানা দরখাষ্ট পীহৌদ্রবসু কোন্না তুমিন্না পীশিন্নবা, অরৈবা সার্টিফিকেটনা থবক থিবা, ইন্টরভিয়ুদা হংগদবা ৱাহং হান্না ফংনবা, ইন্টরভিয়ু তৌদ্রিঙৈদা খনগদবা মীশক হান্না লেপথোক্লবা, হায়রিবা পূম্নমকসি অইবগী লীলা অসিদা উৎনবা লাক্লে। লীলা অসিদা শেল পীবা পামজদবা অচুম্বা চৎচবা রোমী ইন্টরভিয়ু কয়ারক য়াওদুনসু থবক ফংদে। মচন্নুপী লৈমদি লাইরিক ময়েক চৎত্রবসু শেল পীরগা ইন্টরভিয়ু অহানবা য়াওবদা কেরানীগী থবক অমা ফংই। হৌজিক মতমগী থবকপু পৈশানা লৈনবগী মওং অসি লীলা অসিদা উথোকপনি। মতমসিগী মশা মতীক চাবা-চাদবা, পাম্বে অমা হেক্তা শীজিন্নরগা থবক ফংলগা লোইরে খল্লিবা অমদি হৌজিক মতমগী লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোলশিংনা থবক ফংদবা, ইন্টরভিয়ু কয়ারক য়াওদুনা মতীক চাবা পাউখুম খুমদুনসু থবক ফংবা সুকলৈ লৈত্রবদা ওইরিবা ইমুংগী ফীভম অদুসু লীলা অসিদা উৎলি।

৪। বিষ্ণা ওল্লবা এক্স গ্রেসিয়া :

এলাংবম দীনমনিগী খোঞ্জেল লীলাগী লাইরিক অসিদা প্লে অহুম য়াওরি, মদুদি— (ক) বিষ্ণা ওল্লবা এক্স গ্রেসিয়া, (খ) ঙাগী ৱাথোক, (গ) মীরেপ ঙাফকনি।

লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা 'বিষ্ণা ওল্লবা এক্স গ্রেসিয়া' হায়বা রেডিও প্লে অসিদা ঙসিগী ওইরিবা সমাজ অসিগী ঈংদ্রবা ফীভম, মীহাৎ মীপুন, মীশি মীনানা থল্লবা ঈরাং মরক্তা মীচম শিবা য়াওরকপদা মী অমগী পুন্সিগী মমলবু শেল খরগা মন্তিক্লবা, অদুগীসু মথক্তা থবক ফংনদবগী সমস্যানা ৱানরবা মীয়ামসু এক্স গ্রেসিয়া অসি ফংনবা হোৎনবদসু শেঞ্জা-থুমজা তৌরিবা অসিগুম্বা লমদমসিগী শোক্লবা ফীভম অদু অইবনা উৎলি। লীলা অসিদা, হিংলিবা হনুবী অমবু নোংমৈ কাপ্লবদা পান্দুনা শিগ্রে হায়দুনা এক্স গ্রেসিয়া লৌনবা হোৎনবা চরিত্র খরা শাগৎতুনা, অরোনবা অরানবা থৌরাংশিংবু নোক্লিংবা ফাগীরোমদা নাকোয়ননা ইদুনা শাথিরবা ঙসিগী সমাজবু অইবনা করেম্নদুনা লীলাসিদা উৎনবা হোৎনরি।

অনীশুবা লীলা 'ঙাগী ৱাথোক' হায়বা মিনিট ১৫ মুক্কী ওইবা রেডিও প্লে মচা অসিদা লল্লোনবা লল্লোনবীশিংনা নমথাক্কী সের ফালা শীজিন্নবা, খঙনা খঙনা থিংবা ঙমদবা, থিংগে হোৎনরুবা খরনা মতমগী চৎনবী খঙদবা অঙাওবা তাবা, অরেম্বদা মথৌ শিৎলগা তোকপা, মীনম্বনা থল্লবা কৈথেলগী মশক উৎলি। লীলাসিগী ৱারীদা ইবোহল কৌবা নুপা অমনা ঙা হোংনা লৈরকপদা মহাক্কী নুপী সনাতোম্বীনা চিংনদুনা ঙাদুগী অরূম্বা ওন্দুনা য়েংবদা ৱাৎলম্বদগী মপুরোইববু লান্না খল্লকই, ইবোহল শাউদুনা ৱাকৎলুই, ফানবা মী পুদুনা ঙায়োনবী শখীবু ফানবা হোৎনরুবদা ঙমখিদে অরানবা ময়াম্না অমত্তা ওইখিবদা মহাক অঙাওবা তাখি। মতমসিগী শেমদোকপদা ৱারবা সমস্যা অমা উৎপনি।

অহুমশুবগী 'মীরেপ ঙাফক' হায়বা লীলা অসিদা, লমদমসিগী মীখলগী মতাংদা অশোয়বা, ফজদবা, অরানবা কয়া য়াওরিবদুগী মশক তাকলি। মশা মতীক চাই চাদে খম্বদনা ভোট লেপনিংই হায়দুনা মীরেপ অমা ওইনা চোংথোরকপগী অশোয়বা, মীরেপ অমা ওইবগী মতীক মগুণ য়াওদ্রবসু মীনা ইনশিন্দুনা লেপ্পগী অমাঙবা, মায় পাকনিংবগী ময়ায়না লৈজবা মাল চাং কায়থোক্তুনা শেল থাধরগা মী খোম্বা, শেলনা ভোটরশিংগী হকপু লৈগনি

খনবা, অহিং নুংথিল খায়দনা ভোট লোইদ্রিফাও চাক খাণ্ডদুনা, য়ু পীথক্লুনা মী ফাবগী চৎনবী, তোকণ্ডা শন্দোকপা অসিগুম্বা অন্নানবা ঝাথল্লোনদা চৎলিবা মতমসিগী মীওইশিংগী অশোয়বশিংবু অইবনা লীলাসিদা উৎনবা হোৎনৈ। মীথলগা মরী লৈনবা সমস্যাশিং অসি হায়রিবসিনা লোইবা নৎত্রি। মীরেপ অমগী এজেন্টনি হায়দুনা লৈরিবা মীওই খরনা ভোট খোম্বিবগী নামাদা, শেল চাহৌনবা হোৎনবসু য়াওরি, ভোটরদা শেল য়েনবগী চৎনবীসু উৎলি, মসিগী খুদোংচাবসি লৌরগা এজেন্ট খরনা মীরেপ অদুদগী য়ারিমখৈ লৌথোক্লুনা হৈনথোকপা অসিনচিংবা লৈবাক অমদি মীওইশিংগী পুন্সি মাণ্ডনিংণ্ডাই ওইবা সমস্যাশিং অসি লীলা অসিদা উৎনবা হোৎনৈ। হায়রিবশিং অসিগী শক্তম অদু লীলাসিদা, মীরেপ অমা ওইবদা মতীক মপা চাদবা, রাজনীতির্গী কাণ্ডলোন্নচিংবসু মমুৎ তানা খণ্ডদবা, ভোট কারগা কান্নগনি হায়বগী আশাতমক তৌদুনা চাউথোই কৌবা নুপাসিনা মীরেপ ওইনা চোংথোরকই, মাগী এজেন্টশিংনা শেল লৌথোক্লুনা মাণ্ডহল্লি। য়ীথলসিগী মতাংদা মরল মথুম লোইশিল্লি, মায়সু পাক্তে ইকায়বগা নুংণ্ডাইতবগা য়ান্ননা লেনখি। ফীভম অসি য়ৌরফাওবদা দলগী অখণ্ড-অহৈ শাবশিংনা অমুকসু থৌনা হাপ্পিরি, অহানবা লেপ্পদা মী অতৈসু মায় পাক্লদে, অমুক কন্না হোৎনসি হায়না তাকপদা চাউথোইসু লেপনিংবগী ঝাখল পোকই, লেমহৌবা মরল কায়রগা অমুকসু হোৎনগে খনখি। অসুম্না থাদোকপা ঝারগদবা নিশা অমগুম্বনি হায়বা উৎপগা লোয়ননা কান্নররোইদবা মীরেপ অমগী মশক্লা মাগুম্বা কয়াগী মহুৎ শিন্দুনা অশোয়বশিংদু অইবনা ফোণ্ডদোক্লি।

**ফম্পাক লীলা:**

দীনমনিনা ইবা ফম্পাক লীলাশিংদি: (১) *খোণ্ডসনা* (১৯৯৪), (২) *কাপখায়রমদাই* (১৯৯৪), (৩) *ঝাকৎ উপু* (১৯৯৮) হায়রিবশিং অসিনি।

**১। খোণ্ডসনা :** *খোণ্ডসনা* হায়বা লীলাগী লাইরিক অসি দীনমনিনা ইবা অহানবা ওইনা ফোণ্ডবা ফম্বাক লীলানি। হায়রিবা লীলাগী লাইরিক অসিদা 'খোণ্ডসনা' অমসুং 'লম্বেল মরীল' হায়না লীলা অনী য়াওরি। লীলা

লাইরিক অসিগী মমিংসু ওইরিবা অহানবগী 'খোঙসনা' হায়বা লীলা অসিদা লমদম অসিগী ৱাখল য়াওদবা, মশা মশাগী ওইজবতা থিনরবা মীওইশিংগী মশকপু সিম্বোলিক টেক্নিক শীজিন্নদুনা ফোঙদোকই।

লীলা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অনীশুবা লীলা *লম্বেল মরীল* হায়বসিদনা লমজিংবীনবা য়াওদ্রবা, মশা মশাগীতা খন্নরবা হৌজিক্কী পুন্সিদা মথোং মরম খঙদনা হিংনরিবা সমাজ অসিগী মীশিংগী মশকপু করেম্মদুনা উৎলিবা ফাগী অমদি করেম্মবা হৈবগী তোপ-তোপ্পা গুণ অমা য়াওরিবা প্লেরাইট অসি জি.সি. তোংব্রা (১৯১৩-১৯৯৬) গুম অরুবা কয়াবু লায়থোকহন্দুনা ভাবোকপু নোকনিংহনবা পাম্বে শীজিন্নবগী খুৎইগী মশক উবা ফংই।

২। **কাপখায়রমদাই :** *কাপখায়রমদাই* হায়বা ষ্টেজ প্লে অসিদা অইবনা অরিবা লাইরিক *নুমিৎ কাপ্পা* দা উৎখিবা ৱাখল্লোন অদুগা মান্ননা লৈবাক অমদা লৈঙাক মপু অনীনা পানবদা প্রজা ওইবশিংদা অৱাবা পীবগী শক্তমদু উৎলি। *নুমিৎ কাপ্পা* দা নুমিৎ অনী হায়বদি নিংথৌ অনীনা পানবদা মীনাই ওইহল্লিবা মীচমশিংগী লন্নাই পুন্সিদা অয়েৎ-অপন পীবা অমদি পোত্থাবা ফংদবদগী খোয়শাউনরক্তুনা নুমিৎ অমা কাপ্পবা খ্বাই নুংজেংবম পীবানা শেম শাখিবা অমসুং নিংথৌ অমা কাপতুনা হাৎখিবগী শক্তমদু লীলা অসিদসু অইবনা মতমসিগা চাননা পুথোক্লবা হোৎনরি। নীংতম্মা পোক্লকপা মীওইবা খুদিং চপ মান্নে, নীংতম্মা হিংগদবনি অমদি হিংহনগদবনি, প্রজাশিংগীদমক লৈরিবা লৈবাক অমগী মপূ অদু মতীক চাদ্রবদি, মীয়ামগী য়াইফনবা খনবা অমসুং পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি পায়রিবা ফম অদু থাদোকহনবনা ফৈ হায়নিংবগী ঈঙ্গিৎ পীরি। লৈবাক অমগী শাসনগীদমক মপূ অমা লৈফম থোকপদগী হেন্দোক্লা অনী লৈরবদি অকায়বা লাক্কনি, অদুনা অশোয়বা অমদি অকায়বা লাক্লিঙৈদা লৌথোকপা ফৈ হায়বগী পাউজেল অমগা লোয়ননা পুথোকপা লীলা অমনি।

৩। **ৱাকৎ উপু :** এলাংবম দীনমনিনদি লীলাসিগী মমিং *কমপ্লেন বোক্স* হায়না থোনখিবনি অদুবু রূপমহল থিয়েটরগী কলাকারশিংনা *ৱাকৎ উপু* হায়না ওন্থোক্লগা ইং ১৯৯৭কী এপ্রিল ১৯, থাংজ নুমিত্তা রূপমহলদা অহানবা ওইনা শক্তম লাংদুনা উৎখি। *ৱাকৎ উপু* অসি তাক্কক মঙাগী লীলানি। লীলা অসিদা য়াওরিবা 'মন্ত্রি' হায়বা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা চরিত্রনি। চরিত্র অসিনা মপুঙ ওইবা কেন্দ্র ওইরগা চরিত্র খরনা মতেং পাংবা ওইনা য়েকলি

মদুদি, নুপাদা হেরা, চাউরেন, বিধু, নুপীদা সখী (মন্ত্রিগী নুপী) অমদি কোম্বীরেনি। মতেং শাংলিবা চরিত্রশিং অসি লীলাগী প্লোট শাগৎলকপদা মতেং ওই। চরিত্রশিং অসি মশাগী শক্তম অমা উত্তুনা মশক মচু থোক্লা মশা মথন্তা লেপচবা ওন্মী। লীলা অসিগী মপূঙ ওইবা হীরমদি হৌজিক্কী মতমদা অচৌ-অশাং মন্ত্রিশিংনা শেঙ্গা-থুমজানচিংবা তৌবদু উৎপনি। মসিগা লোয়ননা সমাজদা অচুম্বা অফবা থবক তৌগে হায়রবদি স্বার্থত্যাগ তৌগদবনি হায়বদুসু লীলাসিগী চরিত্র মন্ত্রিগী ব্রাহৈদা অইবনা অসুম্বা ফোঙদোক্লি :

> লাক্কদবা মতমদা কনাগুম্বা ঐগুম্বা উপাই লৈজদ্রবা মথমোয় কাইবা অমদা মমীৎতা মপী অর-অর তাদুনা হায়জররবা মতমদা ওঝাগী অথোৎপা মতাংগা হেক থেঙনরুবা থোক্লগদি নম্বর অমা নত্রগা মখায় অমা হাপ্পিরকখিবা য়ারি। অদুগা কমিশনদি লৈবাকপু তশেংনা পুগদৌরিবা মেচিনরীগী অশেংবা মচল খনগদৌরিবা পাদমনি। পাদমদা থোৎলবদি করিগুম্বা মওং অমদা এদজষ্ট তৌখিবা য়াবগী মতাং লৈ। লমদাংদি নত্তে।[১৪]

লীলা অসিদা ফত্তবা হুরানবা থবক তৌরম্বা নুপা অমনা মদুগুম্বা থবক অদু থাদোক্লগা ভোট লেপ্তুনা মমৈথংদা মন্ত্রি ওইরকপগী মশক অমা উৎলি। মহাক্লা মন্ত্রি ওইরক্লবা মতুংদদি, মাঙলমচৎতা ফত্তবা থবক তৌরুরবসু মতুংদদি অফবা, অচুম্বা অমদি সমাজগী ফনবা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা সেবা তৌগে খনখি, লোয়ননা হোৎনখি। মহৌশাদগী তৌনরক্তবা অনৌবা থৌরাং অমনি। অইবনা য়েক্লিবা মন্ত্রি অসিনা মীয়ামগী ব্রাকৎপু তানবগীদমক্তা *ব্রাকৎ উপু* অমা থম্বা মসিদা মীয়ামগী অনীংবা অপাম্বা পেন্দবা শাউনিংবা পূম্নমকপু ব্রাকৎ উপুসিদা নুমিৎ অমদা মতম পীদুনা অইবা চে থাদহনবা অমদি মখোয়গা উনবা, মখোয়গী ব্রাকৎ তাবিবা, খন্নবিবা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবিবা, মমৈথংদা মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক্তা অমদি তুংগী মীরোলনা অচুম্বা তৌনবগীদমক্তা লীলাগী অরোইবা শরুক্তা মন্ত্রি মশামক ফাওবা মন্ত্রি ফমদগী রিজাইন তৌবগী চে পীশিনবা অসিনচিংবা পায়খৎলিবা থবকশিং অসি মীওইবা খুন্নাইসিনা ওক্লা থোকপা অমদি থোক্কদবা থৌদোক্লি। মসিনা তুংলমচৎদা অফবা শান্তি লৈবা খুন্নাই অমা শেমগৎনিংবগী ইখৌ লাংবা অমা উৎলি । মসি অইবগী পান্দম অমসুনি, অনৌবা চাংয়েংনি। অসুম্বা লাইরিক

---

১৪ এলাংবম দীনমনি, *ব্রাকৎ উপু*, ১৯৯৮, দিনেশ্বর এলাংবম, শীংজমৈ, বোবী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, লা:৬২।

ওইনা ফোঙথ্রবা লীলাগী লাইরিকশিং অসিগীসু মথক্তা লাইরিক ওইনা ফোঙথ্রিবা *বসন্ত মপং মপং* হায়না মিংথোনবা লীলা অমসু রূপমহল থিয়েটরদা শান্নথ্রে।

শৈরেং :

এলাংবম দীনমনি অতৈ সাহিত্যগী লম কয়াদা খুৎ থাবকপগুম শৈরেংগী লমদসু লাইরিক কয়া ফোঙদুনা চঙশিন্নকই। অইবগী ফোঙথ্রবা শৈরেংগী লাইরিকশিংদি: (১) *চোইজাইনববা* (১৯৭২), (২) *লুবিবদি* (১৯৮৭), (৩) *কুম্নং শাববা পরেং* (১৯৯৫) অমসুং (৪) *শৈরেং খুদাপ অমত্তং* (২০০২) অসিনি।

১। চোইজাইনরবা : *চোইজাইনববা* হাযবিবা লাইরিক অসি এলাংবম দীনমনিগী অহানবা ফোঙবা শৈরেংগী লাইরিক্নি। অইবনা এম.এ. তন্নিঙৈ অমদি দি. এম. কলেজদা ওজা ওইবিঙৈ ইং ১৯৬৩দগী ১৯৭২গী হৌগৎলকপা ফাওবদা ইখিবা শৈরেং ঙাক্তনি। ক্রিটিসিজম অমদি ৱাবী মচাগী লাইরিক ফোঙলবা মতুংদা শৈরেংদা অমুক চাংযেং তৌবকপনি। লাইরিক অসি শকক অনী থোক্লা খায়দোকলি। শৈরেংশিং অসিগী মপুঙ ওইবা খোঞ্জেলদি ফাগী অমদি লক্লবদা যুম্ফম ওইদুনা মীওইবগী অমসুং সমাজগী মশক উৎনবা লাক্লবনি। 'খ্বাই কৈথেল মযাযদা', 'অহে'পা শানুনে কবিমান' নচিংবা শৈরেংদা খ্বাই কৈথেলগী মশক, কবি শাবা অহে-অশিং শাবগী মওং উৎলি অমদি মৈতৈ নুপীশিংনা মযুম পাল্লবা মতুংদা ওইবক্লিবা মওং, চৎলিবা লীচৎ-শাজৎনাচিংলা অদু 'ঐগী নুপী ওইসনু...' হাযবা শৈরেংদা অসুম্না উৎলি :

ঐগী নুপী ওইসনু মৈতৈ লৈমা মবক্তা
য়াহৌ নুমিৎ উখাঙদা হৌবগা
তামি অমত্তং ফেঙবদা নুমিৎ কোন্নবা ওইসনু।
ৱাঙাং খুদিংদা কাম্মসনু
ঙা খুদিংদা কাম্বগুম
চখোকলমদাই খুদিংগী চিম্বান পুকম হৈতুপ্ল',
অবাবা মৈতাল মৈতাল হৈথ্রকপা। হঞ্জিল্লকপা মতাংদা
শৌ শৌ ঈবাংদা তাউসনু, ঐগী নুপী ওইসনু।[১৫]

---

১৫ এলাংবম দীনমনি, *চোইজাইনববা*, ১৯৭২, কৃ. ই. মেমচা দেবী, ইম্ফাল, লা: ৮।

'চৎলোকো চান্নবী চৎলোকো' হায়বা শৈরেংদনা ফাগীনা যূম্ফম ওইরগা অচুম্বা ৱাবু ফাগী তাহন্দুনা আইরনিকেল ভিয়ু অমদা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। মসিদা কবিগী পেলহৌদ্রবা অদুগা পাঙ্গলদি থোকপা ঙমদ্রবা অশাউবা কল্লকপগী মশক্তু উবা ফংই। কবিগী ৱাহৈদা অসুম্না হায়রি :

চৎলোকো চান্নবী চৎলোকো
লৈরুরো চান্নবগা লৈরুরো
নঙনা হায়খিবা অদুঙৈ,
থৱাইসু হকচাংসু ঐগীনি,
ঐনা হায়বনি হৌজিক্লা
থৱাইসু হকচাংসু মীগীনি।
হোঙখ্রো চান্নরম্বী চৎখ্রো
হোংখ্রো হান্নগী পূম্নমক।[১৬]

'অরীবা কবি কবিরি, নুংশিদা' হায়বা শৈরেংসিদা কবি ওইবগী অৱাবা মশক্তু ফাগী ওইনা ফোঙদোকপনি। মসিদা লক্লবগী মশক উবা ফংই। অরীবা কবিশিংনা অনৌবা কাব্য কয়া ইনিংলবসু কাব্যগী নীতি নিয়ম ইন্নবা হোৎনবদা ইবদি হৌরুরগা মখা চত্থবা ঙমদবগী অৱাবদু উৎলি :

অরীবা কবি কবিরি, নুংশিদা।
খনবদা নঙগী ঐদি কপ্লেদা, কপ্লেবো।
ইদি ইনীং খল্লুবনা ঈথিলদগী
পাক ইবদি য়াদা কূয়োমগী খনবদা
মাত্রা সুরোইদ্রা খনবদা মাত্রা নামা হেনখিবা
ময়েক হেনখিদ্রা ৱাবনা মরেক কাখিবা নামায়দা
ছন্দ মমিং থিরিঙৈদা, ষন্না ৱাইদৌ খৈতঙাই।[১৭]

'নোম্বা তাই ৱানোম তাই' হায়বা শৈরেংসিদা মতমসিদগী মীওইবনা ফত্তবা হৈনবী, ওইজবা খরা ফংনবগীদমক ইজ্জৎকী ৱাবু থৌশানদবা মতৌদু কবিনা অসুম্না উৎলি :

---

১৬ *ইবিদ*, লা: ১২।
১৭ *ইবিদ*, লা: ১৬।

নোম্বা তাই, ৱানোম তাই-
বোসনা ঐবু য়াবিনবা
খবক মথং মথং কানবা
লৌনীংবা ছুটি লৌনবা
কানীং' মতমদা কানবা
ইজ্জৎ হা' য়োন্তাই।[১৮]

অসুম্না কবিগী শৈরেং অতৈ, 'মনিংলোমদগী নুমিৎ' তা ওন্ন-তৈনবগী মশক অমা ঙসিগী সমাজদা উরিবসি মমি তাহন্দুনা উৎলি। 'নঙনা তাক্লম্বা' শৈরেংদা মতমবু তাইবঙমীনা থৌশাদবগী মওংদু উৎলি, 'তুমদনা মঙবা মঙগী মঙলেন্দা' হায়বসিদনা অশিবগী খোঙচৎপু ঈঙ্গিৎ ওইনা ফোঙদোক্লগা শিবা হায়বসিদি অঙাং অহল খায়দে, অশিবগী খোঙচৎ অসিদা চৎথ্রবা মীদুদি অমুক হল্লকপা লৈতে হায়বগী ৱাখল্লোন্দু আইরনিকেল আইদিয়া অমদা ফোঙদোকলি।

২। লুরিবদি : এলাংবম দীনমনিগী অনীশুবা ফোঙবা শৈরেংগী লাইরিক্লি। ইং ১৯৬৯ ডিসেম্বর ১৪ দগী ১৯৮৬ ফাওবদা ইখিবা ঙাক্তনি। শৈরেং অসি খণ্ড কাব্যগী মওংদা পুথোরকপনি। কবিগী পুন্সিগী নকশিন্নবা আত্মাগী খোম্থোক্লি। কবিগা লোয়নদুনতা লৈরিবা মমিবু ঈশ্বরগী মশক্তা শাগৎপা অদুগা অতোপ্পা মীৎয়েং অমদনা কবিগী কল্পনাগী সংসার অমদা শাগৎপা চান্নবীগী মূর্ত্তিনি মমিনি। মাগী চান্নবীগা লৈনবা আত্মাগী ওইবা মরী অদু উৎপনা মপূঙ ওই। কবিনা থাজে মাগী পুন্সিগী খোঙচত্তা থাদোক্লবা লৈতনা ইরোয়দা লোয়নদুনা লৈবা শক্তম অমা লৈরি। মসি তাইবঙ মীওইবগী মমিনি। মসি ঈশ্বরগী দূতনি, ঈশ্বরগী শায়োন অমনি। য়াওরিবা শৈরেংগী পন্দুপ ১২৭ খূদিংমক্কী অরোইবা নৎত্রেগা লোইশিল্লকপা পরেংশিংদা *লুরিবদি* হায়বা ৱাহৈসি কবিনা শীজিন্নদুনা কবিগা ঈশ্বরগা লৈনবা মরী অদু উৎলি। অদুগা কবিগা মাগা খঙনদবা মওংদুসু উৎলি। কবিনা হায়রি :

১৮ *ইরিদ্*, লা: ২৪।

যুগ কয়াদগী নত্রা ইবানী
লৈমিন্নরক্লিবা; লোয়নরক্লিবা, তিন্নরক্লিবা।
তেল্ল- তেল্লবা পুন্সিগী
শাংল-শাংলবা লম্বেল কয়াদা;
চৎমিন্নরি খুজেং পালোয়নদুনা;
খোঙথাংগা খোঙথাংগা তিন্ননা,
লেংবানগা লেংবানগা তক্লনা,
পাম্বোমগা পাম্বোমগা লৌনদুনা;
.....
অদুবু লুরিবদি
ঐনা নঙবু খঙদ্রি,
নঙনসু ঐবু শকখঙদ্রি।[১৯]

অরোইবদা কবিগী শৈরেংসিদা পুন্সিগী দর্শন অমদি য়াওরি। মীওইবনা পোকপা অমদি শিবগী চক্র মনুংদা তাইবঙগী লীলা শান্নরিবা পুন্সিগী খোঙচৎ অসিগী মরক্তা তাইবঙ শেম্বীরকপা মপু মাবু নীংশিংলকপা, কবিগী পুন্সিনা যৌবন মতম লোইখিদুনা সন্ধ্যা ওইশিল্লকপা মমৈথংদা কবিনা মবুংঙো মাগী ব্রাখলদা লুপলিঙৈদা মবুংঙোবু উবা ঙমহৌদবা, সংসারগী খূৎশেম খূদিংমকসে মবুংঙো মাগী খূৎশেম ঙাক্তা ওইরম্বা অদুগা অরোয়বা অন্তকালদদি মবুংঙোনা মাবু ঙাইদুনা লৈরল্লে হায়বগী মীৎয়েং থল্লি। পূম্নমকসি কবিগী কল্পনানি হায়বদু ফোঙদোক্লবা লাইরিক অসিগী অরোইবা পন্দুপকী লোইশিল্লকপা শরুক্তা অসুম্না হায়রি :

লুরিবনা—
নঙনা নমীৎ নখূৎনা তরাদা -তরল খল্লগা
নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌনা লোংনা হিপ্লগা
হায়রকই-
'অদুবু অচুম্বনি খনবরো'[২০]

---

১৯ এলাংবম দীনমনি, *লুরিবদি*, ১৯৮৭, দিনেশ্বরী অমসুং ইবেহায়বী, ভী. আই. পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল. লা: ৩-৪।

২০ *ইবিদ*, লা: ৯৬।

৩। **কুম্বংশারবা পরেং:** এলাংবম দীনমনিনা ইবা অহুমশুবা ওইনা ফোঙবা শৈরেং লাইরিক্নি। বুদ্ধি অমদি তৌশিং শীজিন্নদুনা ইবা শৈরেংনি। কবিগী পুন্সি খোঙচৎতা থেংনরকপা ঙরাং ঙসিগী মণিপুর সমাজগী মশক গনতন্ত্রগী ফীভম, রাজনীতি অর্থনীতিগী মশক অমদি পুন্সিগী দর্শননচিংবা উৎপনা মপূঙ ওইরি। মসিদা ফাগী করেম্নবা অমদি ষ্ট্রিম ওফ কন্সসনেস টেক্নিক নচিংবা শীজিন্নদুনা শৈরেংগী থৱায় হাপ্লি। অহানবা শৈরেং 'ফৃৎপদা মুল্লগদবা উন মতুম' দা মনিলদগী ঈশিং, ঈশিংদগী উন ওনবগুম্না মীওইবা নোংমদি উকোন নাক্তা লাক্লগনি মতমদুদদি মী পূম্না চপ মান্নগনি হায়বগী মীৎয়েং থম্লি। 'শান্নপোৎ মপ্রাম' দনা পীক্লিবা অঙাংনা জ্ঞান তারকপা, 'অশুম্বী-শুমদবী' দনা তৈন-ওন্নবগী মশক অমা উৎনবা লাক্লবা, মসিদা লান লেপ্পা তারবদি শান্তি পাম্বা অথৌবশিং হাৎপা, ধর্ম্ম লৈগে হায়রগনা ধর্ম্ম অমত্তা থমদবা, ঙান্না পানগে হায়রবদি নুমীৎ লোইনা কাপথোকপা অমদি হিংসি হায়রগদি পুন্সি অমত্তা থম্মগুমসি হায়বা ৱাফম উৎলি। মসি চম্না ফাগী মাল্লবসু আইরনিকেল ভিউ অমদি য়াওরি। ঙসিগী সমাজগী মশক তাক্লি। 'লম্বান মকা' হায়বা শৈরেংদনা মতমসিগী নুপী লাইনিংবীশিংগী মোরেল য়াওদ্রবা লমচৎ অদু সেটয়ারিকেল ওইবা মীৎয়েংদা উৎনবা লাক্লরি। 'কংলমদম' হায়বা শৈরেংসিদি মণিপুরদা লৈরিবা প্রজাশিংবু করেম্নদুনা ইবনি। মণিপুরবু কংলমদম হায়বা ৱাহৈসিনা মহৎ শিল্লগা লমদম অসিদা তৌরিবা সমাজগী অমোৎপা মশক তাকপা মরুওইনা শেঙ্গা-থুমজাগী হৈনবী, বন্দগী চৈথেং, ওজা, ছাত্র, ডাক্তর, কেরানীশিংগী এথিক্স লৈরক্তবা অনীথোকপীগী চৎনবী লৈবা অমদি শেল অচোইবগী ভেল্যু লৈরক্তবা অসিনচিংবা অসিবু পিকচরিক সিন ওইনা শবাক ফাক্তুনা উৎথোকপনি :

সরকারনা কোয়না পনশ্লবা
মীথলনা কোয়না পনঙাকপা
শেঙ্গানা ময়ুং কাবা লম
থুমজানা মফেন ওইবা লম
বন্দনা মপান চনবা লম
প্রজানা দোন-মোন হাইবা লম
ওজানা থিকা তৌবা লম
ছাত্রনা কলাস শীনবা লম
ঈচুমদা ঈশিং থুম্বা লম

কংলাদা লৈখোম পুথ লম
কোইলাসতা ভিংখৌ হৌবা লম
মমলনা রোকেট কাপ্পা লম
নেতা' যাহায়বী শান্নবা লম''

শৈরেং অসিদা অইবগী মীৎয়েং পাক চাউই। কবি মশামক শৈরেংসিদা য়াওশিন্দুনা মরুওইবা চরিত্র অমা ওইনা চরিত্রসিগী মীৎলমদা উরকপা ঙসিগী সমাজগী মশক তাকই। মসিনা হেন্না চুন্নবা মশক্তু শাগৎপদা মতেং পাংই। কবিগী অতৈ শৈরেংশিং— 'মকু নাহেরোল' দনা হৌজিক মতম অসিদি অনৌবা যুগ অমনি। মদুনা মরূপতগী, মন্দির- মসজিদতগী, বৈষ্ণবতগী, অচুম্বদগী অমদি মরী-মতাদগী চেলহৌরো হায়না অচুম্বা অফবা থাজবনা লান্নবগী মতম হায়না ওইরে হায়বদু উৎলি। 'থবীনা কারিঙৈ' দনা মৈতৈশিংদি মশানা মশাবু থাগৎপদা হৈনজে, মশানা মহেল্লে হায়না খনবগী হৈনবী অদ থাদোকপা ঙমদে অসিগুম্বা হৈনবীগী শাজৎ অসিবু কবিনা করেম্নবনি। 'ঙকথি চপ্পবা লুচিংবা' দদি মতমসিগী লুচিংবশিংগী চিনগা খূৎকা মান্নদবা, মীবু নমথাক তৌদুনা থাজহন্নবা হোৎনবনা চৎনবী ওইরকপা মতৌ, লুচিংবা মশাবুসু লাইগুম্বনি হায়না মীয়ামদা উৎ চাইদুনা থাজহনবা অসিনচিংবা উৎলি। 'ক্বাকথবী' দদি হ্যমেনিজমদা য়ুম্ফম ওই। লায়রবী পোৎয়োনবী অমগী পুক্সিনা ব্রানা নংনা লেল্লগা করিসু লৈত্রবা হূই অমনা নুংঙাইনা হিংবা পুক্সি অনীদুগী খেন্নবা মশক্তু য়েক্লি। 'মৈচফু' হায়বা শৈরেংসিদি মণিপুর সমাজগী রাজনীতিগী মশক য়েক্লবা হোৎনবনি। মসিদা জুগোৎ চাদবা মীনা মীরেপ ওইবা, ভোট কাথ্রগা নোংমতা মশক উবা ফংদবা, অতোনবীগী মনাক্তা কুনবদা মতম হৌখিবা, মীরমগী বেক্কতা পৈশা তুংশিল্লগা মশাগী নুংঙাইনবা য়েংবা অসিগুম্বা রাজনীতিব্রালানা মণিপুরসি মাঙহল্লে হায়বগী মীৎয়েং থম্লি। 'লাম্বনগী য়াঙঙেন' হায়বা শৈরেংসিদনা লানফমদা হিংনা হিংনা শিগদবগী শরুকপুদি লানফমদগী মীচেন ওইনা হল্লকপনা ফৈ হায়বদু ফাগীগী মওংদা ফোঙদোকপনি। 'ফ্রেম চল্লিবা গনতন্ত্র' দনা ঙসিগী গণতন্ত্রসি অনৌবা নীতি নিয়ম য়াওদ্রে, হান্নগী চৎনবীদগী অহোংবা লৈত্রে। মসিদি ফ্রেম চন্দুনা থম্লবা

২১ এলাংবম দীনমনি, *কুসুং শারবা পরেং,* ১৯৯৫ ,দিনেশ্বরী অমসুং দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ২৮।

ফোটোগা মান্নরে হায়দুনা কবিনা মীয়ামদা ফাগী তৌবনি, শক্লবনি। 'পি থাদোই মরুম' দদি লিজেন্দ ওইনা লৈত্রবা মোইরাং কংলৈরোলগী খম্বা-থোইবী বারীদগী কবিনা অনৌবা বারী পরীং অমা শেমগৎতুনা নোংবানগী চরিত্র শাগৎপনি। মসিদা নোংবান্না লোন্না থম্নখিবা তালোই মরুম্বীগী খোইজি খাদা মীরোলহৌবা মচাদুগী মপোক ময়ি কনবনা, মানা কৈগী খয়াত্তা থবায় থাখিবনি হায়বগী মীৎয়েং থম্লি। অরোইবদা, 'কুম্বং শারবা পরেং' গী অহানবা শৈরেংসিদা কবিনা শৈরেং ইবা ওন্নক্তবা, শৈরেং মশামক ওইবা পান্নকপা, অনীশুবা শৈরেংদনা ষ্ট্রিম ওফ কন্সসনেস টেক্নিক শীজিন্নদুনা পুন্সিগী বাহম্থোক থিনবা লাক্লবা, মসিদা অচুম্বা থিবা ফংলক্তবা ওইদবনা অওইবা ওইরকপা অদু অসুম্না হায়:

শোইনাইরবা অহাংবনা শেম্মকপা
লৈশেম শেবাৎতবা লৈগদ্রা
পুন্সি অসিমক শেবাৎলে[২২]

কবিনা পুন্সিগী মশকপু অসুম্না লৌরকই। মমৈথংদা পুন্সিগী অনৌবা মমল লেপ্পিংঙাই ওইরে হায়দুনা হয়ুম হায়না মিকোন্নগা লোইশিল্লি।

৩। **শৈরেং খুদাপ অমত্তং :** *শৈরেং খুদাপ অমত্তং* হায়বা লাইরিকসি শৈরেং ৪৫না পুনশিনবা খাইদগী নৌরিবা এলাংবম দীনমনিগী শৈরেংগী লাইরিকনি। শৈরেং লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি তোঙান-তোঙানবা হীরমদা ইবা ঙাক্তনি। মসিগী মমাঙদা ফোঙখিবা শৈরেং লাইরিক অহুম্মক্তা য়াওখিদবা মরৈবাক নুংশিবগী বাখলগা লোয়ননা নীংতম্বগী মমল য়াওহন্নিংবগী মমি তাবা শৈরেং খরা লাইরিকসিদা য়াওরি। চঙজবা, মরৈবাক্কীদমক্তা, অঙাং অহলগীদমক্তা, নীংতম্লে ঐখোয়, ঐগী লৈবাক্তা, নীংতম্বগী মমনদো, কাছারদা মণিপুর পুকফবী ইমা নচিংবা শৈরেংশিংদা, ইমাগী মফমদা চঙজবা, অশেংবা শক্তম উহনবীয়ু হায়জবা, মরৈবাক্কীদমক থবায় কথোকখ্রবা অথৌবশিংদা য়েক্লবনা ওৎ নৈখিবা কয়াদু নুংঙাইতবা উৎপগা লোয়ননা মীখা থানা হিংবদি কান্নদে, ঐখোয় নীংতম্লে অমুক নীংতম্বসি মাঙহল্লোইসি, হায়বনচিংবসু উৎলি। মরৈবাক্কীদমক্তা হায়বা শৈরেংসিদা অসুম্না কবিনা হায়রি :

---

২২ *ইবিদ,* লা: ১০০।

হিংবা হৌনৈ হিংবদি মমল য়াওদে পুন্সিগী
মীখা থানা হিংবনা মীশি চাদা মহিংনি
খঙখি মখোয় খুজোক্না অশি-অচঙ হিসাবতা
'নীংখা তম্না লাকপনি নীংখা তম্না হিংগনি,
নীংখা তম্না চৎখিনি।' খুজোক অদুই লাইশোন্নি।[২৩]

গণতন্ত্রগী লৈঙাকলোনগী অশোয়বা অমদি মসিনা শোকহল্লবা লৈবাক্কী ফীভম উৎপা শৈরেংসু লাইরিক অসিদা য়াওরি। মদুদি 'শোরেন লাইপোক্কী ভান্দ্রা' হায়বা শৈরেংসিদা অসুম্না কবিনা হায়রি :

তম্বিরিবনা
ফীরান মখা মখাদা ব্রাশক চেনা-চেনা
পরেং অমা ফাওবা ঙাক্তবা
মাঙজোংগী ফি শেম্মিডৈদা ঙাকপা শংদবা
চামঙা চপ্পী অমমম য়েপ্লগা লেপশিনখিবা তুম্বা
সীজন লাকপদা লীশীং য়াংখৈদা থাবা
গনতন্ত্রগী মোরেহ কারবার
লল্লোনবা হৈবা তন্ত্র।[২৪]

পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা থোকপা লানগী মনুংদা মীনুংশি য়াওদ্রবা মীহাৎ অমদি মীওৎ মীনৈ কয়াগী চৈথেং নংলবী নুপীশিংগীদমক 'গণতন্ত্রনা জয় ওইরে' হায়বা শৈরেংসিদা কবিনা নুংনাংবা ফোঙদোক্লি :

চনুশিং ?
আ! নৌজরিবী চনুশিং
নাউরোইনরিবী মমাশিং
মপুরোইবা লৈরিবী ইচনশিং
হাৎখি মশীং নাইদনা
শিজখিবী মখোয়দি শাফরে;
শিহৌদবীশিং !

---

২৩ এলাংবম দীনমনি, *শৈরেং খুদাপ অমত্তং*, ২০০২, ডা. ইবেহায়বী দেবী অমদি শ্রীমতী রোমিতা দেবী, মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, লা: ৪।

২৪ *ইবিদ*, লা: ১৭-১৮।

শিহৌদবী মখোয়দি মিৎকুপ খুদিংগী
শিররি, নীংশিং নীংশিং শিরি,
তমখিরবা মীশিদা।[২৫]

'কাছাড়দা মণিপুর' হায়বসিদনা কাছাড়গী মণিপুরীশিংনা তাম্না লৈখিবদা কবিনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকলি লোয়ননা মখোয়না মরমদমবু নুংশিনা শক শোন্দুনা ঈংনা পালহৌবদু পাউদম্লি। 'পুকফবী ইমা' দসু কবিনা মরমদমবু মীয়োক মীচান ফবী, পুকফবী, ধর্ম্ম কায়দবী, পুকচেল চাউবী, থৌনা ফবী, মীনুংশি লৈবী মীরৈবাক্কী মরক্তসু মফম চাউনা লৈরিবী মালেম পৃথ্বিবু অমত্তা ওইনা খনবী ইমানি হায়না শক শোল্লি। 'মৈতৈ নেতা লাকখরে' হায়বসিদনা লৈবাক্কী মপী মপা ওইরিবা মকোকথোংবা লুচিংবশিংনা ৱাশক লৌরমদাই মতমদনা থৌনা ফনা চোংথোকপা অদুগা ৱাশক ঙাকপদি ঙমদবা অফবা চাওখৎকদবা থবক থৌরমদি পায়খৎলকপা উদবা, চীনগা খূৎকা মান্নদবা মতৌদু কবিনা করেম্নবগা লোয়ননা য়ানিংদবশিংদু ফাগীরোমদা পুথোক্তুনা উৎনবা হোৎনরি। 'কুমগী নোংহৌ, লাউ' হায়বা শৈরেংসিদা কবিনা শেঙ্গা-থুমজা তৌবা, মীচঙ-মীখায় নাইবা, ইজ্জৎকী খন্দবা, ওইদবনা থল্লবা মীওই কয়াবু মরু ফুক্না মাঙহন্দুনা পুখিনবা কুমগী নোংহৌবু অকনবা নুংশিৎকা লোয়নরক্লুবা হায়রি :

লোয়নরকউ উরু ফুকপা নুংশিৎ
মথঙ'খা ওল্লু চেত্তবা সরকার
অতাওবা প্রজা
ওইদবা নেতা
লাইগী মীহুৎ
বজ্র লোয়নরকউ লীশিংদৈ তাদনা
খায়য়ু শেঙ্গাবা মন্ত্রী
মীচঙ-মীখায় নাইবা ইন্দরভিয়ুয়র
পল্লেপফম নাইদবা ফমহাপ্পা
ইজ্জৎ য়োন'জাবী চনু
শারেংদা চৎপা সাহিত্য
মী কিগনবা ওঝা

২৫ *ইবিদ*, লা: ১৪।

চেপপ চোংবা মীহুৎ
নুমিৎয়ুংবীগী পার্টিশিং[২৬]

অসুম্না সমাজগী অমোংপা চৎনবী, হৈনবী কয়াবু মুখৎদুনা অচুম্বা অফবা সমাজ অমা শেমগৎপা পাম্বগী ঈঙ্গিৎ উবা ফংই।

ৱারেং:

**মণিপুরী অমদি মণিপুরী : ৱাখল মতেক মতেক (১৯৯৬) :** লাইরিক অসি এলাংবম দীনমনিগী অমত্তা ঙায়রবা ৱারেং কয়াগী পূনশিনবা লাইরিকনি। দীনমনিনা ইবা লাইরিক অসি খোমজিল্লবা ৱারেং ২৮ পূন্না য়াওরবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি ইং ১৯৭০দগী ১৯৯৫ ফাওবগী মনুংদা ইখিবা ঙাক্তনি। তোঙান-তোঙানবা মখলগী মান্নদবা হীরম কয়াদা মীৎয়েং থমদুনা ইবা ৱারেংশিংনা পূনশিনবা মচল শুরবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ৱারেং ২৮ অসিদগী খরা লৌখৎতুনা পল্লবদা— পুন্সি অমদি সাহিত্যদা ফাগীগী মফম, মণিপুরী অনুবাদ সাহিত্য, সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা খোঞ্জেল লীলা, নৈনবা: কলা অমা ওইনা, ফোক ড্রামাদা লোনগী মতাং, মণিপুরী ৱারীমচাদা মোদর্নিটী, উপন্যাসকার অমা ওইনা অঙাংহল, মহাকবি অঙাংহলগী পুন্সিগী অৱাংবা ৱাখল অমসুং হৌজিক, খম্বা থোইবী শৈরেংগী রস, খম্বা থোইবী শৈরেংদা রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি অমদি সমাজনীতি, রচনা ইবা অমা ওইনা চাউবা, চাউবগী শৈরেং, ডা. কমল অমসুং প্রকৃতি, তোংব্রাগী ড্রামাদা নৈনরিবা সমস্যাশিং, হৌজিক্কী মণিপুরী থিয়েটরদা অনৌবা চাংয়েং স্তুপ, পাচা মীতৈগী রোমান্টিক নোভেল, হৌজিক্কী মণিপুরী উপন্যাস অমসুং অইবা অমসুং সমাজ ঙসিগী মীৎয়েংদা অসিনচিংবা ৱারেংশিং অসিনি। ৱারেংশিং অসিদা ৱারেংগী মিংথোল ওইরিবা হীরমশিংদুগা চানবা, মরী লৈনবা ৱাফমশিংদা কূপথনা শন্দোক্না নৈনদুনা ইরি। খূদম অমা লৌখৎলবদা লাইরিক অসিগী অহানবা ৱারেং, 'পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা ফাগীগী মফম' হায়বসিদা ফাগী হায়বসিগী কান্নবা, ফাগী মতাং চানা শীজিন্নবগী অমদি শাউনিংবা, চৈনিংবা কয়া ফাগীনা নাকোয়ননা পুথোক্তুনা মচেক্তা য়ৈদুনা হায়হৌবগী কান্নবা কয়া লৈবদু ৱারেংসিদা উৎলি। অইবনা অসুম্না হায়রি :

---

২৬ *ইবিদ*, লা: ৪২-৪৩।

> অশাউববু কোক্লগে, অচুম্বা অশেংববু হায়দোক্কে অপাম-পামদসু তমগে, চৈগে ৱারক্কে অদুগা লোয়ননা মীগী তীংসু শোকহল্লোই হায়বা তারবদি ফাগীনা খ্বায়দগী ফরবা পাম্লেনি।[২২]

পুন্সিদতা নত্তনা সাহিত্যগী লমদসু ফাগীগী চাউরবা মফম লৈ হায়বদুসু উৎনবা হোৎনৈ। মীওইবা অমদি সমাজগী মিংশেল ওইরিবা সাহিত্যদা ফোঙদোকনিংবা, মরুওইনা অথীবা, অমোৎপা, অরানবা অশোয়বা কয়াদু ফাগীদা য়ূম্ফম ওইরগা নাকোয়ননা হায়রবদি ময়ামদা নুংঙাইত্তবা পোকহন্দে, হেন্না ভাব তাহল্লি, লোয়ননা ঙাইহাকসু নোকহন্দুনা পোথাহল্লি হায়বদু মমুৎ তানা ৱারেং অসিদা নৈনরি।

**উপন্যাস :**

এলাংবম দীনমনি, অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মচলশিং অয়াম্বা শোক্লা ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কে চোলহনবদা চাউরবা থৌদাং লৌরি। অইবা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেদা মরুওইবা মচল ওইরিবা 'উপন্যাস' হায়বা খুৎই অসিদসু খুৎ থাই। অইবা অসিগী উপন্যাস অনী ফোঙত্রে মদুদি— (১) *শঙাইশেল* (১৯৯৭), অমসুং (২) *লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি* (১৯৯৮) হায়বসিনি।

**১। শঙাইশেল :** দীনমনিগী অহানবা ফোঙবা উপন্যাস অসি ঐতিহাসিক রোমান্স অমগী ৱাখল্লোন্দা ইবা উপন্যাস অমনি। উপন্যাস অসি ইং ১৮৯১ দগী ১৯৪৭ ফাওবদা কোল্লিবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিগী মনুংদা শাগৎপা ৱারীদা য়ূম্ফম ওই। *শঙাইশেল* হায়রিবা উপন্যাস অসিদা মরুওইনা উৎলিবসি বৃটিশনা ইং ১৮৯১ দা মণিপুর লৌশিল্লবা মতুংদা সাহেবশিংগী লৈঙাক মনুংদা চুড়াচান্দ মহারাজ (১৮৯১- ১৯৪১) বু নিংথৌগী মিংদা থম্লগা মখোয়না শাসনগী চুপলি পূন্বা পায়শিন্দুনা থমখিবা থৌওং অসিবু পেন্দ্রবা প্রজাশিংগী খোয়শাউনবা মতৌশিং অদুনি। মরুওইনা অসিগুম্বা থৌওংশিং অসিগী মনুংদা মণিপুরগী প্রজাশিংগী থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা থৌদোক, তেরা পাম্বী অমদি কংলা শা কাপ্পুনা থুগায়খিবগী থৌদোক অমদি প্রজাশিংগী হক মৎপা, ওং নৈবগী অমদি নম্ফু শাসনগী থৌদোকশিংবু

২২ এলাংবম দীনমনি, *মণিপুরী অমদি মণিপুরী: ৱাখল মতেক মতেক*, ১৯৯৬ (পুন্সি অমদি সাহিত্যদা ফাগীগী মফম), ইবেহায়বী, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৫।

পেন্দ্রবা অমুদোম্না থাবম্নেগা কায়নদুনা চীংনুং মানুংদা লালহৌবগী লাম্লোং তমখিবা, লালহৌবগী থৌদাং পূম্না তরেৎ খূৎনা মায়কৈ মরিদগী হৌরকপা, সন্ধি পুরকুনা জপানগী লাম্নীশিংসু য়াওশিন্নকপা ইং ১৮৯১দগী ১৯৪৭ ফাওবগী ইতিহাসকী চাউরাকপা মশক অমা উৎপগা লোয়ননা ঙসিগী মণিপুরগী সমাজদা ঈথিল পীবা উপন্যাস অমনি। য়েক্লবগী মখূত্তগী ইমা লৈবাক মণিপুরবু কন্নবগীদমক লালহৌবগী শক্তম অমা শাগৎপনি, মতমগা চুনরবা অনৌবা মীৎয়েং অমনি। উপন্যাস অসিগী মতাংদা ডা. নহাকপম অরুনানা অসুম্না ফোঙদোকই :

> দীনমনিগী উপন্যাসতা ইতিহাসকী মতমগী চাইগোন্নুং অমা লৌরুরগসু লালহৌ ইরাংগী মমি নিংথিনা তারি, ফিজোল হোংবদনি, শকফমদি ওন্দে।[২৮]

২। **লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি:** *লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি* হায়বা লাইরিক অসি দীনমনিগী অনীশুবা উপন্যাসকী লাইরিক্নি। মসি সামাজিক উপন্যাসনি। উপন্যাস অসিদা শাগৎলিবা মপূঙ ওইবা থিমদি ঐখোয় মীওইবনা য়াবনা খম থেংলবা মতমদা লাইবক্তা শিন্নথোকপনা শাফরকই হায়বসিনি। ঈশ্বরগী শক্লাইদ্রবা, মাঙজৌননা খঙবা ঙমদ্রবা লাইবক হায়বসিদা থাজবা নৎত্রগা শিন্নথোকপনা পুন্সিগী পোথাফম ওইবা মতাং লাকই হায়বদু উৎনবা হোৎনৈ। উপন্যাস অসিগী য়ারীদা বৃন্দাদেবী কৌবী লাইবকপু থাজবা ঙমদবী, লৈরবসু শীংনগে লেপ্পিবী, অমম্বদা থাজবী পামগদবী, সাইন্সকী ছাত্রী ওইনা হৌরকপী নুপী অমনা পুন্সিগী অথেঙবা তাঙ্গাদা মপুরোইবা অমদি থৱায়দগী হেন্না লুনা খঞ্জবা মচানা লৈখিদবদা শীংনরুবা লাইবক্কা চুংশিন্নদুনা মৈচাক খাঙখি। উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা লাইবকপু য়ানিংদবা বৃন্দাদেবীসি মহাক্কী অশেংবা মকুবোক গোবিন্দগা ইমুং অমত্তা ওইনা লৈরিবা মরূপ সাইকিয়াত্রিষ্ট মনিতোম্না মচা মমৌগুম লুনা তৌজে। মহাকক্কুসু মরূপকী মচা ইঙোবীগীদমক হায়নদুনা বৃন্দাদেবীবু মমৌ ওইখিবনি। মনিতোনদি লাইবকপু চেৎনা থাজবা মীশক্লি। মতম চুপ্পদা মমৌ বৃন্দাবুসু থাজহন্নবা হোৎনৈ। খনবা থোক্রুবা য়াখলনা লাম্না ফংলক্রবা অমদি

---

২৮ ডা. এলাংবম দীনমনি (সম্পা:) ডা: খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র (সহ-সম্পাদক), *সাহিত্য ২০০০* (২০শুবা চহীচাগী মণিপুরী উপন্যাস নৈনবা- ডা. নহাকপম অরুনা), মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১০৮ শুবা মশিং, ৩৬শুবা চহী, লা: ২৪।

অৱাবগী পোৎলুমনা পুৱা থাংবা ঙম্মক্রবা মতাংদা ঈশ্বরদা শিন্নথোকপনা মীওইবগী অৱাবা খরদি কোক্নুনা শান্তি ফংগনি অদুনা ঈশ্বর অমদি ঈশ্বরনা তম্বিরন্নবা লাইবক্তা থাজবা হায়বসিনা পোখানবা পাম্বেনি হায়না তাকই। তাইবঙ মীওইবগী য়াইফনবগীদমক ঈশ্বর লৈহনবা ফৈ অমদি মমিং পানবা লাইদা থাজদ্রবসু চিরবা তাঞ্জাদা খঙঙমদ্রবা মহাশক্তি অদুদা থাজবা হায়বসিদি লৈহনবা তাবনি হায়বসি মনিতোনগী অচেৎপা মতনি, মসিমক অইবগী ৱাখল্লোননি।

মালেমঙম্বা পোক্লবা মতুং বৃন্দাদেবীগী মপুরোইবা ইঙোবী লাইবক থীবা থৌদোক অমদা মীহাৎপা তাদুনা জেলদা লৈখি। মনিতোন্না মমৌ অমদি মশুগী অৱাৎপা লৈহন্দনা, মমা মপা মপু পূম্নমক ওইদুনা লুনা চান্না য়োকখি। থৌনা ফবা লীংজেল খাবা, অচুম্বগীদমক শিবা কিদবা মশুগী অনীংবা থুংনবা হোৎনদুনা লাকখি। মপান লমদা মহে তম্নবা থাখি। মচাগা লাপ্নবগী অৱাবা ৱানা খাঙলিঙৈ, মপুরোইবা জেলদগী থোরকপা নুমিত্তা য়েক্লবনা গাড়ীনা থোমদুনা হাৎখি। থৌদোকসিদগী বৃন্দা লাইবক্তা খরা থাজবা হৌরকখিবনি। অসুম্না ৱারিঙৈ তাঞ্জাসিদা মচানুপাসু ট্রেন্দা বোম পোখায়বগী থৌদোক অমদা য়াওখি, নুমীৎ খরা ৱাখল চোইনা লৈরম্লগা শিখি। মালেমঙম্বগা শকখঙনরম্বী মতম চুপ্পা ঙায়দুনা লেনজরকপী লিম্বোইসু খম থেংনা অৱাবগী মৈচাক পুরম্লগা মালেমঙম্বগী অপাম্বা লম্বীদা চৎখি। বৃন্দাসু ৱাখল চোইরপ লৈরম্বদগী গ্যান তারকপদা মশাবু ফাথনবা হোৎনজরকই। পূম্নমক ঈশ্বরগী খুদোলনি হায়না খনবা ঙম্লকই। মহাক্কী বাবাচৌ মনিতোন্না তাকপিখিবা লাইবক্কী ৱাফমশিংবু থাজবনা পোখাগনি খন্দুনা বৃন্দাদেবী লাইবক্তা সন্ধি তৌনখি। মতৌ অসুম্না মীওইবনা পুদবা য়াদ্রবা পোৎলুম অসিগদি শীংনরুবা চুমদে হায়দুনা অইবনা অসুম্না ফোঙদোকই :

> ... পোৎলুম খুদিংমক্তা সন্ধি তৌনবা, চুংশিন্নবা য়াশিন্নবা লাক্লবসিনি। চুংশিন্নবা হায়বসি মায়থীবা নত্তে মায় পাকপনি পাকমিন্নবনি মায়থীবগা পূন্না মায় পাকমিন্নবনি।[২৯]

অসুম্না উপন্যাস অসিদা মপূঙ ওইনা উৎলিবা অশম্বা পাউদমদি পুম্সিদা থেংনরিবা মখল কয়াগী লাম্বেংনা পুম্সিগী লাঞ্জাও মচানি অদুগা লাইবক অমদি ফীভমগী শম্ভাইনবনা অচৌবা সন্ধিনি হায়বসিনি।

---

২৯ এলাংবম দীনমনি, *লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি*, ১৯৯৮, দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৩২৩।

*মরিশুবা পন্দুপ*

# দীনমনিগী ৱারীমচা

দীনমনিগী ৱারীমচাদা নুপীগী মশক :

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা অইবা অমা ওইনা মফম চাউনা কল্লিবা এলাংবম দীনমনিনা ইবা ৱারীমচাগী লাইরিক পূন্না তরা ফোঙখ্রে হায়বা ৱাফম অসি মমাঙগী পন্দুপশিংদসু পঙখ্রে। হায়রিবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অসি ইং ১৯৭০ দগী ২০০০ ফাওবগী মনুংদা ফোঙখিবা ঙাক্তনি । অইবা অসিগী ৱারীমচাগী লাইরিকশিং অদুদি- *থক্ৰবী*, *মোরাম্বী অঙাওবী*, *তিংখংলৈ*, *পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা*, ইমৈসুনি *তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্*, *মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র*, *লাইরেল মরীম্নোং*, *কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট*, লাইকিশি অমসুং *ঈপাক* হায়রিবশিং অসিনি।

এলাংবম দীনমনিগী ফোঙখ্রবা ৱারীমচাগী লাইরিক তরা অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ৱারীমচাগী অপূনবা মশীং অসি ১৫৮ নি । মসিদগী নুপীগী তোঙান-তোঙানবা সমস্যা অমদি তোপ-তোপ্পা নুপীগী মশক কয়া য়াওবা ৱারীমচাশিংবু কুপ্না নৈনবগীদমক্তা মরী লৈনবা মরুওইবা ৱারীমচাশিং লৌখৎপনি, মখোয়শিং অদুদি: *থক্ৰবী* হায়বা লাইরিক অসিদগী থক্ৰবী, *মোরাম্বী অঙাওবী* দগী ৱানোম্বা, হৈরুক ওকপা, ইতৈমা অমসুং মোরাম্বী অঙাওবী, *তিংখংলৈ* দগী তিংখংলৈ অমসুং চহিসিগী মনা; *পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা* হায়বা লাইরিক অসিদগী লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা ৱারীমচা, পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা, লৈচিন্দা পল্লবা থাজ অমসুং থাশিগী মঙাল; *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্* দগী ইদুনিংথৌ ইপাম মৈ চূরো ;*মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র* দগী কুফেৎ কাফেৎপা বল্ল অমসুং *ঈপাক* তগী ঈপাক হায়বা ৱারীমচা অসিনচিংবনি । লৌখৎলিবা ৱারীমচাশিং অসিদা অইবনা তোঙান-তোঙানবা নুপীগী চরিত্র কয়া

য়েক্লি। য়েক্লিবা তোঙান-তোঙানবা মখলগী শক্রোন পুরিবা চরিত্রশিং অদু কাগুলুপ নাইনা খায়দোক্তুনা নৈনরগা নুপী চরিত্রশিংগী মশক অকপা য়াই:

## ১। ঙসিগী মণিপুরী সমাজনা ওইহল্লকপা ফীভম অমদি মতমনা পুল্লিবু লৈখা তাহল্লকপদগী ওইরকপা চরিত্রশিং:

ঙসিগী মণিপুরী সমাজগী থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া অসিদা নুপী ওইবীশিং অসিনা উপায় লৈজদনা য়াম্না ৱানা খাঙবা মতৌ অসি দীনমনিগী ৱারীমচাশিংদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। অসিগুম্বা চরিত্রশিং অসিগী মশক্তু দীনমনিগী ৱারীমচা 'থরুবী'দা য়াওরিবা কোম্বীসনা অমসুং 'মোরাম্বী অঙাওবী' গী লখি হায়বা চরিত্র অনী অসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। চরিত্রশিং অসি তশেংনমক সমাজ অসিগী অখুবা মীৎয়েংনা হন্থনা য়েংদুনা তুহৎপীরবী ঙাক্তনি।

*থরুবী* দীনমনিগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিকনি। মসিদা য়াওরিবা লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা 'থরুবী' হায়বা ৱারীমচা অসি তোপ-তোপ্পা নুপীগী চরিত্র য়েক্লিবা ৱারীমচা অমনি। অইবনা চরিত্র অসি কোম্বীসনা হায়না মিংথোল্লি, ৱারীমচা অসিগী মরুওইবা চরিত্রনি। মসিগী মপুঙ ওইবা ৱারীদি কোম্বীসনা কৌবী নুপী অসি ঈং তপ্লবী মশক মতৌ ফজবী, হায়বা ইনবী অমদি লমচৎ ব্যবহার ফজবদা তমজনফম ওইরম্বী ফিদমনিংঙাই ওইবা গুণতনা লৈতেংলবী নুপী অমগী পুন্সি ওইরম্বদগী মথোঙ চাদ্রবা মপুরোইবা অসিদা য়ুম পাল্লুবদগী অমদি হিংননবগী লানফমদা লাম্থেংনবা হোৎনবদা তপ্ল-তপ্লা লৈখা তারকখিবগী ৱারীনি।

ৱারীমচা অসিগী হৌরকপদা কোম্বীসনা, নোং য়াম্না কন্না চুবা অথেঙবা অহিং অমদা য়ু ঙাওদুনা হায়রংননা লাকই অদুগা মৈঙাল উবা য়ুম অমখক্তা য়ারেক্লবা চঙলকই। মহাক্কী মতৌ অসিদা য়ুমদুদা লৈরম্বা নুপা অদুনা অকিবা অমগা লোয়ননা য়াম্না ঙক্লা য়ু থকপগী মতাংদা হংলকপা ৱাহং অমগী পাউখুম ওইনা হায়রকই:

> য়ুম-কৈ পাল্লবা মতুং কাইনথংদা থেংনরক্লিবা কম্মনি বাবু। অঙকপা খুৎশেম্নি ঈশ্বরগী, ঙসি ঙাওশিন্নবদা ওক্তবদা ফাওরিবী কোম্বীসনা ঐসে, ইশা থাগত্তুনা ঙাঙজবা নত্তে, মরম ওকপদ্রা, ব্যবহার ফজবদা ইকাইথীবদা

শকফজবগী মথক্তা তমজনফমনি হায়দুনা লৈকাই ইমান্নবী ৱারক্লবদা য়াওনরিবনি। ঐগী ইতৌ তন্মু হায়নরম্লিবনি। লৈকাই লান্না মিং চৎলম্লিবনি।[১]

অসুম্না অফবা গুণভনা লৈতেংলম্বী নুপী অসি মরাইবক থীনা তন্নম্বদুনা নৌনা মমা মপা কায়নখিদুনা মহাক্কী মাম্মনা য়োক্লকখি। য়ূম-কৈ পানবগী মতম য়ৌরক্লবদা কোম্বীসনা মশাগী অনীংবা অপাম্বা কয়া তুংওইনরগা মহাকপু য়োকপীরক্লিবা মাম্মগী অপাম্বা মতুংইন্না নুপা অমদা লুহোংখিবনি। অদুবু মহাক্কী মপুরোইবা অসিদি নীশাদা লায়চুবা, নুপী লোনবা মীশক ওইরমখি, মসিদগী নুপীসিগী আশা পূম্বা কায়খি। মচা অহুম লৈরবা মতুংদা কোম্বীসনাবু মপুরোইবনা থাদোক্নুনা চৎখি, হন্না য়েংলখিদে। মচা নুংশিবগী ঈহুল চেল্লিবা মমা ওইবগী থম্মোয়নদি মচাবু হুন্দোকপা ঙমখিদে, পীক্লিবা মচা অহুম অদুবু য়োক্লনবা হোৎনবদা শিবা চঙবগী অচৌবা লানফম অমা থেংনবা তারকখি। খুদোংথীবা কয়া মায়য়োক্লবা তাখি, চরিত্র অসিনা হায়:

ইচা অপিশক অহুম অদুগা ঐ ভৌদুনা লৈখি। চরা হেনবনা য়াং অসি হিংগনি হায়বা থাজদনা কংখি। ইচাশিং অদুনা ইমা চাগে, ইমা পীয়ু ইমা লাম্লে হায়না কপশিল্লকপনা নাকোং অসি শীংজা য়েরে। নিদুনা থাক্কে হোৎনরুই। মঙানি তরানি থা'মুক মঙাই, কদায়দনো নিরুগদবা মতম অসিদা।[২]

অসুম্না খম থেংনা ৱারবী নুপী অসিনা অফং-অফংবা উপায় থিদুনা হিংনবা অমদি মচাশিং য়োক্লবা হোৎনরকই, মতম অসিদা খুলদুদা থোং অমা শাবগী লাকখিবা মীশক অমা থেংনখি। নুপা অদুনা ইনশিন্দুনা য়ু লৌহন্দুনা শেলগী মতেং ফংহনখি। মতম অসিদগী য়ু লল্লোনবা হৌখি অমদি লৈনরক্লিবা মরী অদুনা সমাজগী মীনোক চঙলকই। হিংননবগী লানফমদা মহাক্না অফং-অফংবা উপায় তৌদুনা হোৎনরকপদা চঙলক্লিবা অকোয়বগী মীনোক মৈশা কয়াদুদা পেনখিদে, ৱাকৎ পুবা ৱাঙাঙদা হায়রকই:

অহিং নুংথিল লৈমিন্নরকপনা নক্লবগী অকায়বা নত্রগা অতোংবা অদু ঐগীসু শরুক য়াওরক্লে লৈকাই অদুনা য়ুমদা নুপা নহানা পুশন্দুনা থম্বগী

১ এলাংবম দীনমনি, *থম্বী*, ১৯৭০, টি. গোগোনচন্দ্র সিংহ, সেগা লম্বী, ইম্ফাল, লা: ৯।

২ *ইবিদ*, লা: ১১।

> ঙাওনবা হৌরক্লে। ইচাশিংনা মবুক পায় পায়দুনা ওন থোইনা কপখিবা মতমদু'দা ঐখোয়দা জীব অমত্তনা সেগ মাইগা তান্নবিনবা লাকল্লমদে, অদুবু শেল-থুমগী মতেং খরা লৈরক্লবা মতাং অদুদদি ফৈ, ফত্তে; চুম্মী, চুমদে ঙাওবিনবা মরি-মরি লাকপনা ৱাই শিংনবা ঙমদ্রে।[৩]

নুপী অসিনা থাংলিবা খোঙথাংসি মশানা পামজনা থাংখিবদি নত্তে। মহাক অফবা অমদি অচুম্ব অরানগী মশক খঙজে। ফীভম্মা য়াদদুনা ওইরক্লিবা অওনবা পুন্সিনি। মশাগী লীচৎপু ইকোম কোম্মা থাদোকপদি তৌদে। হিংদবা য়াদবগী ফীভমনা শোম্বহল্লবা লীচৎ অমদি অওনবা পুন্সিগী মহিং অদুবু অচুম্বা অফবা নত্তে হায়না মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওবগা লোয়ননা নীংঙমদবা ফোঙদোকই:

> মপোক থীনা পোকপীগী অফ-নুংঙাই লৈতে। ঐবু য়োকপিনি হায়না পুবিরক্লিবা নুপা অদুনসু ময়ুমদা ঐবু পুশিন্দুনা চঙবা ঙমদ্রে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী কাচ্চিন অমদা ভারাদা কা অমা লৌদুনা ঐবু থম্বিরে। মতম অদু ফাওবদি ঐগী লমচত্তা অমকপা লৈহনবগী ৱাখলদি হায়রুনু তৌরুরিবা খরা অদুগীদমক অহিং কয়া ইথন্তা কপচত্রিবনি।[৪]

হিংনবগী লানফমদা ফীভমনা য়াদবনা মশাগী ৱাখল পুক্লীং অমদি লমচৎতা তঙাইফদনা হোংলকখি। সমাজগী মীনোক মৈশা কয়াসু খাঙবা তারকখি। মহাক অমদি মচাশিংবু য়োকপিগনি থাজদুনা তঙাইফদনা হিংননবগীদমক অনীশুবা ওইনা নুপা অমদা য়ূম পাল্লুরগা মচা তরুক্ক শুরবা মতুং নুপাদুনা অমুক মহাকপু থাদোক্নুনা চৎখি। মসিগী মতুংদগী মহাক্কী লমচৎতা চাউনা অহোংবা অমা লাকখি। হিংবনা হেন্না লুরক্লবা তানফম অসিদা অফবা লমচৎকীদমক ৱারক্তে, মচা তরুক্কী লৃম্লবা পোৎলুমনা নম্থরকপদা অফবা লমচৎপু তুংওইনরকখি। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইজবা থিবনা হিংননবগী অমদি মচা থাক্লবগী পাম্বে ওইরকই। মতাং অসিদা চরিত্র অসিনা হায়:

> চহি অনি অহুমগী মতুংদদি ঐ ওম্বোক্পী অমা ওইবা হৌরক্লে। ঐগী অনিশুবা নুপা অদু নিনি লাক্লম তরানি লাক্ত; মঙানি লৈরম থা-মুক

---

৩ *ইবিদ*, লা: ১১-১২।

৪ *ইবিদ*, লা: ১২।

লাক্ত তৌরম্বদগী মাসু হান্নগী অদুগুম্না গুসি ফাওবদা মশক উখিদরে। ইচাদি তরুক শুজিল্লক্রে। ইচা তরুক অদু থাকপা গুম্নবা ঐনা তৌবা য়াবা থবক অমফাওবা খাত্তবা হৌরক্রে।[৫]

অমরোমদা লাইবক থীরবী, মপুরোইবগী মীনুংশি ফংদ্রবী, থাজবা মাঙলবী, থম থেংনা ৱাজরবী নুপী অসিগী থম্মোয়দা মচা নুংশিবগী শেংলবা থম্মোয়গী ঈহুল অমদি মুৎপা নাইদনা লৈরি অমদি মমানা মচা নুংশিবগী শেংলবা ঈচেল অমা চেন্থরি। ঈহুল অসিমক্না কনখিবনা, পূম্নমক থাদোকপা ঙমহল্লি, অফবা অচুম্বা লমচৎ তুংওইনহল্লি। মসিনা নুংনাংবগী ৱাখল পোল্লক্তে। অসুম্না ৱানা য়োক্তুনা চাউরক্লবা মচাশিংদু মানা মানা হিংনবা চৎনখি। মমৈথংদা কোম্বীসনা চীংমী অহল অমগী মনাক্তা লৈখি। হিংনিংবগী আশা লৈত্রবী, মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি খোঙচৎতা অশিবগুম চৎলিবী নুপী অসিগী পুঙমদ্রবা পোৎলুম, চাকলিবা মৈচাকশিংসি খাঙনবা লাকনবদা নিশাদা লায়চূরবী নুপী অমা ওইরকখি।

'থক্লবী' হায়বা ৱারীমচা অসিদা অইবনা উৎপা পামলিবসি লৌখৎপা য়াদনা মোৎলবা অমদি থীরবা, পামদবা লমচৎনা লৈতেং ওইরবী 'কোম্বীসনা' গী চরিত্র অসিনা মহুৎশিন্দুনা, মাগুম্বী নুপী কয়াগী থীরবা মরায়বকপু উৎপগা লোয়ননা অসিগুম্বা পুন্সি মহিং অসি মশানা পামজনা শেমখিবা নত্তে, অকোয়বদগী ফৃজিল্লকপা শাফৃ অমদি লাইবক্না ওইহনখিবনি হায়বসি উৎলি। অরেং অরেং পুথবগুম থাংলুবা খোঙথাং খৃদিং তপ্না তপ্না লৈখা তানবগী মশক ওইখিবা নুপী অমগী পুন্সি অমা অইবনা মীনুংশিগা লোয়ননা উৎনবা হোৎনৈ। নুপী অসি ৱাকৎনিংবা কয়া লৈরবসু কনাদসু ৱাকৎতনা অৱা মৈচাক অমদি চৈনা চৈথেং খাঙলিবী, লৈখা তারবী নুপীগী তোপ-তোপ্না শক্তম অমনি।

শম্না হায়রবদা, পুন্সিসিদা নুংঙাইবগী মশক খঙদ্রবী, আশাগী মমি অমত্তা উরক্ত্রবী, নীংবা কায়রবী, পেন্দবা অমদি নীংঙমদবনা থক্লবী, মপুরোইবগী থৌজাল অমদি নুংশি মীৎয়েং ফংদ্রবী, সমাজদগীসু চৈঙাক ফংদ্রবী নুপী অমনা চৈনা চৈথেং নৎত্রগা সমাজগী মীনোক কয়াবু খাঙবা

---

৫ *ইবিদ,* লা: ১২।

ঙম্নবা হোৎনরকপদা ওইরক্লিবা অমদি ওইরকপা য়াবা ফীভম্দু ৱারীমচাসিদা অইবনা উৎলি।

*মোরাম্বী অঙাওবী* হায়বা লাইরিকসিগী মিংথোলসু ওইরিবা 'মোরাম্বী অঙাওবী' হায়বা ৱারীমচা অসিদা য়াম্না মীনুংশি পোক্লিংঙাই ওইরবা তোপ-তোপ্পা নুপীগী চরিত্র অমা য়েক্লি। মথোঙ চাদবা মপুরোইবগী খাঙঙমদ্রবা মীওৎ-মীনৈ কয়াগী চৈথেং নংলবী অমদি মচা কায়নবগী মৈচাক্লা ৱাখল চোইরবী লাইবক থীবী, লখি কৌবী নুপী অমগী মশক্লি। তাইবঙ অসিদা তশেংনমক থোকপা য়ারিবা অমদি থোকসু থোক্লিবা অসিগুম্বা লাইবক থীবা থৌদোক কয়া অসিদা মীৎয়েং চঙদুনা মীনুংশি অমগা লোয়ননা অইবনা ৱারীমচা অসিগী ৱারীগী থিম ওইনা পুখৎলকই।

ৱারীমচা অসিগী মরুওইবা চরিত্র ওইনা পুখৎলিবা লখি হায়রিবী নুপী অসি লুখ্রাবী মচানি, মশক মতৌ ফজে, মবুং- মৌপা, মচেম-মনেম কনাসু লৈতে। অসুম্না মমা লুখ্রাবী অসিগা তরক-তরক হিংলিবা নুপীসি অরাপ্পদা লৈবা মখুরা অমনা শীনবীদুনা মুপা অমদা লুহোংখি। নুপা অসিদি অরানবা তৌরুবদগী থবক্তগী লৌথোক্লবা, মথোঙ চাদবা য়ুদা থক্তুনা লৈবা, নুপী লোনবা নুপা অমা ওইরমখি। নুপা অসিদা য়ুম পাল্লুবদগী অৱাবা চৈথেং অমদি খাঙঙমদবা চৈনা কয়া মায়য়োক্লবা তাখি। য়ুদা লায়চুরবা মপুরোইবগী চক্রি, মীনুংশি য়াওদ্রবা মীওৎ-মীনৈ কয়াদু খাঙবা ঙম্বগী থৌনা লোইশিল্লক্তুনা চহী অমা হেল্লকপদা ঙায়রিবা শীক্লিবা মচা অসি পুদুনা মপামদা চেল্লক্তুনা খাঙখি। অদু ফাওবদা য়ু থকচিন্দুনা লাক্লগা ওৎপা লেপ্তে, শেলসু নমদুনা লৌবীখি। অসিগুম্বা হায়নিংঙাই লৈতনা ৱাজরবী নুপী অসিগী ফীভম্দু উৎনবগীদমক নুপী চরিত্র অসিগী ৱাহৈদা অইবনা ফোঙদোক্লি:

> য়ু থকচিন্দুনা লাক্লগা ফুবসিনা ফুবসিনা; তৌখ্রিবা চক্রিশিনা চাক ঙন্না থোংই ঙাঙই, থেঙনা থোংলে চৈ, ফি শূরে ঙাঙই, শূদ্রে ফুই; ঐসু ফনা কন্না খাঙবনি ঙমদদুনা লাক্লবসিনি। ঐদি চান্নানা খাইনবগী ৱাখন্দা লাকচরবনি। 'সিদসু মানা লাক লাক্তুনা নৈরিবসি খাঙবা ঙম্লোইদৌরি। ঈশিংদা চোংথদুনা শিন্নসিন্ন'ফাও থল্লবনি।[৬]

---

৬ এলাংবম দীনমনি, *মোরাম্বী অঙাওবী*, ১৯৭৪, শ্রী য়ুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ১১৫।

অসুম্না নুপী অমনা খাঙবা ঙম্বগী চাং হেন্দোক্লা ৱাজরবী নুংঙাইবগী শরুক তমদ্রবী নুপী অসিদা নুপা অদুনা ওৎ-নৈবগী, ৱাহনবগী মতৌবু উৎতুনা লখিনা হায়রকই:

> লাল্লি লান্দে মরোল খণ্ডদে। ভাব তানা হংলুরবসু ইনমদা নাদুনা তোকই। সুকঙাঙদা ঙাঙজদ্রবনি অদুসু ঙাঙদে খুমদে উশিত্রিনি হায়দুনা হেন্না ফুই। ঐসু তৌফম খণ্ডদে৭

মপুরোইবগী থৌজাল ফংদ্রবী, পোখাফম খণ্ডদ্রবী, মপুরোইবা নীংবী নুপী অমা ওইজবসু ফংদ্রবী নুপী ওইবীগী খ্বাইদগী খমথেংনা ৱারবা তাঙ্ককনি। মপুরোইবগী মতৌ অদুনা মপুরোইবগীদমক করিসু খন্দবা ঙল্লবী, নুপাদুবু শিনি-নানি মীপাইদ্রবী, অৱাবগী মৈচাক্তনা কাহৎলবী নুপীনি। মহাক্কীদি মচা অদুখক্কী ৱাজবনি, নুপাদুগদি কায়নরসু অৱাবা লৈত্রে, লাপথোক্লগা নুংঙাইগনি খল্লক্লবা তাঞ্জানি। অদুবু মমা অমা ওইরুবনা মচাদি কায়নবা ঙমদে, পেন্দবা অমদি নীংঙমদবগা লোয়ননা তৌফম খণ্ডদবা মওংদা লখিনা হায়রি:

> ঐদি অদুগী ৱাখন্দা লাক্লবনি। হেক হেক লাক্তুনা ওৎলরিবসিনি। হেক লাকপগা পৈশা পীয়ু, চাক চাগে হায়রৈ। য়াদ্রগা অঙাং অসি পুথ্রনি হায়দুনা হেক্তা তৌই। ঐসু নোংমদি পুজথ্রসনু হায়দুনা পীথোকউরবনি। অদুবু মপোক থা লানবদা ঙায়রিবা অঙাং অসি পমগে য়াদে, কপ্পি হায়দুনা থোঙ্গান্দগী ফূবা হৌবদুনা অচৎ অওক পূম্নমক্লা থবাক য়ৈ য়ৈদুনা য়েংনরবনি। মচানি মানা থোকপা তৌরসনু খন্দুনা হন্না য়েংলোই খল্লুবনি। মীনিনা অদুসু হেক ঙমদে। অহীং অদু তুম্বদি লায়রদুনা হিপকনি হায়বা নীংশিংদে। ফুঙ্গা মনাক্তা ফল্লগা হেক কপ্পনা কপ্পনা নোংঙাল্লগা ইমানা চক্তুনা লৌরুই। ইমানসু মাগী মচিংদু কাঙলক্তুনা নোংমদি শীংজঙ পায়দুনা তাল্লবনি। অদুসু অদুম মচেল্লি। ইকাইবনা খণ্ড্রিবসু নীনি হুম্নি লৈরগা হাইরং হাইরং হেক্তা চঙলকই। শিজরগে হায়বসু ঙমদা খোঙ খুৎ কক্তুনা চোঙ লৈরিসিনি।৮

অসুম্না নুমিৎ কয়ানি খাঙবা য়াবা খাঙলক্লবগী মতুং, মমৈথংদা খাঙবগী পাঙ্গল লোইরক্তুনা নোংমদি খূৎ থোক্লরক্তুনা নুপাদুনা মচাদু মুন্দুনা পুখি। মপানা ফূবদা পানফম চাদনা পান্দুনা অঙাংদু শিখি। ফূদুনা থন্নম্বা নুপী অদুসু

---

৭ *ইবিদ,* লা: ১১৫।

৮ *ইবিদ,* লা: ১১৬।

মচা শিৱগী পাউ তাবদগী জ্ঞান মাঙখি। লখি, মচা কায়নবগী মৈচাক্লা ৱাখল বুদ্ধি চোইরবী ওইনা হিংহৌখি। মচাগী মোন অদু মচানি খন্না পোদুনা পমদুনা নুপী অসি মপুন্সি লেনখি। ময়ামগী লক্লফম ওইখি।

অইবনা ৱারীমচা অসিদা উৎনিংলিবসি নুপানা ওৎ নৈবদগী অৱাবগী চৈথেং ফংলবী নুপী অমগী শাথিরবা ফীভম অদুগী মথক্তা, ঙাওরবা ফাওবদা, মচাবু নুংশিবগী শেংলবা থম্মোয় পাল্লিবা মমা অমগী মশকসু উৎপা অসিনি। অইবনা লৌখৎলিবা হীরম অসি, সমাজ অসিগা য়াম্না নকশিন্নবা নুপী অমগী পুন্সিগী লম্বীদা থেংনরিবা অরুবা সমস্যানি। নুপানা খুল্লিংবা সমাজ অসিগী মনুংদা তত্তনা থোক্লিবা থৌদোকশিংনি। অইবগী মীৎয়েংদগী মীনুংশি অমগা লোয়ননা নুপীশিংগী অৱাবা শক্তমদু উৎথোকপনি।

## ২। সমাজগী অমোৎপা চৎনবী ৱানোম্বা অমদি শেঙ্গা-থুমজাগী শাফূনা চৈথেং পীরবী নুপীগী চরিত্রশিং:

ঙসিগী সমাজদা লায়না লাইচৎকুম হেনগৎলক্লিবা শেঙ্গা-থুমজাগী ফৎত্রবা চৎনবীনা মীওই পূম্বা কংকঙাওনহল্লি। অসিগুম্বা চমন্নবা পুন্সিদা হিংবগী তঙাইফদবনা হেল্লক্তুনা লম্মুক্লরবী নুপী কয়াসু অশেংবা তাইবঙসিদা লৈতবা নত্তে। অসিগুম্বা মখলগী চরিত্রশিং অসি 'তিংখংলৈ' গী প্রতিমা অমসুং 'চহিসিগী মনা' গী রাধারানী হায়বা অনীসিদা অইবনা নীংথিনা য়েক্তুনা সমাজগী অমোৎপা চৎনবীনা লৈখা তাহল্লবা নুপীশিংগী পুন্সি মশক উৎলি।

*তিংখংলৈ* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা 'তিংখংলৈ' ৱারীমচা অসিদা শেঙ্গা-থুমজাগী ওইবা অমোৎপা চৎনবীনা শোকহল্লবা নুপী অমগী শক্তম য়েক্লি। হৌজিক্কী মতমগী সমাজ অসিদা শন্দোরক্লিবা শেঙ্গা-থুমজাগী তমথিরবা লায়না অসিনা মীওই কয়াগী পুন্সি মাঙহল্লি। অসিগুম্বা শেঙ্গা-থুমজাগী লায়নানা পীরিবা চৈথেং অদুনা লৈখা তাহল্লবা নুপী অমগী পুন্সি অমা য়েক্তুনা ৱারীমচা অসিদা পুথোক্লি। প্রতিমা কৌবী নুপী অসি মহে মশিং নীংথিনা হৈরবসু শেঙ্গা-থুমজাগী অমোৎপনা নমহৎখিদুনা মহাক থবক ফংখিদ্রে, থবক্কী লাম্বুংদা হন্না হন্না মায়থিরবী নুপী অমনি। অরোইবদা হিংবগী তঙাইফদবনা হেঞ্জিল্লক্তুনা হিংনবগী উপায় থিরকপদা লন-থুম পাথোক্লা পৈরবা, নুপীবু শান্নপোৎকুম

মমল পীরগা লৈবা য়াই খল্লিবা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অমগী মফমদা চঙজবা তাখি। চঙজরুবগী মহে ওইনা থবক পীবিখি, মদুগী মমলনা মশাগী ইজ্জৎনা ওইখি। মতু শোল্লবী থবক্কীদমক শেল পীনিংঙাই লৈত্রবী নুপী অমগী মতিক চাবা মমলদি মদুনা তঙাইফদনা ওইহনখি। মসিনা প্রতিমাগী পুন্সিদা চৈথেং ফংদবদি নত্তে, মাগী নৌরিবা পুক্নীং ৱাখলদা চৈনা অমা ফাওহনখি। ৱারীমচা অসিদা য়াওরিবা প্রতিমাগী লৈখিদ্রবা মপাবুংগী মরূপ অদুনা হায় :

> ফনা কুইনা ৱারী লীরম্মী। মঙোন্দা য়েংলুবা ইঙম ঙমদে। নমদুনা য়েংলুবা খুদিংদা মাগী মায়থোঙ মকা লাম্মন্দু হন্থরক্লিদ্রা। মা থোকখ্রবা মতুং ঙাইহাক মালঙ অমদা য়েংদুনা লৈখি। ইচানুপী অনীথক অদুনা চা পীরে; তম্লে-
>
> বাবা য়েংঙো, ইচে প্রতিমানা রৌ, সুক চাউবা অমা পীরম্মী। ইমানা শেমহৌরে। থবক তৌবেনেয়ে। অস্ য়াম চাউই। অদেনে বাবা, নঙগী তিংখংলৈদো তামোচানা ইন্থুরিবা; ইচে প্রতিমাগী মখুত্তা য়ূরীবা...[১]

হিংনবগীদমক তঙাইফদনা চঙলিবা শেলগী দরকার অদুনা হেন্না লূম্না লৌরকপনি, অদুনা প্রতিমানা চৈনা অদু খাঙবা তাখি। মসিমক্না মহাক্কী নুপী অমগী লমচৎপু হন্থবা থাক্তা পূমথা থাদোক্লবী লৌখৎপা য়াদ্রবী নুপী অমদি নত্তে। মাগী হিংনবগী উপায় থিরকপা, অকোয়বগী ফীভম অমদি তাঞ্জানা পীরকপা শাফূনা কনখিবনা মশাবু ঙাকথোকপা ঙমহৌদবনি। মসিগীদমক খাঙবদা ৱারবা চৈনা অমদি থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা হিংলিবী চরিত্র অমনি।

ৱারীমচা অসিদা অইবনা উৎলিবসি ঙসিগী সমাজ অসিদা মতমনা পুরকপা অওনবনা মরম ওইদুনা ওল্লক্লিবা মীওইবগী পুন্সি মহিং, হিংবদা তঙাইফদনা চঙলিবা শেলসি তান্নবগী পান্থে লৈশিল্লক্ত্বা, ইজ্জৎতগী শেলনা মমল ৱাংখৎলকপা হিংদবদি য়াদবনা অফংবা অমদি অঙম-অঙন্বা পান্থে থিনরকপদা পুন্সিদা চৈথেং অমগা কোন্ননা নীংঙমদনা লেলহৌবগী শক্তমদুনি। অসিগুম্বা ময়ামগী চৎনবী ওইরবা লৈবাক্কী অচৌবা ফম পায়রিবা অমদি রাজনীতি তৌরিবা মীওই কয়াগী মোৎলবা শেঞ্জা-থুমজাগী মশক উৎপগা

১ এলাংবম দীনমনি, *তিংখংলৈ*, ১৯৭৭, দিনেশ্বর, লৈশাংথেম লৈকাই, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ১৫।

লোয়নবা মখোয়গী লমচৎ য়াওদ্রবা শক্তিগী খয়াৎতা তাদুনা চৈথেং ফংহল্লবা নুপীগী শক্তম অমা প্রতিমা কৌবী চরিত্র অসি শাগৎতুনা অইবনা উৎপনি।

মসিগী ৱাথোক অসিসু লমদমসিদা থোক্তবা নত্তে। লোন্না কয়া ফোংনা কয়া তৌরিবনি। খঙনা খঙনা ৱাকৎপীনবা অমদি ৱাকৎফম লৈতদুনা চৈনা খাঙনদুনা হিংবনি। খরা অমনা করিসু খন্দনা নুংঙাইনা লৈথোকপা কয়াসু অমনি। অসুম্না সমাজগী অমোৎপা চৎনবী অদু উৎপগা লোয়নবা অসিগুম্বা শাফূদগী শোকহল্লবা নুপী কয়াগী পুন্সিগী শক্তম অদু প্রতিমা হায়বা চরিত্র অসিনা মহুৎ শিন্দুনা উৎথোকপনি।

'চহিসিগী মনা' হায়রিবা ৱারীমচা অসিসু *তিংখংলৈ* ৱারীমচাগী লাইরিক্তা য়াওরিবা ৱারীমচা অমনি। 'তিংখংলৈ' ৱারীমচাদা পুখৎলকখিবা থিম অদুগা হাইরপ মান্ননা হায়রিবা ৱারীমচা অসিদসু ইকায়খুম্মনিংঙাই ওইরবা অৱাংবা থাক্কী ওইবা মনা অমগা ইজ্জৎকা মন্তিক্লবগী মতাংদা থিম অমা শাগৎলি। মসি ঙসিগী সমাজ অসিদা থোকপা য়ারিবা, মীওইবগী পুন্সি লৈখা তানা মাঙনীংঙাই ওইরবা অরুবা সমস্যা অমনি। ওইথোকপগী চাং ৱাংনা লৈরিবা থৌদোক অসি অইবনা রাধারানী কৌবী মশক মতৌ ফজবী, জগোয় কলা অসি থৱায় হকচাং য়াওন্না লূপচবী চরিত্র অমা য়েক্তুনা উৎনবা হোৎনরি।

ৱারীমচা অসিদা রাধারানী পীক্লিঙৈদগী হৌনা জগোয়গী কলা অসি য়াম্না পামজনা হৌরকই অদুবু লমসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈবদি ওইরমদে। পামজবদগী হোৎনজমলগী মহৈনা তপ্না তপ্না মাগী জগোয় শাথেকপু মশক খঙবা হৌরকই। মীরৈবাক্কী বার্ত্তণ ফংদুনা হৈজবী কলাদু উৎচরুই । মিংচৎ অমদি ইজ্জৎ শাগোন্নদুনা হল্লকই। মাবু তরাম্না ওকপগী থৌরমদা মাগী মগুণবু মুখ্য মন্ত্রিনা ৱাংনা থাংগৎলি :

> ... কুমারী রাধারানী ঐখোয়গীতা নত্রে লৈবাক অপূম্বগী ওইরে হায়বসি পূম্নমক্লা য়াবিরগদবা ৱাফমনি। কলাকার রাধারানীনা ইরৈবাক অমদি ইজাতিগী সংস্কৃতিবু মশক হেন্না খঙহল্লম্লে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই...[১০]

নুমিৎ অসিদা রাধারানী ঙমখৈ লৈতনা হরাওজখি। চহী অসিদা মহাকপু কলাগী জগৎনা নৌহৌননা মশক খঙবীবা অসিদা 'ভারতী' হায়বা অচৌবা মনা অসিগীদমক মশানা অমদি মীয়াম্না খল্লকনি থাজখি। অদুবু

---

১০ *ইবিদ*, লা: ৩৬।

লাউথোরকপদা মাগী মিং য়াওরকখিদে। মতমসিগী সমাজগী চৎনবী অমা ওইরক্লিবা কলাগী মগুণবু মনা নৎত্রগা সার্টিফিকেৎনা লেপ্পরকপা, কলা হায়বসিগী অশেংবা মমল লৈরক্তবা অসিগুম্বা সমাজ অসিগী মনুংদা হিংলিবা রাধারানীসু মশানা আশা তৌজরিবা মনা অসিগীদমক মতিক চানা চানা চিথহৌবসিদা ককঙাওনরকই। কলাবু চুম্মা য়োকখৎপদগী মনা মথুম ফংবসিনা মরুওইনা খন্নরকপসিদা রাধারানীসু মনা অসি ফংনিংবগী ইখৌ লাংবা হেনগৎলকই। থাক ৱাংলবা মনা অসি ফংনিংবগী ময়াইনা ফত্তবা লম্বীদা পূক্লীং চিংশিল্লকখি, মনাগীদমক মশাগী ইজ্জৎ মাঙজবা তাখি, মন্তিক্লখি। অদুবু মপাম্বোংদা মায় পাকপগী চাউথোকচনীংঙাই, লেমজনীংঙাই ওইরবা মনা অসি ফংলবদসু নাকল অমরোমদা মায়থিবনি খল্লি অমদি থম্মোয়নুংদা অকনবা চৈনা ফাওরি। অইবনা মতাং অসিদা ফোঙদোক্লি:

> ... নুংগী অশেং অশেংবা শক্তমদা শোয়দনমক খেন্নরবসু পানগী মান্নবা মওং অমনা হরাওনৈ; নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে। চামিন্নে থকমিন্নে, দেশ অপূম্বা নোক্লি। কুমারী রাধারানীগী মমিত্তদি পিরাং শিঙ্গরি, নোক্তে, কপ্পে।[১১]

মহাক্কী চাউথোকচনীংঙাই ওইরবা মনাদু য়েম্থোকপগী থৌরমদুদা, রাধারানীদি মীয়াম মমাঙদা ফন্নবসু মকা লাম্মা নোক্তুনা ফম্বদি ঙমখিদে, মাগী মায়থোঙ ইমক মকশিনখি। থৌরমসি চথরিঙৈ, মাবু অমুক থাগৎতুনা থৌরম শেন্নরিবদুনা ৱা ঙাঙলি:

> ঐ মতম শাংনা লৌজরোই, ময়ামনা হেন্না খঙবিরবা কলাকারনি, নৌহৌননা তাক্লুবগী মথৌ তাদ্রবনি হায়না খঞ্জে। অদুমকপু ঐনা অরোইবদা ময়ামগী মফমদা হঙ্গচনীংবা অমনা কুমারী রাধারানী কলাকার অমনি; অশেংবা কলাকার। কলানা পুক্সিনি, কলানা পূম্নমকনি হায়না খঞ্জবীনি। অসুম লোয়নজরকপদা ঐখোয়না খঙজরকপদি কলাকার অসিনা কলাবু য়াম্মা শেংনা তাইবঙলোনচৎকী মতমগী নুংশিৎ চঙলবা হৌনবী চৎনবী অমদি তায়ওন্নবা অমকপা ৱাখলনা খজিক্তা নাশোন্দা ফাওবা হুমহন্নীংদবী...।[১২]

অসুম্মা ঙাঙলিঙৈ রাধারানীদি মরু লূকথদুনা ফম্লি, ময়াম্মা য়েংনরি। থৌরমসিগী ষ্টেজদা ফন্নবসু মহাক্তি লৈতানা ফম্বা ঙমদে, অরানবা লম্বীদা

---

১১ *ইবিদ*, লা: ৩২-৩৩।

১২ *ইবিদ*, লা: ৩৮-৩৯।

খোঙ থাংজিল্লুবদুনা মাগী ৱাখল পূক্নীংদা নীংঙমদবা অমনা নেনা তাহনথ্রি, মিহুল কন্না চোংখৎলকই। হৌখিবা থৌদোক নীংশিংলকই। ৱাখলসিদা তাউরিঙৈ থৌরম লোইশিল্লকই, মহাক্কী জগোয়গী শাথেক উৎনবা লাউথোরকপদা জ্ঞান লাকই। থৌরমসিগী অরোইবা মতাংসিদা অইবনা হায়রি:

> অপূনবগী খুবাক্লা তরাম্না ওকখি। রাধারানীগী মীৎলু অনীদা অরোনবা ঈরা চেনখি। মনাগী মতুংদা কলাগী শাথেক কমদৌরগবা।[১৩]

মী অমগী মগুণবু অমদি কলাবু মেটরিয়েলিষ্টিক ভেল্যুনা মমল লেপ্পরকপগী ফত্তবা চৎনবীনা অমদি শেঙ্গা-থুমজা পাম্বা কাঙবুগী খূৎতা তারুবগী চৈথেংনা শোকহল্লবা নুপী অমগী পুন্সিগী মশক অইবনা য়েক্লি। মতমগী কল্লবা শাফূনা অরানবা মায়কৈদা হুমদোক্লুরবা তুংদা মায়থিবনি হায়না খঙলকখি, রিয়েলাইজ তৌজরকই। ৱারীমচা অসিগী মরুওইরিবা চরিত্র রাধারানী অসি সমাজদা হোংলক্লিবা মমলগী মীৎয়েংদা লক্সুরুহল্লবী অমনি। অদুবু অরানবা লম্বীদা চঙশিন্দুনা অৱাংবা থাক্কী মনা ফংলবসু মায়থিবনি হায়না মশাগী থম্মোয়দা ফাওরকখি অমদি মীকপ থোক্লকখি। মসিনা লক্সুরু রবশিংবু অমম্বদগী মীকপ থোক্লরুবগী পাউজেল অমা ওইরি।

### ৩। ধর্ম কায়দনা লেপ্পিবী, ফিদমনিংঙাই ওইবা শত্তমদা সতীগী মশক অমা ওইনা উৎপা চরিত্রশিং:

মণিপুরী সমাজদা নৈরিবা নুপীশিংসি অয়াম্বনা লুহোংলবা মতুংদা মপুরোইববু চেৎনা নীংজবা অমদি মপুরোইবগীদমক অৱা-অনা কয়া খাঙবা ঙম্বগী থৌনা চেল্লি। অসিগুম্বা নুপীশিং অসি অইবনা তোঙান-তোঙানবা ৱারীমচাশিংদা য়েক্লুবা হোৎনরি। চরিত্রশিং অসি 'ৱানোম্বা' গী সরলা; 'ইতৈমা' গী দসুমতী অমসুং 'লৈচিন্দা পল্লবা থাজ'গী সীমা হায়রিবা চরিত্র অহুমসিগী মশক্তা উবা ফংই।

*মোরাম্বী অঙাওবী* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা 'ৱানোম্বা' হায়না মিংথোনবা ৱারীমচা অসিদা দীনমনিনা নুপীগী তোঙানবা শক্লোন অমদি থম্মোয়গী মশক অমা উৎলি। ৱারীমচা অসিগী মরুওইবা নুপীগী চরিত্রদি সরলা হায়বসিনি। হায়রিবা চরিত্র অসিবু ৱারীমচা

---

১৩ ঈঙি. লা: ৪১।

অসিমক্তদা অইবনা মান্নদবা শক্লোন অনী থোক্লা য়েক্তুনা কৃপ্না নৈনরি, লোয়ননা নুপীগী মশক তাক্লুবা হোৎনরি। মদুদি সরলানা লৈশারিঙে পুক্সিগী শক্লোন অমদি মহাক্লা য়ূম পাল্লবা মতুংদা ওইরক্লিবা ফীভম অমদি হোংলক্লিবা শক্লোন অনীগী মান্নদবা তোঙান-তোঙানবা নুপীগী মশক্লি। নুপী অমগী থম্মোয়বু ইরায় লায়না নুপা অমনা শুক্ষৎপা ঙমদবা, শক ফনা ফজদুনসু লন ফনা পায়দুনসু পাক হেক থেম্বা য়াদবা, মশাগী অনীংবা অপাম্বগী মখাদা খোঙফম চেৎনা লেপ্তুনা লৈবী, পূক্লীং ৱাখল চেৎপী নুপী অমগী শক্তমবু সরলাগী লৈশারিঙে পুক্সিদা অইবনা য়েক্লি। ৱারীমচা অসিগী ৱারী অসিদা নবচন্দ্র কৌবা শেল পায়বা মশক মতৌ ফজবা নুপা অমনা সরলাবু নুংশিরুদুনা হন্না হন্না হায়জে। ইকায়বা কয়া তুংওইননা থমদুনা সরলাগী মতুং কয়ারক ইন্নখি, য়ারক্কনি হায়বগী আশাদা তকপা য়াবা তকশিল্লুই অদুবু সরলাগী থম্মোয়বুদি থেম্বা ঙমখিদে, সরলাদি মশাগী ওইবা ফিরেপ্তুগী মচি লেঙহনবা ওইথোকখিদে। নোংমা সরলাগা মমান্নবী খরগা লাই খুরুম্ফম অমদগী থোক্লকপদা থেংনদুনা নবচন্দ্রনা মাগী গাড়ীদা চৎখ্রসি থিনবীরমগে হায়জরুবদা সরলানা অসুম্না থৌনা অমগা লোয়ননা গাড়ী মমাঙদা চপ লেপ্তুনা হায়রকই:

> নবচন্দ্র বাবু কান্নরোই। অদোমগী লননা, শক্লা লৈবা য়াবী অমত্তা য়াওদে, অতৈদা থক্লৎহল্লুবনা ফগনি।[১৪]

সরলানা অসুম্না থীনা হায়রক্লবসু নবচন্দ্রনদি তশেংনা নুংশিখি, পামজখি অদুনা পাক হন্দোকখিদে, নীনি হুমনিগী মতুংদা চৎতুনা সরলাদা অমুক্কা অনীংবদু সরলাদা ফোঙদোক্লুবা মতমদা হান্নদগী হেন্না শাউনা মওং অমদা হায়রকখি:

> কৈনো তৌরিসিবো! ইকাইবা নাইদবসিবো। ঐদি সুকনুং নুংশিদে, সুকপাম পামদে, পাম্ফম থোক্তে।[১৫]

অসুম্না মশাগী অনীংবদু করিগুম্বা অমত্তনা য়ৈখায়হনবা ঙমদবা য়াম্না ইচঙ থৌবা, লৈশাবী ওইরিঙে পুক্সিগী শক্তম অমা য়েক্লি অদুগা মসিগী ওন্ন-

---

১৪ এলাংবম দীনমনি, *মোইরাঙ্গী অঙাওবী*, ১৯৭৪, গ্রীয়ুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৩।

১৫ *ইবিদ*, লা: ৪।

তৈনবদা শক্লোন অসিগা খেন্নবা ময়ূম পাল্লবা মতুংদা লৌরিবা নুপী অসিগী শক্লোন অমসু অইবনা য়েক্লি।

সরলা, নবকুমার কৌবা নুপা অমদা য়ুম পানখি। ৱাখল চোইরবা মহাক্কী মপুরোইবা নবকুমারনা মী অমবু য়োৎনা য়াল্লুবগী মরালদা, ফংগদৌরিবা দন্দি অদুদগী কনবিনবগীদমক, মতম অমদা মঙোন্দা কন্না হায়জখিবা হৌজিক্লা জজ ওইদুনা লৈরম্লবা নবচন্দ্রগী মফমদা সরলানা হায়জবা লাকখি। সরলানা ৱাখল চোইরবা মপুরোইববু কনবিনবগীদমক মহাক্ল । মতম অমদা থীনা মুক্লখিবা ইকায়বা পীখিবা নুপা অসিদসু হায়জবা নোল্লুকপা তাখি, চঙজদুনা মতেং নিখি। মপুরোইবগীদমক চোংথোক্তুনা কনবিনবা হায়জবা ঙম্বগী থৌনা ৱাৎতবী, মপুরোইবা নীংবী নুপী অমগী শক্তমনি। মপুরোইববুঁ কনবিবা ঙমলিবা নবচন্দ্রগী মফমদা সরলানা হায়খি:

> খর খরদা নত্তে, অমুমুক হৌরকপা মতাংদদি ভাব সুকতা তাদবা জাৎনি। সাহেবকী নাক্তা লাকচরিবসি অসি হায়জগে লাকপনি। থা পানখৎলকপগী অদুৱাইদা খঙদদুনা য়াল্লূরবনি হায়না পুথোকপীদুনা ৱাই অদু হায়দোকপীয়ু খরা য়েংবিয়ু হায়জবা লাকচবনি।[১৬]

মপুরোইববু কনবিনবা চপ লেপ্লিবী, ৱাখল চোইরবসু থাদোক্লগে খন্দবী, মরাল লৈরবসু অকনবা চৈরাক ফংগনি মীপায়জবী, মপুরোইবনা পুম্নমক্লি খঞ্জবা অমদি নীংজবগী শক্লোন পুবী, লৈত-লায়রগী পোৎলুম্নসু নল্লিবী, নুপী অমগী শক্তমনি। মহাক্লা হায়জখি:

> য়ামদ্রবদা খজিক্তা ওইরবসু য়াবিরক্কদ্রা হায়না লাকচবনি। ঐগী কনাসু লৈজদে, সাহেবকী পেন্নবা তৌজনবা ইরলসু লৈজদ্রে, লৈজরম্বা পুম্নমক লায়েংবা অমদি কেশতা লোইগ্রে। খর্নাবয়ু ঐগীদি লৌশিং তাদ্রবা মানা লোইরবনি। মহাকপুসু লৌশিনবিথ্রবদি ঐ হিংবগী কান্নবা লৈত্রবনি। জজ সাহেবনা কৃপা তৌবিয়ু।[১৭]

মতম অমদা নীংবা কায়খিবা, সরলাগী মফমদা মায়থীখিবা নবচন্দ্রসু সরলানা কন্না হায়জবসিদা পাক হেক, ইরায় লায়না য়াথোকপা ঙমখিদে, পেন্দবা অমদি লৈরি। হায়জবদা য়ারক্তবগী নুংঙাইতবদু, মরৈ চেনবা ৱা

---

১৬ ইবিদ, লা: ৫।

১৭ ইবিদ, লা: ৫-৬।

কয়া, মচেক্তা য়ৈরগা ঙাঙদুনা সরলাদা শাউনিংবা ফোঙদোক্লকপদা মহাক্না অমুক খুন্নকখি:

> জজ সাহেব, সাহেবনা হায়বিরিবদু ঐ অর্থ খঙজে। মদুগীদমক লমন খুম্বিগে হায়রবসু খুম্বিয়ু অদুগা করিগুম্বা মওং অমদা মাবুদি কনবিয়ু। মানা লোইরবনি।[১৮]

নুপীসি মপুরোইবদগী হেন্না অতোপ্পা কনাসু লৈজদ্রবী, ৱাখল চোইরবা মপুরোইববু কনবিনবগীদমক ইকায় ইকি থাদোক্তুনা ৱানোম্বা চৎলিবী অৱাবা তারবী নুপী অমগী শক্তমনি। অইবনা য়েক্লিবসি মপুরোইববু চেৎনা নীংবী, ফিদমগী মশক ওইবী, চরিত্র অমগী মশক্লি।

'ইতৈমা' হায়বা ৱারীমচা অসিসু *মোরাম্বী অঙাওবী* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওবা ৱারীমচা অমনি। 'ইতৈমা' হিন্দুগী ফিদম্লিংঙাই ওইরবা সতী ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা ৱারীমচা অসিদা সমাজগী চৎনবী নীতি নিয়ম কয়াগী মনুংদা থৌনা লৈনা মশাবু চেকশিন্না থম্বা ঙম্বী অমসুং সতী ধর্ম্ম ঙাকপা ঙম্বী নুপী অমগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা উবা ফংই। থম্মোয়গী ওইবা অচেৎপা মরী লৈনখিবা মীশক অদুগা কায়নদুনা চৎনবীগী পলনা খাৎত্রবা মতুংদা থেংনরবসু চৎনবীগী ৱাংমা লাল্লুদবা ঙম্বী চরিত্রনি। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা নুংশিবদু লেঙদনা লৈরবসু মফম মতম ফীভমগী মতুংইন্না নুংশিবা অমদি অপাম্বদু নমথদুনা থল্লগা ফিদমগী মায়কৈরোমদা মায় ওনশিল্লি। থাংলিবা খোঙথাং অসি চরিত্র অসিগী ফজরবা লীচৎ অমনি। হায়রিবা নুপী অসিনা মমা অমগা মান্নে হায়নরিবা মতৈমা হায়বসিগী চপ চাবা মগুণ অদু ঙাক্লা চৎখি। মদুদি মতৈমগা মনাও অমগা লৈনরিবা ফজরবা মরী অদু মতম অমদা মহাক্কা মরী লৈনরম্বা নুপা অদুদা কায়হন্দনা থম্বা ঙমখিবা মায়পাক্লবা চরিত্র অমনি।

'ইতৈমা' গী ৱারীদি, দসুমতী হায়রিবী নুপী অসি গোপাল কৌবা নুপা অমগা থম্মোয়গী অচেৎপা মরী লৈনরল্লগা লুহোংবনা মমা মপানা হায়নশীংনদুনা গোপালগী পোকমিন্নবা ময়ামবদা হোংবীখি। চহী ওল্লিঙৈ মপুরোইবা লৈখিদে। অমরোমদা মমৌগী সেবা ফংনিংলবী অমদি মশু উনিংলবী গোপালগী মমানা মচাবু য়ূম পালহনবা পামখি। মসিদা মতৈমা

১৮ *ইবিদ*, লা: ৬।

ওইদুনা লৈরিবী দসুমতীনসু হেন্না তকশিল্লি, মতৈমা অমা ওইনা মনাওগী পুন্সি মফম অমা খঙবা পামখি। অদুবু গোপালনদি দসুমতীবু কাউবা ঙমখিদে, মতৈমনি হায়না খনবা ঙমখিদে। লুপ্লাবী ওইরবী মতৈমবু লৌবদা কায়দে হায়বসি মাগী পুক্লীংগী ৱাফমনি, মপাম্বোংদদি যুম পাল্লরোই, হোঙলরোই হায়বসিনা গোপালগী পাউখুমনি। দসুমতীনা তকপা হেঞ্জিল্লকপদা গোপালনা মাবু এপ্রোচ তৌই, মানা পাল্লিবা নুপীদি মতৈমদুনি হায়বা খঙহনখি। হোঙবা তারবদি মহাক্তা হোঙগনি হায়না গোপালনা মশাগী অনীংবা ফোঙদোক্লকপদা, দসুমতীনা হায়রকখি:

> গোপাল! নঙনা ৱারী শারিবসি কনাগনো হায়বা কাউরমাল্লে। লাইরিক-লাইশু হৈরবা নুপা অমগী মওং নত্তুগুম তৌরে। শোয়খিদুনা হায়দোকখিবা তারবসু লাল্লে হায়জরবদা ঈশ্বরনা ঙাক্লোইদবগী মরম লৈতে। ঐ নঙগী নতৈমনি। ময়াম্বা অহলদি মপাগা মান্নে হায়নরিবনি।[১১]

অসুম্না সমাজগী চৎনবীবু লুম্না লৌবগা লোয়নননা অচুম অরান খঙনা অমদি নীতি-নিয়ম ঙাক্লা চৎপা ঙম্বগী থৌনা লৈবী নুপী অমগী শক্তম উৎলি। অসিগুম্বা অচুম্বা ৱাখল্লোন চেনবা নুপী অসিনা সমাজগী চৎনবীদগী থম্মোয়না ঙম্না লৈরম্বা গোপালগী ৱাখল পুক্লীং ওলহন্নবা অমদি অরানবা লম্বীদা খোঙ থাংগে হোৎনরম্বা খোঙথাংবু কলহৌনবা হোৎনৈ, কনবসু ঙমখি, পুক্লীংসু ওলহনখি। ৱারীমচা অসিনা য়াওরিবা দসুমতী অসি ধর্ম্ম কায়দনা অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙম্বী ফিদম্লিংঙাই ওইবা চরিত্র অমনি। অসিগুম্বা থাগৎনীংঙাই ওইরবা নুপীগী লেমজবা, থাক ৱাংলবা মতীক মগুণ অসি অইবনা নুপী খুদিংমক্তা চেলহন্নিংই।

'লৈচিন্দা পল্লবা থাজ' হায়বা ৱারীমচা অসি *পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা* গী লাইরিক্তা য়াওবা ৱারীমচা অমনি। হায়রিবা ৱারীমচা অসিদা নুপী অমগী তোপ-তোপ্পা মীৎয়েং য়াওবা মশক অমা য়েক্লি। মদুদি, ফীভম অমগী মখাদা লৈবা অমদি নীংতম্লবা থম্মোয়গী ঈহুল অমসু মাঙদনা চেল্লিবা নুপী অমনি। সমাজগী চৎনবী থাজনবীগী মনুংদা হিংদুনা য়ুমপাল্লবী নুপী অমগী ফিদম ঙাক্লবা হোৎনৈ। অদুগা নুপী অসিগী থম্মোয়নুংদা পুক্লীং ঈহুল অমসু

---

১১ *ইবিদ,* লা; ৭৪।

মুৎতনা লৈরম্বা উৎলি, মসিমক্তা নুপী অমা ওইবগী ধর্ম্ম অদু কায়হনবদি নত্তে। সমাজগী চৎনবী লীপূন্না পুনশিনবা ঙমদবা নুংগী মরী অমনি। মরী অসিনা নুপী অমগী থম্মোয়গী মশক্তু তাক্লবা হোৎনৈ। কোম্বীসনা অমসুং 'মোরাম্বী অঙাওবী' গী লখি হায়বা চরিত্র অনী অসিদা উবা ফংই।

ৱারীমচা অসিগী মরুওইবা চরিত্র ওইরিবী সীমা কৌবা নুপী অসি রাজেন্দ্র কৌবা নুপা অসিগা মরী লৈনরম্মী অদুগা বিজয় কৌবা ডাক্তর অমদা হায়ন-শীংনদুনা লুহোংখি। মচা লৈনরবা মতুংদা সীমানা রাজেন্দ্রবু মন্ত্রি ওইনা লৈরম্বা থেংনখি। লুহোংদ্রিঙৈদা নুংশিনরম্বা হৌজিক্তা মন্ত্রী ওইরবা মীশক অসিনা সীমাবু নুংশিবগী, পামজবগী ঈহুল অদু অমুক য়াকায়রক্তুনা সীমাগী থম্মোয়বু কায়হৌই। মখোয় অনীগী মরক্তা খারিবা চৎনবীগী লানফদ্রবা পল অদু মন্ত্রি ওইরবা নুপা অসিনা লানগে হোৎনরুই। অদুবু নুপী অসিগী থম্মোয়দা অহানবা ওইনা নুংশিরুবগী মশক্তু মাঙদ্রবসু চৎনবীগী ৱাংমদি লানখিদে। হায়ন-শীংনদুনা লুহোংলবা মপুরোইববু ঈশ্বরগুম নীংদুনা, ধর্ম্ম কায়দনা চৎপনা অথোইববনি খল্লি। মপুরোইবগী অপাম্বগী মায়োক্তা চৎসু চৎখিদে। থম্মোয়গী ঈহুল অদুদি ফুমদুনা লৈ মকা ফোঙদে। মন্ত্রি অদু মহাক্কী হৌখিবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা নুংশিনা লোয়নখিবা মীশক অমা ওইদুনসু নুংশিবদু নমথদুনা থম্বা ঙম্মী। মসি ফিদম্নফম ওইরবা সতী ধর্ম্মবু অকায়বা থোকহন্নিংদবনি অদুগা অশেংবা নুংশিবগী মশক অদুবুসু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎতুনা থম্নিংবনি। নুংশিবা অসিনা সতী ধর্ম্মদা অকায়বা ওইরগদি অশেংবা নুংশিবগী মগুণসু মাঙগনি হায়না মহাক্তা খল্লি। মন্ত্রিগী শক্তিগী মনুংদা লৈরিবা মপুরোইবগী ফম অমদি কেরিয়রগা ইজ্জৎকা মন্ত্রিরুবগী ৱা পল্লকপদা সীমানা হায়রকখি:

> হৈরম্মবসু কাউথ্রে; হৈনদ্রে, মহাক্তা য়াদবা হৈনদবদগী। মানা অহৈবা মী অমা ওইরম্মবদি ঙসিগী ফীভম অসিদা লৈরম্মোই খল্লি। অদুবু হৈশিংদবসিদা মহাক পেঞ্জে, ঐসু য়াম্না হেন্না পেঞ্জে। মসিনা মমল ওইবা তারবদি ঐনা লৈগদবা পোৎ সুকলৈ লৈত্রে।[২০]

---

২০ এলাংবম দীনমনি, *পিস্তোল অমা কুন্দামৈ অমা*, ১৯৯৫, এলাংবম ইবেহায়বী দেবী, বোবী পব্লিকেসন, শীংজমৈ, অনীশুবা খৃৎনম, লা: ৯২।

মসি হায়দুনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনসু মন্ত্রিসিদি মানা নীংলিবা ৱাখলসি পাক হুন্দোক্তে অমদি সীমানা মপুরোইবা ডাক্তরদুবু চেৎনা নীংজবা উবদা খোয়শাউনরি। সীমাবু থেমনবা হোৎনৈ, য়াদ্রবসু, নুপানি, পাঙ্গল হেল্লি হায়না লৈজবা শক্তি উৎলি। নুপা অমা ওইবগী মথক্তা মন্ত্রিনি হায়বগী চাউথোকপগা লোয়ননা ঙাঙলি।

মহাক্তি মন্ত্রি ওইদুনা লৈরম্লবা, মতম অমদা থাজবগা লোয়ননা নুংশিখিবা মীশক অসিদা, মপুরোইবগী য়াইফনবগীদমক চুম্না হায়জবা লাকপনি। হায়জবা অসি মপুরোইবগী অপাম্বগী পনখৈদগী হেনজিনগে নীংদে, ধর্ম্ম কায়না হায়জবা পামদে। মপুরোইবা নীংবী, মপুরোইবগী য়াইফবা খনবী লোয়নবী অমা ওইনা হায়জফম থোকপা ৱাফম অসিখক হায়জবনি। হৌখিবা মহাক্কী পুন্সিগী খ্বাইদগী নক্লবা মীশক ওইরম্বা মন্ত্রি অসিনদি নুপীসিগী অশোনবা অমদি অচিকপগী খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনরকই, চৎনবীগী ৱাংমা লান্নবা থৌরাংলকপা অসিদা চুম্না হায়রম্বদগী য়ারক্তুনা, মশাগী মতিং ফুদোক্তুনা য়ানীংদবা লীচৎতু ফোঙদোকই, খুদোংথীবদু মায়য়োক্লনবা হোৎনৈ। নুপী ওইবীগী ফিদম মাঙহন্দনবা হোৎনৈ, ঙমদ্রগা থৱায়সু লৌবিয়ু হায়না শেম শাই:

> ৱিথ প্রোটেষ্ট ঐ তাঙোগী নত্তে, মন্ত্রী অমগী খায়াত্তা চোংশিনবা তাবনি। কান্নদ্রবী ঐবু করিসু লৈত্রবী কেন্নবী ঐবু ফংবনা লৈবাক্কী মপু ওইরিবা মন্ত্রী অমগী অপাম্বা অনীংবা ওইবা তারবদি ঐ গতি লৈতে। য়ারবদি অরোইবা ওইনা হায়জরি ঐবু থাদোকপিয়ু। ঐ নমাঙদা লেপ্লি। বলীগী হামেংগুম। থাঙয়ান-থাঙকক খাঙবা তাবনি, ইরাইবক্কীনি। ঐগী অদুঙৈগী তাঙোদদি ঐ হায়নীংদে। অদুবু মন্ত্রীদদি হায়বা ঙম্মী, হৌজিক মন্ত্রীজীনা থোকপা তৌবিবা য়াররনি। অপাম্বা মওংদা শান্নবা য়ারবী চরুগী লাইথী ওইরে। ইশানা শেম শাবদি ঙমদে অদুক য়াম্না লৈখা তাবা ঐ ঙম্মোই। মন্ত্রীজীগী লো শেম্মিবা, লো চলাইরিবা লোবু ঙাক্লিবা খৃৎমক্লা বলী অসি ককপিয়ু। ঐ ৱা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙগ্রৱোই ইচা অমদি ইপুরোইবা পন্দুনা ৱাশকচরি।[২১]

---

২১ *ইবিদ,* লা: ৯৩-৯৪

মসিগী মখাদা অহৈবনা মীৎয়েং অসিগা লোয়ননা হায়নিংঙিবা ৱাফমদু ধর্ম্ম কায়নিংদবী নুপী অমনি হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লবগীদমক অহৈবনা চরিত্রসিগী ৱাহৈদা অমুক ফোঙদোক্লি:

ঙাওলিঙৈ অসিদা ফাঁসিগী সগাই মথক্তগী ঐগী অৱোইবা পামজবা অমত্তং ওইনা হায়জবা তারবদা কা অসিদা ঐ থৱায়গা হকচাংগা য়াওনা চঙলকখিবনি, অদুগা থোকখিবা মতমদদি কৃদা থোকখিগনি। কৃ অদু মমায় অমত্তা ফাত্তোকপিগনু য়োৎপী চেৎনা থাজিনবিয়ু। কনা অমত্তসু ঐবু হাংদোক্কনা য়েংহনবিগনু। ইপুরোইবদসু শিন্নবিগনু; ইমুংদসু পাউ তাকপিগনু। লাপ্না পুরগা লোক্তা লংথবিয়ু। য়ারবদি শাহীং চাবা শাশিং ফাওবনা উখিদনবা লাক্লবিয়ু। মখোয়সু য়ামদ্রবদা জীবনি। আত্মা য়াওরম্মবদি মঙ্গল ওইখিরোই। মসিখক্তংদদি মন্ত্রীজীনা ৱাবিয়ু, ৱাবিবগী ৱাবিবা। চীংগী লমদমসিদি নোং থুনা ঙাল্লি লেঙশিনবিরকউ।[২২]

সমাজগী চৎনবী থাজনবীগী মনুংদা ফিদম অমা ওইনা লৈরিবা সতী ধর্ম্মবু ঙক্লা চৎনিংবগী অপাম্বা উৎপনি। অদুমকপু নুপীসিগী থম্মোয়নুংদা অশেংবা নুংশিবগী চেৎলবা মরী অমগী ঈচেলদি চেঙ্খরি। হৌখিবা মতম অমগী মহাক্লা নীংজখিবা মীশক অমা ওইনা লৎনবদি ঙমদে। য়াকাইরক্লিবা মহৌশাগী পূক্নীং ঈহুল অসিনা মাগী য়ুম্বান পুন্সিদা মপুরোইবদা অকায়বা ওইগদবা থবক্তি পাঙথোক্লিংখিদে অদুনা মাবু ঙাকপীনবা মন্ত্রিদা হায়জবনি। সমাজগী চৎনবী থাজনবীগী অৱাংবা থাক্তা থম্লরিবা ফিদম অমদি মহৌশাগী লোয়নরক্লবা পূক্নীং ঈহুল কয়াগা শাগোন্নরিবা মীগী থম্মোয় অনীগী শক্তম পুরিবী, অহিংবা চরিত্র নুপী অমগী শক্তম য়েকপনি। নুপী অসিগী থম্মোয়দা লুহোংলবা তুংদসু হান্নগী নুংশিনরম্বা মীশক অদু নুংশিবগী মমি ফনা তারবসু, মপুরোইববু ইকায়খুম্নবা অমদি ধর্ম্ম কায়দবা লীচৎ অসিনা নুপী অসিবু অহৈবনা থাক অমদা থাঙ্গৎনবা হোৎনরি। মপাম্বোংগী মীৎয়েংদদি অনীথোক্লা চৎপা লীচৎ ওইনা উই। অহৈবনা অহিংবা লোনচৎ অমদি চৎনবী থাজনবী অনীগী লংদাইদা লৈহনবনি, মহাক্লা লেপ্লিবা খোঙফম অসি শোয়বা য়ারিবা খোঙফমনি, অৱায়বা নত্তে, অহৈবগী অনৌবা খুৎশেমনি, চাংয়েং অমসুনি, তশেংবসু থোকপা য়ারিবনি। চরিত্র

২২ *ইবিদ*, লা: ৯৪।

অসিগী ওইহল্লিবা ফিরেপসি অকোয়বদগী শাফ্ কয়াসু পীরকপা য়াবা মওংনি। অদুবু চরিত্র অসিনা চৎলিবা লীচৎ অনীসিদা অইবনা অচুম-অরানগী মীৎয়েং অমনা য়েংনবা হোৎনবনি।

সমাজগী চৎনবী থাজনবীগী ওইবা মীৎয়েংদগী য়েংলবদি মসি অরানবা ওইরি অদুনা চরিত্র অসি হুম্ববা থাক্তা থমনিংবসু য়ারি। অদুবু ৱারীমচা অসিগী মতুংইন্না, মীওইবগী থম্মোয়গী ওইবা লীচৎ, পূক্নীং ঈহুলনচিংবগী ৱাফমদগী থোরকপা সমস্যা অমা পুখৎলকপা মরমনা, হংলক্লিবা ৱাহংশিংগী পাউখুমদু মীওইবগী থম্মোয়নুংদগী খুমহল্লি। অদুনা অইবগী মীৎয়েংদা হায়রিবা লীচৎ অনী অসি অকায়বা য়াওদনা চৎমিন্নবদা অরানবা লৈতে হায়বসি উৎলি, মসি মীওইবগী অশেংবা লীচৎকা চূনরবা থম্মোয়দগী খুল্লকপা পাউখুমনি।

৪। মমা অমা ওইনা মচাগীদমক লাম্থেংনরিবী অমসুং
মচা কায়নবগী মৈচাক্লা ঙাওরবী চরিত্রশিং :

মমা ওইবী অমনা মচাগীদমক ৱাজবা, মচাবু থৱায়দগী হেন্না লুনা খনবা নুপীশিংগী মশক কয়া দীনমনিনা মাগী তোঙান-তোঙানবা ৱারীমচাশিংদা উৎলি। 'থক্লবী' গী কোম্বীসনা, 'মোরাম্বী অঙাওবী' গী লখি, অমসুং 'হৈরুক ওকপা' গী যমুনা হায়রিবা চরিত্র অহুম অসিদা মচাবু নুংশিবদগী মচাগীদমক পুন্সিদা অৱাবা খুদোংথীবা কয়া মায়য়োক্লহন্দুনা থম্মোয় শেংবা মমা অমা ওইবগী মগুণ হাপ্লি।

'থক্লবী' ৱারীমচাদা কোম্বীসনাসি মচাশিং য়োক্লবা হোৎনবদা অৱাবা খুদোংথীবা ফীভম কয়া মায়য়োক্লে। মচাশিংগী মবুক থাক্লবগীদমক উপায় থিবদা অফ-ফত্ত খঙলক্তে। সমাজ মীয়ামগী মীনোক-মৈশা কয়াসু খাঙবা তারকই। মহাক্কী পুন্সি লৈখা তারবসু মচাবু নুংশিবগী ঈহুলদি মাঙখিদে, থাদোকখিদে ।

'মোরাম্বী অঙাওবী' ৱারীমচাগী লখি হায়বা চরিত্রসি মচা শিখিবদগী ৱাখল চোইখিবগী মশক ওইনা য়েক্লি। ঙাওদুনা লম্বীদা চৎলবা তুংদসু মচানি হায়বগী ৱাখলদা মোন কোন্দুনা চৎলি। ঙাওরবসু ঙাওনা মচা নুংশিবা খঙবগী থম্মোয়দুদি লেঙদনা লৈহন্দুনা অইবনা মমা অমা ওইবগী মীনুংশি চাউবী, অখাঙকনবী থম্মোয়দু উৎনবা হোৎনরি।

'হৈরুক ওকপা' হায়বা ৱারীমচা অসিসু অইৱা অসিগী *মোরাম্বী অঙাওবী* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অদুদা য়াওবা ৱারীমচা অমনি। ৱারীমচা অসিদা নুপীগী মমা অমা ওইবগী মচাবু হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশিবগী অৱাংবা থাক্কী গুণ অমদি থৱায়দগী হেল্লবা মচাবু কায়নবগী মৈচাক্লা অঙাওবীগুম লেনবা মৌ নহা অমগী অৱাবা মতৌ অমা অইবনা উৎলি। হায়রিবা ৱারীমচা অসিদা যমুনা কৌবী মৌ নহা অমগী মচা কাফে কাফে চৎপা হৈরকপদা ঙায়রিবা অঙাং পীশক অসিনা শিগ্রবদা নুপী অসিগী পুন্সিদু নীংঙমদবনা, অঙাওবী অমগুম ককঙাওননা, কপ্পুনা লেলহৌবগী ৱারী অমা শাগৎলি।

কুম অমগী কাংগী নুমিৎ অমদা হৈরুক ওক্লবগীদমক যমুনা কৌবী মৌ নহা অসিনা হৈরুক কন্না শেমলিঙে, ঙাইহাক্কী মীকুপ খরদুদা, অঙাং অদু মমাগী মীৎয়েং ৱাংমা লানখিদুনা কোম্হোং ৱাংমা থোকখিবদা কাংনা তক্কুনা শিখিবনি। মচা কায়নবগী মৈচাক্লা মমা ওইরিবী নুপী অসিদি অঙাওবীগুম লেল্লি। কাংগী মতম লাকপা খূদিং কাংগী মোইবুং খোঞ্জেল, পুঙ ঝানগী মখোলনা নিল্লকপদা, লৈখিদ্রবা মচা নীংশিংলক্কুনা জ্ঞান মাঙদুনা ৱাহ্নে। অসুম্না মহাও য়াওদ্রবা পুন্সি মরেল অমদা হিংবগী পুন্সিগী মশক অমা অইবনা উৎপনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিগী মরুওইবা চরিত্র যমুনাগী নুপী অমা ওইবগী মশক্তা সমস্যা থোইদোক্লা শাগৎপা নত্তে, সুপ্নগী মমা অমা ওইবগী শেংলবা মচা নুংশিবগী ঈচেল অমা চেম্ছরিবদু চুম্না উৎপনি। চরিত্র অসিগী প্রোব্লেম হায়রগদি শিখিবা মচাবু কাউবা ঙমদনা ৱানা মৈচাক খাঙবা পুন্সি অদুনি। হায়রিবা থৌদোক অসি অইবনা য়াম্না হে-শিংনা মীৎমাঙদা থোকপা থৌদোকুম মীৎতা শঙ-শঙ উহনবা ঙম্মী। ৱারীমচা অসিগী মনুংদা মরাইবক থীরবী, নুপী চরিত্র অসিগী ককঙাওনবা মতৌবু অইবগী ৱাহৈদা অসুম্না ফোঙদোক্লি:

> মরক অসিদা নহা ওইরিবী মৌ অমদি মতাই ওইরপ্লা লেপ্লগা পুন্নমক্কী মফমদা মীৎয়েং অমত্তা ওইনা য়েংবিরিবা ইবুংঙো মহাক্কী মক্রুবা মায়থোঙদা অর্থ য়াওদ্রবা মীৎয়েংনা চিংনা য়েংলি। মমীৎ অনীদগী অতৎপা লৈতনা শিঙ্গরকপা মপিতনা ইন্নফী মতেক অদুগী মচি চোৎনরি। হন্না হন্না তৈথোকচে, মবুক্লিং ফাজিন্দুনা খাঙজে অদুবু তনিক তনিকপা মমাগী থম্মোয়না য়াবা লৈখিদে। মিৎলুগী নাপোম থূমখিবনা করিমত্তা উবা ফংলক্তরে। মায়গৈ পূম্মম মমশিল্লক্কে। য়েংনা য়েংনা উশিল্লক্তরে।[২৩]

---

২৩ এলাংবম দীনমনি, *মোরাম্বী অঙাওবী,* ১৯৭৪, শ্রীযুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লাঃ ২৮-২৯।

অসুম্না অইবনা য়াম্না হৈশিংনা নুপী অসিগী অৱাববু উৎনবা হোৎনরি। নুপী অসিগী কাউওমদ্রবা লুম্নবা পোৎলুম ওইরিবা থোকখিবা থৌদোক্কুম্বু নীংশিংবা অসিগা, মহাক্কী নাকয়েংতা ওইরিবা ফীভমগা য়াম্না চুশিন্নবা, অশেংবা তাইবঙ মাম্না অইবনা চানবা ৱাহৈ পুথোক্নুনা উৎলি। ৱারীমচা অসিগী অরোইবা পেরাগ্রাফতা অসুম্না ফোঙদোকলি:

> ... নোংখরা চোইজাইনবা তারি। লাপ্পগ্না খোংলকপা, মিরবা মোইবুঙ খোঞ্জেলনা শৈখোম্বা আরতিগী অপুনবা খোঞ্জেল পুদুনা লাক্লি। পিরোইনরবা জমুনাগী মমীৎ অনীনা অহাঙবা মালংদা য়েংদুনা লৈখি।[২৪]

অসিগুম্বা থৌদোক অসি অশেংবা তাইবঙদসু থোক্লিবনি। মচা কায়নবগী মৈচাকনা খাঙবা ঙমদবা অমদি ৱাখল ৱাবনা হেনমন্দুনা ঙাওখিবা য়াওরিবনি। অসিগুম্বা লাইবক থীবা থৌদোকসি মমা ওইবীশিংদা হেন্না চৈথেং পী। অসুম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা থিম অসি অইবনা পুখৎতুনা উৎনবা হোৎনৈ।

## ৫। পূক্লীং ৱাখলনা নুপীগী নুংশিবগী ঈহুলবু ময়েক শেংনা তাকচবা ঙম্বী চরিত্রশিং:

দীনমনিনা নুপীসু মীনি, থম্মোয় পাল্লি, নুপাগুম্না পূক্লীংগী ঈহুল কয়াসু নুপীগী থম্মোয়দা চপ চানা ফাওই হায়বদু উৎনবা হোৎনরি। চুমদুনা লৈরবা পূক্লীংগী ৱাফমবু ময়েক শেংনা উৎতুনা তাকপা ঙম্বী চরিত্র য়েক্লি। চরিত্র অসি 'পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা'দা য়াওরিবা ইবেমহল কৌবী চরিত্র অসিদা অইবনা য়েক্তুনা ময়েক শেংনা তাক্লি।

এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচাগী লাইরিক *পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা* হায়বসিদা লাইরিক্কী মিংথোল ওইনা য়াওরিবা ৱারীমচা অসি সাইকোলোজিকেল ওইবা ৱারীমচানি। সাইকোলোজিকেলগী মীৎয়েংদগী চুমদুনা লৈরবা মীওইবগী থম্মোয়গী ওইবা ৱাফমদা থাজবী নুপী অমগী শক্তম য়েক্লি অমদি মসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা ৱারীগী থিম শাগৎপনি। ৱারীমচাসিদা উৎলিবা নুপা নুপী অনীগী মরী অসিগী মনুংচন্না লৈরিবা সমাজগী চৎনবী থাজনবীনা ফাজিন পুনশিনবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী ওইবা ৱাফমশিং মরুওইনা অইবনা লৌখৎলি। মরৈ চেল্লবা অমদি

---

২৪ *ইবিদ*, লা: ৩১।

নীংতমগনবা থম্মোয়গী ওইবা অচুম্বা বাহৈশিং অদুনা য়ুম্বানমিন্নরিবা নুপা নুপী অনীগী মরীদা ওইরকপা সমস্যা অদু বারীমচা অসিদা নৈনরি। মরুওইনা থম্মোয়গী অচুম্বা বাকং পুবা নুপী অমগী শক্তম উৎলি।

বারীমচা অসিদা য়াওরিবী ইবেমহল কৌবী নুপী অসিগী মপুরোইবা অদুনা চৎথোকখিবা মতাং অমদা নুপীসিগা য়ান্না নুংশিনরম্বা নুপা অমনা মশাগী লুহোংবগী বার্ত্তণ পীবা লাকখি। মতম অমদা মরী নৈনরম্বা ওইবনা নীংঙমহৌদবা, অবা-নুংঙাই খরা মশা মশাগী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লে। অসুম্না মখোয় অনী ফম্মিন্নরিঙৈ মপুরোইবা হন্নকখি, মহাক্কী নুপীবু লমলানবা অমগা ফম্মিন্নরম্বা উবদা চিংনদবা ঙমখিদে, লান্না লৌখি। তশেংবদি নুপীসি করিসু অকায়বা থবক তৌদে, মতম অমগী ফুমজিনপ্রবা নুংশিবদু ঙাইহাক য়াকাইরকপনি, অদুবু ধর্ম্মদি কায়খিদে। নুপা অদু চৎপ্রবা মতুং মপুরোইবনা হঙ্গৎলি অদুগা চৎখিনবা হায়বদা নুপীসিনা লান্দে হায়বা উৎতুনা হায়জে:

> ঙম্বগীদি নহাক্না নুপানি, নঙনা য়াবগী লৈবনি। নহাক্না লৈথোকপ্রবদা ঐগীদি লোইরে। য়ুম অসিদা ঐগী ইফম লৈতে। নখূৎ চল্লবীনি। ঐগী কৈসু হায়ফম লৈতে। অদুবু জিজি, ঐবু লান্না লৌবিগনু, ঐনা নত্তবা অমত্ত হেক তৌপ্রবা ইচা লৈরিদনা, নহাকসু লৈরি, সেবা তৌবা ঙমদনা মাঙজখিগে। ঐ লান্দে জিজি ঐবু লান্না লৌবা...[২৫]

নুপানা পানবা ঐখোয়গী মণিপুরী সমাজ অসিদা লৈরিবা নুপা নুপী য়ুম্বানমিন্নবদা নুপা ওইবশিংনা মাগী নুপীবু মশাগী লনগুম খন্দুনা, নুপীবু মীনি থম্মোয় পাল্লি হায়বা উদনা, নুপীগী অনীংবা অপাম্বা কয়াবু নমহৎলগা মখোয়গী অপাম্বগী মতুংইন্না চৎহন্নবা হোৎনবগী চৎনবী অসিগী মনুংদা হিংলিবা নুপী অমগী মশক্লি। অদুবু উৎনিংলিবসিদি চুম্না হিংবগী মশক্তি নত্তে। চৎনবীসিগা লোয়ননা হিংলবসু নুপী অমগী থম্মোয়গী অশেংবা ব্রাফমদি খরা ফোঙদোরকপা অসিনি।

নুপীনা মাবু থাজবীনবা ফনা হায়জদুনসু থাজবা ঙমদ্রবা চিংনবনা থল্লবা মপুরোইবনা চৈহৎপীরি, ফৃসু ফৃরি। নুপা নুপী অনীগী মরীদা থাজনদবা হায়বা ব্রাফমসিনা অরুবা সমস্যা অমদি কায়ননবগী মচাক ওইহল্লিবা অসি অশেংবনি। নুপানা চাউবা সমাজসিদা তত্তনা থোক্লিবা সমস্যানি। অসিগুম্বা

---

২৫ এলাংবম দীনমনি, *পিজোল অমা কুন্দারৈ অমা*, ১৯৯৫, এলাংবম ইবেহায়বী, বোবী পব্লিকেসন, শীংজমৈ, ইম্ফাল, অনীশুবা খৃৎনম, লা: ৮।

সমাজ অসি ওইবনা নুপা ওইবশিংনা নুপীবু থাজবা গুল্লক্তবা, চিংনবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌখিবদা নুপী ওইবীশিংগী অরুবা ফীভমদা তাই, পুন্সিদা অকনবা চৈথেং ওইহল্লি। অদুগা অমরোমদা নুপীনা নুপা থাজরক্তবা য়াই। অদুবু অসুম্না থাজরক্তবা মীৎকুপতুদদি নুপাশিংনা শোকহনবা ঙমদে, সমস্যা ওইদে, হেন্নদুম নুপীনা নোঞ্জবদা তাই। মসি সমাজ অসিগী চৎনবী, থাজনবী অদুনা ওইহনবনি। অসুম্না অশেংবা তাইবঙদসু থোক্লিবা অমদি অরুবা বাফম ওইরিবা নুপানা নুপী অমবু থাজরক্তবদগী থোক্লকপা সমস্যা অসিমক অইবনা বারীমচা অসিদা পুখৎলকই। হায়রিবা সমস্যা অসিগী মথক্তা নুপানা খুল্লিংবা সমাজদা হিংলিবা মহে মশিং হৈরবী নুপী অমনা সাইকোলোজিকেলগী ওইবা মীৎয়েংদগী চুল্লবা থম্মোয়গী বাফম কয়াবু মতিং অমগা লোয়নননা চিংনবা লৈতনা ফোঙদোকহন্দুনা অইবনা অনৌবা থিম ওইনা শাগৎলি। হায়বদি নুপা নুপী থাজনদবা, নুপীবু থাজরক্তবদগী থোক্লক্লিবা সমস্যা অসিদি তোয়না থোকপা বাথোক্লি।

অসিগুম্বা বাথোক অসিগা লোয়নননা হিংদুনা, অবাবা মায়য়োক্লরিবা নুপী অমগী মচিন্দগী অচুম্বা বাফম অমদি মশাগী ওইবা মত অমবু অকিবা লৈতনা নুপা অমগী মফমদা ফোঙদোকপা ঙম্বা অসিদি নৌরিবা নুপীগী খোঞ্জেলনি। মীওইবা হায়বা জাৎসিগী থম্মোয়গী লীচৎ ওইনা মহৌশানা লৈরবা অচুম্বা বাফমবু বাকৎ অমগা লোয়নননা বারীমচা অসিদা ইবেমহল কৌবী চরিত্র অসিগী পূক্লীংদগী হায়দোকহল্লি, অনৌবা চাংয়েংনি। চরিত্র অসি অনৌবা মহৈগী মঙাল নীংথিনা তারবী ফিলোসোফিগী ছাত্র অমা ওইনা য়েক্তুনা মশানা মশাবু চেৎনা থাজনা তানশিঞ্জরুবা জ্ঞান্দা য়ুম্ফম ওইরগা নুপাগী থাজদবা বাহংশিংগী মতিক চাবা পাউখুম ময়েক শেংনা পীহনখি। মতাং অসিদা নুপীসিগী মপুরোইবগী থাজদবা মীৎয়েং চঙবা নুংশিববু মাসু ঐসু জগৎ লোইনা নুংশিবা হৌনব্রা হায়বা বাহং অসিগী পাউখুম য়াম্না মোং হাবা তৌবা লৈতনা পীরকখি:

> নহাক্লা ঐবু কোলেজদা সাইকোলোজি তম্বীরক্লমদ্রবা, ঐনসু ফিলোসোফিগী ছাত্রী অম্না ওইনা হৌরক্লমদ্রবদি নহাক্কী বাহং অদুগী পাউখুম য়াম্না শাংনা পীনিংলমদবা য়াই। নহাক্কী লমচৎ মফম খঙদ্রবী লৌনম্বী নুপী অমা ওইনা নত্রবসু মনোবিজ্ঞান্দা থবায় য়াওবী, নহাক্কী অদুঙৈগী নৌরিবী মরূপ অমা ওইনা তাবিয়ু...

লৈশারিঙেদা নহাক্কী ওইদ্রিঙেদা ঐ মাবু নুংশিরুই, মানসু ঐবু নুংশি। হৌনবনি, তশেংবা মপু মশক খঙনদ্রিঙে, মাগী মাগীনি হায়বা ভাংদাংবা মীশক লৈত্রিঙে কনাগুম্বা অমবু অমনা নুংশিরুবা, খোয়দারুবা পাপ নত্তে।... অদুগা কনাসু কনাসু নৎনদবা মশক মশা ফাওবা খঙন-উনদবা লমজাওদা চৎপা অমা ফাওবদা অয়েকপা লাই অমা ফাওবদা খোয়দারুবা মশানা তবনি। ইনষ্টিংটিব বিহেবিয়ারনি।[২৬]

অসুম্না নুপীসিগী হৌখি● পুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোকপু শেংনা হায়দোক্তুনা মহৌশাগী ওইবা পোকপদগী লোয়নররুবা মীওইবগী পৃক্লীং ঈহুলগী লীচৎপু মশক তাক্লি। লোয়ননা মতমগী মতুং ইন্না নুপা অমদা য়ুমপান্দুনা মপুরোইবা অমদি মচাগী সেবা তৌদুনা লৈরিবা, মপুরোইবা নীংজবগা কোন্ননা নুংশিবা ঙল্লিবা মাগী থম্মোয়বু নুপীসিনা মপুরোইবদা মশক তাকচৈ। মসি ফাওবদা থাজদদুনা নুপানা হৌখ্রবা নুংশিববু পন্দুনা ৱা ঙাঙই। সমাজ অসিগী নুপা ওইবশিংনা মাগী নুপীবু মশাগী খূবামনুংদা থন্বা পান্বা, নুপীগী হৌখিবা পুন্সিগী মমি পূন্বা মূথৎতুনা হৌজিক্কী মশাগী পুন্সি ঈপাক্তা অমত্তা ওইনা তিলহনবা পান্বা মতৌদু উৎপনি।

মী অমগী পুন্সি লম্বীদা হৌখিবা মরুওইবা থৌদোক অমবু পূমকাউ কাউথোকপা ঙম্বা হায়বসি ৱাখল চোইদ্রগদি ওইথোক্লোই। মতম চূপ্পদা নীংশিংলুদ্রবসু থৌদোক অমনা নত্রনা মথন্তা মীকুপ খরদা ওইরবসু নীংশিংলকপা, খল্লুবা হায়বসি শোয়দ্রবনি, মসি মীওইবগী থম্মোয়গী মশাজৎ অমনি। ককপা য়াদ্রবা, চুমদুনা লৈরবা ৱাফম অমবু খূদম য়াওনা হায়দুনা ৱারীমচাসিগী মরুওইবা চরিত্র ওইরিবা নুপী অসিনা মপুরোইবগী মফমদা মশাগী চপ চাবা মত ফোঙদোকই। মপুরোইবনা হান্নগী নুংশিবা মীশকতুবু কাউথ্রবরা হায়না হংলকপা ৱাহংসিগী পাউখুম ওইনা মহাক্না হায়খি:

ফাখিবা ঈশে করিসু লৈতবা অদু ফাওবা খঙহৌদনা ঙংখিবা তাঁইবঙনি। থৌদোক কয়া অরাকপা থৌদোক্না নমথখিবা য়াই। অদুগা মদুমক পুঙমুং মুৎথ্রে হায়বদি, জিজিসু হায়বিম্নু- মীওইবগী থম্মোয়দা ওইথোকদ্রনে? নুংশিবা থম্মোয়গী চাউরবা খুনীংথেক অমনি। ঐ থাজবা ঙমদে। থরায়না হিংলিবমখৈ কাউদ্রবা থৌদোক অমা ওইবা তবনি। মহৌশানি। মীওইবগী পৃক্লীংনি। মীওইবগী থরায়নি, অয়াম্বা মতমদা নীংশিংলুদ্রবসু করিগুম্বা মীকুপ

২৬ ইবিদ, লমা: ১০।

অমদা মঙ্গাল ফাওরকপা মদুদা মতম ঙাইহাক মাঙলুবা ঐদি হৌনবীনি হায়না খল্লি।[২৭]

মহাক্কী ৱাফম অসি চুম্লে খন্না থৌনা ফনা হায়রবসু মশাগী মত অসিবু কুদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বদু মশাদা পানশিল্লগা খঙগনি হায়বগী ৱাখলদা মখা তানা অমুক হায়রকই:

লাই য়েংদুনা, ঐবুদি মীরাইবগী মীরাইবা শিংথাবীরুরনু, নচা অসি য়েংদুনা হায়বীয়ু, নহানবগী জিজিখোয়গা তম্মীন্নরম্বী ইচেম্মা শ্যামবালাবু শুক্লীংমক নীংশিংবিদ্রবো ! হা ! ... নীংশিংদে হায়বদি য়ারোই। হায়বা ঙম্লোই।[২৮]

সমাজ অমগী চৎনবীনা মীওইবগী থম্মোয়গী পূক্লীং ঈহুলবু মতম পুম্বদা নমথদুনা থম্বা ঙমদে অমদি মসি অচুম্বা ৱাফমসু নত্তে হায়বসি উৎপগা লোয়ননা হায়রিবা পোকপদগী য়াওজরক্লবা মহৌশাগী ওইবা পূক্লীং ঈহুলশিং অসি নুপাদা নত্তনা নুপীদসু ফাওই হায়বদু উৎনবগীদমক শাগৎলিবা ৱারীমচাগী থিমনি।

চৎনবীনা ফাজিন পুনশিনবা ঙমদ্রবা মীওইবগী হৌনশা ওইবা লীচৎকী অচুম্বা মশক অদুগী মীৎয়েংদগী য়েংবনি, মসিদা অফ-ফত্তগী ৱাফম য়াওদে। নুপী অমনা লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা কনাগুম্বা নুপা অমগা মরী লৈনদুনা নুংশিনরম্বা য়াদে হায়বা ৱা লৈতে। মসি চুমদবনি হায়বসু য়াদে। অহানবা নুংশিনখিবা নুপা অদুগা থুংনদ্রবদি থৌদোক অসি থোকপা তাবনি। কায়নরবা মতুংদা হোংলক্লিবা ফীভম অমদি মতম্মা নুংশিবা অদু নমশিনখি। অদুবু তুংগী পুন্সিদসু করিগুম্বা মতমদা নমশিনখ্রবা নুংশিবা অদু অমুক হন্না য়াকাইরকপা য়াই। মসি থওইনা শীল্লুবা থবক নত্তে, মহৌশাগী ওইবা মীওইবগী লীচৎনি। অসিগুম্বা পুঙমুৎ মুথৎপা ওইথোক্লরোইদবা পূক্লীংগী ঈহুলশিং অসি লুহোংলবা মতুংদা থম্মোয়দা হৌরক্লবসু নুপী অদুনা চৎনবী ৱাংমা লান্দ্রগদি, চৎফম থোকপা লীচৎতু কায়দনা চৎলবদি করিসু অকায়বা লৈতে। পাপ নত্তে হায়বা উৎপনি। অদুমকপু হৌখিবগী মরীদু তুংগী পুন্সিদসু লেঙদনা লৈগনি হায়বা লৈতে, ফীভম অমদি মতমগী মতুংইন্না থম্মোয়গী মরী অসিসু তোঙান-তোঙানবা শক্লোন লৌই হায়বনি। অইবগী মীৎয়েং অসি মী অমগী লীচৎতা য়াওবা লেঙদবা অচুম্বনি।

২৭ *ইবিদ*, লা: ১১।

২৮ *ইবিদ*, লা: ১১।

**৬। অরানবা, অমোংপনা থল্লবা সমাজ অসিগী মরম্তা অচুম্বগীদমক, নাইতোম অকিবা লৈতনা ইচং থৌনা লেপ্লিবী নুপীগী চরিত্রশিং:**

ঙসিগী অচুম্বা লৈত্রবা সমাজ অসিদা ওইদবা অরানবা থবক থৌওংগী মায়য়োক্তা কিবা লৈতনা নাইতোম লেপ্লিবা নুপী অমগী মশক শাগৎলি। অশেংবা তাইবঙদা ওইথোক্লবসু ওইথোক্তবসু য়েক্লিবা চরিত্র অসিনা তাকপদি অচুম্বা অফবা সমাজ অমা শেম্বা পাম্বগা লোয়ননা নুপীশিংদা থৌনাসু হাপ্লনি। অসুম্বা অচুম্বগীদমক থৌনা ফনা চোংথোক্লিবী নুপীগী চরিত্রসি অইবনা 'ইদুনিংথৌ ইপাম মৈ চূরো' হায়বা ৱারীমচা অসিগী চরিত্র সনাতোম্বী অমসুং 'য়েক্লবা' ৱারীমচাগী চরিত্র নোংথাংলৈমা কৌবী নুপী অনীসিদা য়েক্তুনা উৎনবা হোৎনরি।

*ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্* কৌবা এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচাগী লাইবিক্তা য়াওবিবা ৱারীমচা 'ইদুনিংথৌ ইপাম মৈ চূরো' হায়বা ৱারীমচা অসিদসু তোপ-তোপ্পা নুপী অমগী শক্তম অমা য়েক্লি। য়েক্লিবা নুপী অসি অহিংবা চবিত্র অমদি ওইদে, অইবনা লৈহন্নীংবা নুপী অমনি। মসিগী অচুম্বা, অশেংবা লৈত্রবা সমাজ অসিদা তঙাইফদনা হিংবা য়ারবা অমদি হিংবদা কান্নরগদবা অচুম্বগীদমক ইচং থৌনা লেপ্লিবী সনাতোম্বী কৌবী চরিত্র অমনি।

ৱারীমচা অসিগী চরিত্র সনাতোম্বী অসি মশক মতৌ ফজবী, ঈং তল্পী, মনুংদনা থৌনা অমা ফুল্লিবী, মহে মশিং নীংথিনা হৈবী, অচুম্বা চৎপী অমদি অচুম্ববু য়োকখৎনবা অমসুং হিংহন্নবা হোৎনবদা থেংনরিবা খুদোংথীবশিং অদু মায়য়োক্লনবা লাক্লরিবা চরিত্রনি। নুপীসিগা মীওই খরগা পূল্লগা সংস্থান অমা লিংখত্তুনা অরানবা তৌবা, শেঙ্গা-থুমজা তৌবশিংবু থিংনবা হোৎনরি। অদুবু লেপথিবা ফিরেপতগী হোংখিদবী অচুম্বা চৎপী সনাতোম্বীদি অঙাওবী তাখি, নাইতোম তাহৌখি। অতৈ মীশিং অদুনা মতমগী ওইবা নাম্বোকপা ৱারবা নুংশিংকী শাফূনা হুমদুনা পুখি। মহে মশিং মতিক চানা হৈরবসু থবক ফংনদদুনা য়াম্না ৱানরবা মতমসিদা, নুপীসিনা লুনা লৌজবা ওজাদুনা মওং তাবা থবক তৌহৌনবগীদমক মতম চানা চেলহৌনবা মঙোন্দা হায়রুবদা অসুম্না হায়রকই:

ওজা মদুমদি য়াওদবা মারম্র খল্লি। ঐগী ইহেদো চিংনবা লৈজদে। অদুগীসু মথক্তা অদুগুম্বসিনি ঐখোয় অসোমগী নম্বরোলশিংনা পুঙখিং থিংনবা হোৎনজগদৌরিবসি।[২৯]

নুপীসিনা মশাগী ওইজবা তান্দুনা, থবক ফংনবগীদমক অরানবা লম্বীদা চৎকে হায়বা খন্দে। ফৎত্রবা মরা তাগ্রবা ব্রানোম্বগী অমদি শেঙ্গা-থুমজাগী চৎনবী অসিবু থিংবা ঙমগনি হায়না আশা অমগা লোয়ননা চপ মুংনা লেপ্লিবী চরিত্রনি। মশানা অচুম্বা তৌবা পামজবদা নত্তনা অচুম্বা চৎপা মীবুসু থাজবগা লোয়ননা থাগৎচৈ, লুনা লৌজৈ:

ওফিসার পামজদে মপান্দদি শোয়দবা মনুংদা নামদ নত্তে পোৎম্মা শোয়রবা মীওইনা ঐবু শক তাকপিবা পামজদে। ওজাগী সোই পামজৈ। শেনজাও পায়বা, প্রজাবু ওৎপা মীওইদি মান্নবা নত্তে হস্থনা ফাওবা য়েংজনীংদে। ওজাহোয়রগুম্বা ওজা পামজৈ।[৩০]

অসুম্মা অচুম্ববু ইরাৎচদুনা সমাজগী সেবা তৌনা তৌনা থবক্কুগী ইন্টরভিয়ুদু য়াওই। মদুদা অনীশুবদা লৈখি; পরীক্ষাগী নম্বরনা মহাক্না ইহেন হেনখি, অদুবু মী তরেৎ খনগৎপা অদুদা য়াওরকখিদে। শেন পীবা মীশিংদুগী মরক্তা অয়াম্বা শেলদা য়েংলগা থবক হাপখি। অদুনা সনাতোম্বী খল্লক্তে হায়বগী নুংনাংবা পোকখিদে, হেন্নদুম ইচঙ থৌরকই, সমাজগী অমোৎপশিং মুখৎতবা য়াদে হায়বা ব্রাখলদু ফোঙদোরকই:

অসিগুম্বা শেঙ্গা-থুমজাগী লৈঙাক শাসন অসি চিংথুদবা য়াদ্রবনি ওজা। মরু ফংনা ফুক্তোক্তবা সুপম্না য়াদ্রবনি। য়েংবিয়ু হৌজিকপু চাউরবা ব্রাথোক অমসু মায়োক্নবা তারি। থানাগী মীওই খরা লৌবগী থবক পুমলোই লোইখিবা থা তরামাথোই পূরা শুরে। হৌজিক ফাওবা হায়দোক্তি, পৈশাসু ফনা ফনা য়াম্না পীশিন্নখিবা য়াওরে হায়রি।... ফীবমনা অসি য়ৌরক্লবদা ঐখোয় প্রজানা তুমিন্না লৈথোকপা চুমদ্রে ওজা। প্রজাগী সেবা তৌগনি চোংথোক্লগা প্রজাদগী ঈ চূপ্পবনি। ভোৎকী মতমদা মখোয়না ব্রাশকখিবদুগা পূমখেন খেন্নরে।[৩১]

---

২৯ এলাংবম দীনমনি, *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হত্ত হত্ত*, ১৯৮৩, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৩৯।

৩০ *ইবিদ*, লা: ৩৮।

৩১ *ইবিদ*, লা: ৪০-৪১

মুপীসি সামাজিক চেত্তনাগী ৱাখল্লোন চেনবী চরিত্র অমনি। খঙনা খঙনা, উনা উনা থিংবা ঙমদ্রবা ৱানোম্বগী শেঙ্গা-থুমজাগী অমোংপা কয়াবু ফোঙদোক্লিংবগী অপাম্বা ৱাখল অমা থৌনা অমগম্ম লোয়নননা ইহৌরকই। অসিগুম্বা অরানবা থৌওংশিং অসিবু চুমথোকপা ঙমগনি হায়বগী অচেংপা থাজবা অমা য়াওনা অচুম্বা পুরক্লবা হোৎনরি। অইবগী ৱাখল্লোনদু চরিত্র অসিদা য়েকপনি। ঙসিমকসু ফোঙ-ফোঙ শারিবা অমদি কোকহনবা ঙমদ্রিবা লৈবাক্কী অরুবা সমস্যাশিং অদু উৎপনি লোয়নননা হায়রিবা করপসনগী সমস্যাশিং অসি কোকহল্লিংবগী অপাম্বা ফোঙদোকপনি। থোক্লিবা সমস্যাশিং অসি পাল্লিবা সরকারনা শোয়বদগীনি অদুনা অওনবা অমা পুরক্লবা হোৎনবা তঙাইফদে অমসুং অসিগুম্বা লৈথা তারক্লবা ফীভমসি য়েংদুনা তুমিন্না লৈথোকপগী মতম লৈত্রে হায়বদু উৎপনি। মোৎলবা পামদ্রবা চৎনবীশিং অসিদগী অনৌবা অওনবা অমা পুরক্লবা হোৎনবদা লালহৌ অমদি তঙাইফদনা চঙই হায়বা উৎলদুনা ৱারীমচাসিগী মরুওইবা নুপী চরিত্র অসিগী ৱাঙাংদা ফোঙদোক্লি:

> ইতিহাসনা সাক্ষীনি ওজাবু, মীচম প্রজাবু ওৎলবা লৈঙাক শক্তি প্রজানা মুনবনি। নমদুনা মুন্দ্রবদি শক্তিবু হরাও হরাও পীথোরকখিবা কনাসু লৈখিদে। মুনবা তাবনি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী লৈঙাকলোন্দা ওৎপা নৈবগী অয়ৌবী থাক অমা হৌজিক হৌজিকমক মায়োক্লরিবনি। ম্রৈ ফংদ্রে, লমসিদা হোঙক্লবা ঈশিং পীদ্রে, পৈশাগী মমল নোংমা নোংমগী হল্লরক্রে, পোৎ-চৈগী মমলনা অতিয়া খেৎলে। মতিক চাবা মীনা মহে তমজগে হায়রুবদা মিং চনবগীদমক্তা লীশীংনা থৃজিং ওইনা ফোংনা হেক্তা লৌরে। মহে লৈনরে, ফম য়োন্নরে, পরীক্ষাগী নম্বর পৈশা মশীংদা য়ুম্ফম ওইনরে।[৩২]

মীচম প্রজাগী সেবা তৌগনি হায়না চোংথোরক্লিবা লৈঙাক মপু ওইরিবশিংনা ময়ামগী য়াইফনবা থৌরাং অমত্তা শীনৱা ঙমদ্রবদি, মখোয়না পায়রিবা ফম অমদি শক্তিদু মুনবা হায়বসি মশানা তাবনি হায়বদু উৎলি। লৈঙাক্লোনগী অশোয়বা অমদি লোয়শঙ থৃদিংমক্তা লৈরিবা অশোয়বা, অহোবা, অমোৎপা নীতিনচিংবগী মশক তাক্লি। লোয়নননা হৌগৎলক্লিবা নহারোল অমসুং তুংগী চারোন-শুরোনগী মমাঙদা ইকায়নিংঙাইনি অমদি তুংদা করি ওইরক্কনি হায়বগী অৱাবসু ফোঙদোকই। অসিগুম্বা সমাজগী ওইবা

---

৩২ *ইবিদ,* লা: ৪২-৪৩।

ৱাফমশিং অসি সমস্যা ওইনা পুখংতুনা চুমথোক্লিংবগী ৱাখল্লোন্দু অইবনা নুপী অমগী ৱাখলদা পোকহল্লি লোয়ননা অচুম্বগী মায়কৈদা চংনবগী লম্বীসু য়াংহন্দুনা, মরা তাপ্রবা ফত্তবা চংনবীশিং মরু ফংনা মাঙহন্নবা চোংথোকহল্লি। সমাজদা শোখনা লৈহল্লিবা নুপী অমদা অসিগুম্বা অৱাংবা ৱাখল্লোন চেল্লহন্দুনা লৌশিং চাউবী, থৌনা লৈবী চরিত্র অমা য়েক্লিবসি অইবগী তোপ-তোপ্পা মীৎয়েং অমনি।

ৱারীমচা অসিদা, অনৌবা দল অমা শেম্নবা মতুংদা, শেঙ্গা-থুমজা য়াদবা, অশেংবা মীহুৎ অমা মীখন্দা থাগৎতুনা, নুপী অসিনা থৱায় য়াওনা ভোৎ খোম্মী। মখোয়না থাগৎলিবা মীরেপ অদু মায় পাক্নুনা মন্ত্রিসু ওইখি। মখোয়গী কাঙবু অসিনা ওইজবা কয়া থাদোক্নুনা মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক নিয়ম চুম্না থবক তৌদুনা অওনবা অমা পুরক্নবা হোৎনসি অমদি ৱানোম্বা, শেঙ্গা থুমজা মরু ফংনা মুথৎসি হায়না ৱারেপ অমা তাখি। মতম খর লৈরগা লেপ্পখিবা ৱারেপশিংদু কাউথোক্লগা, মখোয়নদুম লোন্না লোন্না ৱানোমশেন পীজনদুনা থবক ফংনখি। মখোয়গী মরক্তসু শেন চাবা য়াওরমখি, ফজরবা দলগী মিংদা মীচম প্রজাবু ওৎপগী লৈঙাকতু অমুক হনজিল্লকপসিদা সনাতোম্বী খোয়শাউনরম্মী, অরানবা লম্বীনি হায়দুনা মখোয়গী মায়য়োক্তা লেপ্পবগীদমক মহাকপু ময়ামদুনা ইন্থোরকখি। আশা চাউনা মঙজরম্বা অচুম্বগী মঙলানশিংনা নীংখায়রকপা উনা উনা অরানববু থিংবা ঙমহৌদবসিদা নীংঙমদবা ফাওখি:

> মখোয় মশোল কন্নখ্রে ঐবুনা পুংতান তাথোক্নে। ঐ ইথন্তা শিজরসিরা হায়না কন্না খল্লুই। মায়থীবা খাঙবা হৈতবগী নত্তে, লৌনগল্লবা লায়নাদগী ইপিজাশিংবু কনবা ঙমহৌদে খল্লুবদগীনি। মমৈদা ঐ ইথন্তনা তৌবা য়াবা তৌবা ঙম্বা তৌরুই-লাউরুই চৈরুই;[৩৩]

অসুম্না মহাক্না অচুম্বগীমক অকিবা লৈতনা শীংনরুবদগী অরানবা থবক তৌবা কাঙবুগী শক্তিনা হেনখিবদুনা, চুল্লবসু মহাক অরানবা তাখি। মন্ত্রিদা অথীবা খোন শীজিন্নদুনা লাউ খোং তৌরুবগী মরালদা ফাদুনা জেলদা থমখি। জেল মনুংদা লৈরফাও নুপীসিগী থৌনা মাঙখিদে অনীংবসু হোংখিদে। মহাক্না য়াম্না থাজবা লুনা খঙবা ওজাদুনা জেলদা উন্নবা চৎলুবদা মশাবু

৩৩ *ইবিদ*, লা: ৪৭।

চেংনা থাজবা অমগা লোয়ননা পুক্লীং হুম্বা লৈতনা হায়রকখি:

> থা মঙা তয়া চহী অম'নী নত্রগা য়াম্মকদা মরী মঙা মঙাহ ঐবু শারংসিদা থম্মবদা। নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐ থোকলকখিনি। ঐবু থিংবা য়ারোই। ঐ থবক তৌখিনি ইচম চম্না হুনগদবী নুপী নত্তে। ইথম্ভা ওইরবসু য়ান্নখিগনি মীওংপশিংগী লান অসি। অওনবা অম্মা নমদুনা পুরকখিনি, শোয়দনা পুরকখিনি, থাজবিন্নু ওজা শোয়দবনি।[৩৪]

চরিত্র অসি অইবনা হনবা লৈত্রবা থৌনা অমনা লৈতেংলি। অকোয়বগী শাফু কল্লবা শাহম মরক্তা মচি লেঙদনা অচুম্বগীদমক লেপ্পিবা তোপ-তোপ্পা শক্তম পুরিবী চরিত্রনি। অসিগুম্বা থৌনা মাঙত্রিবী নুপীসি তশেংবা তাইবঙদদি খরা ৱাৎনা থোক্কনি। অদুম্মকপু অসিগুম্বা থৌনা লীংজেল লৈবী সমাজগী সমস্যাশিংবু কোকহন্নীংবগী ৱাখল্লোন চেনবী নুপী ওইনা হিংহন্নীংই। শম্না হায়রবদা অসিগুম্বা অচুম্বগীদমক নীংহন্নবা লৈতনা লেপ্পা গুল্লিবা থৌনাসি নুপীশিংদা চেলহনবা পাল্লি।

অসিগুম্বা চরিত্র অসিগা হায়রপ মান্ননা 'কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট' হায়বা দীনমনিগী ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'য়েক্লবা' হায়না মীংথোনবা ৱারীমচাসিদা অইবনা নোংথাং লৈমা কৌবী চরিত্র অমসু শেমগৎলি। চরিত্র অসি মরী-মতা, মরূপ-মপাং, খঙন-চান্নবা য়েংদনা অচুম্বা থবক তৌরকপা, শেঞ্জা-থুমজা, ৱানোম্বগী চৎনবীবু পামদবা উৎপা নুপী অমগী শক্তমনি।

'য়েক্লবা' হায়বা ৱারীমচা অসি ষ্টেটকী পব্লিক সার্ভিস কম্মিশনগী চিয়ারমেন অমা হাপ্পদা য়েক্লবা অমবু নিয়ম চুম্না খনখিবগী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলকপা ৱারীনি। ৱারী অসিদা মরুওইবা চরিত্র ওইরিবা নোংথাং লৈমা কৌবী নুপী অসি মন্ত্রী মকোকনি। চিয়ারমেন খনবগী মতাংদা কোক য়াম্না শারিবসু মহাক্কি। কমিটিনা পুকচেল শেংবা অমদি চেৎপা মীওই তরামঙাগী মনুংদগী মীওই অনী খনগৎলকই। অনীসিগী মনুংদা অমতং খল্লক্লবা থৌদাং অসি নোংথাং লৈমদা ৯৮% শিন্নরকখি। অমনা বিগ্রেডিয়ার অঙৌ অমনা ডাক্তর পাঙ্গনবা, মীওই অনীসিমক পুকচেল শেংনা থবক তৌবদা, নিয়ম নাইবদা, অচুম্বা অশেংবা পাম্বদা মীয়ামনা খঙনরবা মীশক ঙাক্তনি। বিগ্রেডিয়ার অঙৌ মপাঙ্গল মথৌনা

---

৩৪ ইবিদ, লা: ৪৮।

অমদি মরোমশিংনা থাক অসি য়োন্নকপনি, লম অসিগী অহানবা লাম্না ওফিসারনি। অশাগী ওইজবা থিদবা মীনি, অচান- মীরায়, মীচঙ- মীখায় নাইবগী ৱাফম মঙোন্দা লৈতে।

ডাক্তর পাঙ্গনবসু কাচিন বৃন্দিংমক্তগী য়েংবদা চাং তাদবা মীওইনি। ডাক্তর অমা ওইনা থবক তৌরিঙৈদা তোলোপতগী হেন্না লৌখিদে। য়ুমদা লায়েংবা লাকখিবা মীওইশিংদগী পৈশাসু লৌখিদে। নোংথাংলৈমগী ৱাখলদা মীওই অনী অসি চপ মান্নে' অনীসিগী মনুংদা অমা হাপ্পদা পূম্নমক্না পেনগনি মরমদি লৈবাক্না পাম্নবা মীওই ঙাক্তনি। মীওই অনীমক মহাক্না মশক মুন্না খঙই। চপ মান্ননসু ইকায় খুম্নে, মপাগুম্বা ঙাক্তনি। ডাক্তর পাঙ্গনবদি মপাগা তিন্নরিবা মীনি, মীখলগী মতমদসু মশক অমা থোক্না তেংবাংখিবা অহলনি। অসিগুম্বা লমন কয়া লৈবনা নোংথাংলৈমগী মপানদি ডাক্তব পাঙ্গনববু চিয়ারমেন ওইনা খন্ননবা ঈঙ্গিৎ পীখি :

> য়াম্নমক লুথনসু খম্বকনুদা বেম, অমা শৎ হেক্তা তৌখ্রো। চপ মান্নবনি। নঙনা পাম্না অমা হেক্তা য়াবে। অমবোমদা য়েংলবদি চিববা কান্দা নতেং পাংখিবসু মনীংশিংঙু। লৈঙাক পোবমদদি ঐগী মীগী হাযবা ৱাফমসু খন্দবা য়াদবনি। মদুদা কুইনা নকোক শাকবা হৌনদেদা '[৩৫]

মপানা হায়নিংলিবা ৱাফমসি কবিনো হাযবদু নোংথাংলৈমা ভাব তাই। অদুবু মহাক খম্বদবা ঙমদে, মপাগী ৱাফমসি পাক হেক লৌবা পামখিদে, মসিগী মরমসু লৈরি। মতম অমদা নোংথাংলৈমা ডাক্তব তমগদবা মী খনবগী চাংয়েং যাওবদা ৱেটিং লিষ্টতা অহানবনা নম্বব মখায অমা হেন্দুনা অনীশুবদা লৈবে হায়বা মনুংদগী খঙখি। মহাক্না ডাক্তব তম্নিংবগী ময়ায়না ডাক্তর পাঙ্গনবদা ৱেটিং লিষ্টকী অনীশুবদগী অহানবদা ওনখৎপীনবা কন্না হায়জখি। মসিদগী মীনুংশি পোক্তুনা ডা. পাঙ্গনবনা মতেং পাংবদগী নোংথাংলৈমা ডাক্তর তমখি, লোয়রগা থবকসু ফংখি। খরা লৈরগা রাজনীতিরোমদা চঙলকখিবনি। মপাবুং অসিগী লমন মহাক কাউথোকপদি নত্তে অদুবু মহাক্না, মাবু ডাক্তর তম্বা ফংহনখিবা মপাগী মরূপ ডাক্তর পাঙ্গনবা খনবগী মহুত্তা সেরিয়েল নম্বর টুদা লৈবা বিগ্রে. অঙৌবু চিয়ারমেন ওইনা খনখি। বিগ্রে অঙৌ, থবক্তগী পোথারবা মতুংদা ট্রান্সপোর্ট কোরপোরেশন অমগী জেনেরেল মেনেজর ওইনা পুরিঙে

---

৩৫ এলাংবম দীনমনি, কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট, ১৯৯৫, শ্রীমতী এলাংবম, ইবেহায়বী দেবী, বোবী পব্লিকেশনস, শীংজমৈ, ইম্ফাল, অহানবা খুংনম, লা: ১১।

মতমদা বাচং বানোম, হায়রজবা নোঙবা অমত্তা য়াখিদে, নোংথাংলৈমা মশানকাও হায়বা অমদি কিহলবা চঙখিদে। অসুম্না মশাগী অচেংপা নিয়ম অমদা লেঙদনা লৈবা ওস্না মীশক অমনি হায়না নোংথাংলৈমনা খঙবদগী মাবু খনখিবনি। থাজবগী বাংমদা নোংথাংলৈমনা মীশক ওয়না খনখিবা অসিদা মপানা ওকপগা লোয়নন্না নুংঙাইতবা ফোঙদোরকপদা মহাক্না হায়রকখি:

> নীংশিংলি পাবুঙ। ঐনা হায়বা য়াবিখিবদুগীনি ঐনা পাবুঙবু খনখিল্লিবা। নুংশিজবগী হায়রুরবদি লাংচরিবনি।... ... ঐগুম্না খবদসু তেংবাংলকঅবদি হায়বা অমা খংখন খল্লকপদগী খুদক্তা সেরিয়েল নম্বর টুদা তাখরে। বিগ্রেডিয়ার অন্তৌ ঐগীদি য়েক্লবা ওইবি, ওইসু ওইখিবা য়াবি।[৩৬]

অসুম্না বারীমচা অসিদা অইবনা অচুম্বগীদমক থৌনা ফনা লেপ্পা ওম্বী চরিত্র অমা শাগৎতুনা উৎলি। ঐগী মীগী হায়বা লৈতনা নোংথাংলৈমনা মাগী য়েক্লবা মীশক অমবু অচুম্বতা চৎলি হায়দুনা চিয়ারমেনগী ফম হাপ্পা অসিনা মরামগী যাইফনবা খনবা অমদি করপশনবু মুখৎবা পাম্বা চরিত্র অমনি হায়বদু তাকলি। অইবনা শেমগৎলিবা অসিগুম্বা চরিত্র অসি অশেংবা তাইবংদা লৈহন্নিংবা নুপীগী তোপ তোপ্পা মশক অমনি হায়বা য়াই।

৭। নুপানা খুল্লিংবা সমাজ অসিগী অয়ানবা চৎনবী নীপুনশিংবু য়ানিংদবা উত্তুনা বাকৎ কয়া থাজংলিবী নুপীগী চরিত্রশিং:

সমাজ অসিগী, নুপীবু নুপাদগী হন্থবা থাক্তা থল্লিবা খুববা মীংয়েংবু অইবনা শেমদোকপা পাল্লি। ফজবা চৎনবীগা লোয়নন্না নুপীবু হিংহন্নীংই অমদি মীয়াম মরক তিলহন্নীংই মরম অদুনা অইবনা, নমথদুনা থল্লিবা, তুহৎ-নৈহৎপীববা থৌওং কযাগী মায়য়োক্তা বাকৎ থাঙৎলিবী নুপীগী মশক কয়া শাগৎলি। অসিগুম্বা চরিত্র হায়বদি নুপা অমসুং সমাজগী মায়যোক্তা পেন্দবা বাকৎ পুবিবী নুপীগী মশকসি দীনমনিগী বারীমচা 'থাশিগী মঙাল' দা য়াওরিবা শথী অমসুং 'কুফেং কাফেংপা বল্ব' কী প্রতিমা হায়বা চরিত্র অনীসিদা উবা ফংই।

*পিস্তোল অমা কুন্দাম্লে অমা* কৌবা বারীমচাগী লাইবিক্তা য়াওরিবা 'থাশিগী মঙাল' হায়রিবা বারীমচা অসিদা অইবনা মমাঙগী অতৈ

---

৩৬ ইবিদ, লা: ১৪।

খরীয়চাশিংদগী খেন্নবা থিম অমা পুখৎলকই। লোয়নন্না তোপ-তোপ্পা শক্তোন পুবী শখী কৌবী চরিত্র অমা য়েক্লি। শখীগী চরিত্র অসি ময়েক শেংনা উৎনবগীদমক অশংবী অমসুং সনাতোম্বী হায়বা চরিত্র নুপী অনীগা শাগৎলি।

অশংবী হায়বসিগা সখীগা পীশক পীক্লিভেদগী তিন্নরকই, মখোয় অনী শুকথা থানদে, শান্নমিন্নে, লাইরিক পামিন্নে, স্কুল কামিন্নে, ফাল অমত্তদা ফম্মিনৈ, অসুম্বা পূনবসিনা মীয়াম্নসু অমত্তা ওইনা লৌনৈ। মরকসিদা সনাতোম্বী কৌবী মরূপ অমগা থেংনদুনা মখোয় অহুম লুনা তিন্নরকই। মখোয় অহুমসিগী মনুংদা সখী হায়বা নুপী অসিগী খ্বাখল্লোন তোপ-তোপ্পা অমা লৈজে। অইবনা চরিত্র অসি লৌশিং চাউবী, নীংবদা থৌবী, নুপানা পানবা সমাজগী মনুংদা লৈবা চৎনবী, থাজনবী কয়াবু য়াবা ওমদবা নুপী অমা ওইনা য়েক্লি। মায়কৈ অমরোমদা সমাজগী চৎনবী অমদি মীওইবগী তৌফম থোকপা থৌদাংশিংবু কায়দনা পাংলিবী নুপী অমগী শক্তম্মা অশংবী অমসুং সনাতোম্বীদা য়েক্লি। মখোয় অহুমগী ইনথৎলকপা মথোং কারকপা পুন্সিদা অশংবী অমদি সনাতোম্বীদি নুংশিবা মশক খঙলকই, মসিদগী লাপথোকপসু ওমখিদে, অদুগা সখীদি নুংশিবা হায়বা খ্বাহৈসি হূগুম খল্লি, য়াম্না তাথিনা লৌই। মরমদি মহাক্কী খ্বাখল্লোন্দা নুংশিবা হায়বসিনা নুপীবু লৈখা তাহল্লি, নুপীগী মশাগী ওইবা শক্তম মাঙহল্লি হায়না লৌই। নুংশিবা হায়বসিনা নুপী ওইবীশিংসি থৌনা খ্বাৎহল্লি, শোম্বহল্লি লোয়নন্না নুপাগী মথা পোন্না তোন্না হিংবগী মচাক অমা ওই হায়না চেৎনা থাজবী নুপী অমনি। নুংশিবা অমদি য়ুম পানবা হায়বসিদগী লাপথোক্লগা মথক্তা লেপচবা ঙম্বা ফিরেপ অমা লৌদুনা নীংতম্মা হিংবা পাম্বা অমদি তঙাইফদবনি হায়বা উৎতুনা নোংমা সখীনা মখোয় অনীদা হায়রকখি :

> নুংশিবা ! হ ! নুংশিবা ! অঙাওবা, নমথাক, মাইরেজ ! মসিনা নত্রা নুপী ঐখোয়বু মীনাই ওইহল্লিবা। ঐখোয়দগী নুপানা করি হেল্লি। ঐখোয়নদুম হেল্লি। মহোয়না কদায়দনো হেনগদৌরিবা। মহোয়না ঙম্বা ঐখোয়না ঙম্মী। মহোয়দগী হেনবা ঐখোয় তৌগি। তৌগনি শোয়দনা। মান্নবা নত্তে ঐখোয়না হেল্লি হায়বসি উৎপা তায়। উৎপা অবনি।

> ঐখোয়বু খুদুম মরি মঙাদা শেখলি, অমমানি নুবাক তামদ্রৌনি লোয়া তৌদৌনি সতী ওইদৌনি - নো ! নুপী মীনাই নত্তে – অরেবা মীনাই ওইরোই ! য়েংউ ঐনা করি তৌরকপগে হায়বদো॥[৩৭]

সখীনা নুংশিবা অসি নমথাকনি খরি, মসিগী নাকল নুপী ওইরৗনিংবা থুবদগী অবাবা ওইরিবা, থৌনা মাঙহল্লিবা পুক্ন শাঙনিংবা অমদি য়ানীংলবা পোকই। অসিদসু নত্তনা ঐখোয়গী সমাজগী চৎনবীশিং মনুংদা হায়বদি নুপানা খুল্লিংবা সমাজ অসিদা নুপীবু হস্থবা থাজ থম্না অমদি মীনাইগুম লৌনবা য়াওরিবসি য়ানিংদবা ফোঙদোকপনি। নুপী অমগী মমলগী নুপাগী মমলনা হেন্না তাঙনা লৌনরিবা অমসুং সতীগী মিংদা, থম্মী মিংদা নুপীবু অরেবা মীনাইগুম থম্বা সমাজসিগী চৎনবী থাজনবীবু লোটৌই তৌবনি॥ নুপীসু মীনি নুপাগুম লেপচবা ঙম্মী, নুপানা তৌবা ওমদবা কয়া নুপীনা ঙম্মী হায়বদু চরিত্র অসিদা উৎলি।

লুহোংবা হায়বসিনা নুপী অমগী অরোইবা পান্থুনি অমদি পনথোকনি হায়দুনা লৈরিবা অচেৎপা লীপুন অসিদগী নাটককগী শারা চরিত্র অমনি। ওইবা অমগা লোয়ননা সখী হায়বী নুপীসিনা মমাংবী অনীসিদা মখোয় অহুম অমারমবা থাক য়ৌনবা হোৎনদুনা অফবা কেরিয়ার শেমবা শাউনেরম্মে, অমসুমা অমা অমদা লৈরিঙে, সনাতোম্বী বি.এস.সি. লোইরকপগী আত্তাদুনা লুহোংখি। মসিদা সখীদি য়াম্না শাউখি মথৌ অমা ওইনা বাখিবি। অনাংখীবা মখোয় অনী মঙানি চাক্কৌবা হল্লকপদা মহাক্না হায়রকই:

> লোইরেদো । সনাতোম্বী ওসিদগী লোইরে॥ পুম্নমক লোইরে। লোইরে, মাগী ইদুকেশন, মাগী টেলেন্ট, মাগী ভুংগী নহী তুটৌগী কট ওফ। নাউ, শি ইজ ফিনিশ্দ্। সনাতোম্বী ইজ নো মোর ॥ ওঃ! মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা...[৩৮]

নুপী অমনা লুহোংদুনা মৃত্যানবগী নবীন খোঙদাত্রবদি, মহে মশিংগী লমদা নৎত্রগা মশাগী ওইবা কেরিয়র অমা শেমগৎচবদা অয়েং-অপান ওইই হায়না চরিত্র অসিনা লৌই, লোয়ননা সনাতোম্বীবু মরাপ অমা ওইনা পাম্মুব

---

৩৭ এলাংবম দীনমনি, *পিজেল অমা কুন্দাগে অমা*, ১৯৯৫, এলাংবম ইবেয়াইমা দেবী, বোবী পব্লিকেসন, শীংজমৈ, ইম্ফাল, অনীশুবা খুৎলম, লা: ১৪৪॥

৩৮ *ইবিদ*, লা: ১৪৪ -১৪৫।

পোকই। তশেংবদসু নুপী হায়বসিদি মচা য়োকপা, য়ুমগী কুপনোম, মনেম মকুগী অমদি মপুরোইবগী সেবানা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি হায়না চৎনবী অমা ওইনা লৈবনা নুপী অয়াম্বদি অসিগুম্বা থবক্তগী নাম্বোকপা ঙমদে। অসুম্না য়ুমগী অচিনবনা পুনশিনদুনা থম্বদগী মশাগী কেরিয়র ফজরবসু মাঙশিল্লকপা, থুপচিল্লকপা অসি থোক্তবা নত্তে। থবক চিনবগী ৱাদা নত্তনা নুপাগী অপাম পামদগী মতুং ইন্না নুপীগী মশক লেপ্পা তারকই, মসিদগী অকায়বা কয়া তোয়না থোক্লি। অসিগুম্বা সমাজ অমদা হিংলিবা চরিত্র সখীনা সনাতোম্বীনা লুহোংখিবদা মাগী নুংঙাইবা মপোক লোইরবনি হায়না খল্লি। য়ুম্বানবগী লম্বীদা চঙখিবসি অশিবগী লম্বীদা চৎখিবগা মান্ননা লৌই। চরিত্র অসিগী ৱাখল অমদি মত অসি অশেংবা তাইবঙগা নকশিন্নে, চাম্মগী মনুংদা অয়াম্বদি মসিগী সমস্যা অসি লৈরি। অদুবু চৎনবীগী লীপুন্না কনখিবনা নুপীশিংনা মশানা য়ানা নৎত্রগা য়ানীংদনা ট্রেদিসনেল ওইরকপনি। হৌজিক্কী অনৌবা মতমসিদদি অসিগুম্বা ট্রেদিসনেল ওইবা নুপীশিং অসিগী মরক্তা চৈনা খাঙবা ৱারকপদগী, খোয়শাউনবা হেল্লক্তুনা চোংথোরকই, ফৎত্রবা চৎনবী থাজনবীবু য়াম্নীংদবা খোল্লাউগা লোয়ননা পেন্দবা ফোঙদোক্লরক্লি। অদুমকপু নুপী মশানা য়ানা চৎনবীশিংসি ঙাক্লা চৎপসু লৈতবা নত্তে। ৱারীমচা অসিমক্তদা য়েক্লিবা অশংবী হায়না চরিত্র অসিদি সমাজগী নীতি নিয়ম কায়দনা চৎপা পাম্বা নুপী অমগী মশক্লি, হায়রিবা লম্বী অসিদা চৎসু চৎখি। সনাতোম্বীনা লুহোংখিবদা সখীনা নোরোক তাবনি খল্লিবসিদি ওন্নতৈনবদা অশংবীনদি মোংফমদা চৎপা নত্তে, স্বর্গদা চৎপনি, শিবসু নত্তে, হিংমিন্নবনি হায়না লৌরি অদুবু সখীনদি য়ানিংখিদে, মতাং অসিদা অইবনা চরিত্র অসিগী ৱাঙাঙদা ফোঙদোক্লকই:

> য়েশ। শ্রীমতী ব্রজবিধু সিংহ, লোইরে। মা লৈত্রে, মমিং লৈত্রে মশা লৈত্রে; ব্রজবিধুদা তিনশিনখ্রে। মিং লৈত্রে; য়ুম্নাক য়াওদ্রে; মশানক তিনখ্রে। মসিদবু মাবু হিংলি হায়না লৌরিবা নঙনিনে ঐনা ঙকইবদি।[৩৯]

নুপী অসিনা নুপানা পানবা সমাজগী চৎনবী অসিবু কন্না য়ানিংখিদে, নুপানা মখোয়গী নুংঙাইনবগীদমক শেম্বা নিয়মনি খল্লি। নিয়ম অসিগী মনুংদা করিগুম্বা মতমদা নুপীবু থরায় পাল্লি হায়বা কাউবিদুনা হেক হেক ওৎ নৈবা,

৩৯ ইবিদ, লা: ১৪৬।

নমথদুনা থম্বা কয়া থোক্লিবসি য়ানিংদবা উৎলি। অদুনা নুংশিবা অমদি লুহোংবা অনীসিদগী লাপ্‌থোক্লবদি অসিগুম্বা অন্নাবগী চৈথেংসি ফংলোই হায়না চরিত্র অসিনা লৌই। লুহোংলগা নুপা নুপী অনী হিংমিন্নবনি খনবা ঙমদে, য়াম্না ইচঙ থৌনা, শাউনা অমুক হায়রকই:

> করিগী হিংমিন্নদোইনো ! ঐখোয়বু মীপান তাংদুনা কয়াম কুইনা লৈদোইনো। নুপীবু চাকখুমগী খাবে চেগপ্না পুনবা করি মতিক লৈ। চপ মান্নবা ফীভম অসিদা ফমুংদা মহোয়গী ঈরাং নেমথহন্নবা পোৎ ওইবা, য়ূমদনা ময়ামগী নাইথাং ওইবা, অদুদগী য়াম্মবদা চখোক খোতোকপদা মহোয়গী কোৎকী থবাক্তা থেৎপা অদোরগুলাপ অঙাংবা মচা অমা ওইরুবা। নো ! ঐখোয় থবাই য়াওদ্রবা লৈতেং পোৎ ওইবা চুমদে। ব্রি আর লিবিং বিইংস। ব্রি আর ষ্টিল এলাইব; ব্রি মষ্ট লিব এজ লিভিং বিইংস, নোট এজ ডেড কোরেলস! নত্রো?[৪০]

অসুম্না সখীদি হান্নগী থৌনাদুগা লোয়নননা শিংনবা অমা য়াওনা মহাকনা থাংলিবা, তুংদসু থাংগে লেপচগ্রবা খোঙথাংদুদা নাইতোম ওইরবসু খোঙ নাম্ম তেক্লবসু চৎকনি, পাম্লিবা পম্বুংদু শোয়দনা য়ৌগনি হায়না ফোঙদোক্লম্লগা রিসর্চ তৌবা চৎখি। অশংবীদি য়ূম পান্দুনা মচা মশুগা নুংঙাইনা পুন্সি লেনখি। মশাগী কেরিয়রদু য়ূমগী কুপনোম, মপুরোইবগী মচাগী সেবাদা তিনশিনখিবদা করিসু নুংনাংবা পোকখিদে। সখীগী মহৈ মশিং, লৈজবা মবুদ্ধি মরৌশিং অমদি মথৌনা সরকারগী অচৌবা থবক ফংখি। অসিদসু নত্তনা সমাজগী সেবাদা পূক্লীং চঙখি। মরুওইনা লৈবাক্কী শোখরপ ওইনা লৈরিবা নুপীগী ফীভম অসি ফগৎনবা থবায় হকচাং য়াওনা কন্না হোৎনখি। মহাক্না নীংজবদি থুংখি। পুন্সিগী অথেঙবা তাক্কত্তা সখীগা অশংবীগা অমুক থেংনৈ। অশংবীনা সখীগী কেরিয়রবু কল্লকই। অদুগা সখীনা অশংবীগী নুংঙাইরবা ইমুং-মনুং অদুবু কল্লকপা পোক্লকখি। সখীনা নাবদগী য়ূমদা পোত্থাদুনা লৈবা মিকুপতা নাইতোম তাবগী অচিকপা নুংঙাইতবা অমা অহানবা ওইনা ফাওরকখি:

> চুম্মী অশংবী ঐগীনা থ্যিওরিদা লৈবা দশন্নি। নঙগীনা হকথেংনরিবা পুন্সিগী দর্শননি। করম্বনা হেনবা ঐ খঙদে। অদুগা নহোয়বু কল্লক্তবদি

---

৪০ *ইবিদ*, লা: ১৪৬-১৪৭।

অমত্রে। খুম্নাংগী ওইবা ৱাহিং অসিদা অসুপ লোনগী ওইরবসিনদি অরোইবা ৱাহিংগী মতাংদা কমদৌরগবা ঐ খনবদা মশ্মী।[৪১]

পুন্সিগী অখেঙবা শরুক নাইতোম তরক তরক হিংবগী অচিকপা অমনা নীংঙমদবা শোকহল্লি। শাফল শোল্লকুবা, পুক্নীং হন্থরকুবা, মপাং অমত্রা নৈরক্কুবা মতমসিদা মীগী নুংঙাইরবা মৃত্যুন পুন্সিবু কল্লকপা পোক্লক্লি। খেঙনবা মতমদা মশাবু মিরেলাইদ তৌজরকই:

অশোংবনি অশংবী। শেখি চুবা নহোয়গীনা হেন্দৌরিমাল্লে। নহোয়গী লাদাননা মরীক চুবা হেন্দৌরিমাল্লে। ঐনা অল্লুবনা চহী নিফুগী মমাঙগীদমক্তা ওইরমা নহোয়গীনা মখোগী মতুংগী ওইরম্মে; ঐনা তাল্লুবনা সুপ্নগী মমাঙসীদা ওইরম্মে, মনীং ইকৌ কৌগদৌরে, নহোয়গীনা হন্না য়েংবদা কনা উরক্কুবা, জীব কৌবনিনা অরাম খৌরাংবদি থাদোকপা ঙমদা, পীজবীনবা চামিন্ননবদি কনাসু নৈরক্তা মতংদুদা নাইতোম চিক্লা ঈংনা লনাই ওইনা লনাইগীনা ওইনা খাই খাইদুনা চনবা চামিন্ননবা ওইরম্মে অশংবী, মমৈদা অসুম পুক্তক্লদৌরি। ঐ খঙলক্লে। ঐ খঙলক্লে; খরা থেঙনা খঙলক্লে।[৪২]

অসুম্না চরিত্র অসিগী অখেঙবা পুন্সিদা অৱাংপা অমনা নীংঙমদবা শোকহল্লি, ইমুং মনুং লৈমিনবগী নুংঙাইববু কাইনথংদা মীহৌরক্লি। পুন্সিগী অর্থ অমদি মশাক খেঙনা খঙজরকই। নহা ওইরিঙৈ খনখিবা ৱাখলশিংদু থাগিগী মঙ্গ্রালগুম লৈখি। চরিত্র অসিগী মচিন্দা অমুকসু পল্লকই: "অশংবী নঙনদি খঙলুবা, ঐসু নুপী ওইরম্মে।"[৪৩]

দীনমনিগী ৱারীমচাদা 'থাগিগী মঙাল' হায়বসিনা নুপী ওইবীশিং অসি শোয়দনা যূম শানগদবনি, মচা মশু থল্লমগদবনি হায়না তাকই। হায়বদি হায়রবদা পুন্সিদা খোঙলোই অমদি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদে, মদু নুপীগীদি মপুরোইবনা ওই। অশান্না মীহৌবগী ৱা নত্তনা অহল ওইরক্লবা পুন্সিগী অরোইবসিদা শোথাকমসু ওইবা মপাং অমদি দরকার ওই অদুনা পুন্সিগী ফিরেপ অমা লৌবদা তুংগী খনগদবনি হায়বদু উৎলি।

হায়রিবা ৱারীমচা অসিদা অইবনা হায়নিংলিবদি নুপীসু মীনি, ফংফম খোৱকপা হককসু ফংহনগদবনি, মশাগী অনীংবা অপাম্বগী মতুংইন্না চৎচবদা

---

৪১ ইবিদ, লা: ১৫৮–১৫৯।

৪২ ইবিদ, লা: ১৫৮।

৪৩ ইবিদ, লা: ১৫৯।

অয়েৎপা অথিংবা পীরোইদবনি লোয়ননা য়ুমসু পানগদবনি হায়বসিনি। নুপীবু লুহোংলে হায়দুনা মশাগী কেরিয়রবু মাঙহনবা অমদি চাকখুমগী খাবৈ চেগপনা পুনশিন্দুনা থম্বা অইবনা য়ানীংদে। মহৌশাগী তৌফম থোকপা থৌদাং অমা ওইনা লৈরিবা য়ুম পানবা হায়বসিসু মরু ওই হায়বা উৎলি। শম্না হায়রবদা নুপীগী হক তানবা অমদি চাওখৎনবা হোৎনবগা লুহোংবগা মরী লৈনদে, লুহোংলবসু নুপীশিংগী য়াইফনবা হোৎনবদা অকায়বা লৈতে হায়বনি।

*মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা য়াওরিবা 'কুফেৎ কাফেৎপা বন্ধ' হায়না মিংথোনবা ৱারীমচা অসিদা নীংঙমহৌদ্রবা ৱাকৎ কয়া পুরিবী প্রতিমা কৌবী নুপী অমগী শক্তমদা য়েক্লি। চরিত্র অসিগী ৱাকৎ অসি চাক্লবা থম্মোয়নুংদগী থোক্লকপা তাবীনবা লৈত্রবা ৱাকৎনি। মহাক্না য়াম্না থাজজবা মীশক অমদা থাঙ্গৎচরুবা ৱাকৎনি। অরেম্বা তাখি। অচুম্বা ৱাকৎ ওইনা লৌবিখিদে। ৱারীমচা অসিদা প্রতিমাগী পেন্দবনা থল্লবা ৱাকৎশিং অসি খোঞ্জেল হৌদনা কুফেৎ কাফেৎ তৌবা বন্ধকী মতৌগুম মমি শামি ওইনা অপীকপা কা অমগী মনুংদা অদুমক নৈশিন্দুনা লৈহৌখি। উপায় লৈত্রবা প্রতিমাদি নীংঙমদ্রবা থম্মোয়গী চৈনাগা লোয়ননা হনখি।

ৱারীমচা অসিদা প্রতিমাসিনা লৈশাবী ওইরিঙৈ নুপা অমগা নুংশিনরম্মী। নুপা অসিনা মীরৈবাক্তা লৈখিবা মতাং অমদা প্রতিমাবু আর্মি কেপ্তেন অমনা, নুপীগী অনীংবা অপাম্ববু খঙবীদনা, মী নত্তবগুম নম হাদুনা লৌখি। প্রতিমা মশানা য়াদ্রবসু মমা মপাগী য়েংনা অমদি সমাজগী চৎনবীনা কনবনা য়ানিংবা য়ানিংদবা থিদনা নুপাদুগা য়ুম্বানমিন্নবা তাখি, ইমুং মনুং ওইনা লৈমিন্নখি। অদুমকপু প্রতিমাগী থম্মোয়দদি চৈথেং অদুনা মরম ওইদুনা পেন্দবা নীংঙমদবা অমদি লৈরি। নুংদা চৈনা অমগা লোয়ননা ৱাকৎ অমসু পুরি। ফীভমনা অমদি মতমনা য়াদদুনা পুন্নমক পেম্থোকপা তমখিবনি, নমথদুনা থম্বীখিবনি। ৱারীমচাসিগী প্রতিমা কৌবী চরিত্র অসিনা হক মৎপিরবা নুপীশিংগী ওইবা ৱাকৎ পুরিবী নুংগী খোঞ্জেল অমা উৎলি। অশেংবা তাইবঙ অসিদসু থোক্তবা নত্তে, নুপীসু মীনি থম্মোয় পাল্লি হায়বসি হেক হেক কাউথোক্তুনা, নুপী মশাগী অপাম্বা অনীংবা, য়ানিং য়ানিংদবা কয়াবু তুংওইননা থমত্রগা নুপী কয়াবু নমজা নমথেক্লরি। পাঙ্গল শোনবগী খুদোংচাবা লৌদুনা নমদুনা খুদম চনশিনবা, মীওইবগী হক মৎপীবা, নুপাগী মখুৎ

চন্নুরবীনি হায়দুনা পূম্নমক কাউথোক্নুনা মশাগী পুন্সিবু কৎথোকহনবা কয়া সমাজ অসিদা তত্তনা থোক্লিবা থৌদোক ঙাক্তনি। অসিগুম্বী নুপী অমগী মমল অসি সমাজ মীয়াম্না মমল হস্থনা লৌবা মরমনা, নুপীশিংসি সমাজ মীয়াম্না মমল হস্থনা লৌবা মরমনা, নুপীশিংনসু পুন্সি মাঙগদ্রা মীপাইনবা পোকই। মরম অদুনা নুপী মশানা য়াদনা, নম হাদুনা লৌরবসু, তুংদদি ফীভমনা মতাং মতমনা য়াদদুনা য়ানিংলমদবা ৱাফমশিংদু মশানসু য়াজরকপগী মওংদা লৈখিবনি। মসি নুপীশিংগী মথক্তা অকনবা শাফ্ অমনা পীবা চৈথেং অমনি হায়বা য়াই।

ৱারীসিগী প্রতিমাসিসু অসিগুম্বা পুন্সি অমদা মশাগী অনীংবা কয়া কথোকহন্দুনা হিংলকপনি। মহাক্কী মরীশুবা মচা অসি উনবগী মতাংদা, মতম অমদা মহাক্না খঙনরম্বা মীশক্তু ডাক্তর ওইনা থেংনখি। ডাক্তরসিনা মাবু ওপরেসনসু তৌখি। মতম কুইনগী তুংদা থাজদনা অসুম্না থেংনবা অসিদা প্রতিমাগী থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈখিবা খাঙঙমদ্রবা মৈচাকশিং অমদি ৱাকৎফম খঙদনা নমথখ্রবা ৱাকৎনিংবা কয়াদু অমুক য়াকায়রকখি। নীংঙমদনা লেল্লকপা পুন্সিবু খজিক্তা ওইরবসু খঙবিগদ্রা খন্না, মতম অমগী খ্বাইদগী থাজনা অমদি নক্লনা লোয়নরম্বা ডাক্তর অসিনা ফোঙদোরকই:

> কমপ্লেনদি য়াম্না লৈখ্রবা জাৎনি। পুন্সি অসিমক কপপ্লেন অমা ওইনা লৈরবনি... নঙ ঐবু শাউরমগনি।[৪৪]

মতমদুদা নুপাসিনা মহাকপু লান্না লৌরমগদ্রা খন্না শেংদোকপগী মওংদা প্রতিমানা পেন্দবা থৌদোক্তু তন্নকই:

> ফগী নত্তে, সীরিয়শনি হায়য়ু- নঙ ঐবু শাউখিদ্রা? ঐগী গতি লৈখিদবনি। হৌজিকসু ঐ নীংশিংলুরগা মওং মওং খল্লিজাৎনি। লাইফ অসি কৈসু লৈতবা ওইনা খল্লকই। মহোয়না ফাবগী অহীং অদুদা অনীরক অহুমলক্লি ঐনা শিরগে হায়না হোৎনবা। ময়াম চঙদুনা ফাদুনা শেন্নদুনা থমখিবনি। নঙ লৈরমদবু অসি থোক্কদ্রো।[৪৫]

---

৪৪ এলাংবম দীনমনি, *মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র*, ১৯৮৬, দিনেশ্বরী, দিনেশ্বর অমদি অপু, ইম্ফাল, লা: ৪৯।

৪৫ *ইবিদ*, লা: ৫০।

মতম অদুদা থোকখিবা পামদবা নীংবা কায়বা থৌদোক্তু অমুক নৌহৌননা নীংশিংলকখিবনি। ৱাফমসি তারগা ডাক্তর নুপা অসিনা থেমজিল্লি, পুন্সিগী হৌখিবা নুংঙাইতবা থৌদোকপু নীংশিংদুনা নুংনাংলুবা কান্নদে, হৌজিক্কী ফীভমদা এডজষ্ট তৌরগা হিংগদবনি তাকপীখি। অদুবু প্রতিমাদি য়াবা ঙমদে, হায়রকখি:

মী অমগী পুন্সিবু হেক্তা মাঙহনবা য়াবরনে? মাঙহনবগী করি রাইট লৈবগে?[৪৬]

নুপীসু মীনি, মী অমগী হকপু ইরায় লায়না মৎপসি চুম্ব্রা হায়বগী ৱাহং অমা হংলি। মহাকপু নমদুনা ফারগা লৌখিবদু মপুন্সি মাঙহনবনি হায়না লৌই, সমাজগী চৎনবীনা মহাক্কী ৱাকৎনিংবা কয়াদু নমথদুনা থমখিবনি। নুপা অসিনা  মাগা মতম অমদা লৈনখিবা মরীদুনা অশেংবা পুন্সিনি খল্লুবসু হেন্না ৱাগনি, হায়না কাউথোক্লবা অমদি লুনা খঞ্জিন্দনবা হায়রকপা মীকুপতা হেন্না খোয়শাউনরকই, পেন্দবা অমগা লোয়ননা ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎলকই:

নহোয়নদি য়াংনা লৌরিবা, শান্নবনি হায়রিবা। ঐঙোন্দদি নহোয়না য়াংনা লৌখিবদুননি পাউ তারবা মক্তদা নঙনা থোরক্তুনা ঐবু কনখিদ্রিবা। ঐ তরানী পুরানি নঙবু ঙাইখিবা, ইশা অসি শোকহনখিদবা। মহোয়না ঐবু থা অমগা নুমিৎ মাপন্নি লোক্তুনা অমদমুক পু, অমদমুক থম, চীংদমুক লোৎ, তমদমুক থম কোয়থাং থাংখিবা। খোঙ খূৎ পুন্দে হায়বদা খাকই, মহোয়না ঐবু। তরানীনি, ঐনা চাক চাদবা।[৪৭]

প্রতিমানা মাগী পুন্সিগী অঙনবা মতমদা থেংনখিবা থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিববু মীরাইবা ঙমদে, কাউথোকপসু ঙমদে লোয়ননা খঙহৌদনা থোকখিবা লাইবক থীবা থৌদোক অদুবুসু লায়না খন্দোকপা ঙমখিদে। নীংশিংলুরগা লমন খুম্লিংবগী ৱাখল অমা পোক্লকখি। ডাক্তর ওইনা থেংনখিবা নুপা অসিনদি, মপুরোইবা কেপ্তেনসু অফবা মীনি, মহাকপু লুনা তৌই হায়না প্রতিমাগী পূক্নীং ফাথনবা হোৎনৈ। অদুবু প্রতিমানা মহাক্না থম্মোয় তিন্নরম্বা, মহাকপু নুংশিবীবা মীশক অমনি খন্না পূক্নীংগী অপাম্বা ৱাদু ফোঙদোকচৈ:

ফব-ফক্তবগী ৱা নত্তে। ঐনা লাক্লিবসি নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে হায়দুনা লাকলিবনি। ঐ মাবু লমন অমুক্তংদদি খুমনীংই। লমন অসি নহাক্না খুন্না

৪৬ *ইবিদ*, লা: ৪৩।

৪৭ *ইবিদ*, লা: ৫০-৫১।

তাই, নঙগী নতেংনা ঐনা খুন্না তাই। নঙ ঐবু নুংশিরিবা নত্রা? হ্য ?
নুংশিরমখিনি ঐ খঙই।[৪৮]

সমাজগী অকনবা চৎনবী লীপূনগী মনুংদা হিংলিবা মীশক অমা ওইনা ডাক্তর অসিনা প্রতিমাগী অনীংবা অসিবু য়াবা ঙমখিদে। সমাজ অমদি ইথিল্লকী ৱাফমবু নুপা অসিনা থওইদবসু ঙমদে। চৎনবীগী ৱাংমা লানবা পামদে, অদুনা পূম্নমক্তু কাউথোকপনা খ্বাইদগী ফত্রবা হিদাক্কি হায়না থেম্নবা হোৎনৈ। অসিফাওবদা প্রতিমাদি থৌদোক্তু করিসু লৈতনা খন্দোকপা ঙমদে, মতেং অমত্তা ফংদ্রবদা  নুপা অদুদা অশাউবা উৎলি, লোয়ননা মতীং ফুদোকই, হায়রকই:

ঐদি ঙম্লোই, কাউথোকপা ঙম্মোই। চাক্তুনা লৈরিবনি। চাক্লবনি। ঐ লমন খুম্লিংঙি। ইতেং পাংঙু নতেং দরকার লৈ।... নথাদগী মুনখিবা ফাওবদা তুমিন্না লৈথোকই। ঐনা নহাক ওইরম্লবদি থোরকপা নুমিত্তা মুনগনি, নৎত্রগা হাৎকনি। ইতিক খঙহনগনি।[৪৯]

· সমাজগী চৎনবী লোনচৎপু হক্লা লৌরিবা নুপাসিনদি প্রতিমাগী ৱাফমশিং অসি চুম্মি হায়না লৌনিংদে, লৌসু লৌদে। নুপী অসিগী চৈথেং নংলবা ৱাকৎশিং অসিবু লুনা খনবীদে। নুপী অসিনা মশাগী অপাম্বা অনীংববু অয়েৎপা  য়াওদনা নীংতম্বা ফংজনবগী হক তাল্লি, নুপী অমগী অচৌবা দাবীনি, মহাক্লা তাল্লিবা দাবী অসি, সমাজগী ত্রেদিসন্না অয়াবা পীদে মরম অদুনা শাফ্‌সু কনবা ঙমদে। নুপীসিগী ৱাকৎ অসি তাবিনবা লৈত্রবদা মহাক্কী থম্মোয়না পেন্দবা ফাওই, নুপা সমাজবু য়ানিংদবা উৎলি:

করি হায়বা ঙম্মীবা। ঙম্মোই নহাক্তি নুপানি, নুপী ঐগী থম্মোয় খঙবা ঙম্মোই। নখোয় নুপা হায়বা জাৎসি চপ মান্নবা জাৎনি।[৫০]

প্রতিমা খোঞ্জেলদি থোক্তনা, দাবী অমা তৌনা তৌনা চৎখি। মহাক্কী থম্মোয়দু পেন্দবগা লোয়ননা নুংদা ৱাকৎ অমসুং চৈনা পুদুনা চৎখি। চরিত্র অসি সমাজসিদা লৈরম্বসু য়ারিবা তোপ-তোপ্পা নুপীগী শক্তমনি। নুপানা দোমিনেন্ট তৌবা সমাজ অসিগী মনুংদা, নুপী ওইবীশিংনা ওইরিবা ফীভম অসিদা অহৌবা খোঞ্জেল ওইনদি লাউবা ঙমদনা নুংদা চাক্লিবা মৈচাক অদু

৪৮ *ইবিদ,* লা: ৫১।
৪৯ *ইবিদ,* লা: ৫৩।
৫০ *ইবিদ,* লা: ৫৫।

উৎপনি। মৈচাক্তু কোক্লবা দাবী তৌবনি। সমাজগী করমবা চৎনবীনা প্রতিঅমগী দাবী অদুদি ফংহনবা ঙমখিদে।

### ৮) নীংতম্বা ফংনবগীদমক য়েক্নবা শীনবা ওগী, অখাঙকনবী নুপীগী শক্তোন পুবী চরিত্র:

নীংতম্মবগী লানফমদা হন্নবা লৈতন্না চত্তলিবী, য়েক্নবনা থামনবনু থৌনা মাঙড্রিবী অমসুং নীংতম্বগীদমক থবায় থমে লেপ্লিবী নুপীগী চরিত্র অমা ঙসিগী তংদু লৈতাদ্রবা মণিপুরী সমাজগা চান্না য়েক্নবা য়োকনরি। অনিতন্না নুপী অমগী তোপ-তোপ্পা মশক অসি অইবনা ৱারীমচা অমদা শাগৎলগা থেংনৈ, মদুদি *ঈপাক* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিকনা য়াওরিবা লাইরিকী মিংথোলসু ওইরিবা ৱারীমচা 'ঈপাক' হায়বসিগী চরিত্র নুপীসিদা উবনি।

অরোইবা ওইনা লৌখৎচরিবা অইবা অসিগী য়াইদগী নৌরিবা ৱারীমচাগী লাইরিক *ঈপাক* তা য়াওরিবা লাইরিকী মিংথোল ওইরিবা 'ঈপাক' হায়বা ৱারীমচা অসিনি। হায়রিবা ৱারীমচা অসিদসু তোপ-তোপ্পা নুপীগী অনৌবা শক্তম অমা য়েক্লি। মদুদি, খাঙবা কনবা, পুক্নীং থাবনা চেৎপা, নীংখিবদুদগী হোংদোক্তবা ঙম্বা য়াম্না মনু কনবা, উপায় অমত্তনসু য়েক্না ঙমদ্রবা নুপী অমগী শক্তমনি।

ৱারীমচা অসি মণিপুরগী থাংমদা বেকগ্রাউন্দ ওইনা শাগৎলবসু য়েক্লিবা চরিত্র অসিদি নীংতম্বগী লানথৌদা থবক অমগা য়েক্নমনা খোঙজেল চেংনা লেপ্লিবী মৈতৈ নুপী অমগী শক্তমনি। ৱারী অসিদা মরু ওইবা চরিত্র ওইরিবা নুপী অসি ঈশিংগী নম্বীদা লোনা চৎলাক্লগী ভারতকী প্রজাশোন লাম্নীগী মীওইনা ফাবনি। য়েক্নবনা ফারবী নুপী অসি ওৎপা য়াবা, লৈরা য়াম্না নৈদুনা থবায়দমক খাক্লফাওবদা মহাকী পুক্নীংদা নৌরিবা অরোনবা লম্না লংজিনশিং অদু মরিক অমফাও হায়দোক্তবা ঙমখি। লোন কাউনাদুনা খুমদ্রিব্রা হায়দুনা মণিপুরদগী মক্মদুদা ডাক্তর ওইনা লৈবা প্রেমকুমার শর্মা কৌবা কেপ্তেন অমা থাদুনা হংহনখি, অদুবু লোন খঙনবদি ওইরমদে। মসনা ফু-চৈদুনা হংলবসু নুপী অসিগী মচিন্দগী নীংতম্বা হায়বা থাহৈসি লাক্না পাউখুম অমত্তা ফংখিদে। শাখিনা ওং নৈরিবা অসিদগী নাহোরকপগী মমি উদ্রবদা মথন্তা লোইশিনগে হোৎনৈ। করিগুম্বা অমত্তসু জানা খাঙই, কাপন্সু কাপহন্দে শিবনা ফৈ খল্লি। শক্তম অদুমক অইবনা অসুম্না উবনি:

ঐ চারোই কাপসু কাপকনু কান্নরোই। নাম্থোকপা য়াবগী ৱা লৈত্রবনিনা ঐ লোইশিঙ্গরগে লেপ্লে। নখোয়না ঐঙোন্দগী করি অমত্তসু খঙবা ঙম্মোই। মখোয়গী লোন ঐ লোইনা খঙই। তাক্লোই হায়দনা তাক্তবনি। মখোয়না ওৎপা য়াবা পূন্নমক ওৎলবনি। হায়দোক্লবনি। হায়দোক্লোই। ইপ্পানা হংগদবা খরা হংলম্মো অদুগা চৎপ্রো। খুম্বা য়াবা খুম্নিংবা খরদি খুমগনি। খুম্মরোই খল্লবা হংলক্লগদি কান্নরোই। পূন্নমক খাঙলক্লবনি। মখোয়না হাৎপা ঙাইবনি। ঙাইররোই। [৫১]

অসুম্না নুপী অমগী পূক্লুংদা লৈরিবা অরোনবা ৱাফমশিং অদু হায়দোক্ল বগীদমক, মী অমনা খাঙবা ঙম্বগী ঙমখৈ লান্না ওৎ নৈদুনা মচিন হংলবসু অদুমক লোত্তুনা থম্বা, হায়দোক্লরোই খন্না হায়দোক্তবা ঙম্বী নুপী অমগী শক্তম অইবনা শাগৎলি। মৈতৈ পাখং অসিনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎকী ৱাফমগী মতাংদা ৱা হংলুবদা হায়রকখি:

পাখং অদুদি হংদ্রবসু য়ারবনি তাক্ত্রবসু য়ারে খল্লি। ঐবু ফারকপা নুমীৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা লেপ্লা নত্রে। চেৎনা লেঙ ওৎপা. য়াদবমখৈ পুল্লিবসি মতাং অদুগীতনি। ঐবু ফাবা নুমীত্তা তূম্নবা নত্রগা ৱাম্থনবা হিদাক কাপখিবদুগী মরম কোন্ননা খঙলকপনি। ... ঐগী হকচাং মখোয়গী দিল্লরগী শোয়বা লৈত্রবা মখেল অমনি।[৫২]

হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা আর্ম কনফ্লিক্টকী ৱাথোক অসিগা মান্নে হায়না লৌবা য়াই। নুপীগী ইজ্জৎ খোঙ্গোয়নবীবা অমদি মসিদগী থোরকপা নুপীগী হক কন্নবগী মখল কয়াগী ঈহৌ তোয়না লমদমসিদা থোক্লিবনি। মতৌ অসুম্না ওৎ নৈবা অসিদগী ওইরিবা নুপীগী ফীভম, খারকপা নুপীগী লিংজেল অমদি কনশিনখ্রবা থম্মোয়গী মশক্তু চরিত্র অসিনা উৎপনি। চঙশিল্লুরবা লম্বী অদুদি নীংহন্নবা লৈতনা পম্বুং তান্না চৎপা ঙম্বগী থৌনা অমা অইবনা চরিত্র অসিদা হাপ্পি। অইবগী অপাম্বা ৱাখল্লোননি।

ৱারী অসিদা থৱায়খক্তা খাকপীরবা নুপী অসিনা অমুক হিংনিংবগী আশা লৈতে। অসিগুমবা খাঙঙমদ্রবা মীওৎ মীনৈ অসিগী মরক্তা হিংগদবগী শরুক থৱায় থাদোকপনা হেন্না ফৈ হায়না চপ চাবা মশাগী ফীরেপ অমা

---

৫১ এলাংবম দীনমনি. *ঈপাক* ২০০০, য়ুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, দিনেশ্বর এলাংবম অমদি কারতার এলাংবম. শাংজমৈ, লা: ১১।

৫২ *ঈবিদ*, লা: ৫০।

লৌবা ঙম্বা নুপী অমগী শক্তমনি। মহাক্কী অপাম্বসিং ডাক্তর পাখং অদুদা হায়জে, অদুবু ডাক্তর অমগী মথৌদি পুন্সি মাঙহনবা নত্তে, লায়েংদুনা হিংহনবনা মহাক্কী মথৌনি হায়না ডাক্তর অদুনা শিনবা হিদাক্তি কাপ্পা ঙম্মোই হায়না য়ানিংদবা উৎপদা নুপীসিনা অসুম্না হায়রকই :

> হিংবদা কান্নরোইদবী অমদদি মদুগী অর্থ থিরুবা চুমদ্রে। ঐ হিংলরোইদবা ফীভম অমদা লৈরবনি। শিবগা হিংবগা চপ মান্নবা লৌরবনি। ঐনা চেকশিনবা অমত্তা লৈত্রবনি।[৫৩]

অসুম্না অইবনা ৱারীমচা অসিদা চরিত্র নুপীসিবু অখাঙকনবগী থৌনা লিংজেল মতিক চানা হাপ্পুনা নুপীশিংবু মতাং মতম চানা থৌনা ফগদবনি, কিসু কিরোইদবনি হায়না পাউজেল অমা পীনিংবগী ৱাখল্লোন উবা ফংই। পাঙ্গল শোনবীনি হায়না য়েংনরিবা মিৎয়েং অদুদগী লাপথোকহন্দুনা নুপী ওইবীশিংবু থৌনা হাপ্পনি। নুপীশিংবু অইবনা তু শোন্না মীখা পোন্না হিংহনবা পামদে। ফংফম থোকপা হক ফংহন্দুনা নীংতম্বা থৌনা ৱাৎতনা হিংহন্নিংই।

এলাংবম দীনমনিগী ৱারীমচাগী চেম্বরক্লিবা ঈচেল অসিগী মনুংদা য়াওরিবা নুপীগী মশকশিং অসি অঙনবা শরুক্কী ৱারীমচাদা য়েক্লিবা চরিত্রশিংগা অথেঙবদা ফোঙলকপা ৱারীমচাদা য়েকপা চরিত্রশিংগা খেন্নবা খরা উবা ফংই। অহানবা ওইনা ফোঙখিবা ৱারীমচাগী লাইরিক *থক্লবী* দা য়াওবা 'থক্লবী', অনীশুবা ওইনা ফোঙবা *মোরাম্বী অঙাওবী* গী 'ৱানোম্বা', 'মোরাম্বী অঙাওবী' নচিংবা অমসুং অহুমশুবা ফোঙবা *তিংখংলৈ* দা য়াওরিবা ৱারীমচা হায়বদি, 'তিংখংলৈ' অমসুং 'চহিসিগী মনা' হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিদা উৎলিবা নুপীগী মশক্তি চৈনা অমদি চৈথেং ফংহৌরবী ঙাক্তনি। নুপা ওইবশিংনা তুহৎপীরবী অমদি মীয়ামগী হম্থবা মীৎয়েংনা লৈতাফম খঙদবী অমসুং লায়রবগী চৈথেং, সমাজগী অমোৎপা শেঞ্জা-থুমজা কয়ানা অসিগুম্বা সমাজদা হিংলিবা নুপী খরদা পীরিবা চৈথেংনি। অইবনা য়েক্লিবা চরিত্রশিং অসিনা ফংহৌরিবা চৈথেং অমদি চাক্তুনা লৈহৌরিবা মৈচাক পুম্নমক্তু খাঙহল্লি। ৱারীমচাশিং অসিদা করিগুম্বা সমাজগী চৎনবীগী মথক্তা ৱাকৎপা অমদি প্রোটেষ্ট তৌবগী ৱাফম য়াওদে।

---

৫৩ *ইবিদ,* লা: ৫১।

অদুনা য়ামরিবা অতনবা মতম অসিগী মতুংদা ফোঙলকপা বারীমচা কয়াদা য়াওরিবা নুপীগী মসকনিংগী মমাঙগী বারীমচাশিংদা য়াওরিবা নুপীগী মমাঙলুনা কয়াদি য়েনবরক্লে। মদুদি- *পিজ্জেল অমা কুন্দাম্লৈ অমা* গী লাইরিকী মিংথোলদা ওইরিবা বারীমচা অমদি 'খাগিগী মঙাল' মসিগী মথংদা ফোঙবা বারীমচাগী লাইরিক *ইমৈসুনি তৌরসুনি হক্ হক্* দা য়াওবা 'ইদু নিংথৌ ইপাম চৈম চুরেবো', *মন্ত্র মন্ত্র অন্যগী* লাইরিক্তা য়াওরিবা 'কুফেৎ কাফেৎপা বন্ধ' অমসুং কেরো মখোঙদা *সার্টিফিকেট* ওগী 'য়েক্রবা' নচিংবা বারীমচাশিংদা য়াওরিবা নুপীগী মশাক অসিনদি মশানা শাদবা য়ানীংদবা, অরানবা পুন্না ফোঙদোকচবা ওত্নবী শাদনা থৌনা য়াঙনা অইবনা য়েকলকই। নুপীবু য়াম্না হন্থবা থাক্তা থম্লীবা, নুপা অমদি সমাজনা ওং নৈবগী চৈনা খাঙলম্বদু অনৌবা চরিত্রশিং অসিনা ত্রুমিনা নৈশিনবা ওত্রক্লে, খাঙদুনা লৈবগী মহুত্তা ফত্তবা চংনবীনি, অরানবা নম্বীনি য়ানিংদে হায়না চেংথোরক্লে। নুপানা শেমজবা নুপানা চাউবা মতম্অসিগী সমাজগী মনুন্দা শেল্লিবা চংনবী কয়াবু প্রোটেষ্ট তৌবগী মশক য়েৎনরকই। শোন্দবা বাকং কয়াসু থাজংপা ওন্না নুপীগী চরিত্র য়েক্তুনা অইবনা নুপীশিংবু অনৌবা শাজনা হাপ্লিরি। অদুমকপু য়াম্না খোঞ্জেল খোল্লাউমক্তি ওইদ্রি।

অইবনা য়েক্লিবা চরিত্রশিং অসি সমাজ অসিদা থোক্লিবা থৌদোক অমদি থোকপসু য়ারিবা থৌদোক বাখোক্তগী ওইরকপা সমস্যা অমমমগা লোয়নননা চংশিনহল্লি॥ মরুওইনা নুপানা খুল্লিংদুনা পানবা সমাজ অমগী চাউথোকনুংদা হিংলিবা নুপী ওইবীশিংগী পুন্সিদা থেংনরিবা অরাবগী চৈথেং, কোকমাঙ্গো থোকলিবা লূন্নবা পোৎলুম, নুপা অমদি সমাজনা পীরকপা চৈথেংনা নৈথা ত্রাহন্নবা অসিনচিংবা উৎলি। অসিদসু নত্তনা ফাওরিবা অমদি পুন্সীংদা খন্নরা য়াবা বাকমশিংবু উৎনবা হোৎনৈ। অইবনা সাইকোলোজিকেলগী ওইবা মিংয়েন্দগী মীওইবগী মরুওইনা নুপীগী নুংগী ওইবা মহৌশাগী লীচং থম্মোয়গী মশাকসু ময়েক শেংনা উৎপদা, বারীমচাশিং অসিদা য়েক্লিবা নুপী চরিত্রশিং অসিনা চাউরবা থৌদাং লৌরি। মসিদা পল্লিবা নুপীগী চরিত্রশিং অসি বাকং অমমমসু পুরি। বাকংশিং অসি মপানথোক্না খোঞ্জেল থোকপদি য়ামদে, নুংদা ওমচাক্লনা কুমদুনা নৈরিবা অমদি মকা ফোংবা ঙমদনা লৈবা নীংঙমদবা বাকংনা অয়াম্বনি।

অসিগুম্বা সমস্যা অমমম ইরোয়নদুনা লেপলিবা চরিত্রশিং অসি অইবনা উরুবা ভারুবা, নংত্রগা থেংনরুবা হায়বদি হকথেংনবা নংত্রগা

নাকোয়নবা পুন্সিগী এক্সপরিয়েন্সতগী লৌরগা অইবগী কল্পনাগী মতেংনা শেম শাদুনা পুথোকপনি। তশেংবা তাইবঙদা থোক্লিবা থৌদোক অমদি সমাজ অসিগী ওইরিবা ফীভম অসিগা অইবনা শাগৎলিবা চরিত্রশিং অসিগা চুননা থোকই। মায়কৈ কয়াদগী পীরকপা কল্লবা শাফুনা চৈনা চৈথেং নংহল্লবা নুপী ওইবীশিংবু মীনুংশি উৎপনি লোয়ননা তোপ-তোপ্পা চরিত্র কয়া য়েক্লুনা পাঙ্গল থৌনাসু হাপ্লনি অমসুং নুপীবু থাক অমদা থম্মিংবগী অপাম্বদু ফোঙদোকপনি।

শম্মা হায়রবদা নুপী অমদা ওইহন্নিংবা, ওইহন্নিংদবা মওং মতৌদু চরিত্র মখল মখল শেমদুনা তাকই। অমদি সমাজ মীয়াম্মা নুপীদা য়েংলিবা মীৎয়েংদা অমসুং লেপ্লিবা নুপীগী মমলদা কা হেনবা, হস্থনা য়েংবীবা য়াওরক্লিবসিবু চরিত্রশিং অসিগী মতেংনা অইবনা য়ানিংদবা উৎলি।

দীনমনিগী মীৎয়েং অমসুং ফাগীগী মশক:

এলাংবম দীনমনি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবা অমা ওইনা মহাক্কী মীৎয়েং য়াম্না থোঁই। মীওইবা জাতিগী পীক্লবা সমস্যা অমদগী হৌরগা সমাজগী চাউরবা অরুবা সমস্যা ফাওবা অইবগী মীৎয়েংনা উবা ঙম্মী। হায়রিবা মীওইবগী অমদি সমাজগী অপীকপদগী অচৌবা ফাওবগী সমস্যাশিং অসি অইবনা ইচম চম্না উরুবা খক্তা নত্তে। সমস্যাশিং অসিগী মরুওইবা হৌরকফম, মসিগী মশক অমদি করি পাম্বৈ শীজিন্নরগা সমস্যাশিং অসি কোকহনবা ঙমগদগে হায়বদুসু অইবগী মীৎয়েংনা লম্বী অমা থিবগুম উই।

মীওইবগী মশাগী ওইবা লমচৎ-শাজৎ, মী অমগা মী অমগা লৈনবা মরী, ইমুং অমগী মীওইশিং, মখোয় মশেল লৈনবা মরী, নুপা নুপীগী ওইবা থম্মোয়গী মরী, মপাম্মোংগী মরী, মমা মপাগা মচা ওইবশিংগা লৈনবা মরী, মচীন মনাও, মৌ মশেল য়েংশিন্নবা, মনেমগা মমৌগা য়েংথিনবা, শেল পায়বগা পায়দবগা, য়ূমথংনবা কৈরোই লৈকাইগা অমদি সমাজগা করম্বা মরী লৈনরিবগে হায়বনচিংবা মীওইবগী নুংগী অমসুং মপাম্মোংগী মরীদা লৈরিবা ঋাখল্লোন, হৌন লোনচৎ, অফ-ফত্ত পুল্লবা লীচৎশিংবু অইবগী মীৎয়েংদগী ময়েক শেংনা উরি। অসিদসু নত্তনা নুপানা পানবা মণিপুরী সমাজদা মীওৎ মীনৈদগী ফংবা চৈনা চৈথেংনা লৈখা তাহল্লবা অমদি মচোই-

মচোই তাহল্লবা অৱাবতনা শরুক ওইরবী নুপী কয়াগী পুন্সিবুসু অইবগী মীৎয়েংনা মনুং হুঞ্জিন্না উবা ঙমলি। দীনমনিগী মীৎয়েং অসি পাক চাউই। মীওইবা জাতিগী ওইনা কুপথনা হায়রবদা অঙাং অমগী মহৌশাগী মওং মতৌ, ইনখৎলকপা নহাগী, মপুঙ ফারবা নুপা অমগী, অহল অমগী লীচৎ শাজৎ, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ খনবা ৱাখল, মীৎয়েং অমসুং নুপীগী লৈশারিঙৈগী, মৌ নহাগী, মমা ওইবীগী, মনেম অমগী হৌন লোনচৎ, ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙ, তৌথোরকপা থবক থৌওং অমদি ৱাখল মীৎয়েং থম্মোয়গী মশক অমদি পূম্নমসিগা সমাজগা লৈনবা মরী, অরোৎ-অফোঙ অসিনচিংবা পূম্বসু অইবনা মনুং হুৎনা উবা ঙম্বগা লোয়ননা সাহিত্যদা শাদোং ওইরগা উৎথোরকই। অসিদসু নত্তনা সরকার পায়রিবা লৈঙাক মপু ওইবশিংগী, অচৌ-অশাং, ফম্নাইবশিংগী অশোয়বা অরানবা, অরোনবা ফত্তবশিং, মশাগী ওইজবতা খনবা থৌওং কয়ানচিংবশিংসু অইবগী মীৎয়েংনা উরি। অচাউরম পাম্বা, ৱাচৎ ৱানোম্বগী শেল চানিংবা, মীচম প্রজাগী ঈ চূপ্পা থৌওং অসিনচিংবা অমদি লৈরিবা সরকারগী তোঙান-তোঙানবা লোইশঙশিংদা কর্ম্মচারিশিংগী মথৌ মশক খঙদবা শক্তম, মতমগী মমল মাঙহনবা, থবক মচা অমগীসু শেল ফংদ্রবদি থবক অমত্তা তৌনিংদবনচিংবা মীওইবগী ফৎত্রবা হৈনবীশিং ময়েক শেংনা অইবনা উবা ঙমলি।

অসুম্না এলাংবম দীনমনিনা য়েংলিবা মীৎয়েংশিং অসি ইচম চম্না য়েংবা মীৎয়েং নত্তবনা অইবনা উরিবা মখল কয়াগী সমস্যাশিং, মীওইবগী অৱা-নুংঙাই পুন্সিগী মশক সাইকোলোজিকেল্লি চুমদুনা লৈরবা মীওইবগী নুংগী অমদি পানগী লীচৎ শাজৎ কয়াদুবু সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা লমদা, ফাগীনা মপুঙ ফারবা অমদি মতীক চারবা পাম্বে নৎত্রগা খূৎলাই অমা ওইনা শীজিন্নদুনা উৎথোক্লবা, ফোঙদোক্লবা হোৎনরকই। ফাগী অমসুং করেম্নবগী খূৎই অসি অইবগী পাম্না শীজিন্নবা খূৎলাম্থোক অমনি। অইবা অসিনা হায়রিবা খূৎই মফোঙদোক অসি হক্কা লৌবগা লোয়ননা অইবা মশাগী মীৎয়েংদা ফাগীগী মফম য়াম্না ৱাংনা থম্মী। মীওইবনা হিংলিবা পুন্সিদা অমদি সাহিত্যদা ফাগীগী চাউরবা থৌদাং লৈ হায়বসি অইবনা চেৎনা থাজে। সেরিয়স ওইবা ৱাফম কয়াবুসু সাহিত্যদা ফাগীগী মতেংনা লায়না ফোঙদোক্নুনা অচুম অরানগী ৱাখল খলহনবগী, মীওইবা অমদি সমাজগী অমোৎপা শেংদোক্লবগী য়াম্না মতীক চারবা খূৎলাই অমা ওইনা শীজিন্নবা

হায়বসি অইবগী অপাম্বা খূৎইগী মফোঙদোক্লি। ৱাফমসিমক অইবগী ৱাহৈদা অসুম্না ফোঙদোকই :

> ফগী ঙাইহাক নোক্লবা পোখানবা অয়াংবা মচল ওইবতা নত্তে অচুম্বা অমদি অশেংবা ফোঙদোক্লবা হক্লবা খূৎলাই অমসুনি। ফগী অবা, তাথোকপা ফগী ফারাং, ফগী জ্গাই অসিদি ফগী মখল ওইরবসু মখোয় অসিদি অয়াংবনি নক্লগা মখোয়সিগী ফল অসি য়াম্না হেন্না কান্নরবা লুম লুম লাউরবা হায়বদু ওইদে। অদুনা সাহিত্যদা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নবা করেম্নবা অমদি লক্লবা ঈরোয়নরবা ফগীদি চাউরবা অখন্নরবা পাম্নে, হায়বদি শৈলী অমনি; অচম্বা নত্তে ময়াক লৈত্রবা শৈলীনি।[৫৪]

অসুম্না অইবগী পামজবা অমদি থাজবগী মতুং-ইন্না অইবগী মীৎয়েংনা উরিবশিং অসি ফাগীনা মরুওইবা পাম্বে ওইনা শীজিন্নদুনা সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা লমশিং খূদম ওইনা ৱারীমচা, ড্রামা, শৈরেংনচিংবদা অইবগী তোপ-তোপ্পা ৱাখল মীৎয়েং অমগা লোয়ননা উরুবা থেংনরুবা সমস্যাশিং অদু মীয়ামদা লাম্থোক্তুনা খুদোল তৌবীরকই।

সুপ্নগী নোক্লবা অমসুং নুংঙাইনবা পান্দমগীদমক ফাগীবু অফবা খূৎলাই ওইনা শীজিন্নবদা নত্তনা য়াম্না সেরিয়স ওইবা মতাংদসু মসিগী চাউরবা থৌদাং লৈ হায়বসি অইবগী অচেৎপা মতনি। অইবগী অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসি মহাক্কী ৱারীমচাশিংদা চাংয়েং ওইনা শীজিন্নরকই। অইবগী ৱারীমচা অয়াম্বা মী অমসুং সমাজগী অশোয়বদা মপূঙ ওইনা খূৎ থাই। ৱারীগী থৌদোকশিং অমসুং চরিত্রশিং শাগৎলকপদা মরুওইবা অশোয়বা মতাংশিংবু উৎনবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা অরানবশিংবু ফোঙদোকপদা অইবনা খোয়দানা শীজিন্নরিবা ষ্টাইল অমসুং টেক্নিক্তি ফাগী অমসুং করেম্নবা মওংগী খূৎলাম্থোক অসিনি। অশোয়বশিংদু তথি তথি হায়দুনা চৈবগী মহুত্তা নাকোয়ননা মচেক্না য়েদুনা ফাগী চেনবা ৱাহৈ লোন্দা শীজিন্নদুনা ঈংনা হায়রগা নোকহনবগা লোয়ননা ভাব তাহন্নবা হোৎনৈ। অইবগী ৱারীমচাশিংদা মতাং মতমগী মতুংইন্না অচম্বা ফাগী শীজিন্নবা য়াওরবসু মপূঙ ওইবদি শাফূ অমা পীবা ঙম্বা, মগুণ লৈবা, অরুবা মখলগী ফাগীনি। ৱিট অমদি সেন্স ওফ হ্যুমরগী খূৎইসিনা খ্বাইদগী চাং য়াম্না উবা

৫৪ এলাংবম দীনমনি, *মণিপুরী অমদি মণিপুরী: ৱাখল মতেক মতেক*, ১৯৯৬ (পুস্তি অমদি সাহিত্যদা ফাগীগী মফম), ইবেহায়বী, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ১।

ফংই। ফাগী পুবা ৱাঙাঙ অমদি লোন্দা পুদানা অপাবশিংবু নোকহল্লি, করেম্নবনি হায়বদু ঙাইহাক কাউহল্লি অদুগা নোকপা হম্মরকপদা অশেংবা অরুবা সমস্যাশিংদু অপাবশিংদা উহনবগা লোয়ননা ৱাখল খম্বহল্লি।

অইবগী মীৎয়েংগা লোয়নবা ফাগী অমদি করেম্নবগী খুৎইদা য়ুম্ফম ওইদুনা ফোঙদোকপা মফোঙদোক্কী মওংশিং অসি অইবগী অতৈ সাহিত্যগী মচলশিংদা উবা ফংলবসু মতাং অসিদদি ৱারীমচাশিংগী লাইরিক্তগী মরী লৈনবা ৱারীমচা খরা লৌখৎতুনা নৈনজরি। অইবগী ৱারীমচাশিংদা হাপ্লিবা ফাগীগী মশক অসি হীরম, ৱাঙাঙ, ৱাহৈ-ৱাতা অমদি খুৎলাম্বোক্তা য়াওহন্দুনা করেম্নবগী মশক অমগা ইরোয়নহল্লি।

দীনমনিগী অহানবা ফোঙবা *থরুবী* হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা ফাগীনা মপুঙ ওইবা অপাবশিংবু নোকহন্নবগীদমক মরুওইনা শাগৎপা ৱারীমচাশিংদি খ্বাইদগী চাউবা, কবি চঙবা, পিকনিক, ওম্বোকপা বর অমা, নোংমা, ঐগী রেডিও, নুংশি চিঠি , মমা মচা , মহা লেখক্লা থাবা কোবী,' ইতাওনা শাবিবা ফৌগুখোং নচিংবনি। ৱারীমচাশিং অসিগী থৌদোক, ৱাঙাঙ অমদি অশোয়বা দৃশ্যশিং অসিগী মফোঙদোক্তা নোকনিংগদবা মচাক কয়া হাপ্তুনা নোকহনবা অমদি নুংঙাইহনবনা ৱারীমচাশিং অসিগী মরুওইবা পান্দম ওইহল্লি।

'খ্বাইদগী চাউবা' হায়বা ৱারীমচাসি মহাভারত্তা য়াওবা অপীকপা ৱারী অমবু অইবগী মশাগী ওইবা খুৎই অমদা পুথোরকপনি। মনুংগী মচাক্তি কায়হন্দনা থন্নগা মতমগা চান্ননা শেমদুনা অনৌবা মশক অমদা লাম্বোরকই। ৱারীদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর লাই অহুম্বু করম্বনা খ্বাইদগী চাউবগে হায়বগী চাংয়েং তৌরকপা মতাংগীনি। ভৃগুগী মওং মতৌ থারকপদা ফাগীগী মহাও অমা অপাবশিংদা ফংহল্লি,মদুদি :

> 'মহাপাপী লৈরম্মু'- হায়দুনা ফুক হৌগৎলগা মনাক্তা য়ুংলিবা ত্রিসুল কা পায়বা নংদে, দুন্দুভীনে করিনে, চরিকনে চরাংনে ত্রোং ত্রোং ত্রোং, ট্রিক ট্রাক, ট্রিক ট্রাক তান্নরকলে। ভৃগুসু মথা লোংলদুনা চেল্লি খরা তান্নরন্নগা হুমাং অনপ্পি তৈথোক তৈথোক্তুনা মহাদেব মচিন্দ মুরুম মুরুম শোন্নদুনা হলহৌরে।[৫৫]

৫৫ এলাংবম দীনমনি সিংহ, *থরুবী*, ১৯৭০, টি. গোগোনচন্দ্র সিংহ, সেগা লম্বী, ইম্ফাল, লা: ২১।

অসুম্না চরিত্র অমদি থৌদোক য়েকপদা চান-চানবা ৱাহে শীজিন্নদুনা উহল্লীংবা শক্তম অদু অপাবশিংদা উহনবা ঙম্মি।

'কবি চঙবা' ৱারীমচা অসিদা নৌনা কবি ওইরকপা লৌরেম অমুক্তাও কৌবা নুপা অমনা কল্পনাদা হেঞ্জিন্না লূপশিল্লুবগী মতৌ উৎলি। মাহৈবী চঙবগী মতৌশুম নিংথৌকাবা নুমিৎ অমগী অয়ুক য়াহৌরকপদা কবি চঙলম্লে হায়না নোক্লিংবা ৱাহে শীজিন্নদুনা লাম্থোরকই। অপাবশিংদা ময়েক শেংনা ফাওহনবা ঙম্বা পাউদম অমগা লোয়ননা থারিবা মীশক মীওং অমদি ফীভম্বু অপাবগী মীৎয়েংদা থোকহন্দুনা নোকহনবা ঙম্মী। কা হেঞ্জিন্না মতৌ অদুনা মশাগী মগুণবু মাঙহঞ্জবগী অশোয়বদু তাক্লি। 'পিকনিক' হায়বা ৱারীমচা অসিদা পিকনিক পার্টি অমদা নহাশিংগী পোমিৎ য়াৎতনা হাথু হাথু তৌবা থবক্কী অশোয়বা উৎলি। পিকনিক মফমদা থোংবা চাক্তা চহী কয়া উপ্লগী শেগায়রবা নমথিরবা খোঙ মোজা য়াওরম্বগী থৌদোক অমা অইবনা শাগৎলি। ওইথোক্ল রোইদবা ৱাবু অইবগী অঙকপা ৱাহৈগী শক্তিনা অপাবশিংবু নোকহল্লি, মদুদি :

> চফু কায়রবা অদুদদি কাক হেক্তা ইল্লি, হরাওনবদি উদে। তৌদবদি য়াদবনিনা ইতৌ হেক তৌনিংদনা পেহৌ পেহৌ ময়াম চঙদুনা খুনমিন্নরে। অমদি মাগী নুপা কাদা য়েৎপদু মঙাই শাউরিবা। মনাক্তোন অদু ঐখোয় থরাংনা গাড়ী থৌজিনবা চনগদবত নত্তে, ড্রিল মাল গাড়ী অমসু থৈনবা, ড্রাইভর অদুনা হৈরবদি খুৎয়াং হোংহন্দনা থৈনবা য়াগনি।[৫৬]

'নোংমা' হায়বা ৱারীমচাসি নুপা অমনা লম্বীদা নুপী অহম্মখক থেংনদুনা অকনবা শাদুনা অচৌবা ত্রঙ্ক অমা থাংগে হোৎনরুরগা ত্রঙ্কতু লুম্মনখিবনা থাংবা ঙমদবদগী ইকায়বা খাঙবগী ৱারীনি। নুপী মমাঙদা পাম্বোম তিংলুরগা ইকায় খাঙবা নুপাদুগী মতৌবু অইবগী ৱাহৈদা অসুম্না ফোঙদোক্লি :

> করিবু হাপ্লনো মহা লাংবাইবীশিং 'সিবো! নুঙ ঙাক্তা হাপ্লবজাংলা লুমখরেদকো! চাউনা চাউরিবা? পুঙয়েবা ওজা অদুবু হাপ্লবরা কৈনো, থাজরক্তুদুনা 'পুঙয়েবা ওঝা ওঝা হো ওঝা' কৌদুনা য়েংই। য়াওদ্রে পুরগে। নোংসু য়ৌরক্লে। নুপামচানবু হে-রা! হায়দুনা হাপকে হায়দুনা পায়রগা মুকপবু ইমাই! হৌগৎপা ঙমদে। লেঙবান্না পৈথরগা চেল্লপ

---

৫৬ *ইবিদ*, লা: ৪৩-৪৪।

হন্না হন্না মুকপবু হায়েংনা খোংনাং লাইওইরবা অমা ব্বাইথোক্কে তৌবসি মঙাইদ্রে। নোংসু কনশিল্লক্কে করমনো। ঐ ঙসি চোঙ্গেদো! চোঙ্গে।"[৫৭]

নুপী মমাঙদা অকনবা শারুবা নুপা অমগী দশা তারবা ইকায়বা নংলবা, নোকনিংবা থৌদোক অমবু অইবগী হৈশিংবা খূৎইনা পুথোকপনি।

'নুংশি চিঠি পরেং' হায়বা ব্বারীমচাদা চিঠি হন্দোক-হঞ্জিন মওংদা ইরিবা ব্বাহে ব্বাতা অমদি ব্বারী ব্বাতাই অদুগী পাউদম অদুনা অপাবশিংদা নোক্লিংবা পোকহল্লি। মপাম্বোংদা নোক্লিংবা পোকহল্লিবসিগী মরুমদা নুংগী শক্তম অমদি উৎনবা হোৎনরি। মীওইবা হায়বসিনা মপাম্বোংগী ওইবা শক-চু, ফীজেৎ-লৈতেং, অরং-অরাক কয়ানা উবা ঙমদ্রবা ফত্তবা কয়া ফুমজিল্লগা অফবা শানবা হোৎনরিবা মীওইবগী লীচৎপু উৎলি। অদুনা লোৎশিন্নবদগী থোক্লকপা য়াবা সমস্যাশিং অদুগী কন্ননবা নুপা নুপীগী যূম্বান পুন্সিদা থাজবা মাঙনদনবা অমনা অমদা অশেংবা হায়দোক্লবা, পুকচেল শেংনবা তঙাইফদে হায়বদুসু তাকলি।

এলাংবম দীনমনিগী ব্বারীমচাগী লাইরিক *থকবী* গী মতুংদা ফোঙলকপা ব্বারীমচাগী লাইরিকশিংদসু অইবগী মীৎয়েংদগী উরিবা তোঙান-তোঙানবা অপীকপা অমদি অচৌবা সমস্যা কয়া অদু ফাগী অমসুং করেম্নবগী খূৎইদা ইদুনা ফোঙদোরকই। অসিগুম্বা মখলগী ব্বারীমচাশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা খরদি- *মোরাম্বী অঙাওবী* দগী 'শম্বল' ; *তিংখংলৈ* দগী 'নুঙজাও', 'শিখ্রবা', 'তিঙ্গাকোক', 'থ্রু প্রোপর চেনেল', 'তোলেন কমিশন', *পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা* দগী 'হোটেল অমা মিতিং অনী গিলাস অহুম'; *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হড় হড়* দগী 'নোংথক খোংনাং', 'পেনশন', 'চুমথাঙ মখোঙ', 'থিঙেল দাম নাশিখোং অমদি','গাড়ী একসিদেন্ত'; *মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র* গী 'কমিশনগী কমিশনদা কমিশননা', 'মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র', 'ঐখোয় 'খুরা তোনগী ফেনাৎকা ব্বাশক্কা'*;* মসিদসু নত্তনা *লাইরেন মরীম্বোং, কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট, লাইকিশি, ঈপাক* তসু ফাগীদা যূম্ফম ওইদুনা ফোঙদোকনিংবা কয়া ফোঙদোকপা খূৎলাম্বোকশিং য়াওরি। হায়রিবশিং অসিদগী খূদম ওইনা খরদং লৌখৎতুনা পীজরি।

*মোরাম্বী অঙাওবী গী* 'শম্বল' হায়বা ব্বারীমচাসিদা মীওইবগী অপীকপা ব্বাখল অশোয়বা লীচৎ অমদি ব্বাখল থেনবদগী মথন্তা মগুণ হন্থহল্লবা শক্তম অদু দীনমনিনা নোক্লিংবা মওংদা ফাগী তৌদুনা উৎথোকই। মসিদা যূমথংনবা

৫৭ *ইবিদ*, লা: ৬৩-৬৪।

নুপী অনী চীন্দা-পাউদানদুনা খংনরম্বদগী খুং য়াওনরকপা শম ফোইনরকপা, য়ানফাও চীকপা, নুপা নুপাসু য়াওশিল্লকুনা খংনবা, শম্বল খানবা অসিগুম্বা ফজদবা মীচংশিংসি নোক্লিংবা ফাগীগা লোয়ননা উংলি। অসিগুম্বা য়েংথিনবা অহলশিংনা পীরিবা মপাম্বোংগী অথিংবা অপনবনা অঙাংগী অশেংবা থম্মোয়দদি থিংবা ঙমদে হায়বা উংলদুনা খংনবা হেক নোংঙানবগা মচা-মচাদি লোন্না শান্নমিন্নহল্লি।

*তিংখংলৈ* দা য়াওরিবা 'নুঙজাও' হায়বা ৱারীমচাসিদা, লমদমসিদা লৈরিবা মতমগী তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংগী অশোয়বা, অশোনবা শক্তমশিংবু নুংদা অর্থ ফুমদুনা চংপা ফাগীনা উংনবা হোংনৈ। লৈবাক্কী অরুবা সমস্যা অমবু মতম চানা কোকহন্নবা হোংনবগী মহুত্তা অমগা অমগা মরৈ তৌদুনা মত মান্নদবদগী ৱা লেপ্পা ঙমদবদগী হেন্না লুবা সমস্যা ওইরকপা ফীভমবু ৱারীমচাসিগী নুংদা ফুমদুনা উংলি। রাজনীতি তৌবশিংগী অশোয়বা, লাইরিক-লাইশু হৈরবশিংগী নামতা য়েংবা মীৎয়েং, মীচমগী খঙবা হৈবা ৱাৎপা, মশাগী তৌফম থোকপা মথৌবু থৌশাদবা কয়ানা থোকহল্লিবা চাউনা শোয়রবা শক্তমবু নাকোয়ননা হায়দুনা খন্থহল্লি। সিম্বোলিক ওইবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা নুংগী অর্থ ফুমদুনা থম্মী। ৱাহৈ খরনা অর্থ য়াম্না পুথোকপা য়াবা অইবগী মফোঙদোক অমদি ৱাহৈ ৱাতানা অপাবশিংদা নুংঙাইবা পীরি।

'য়োংচাক পাম্বী' দা লমসিগী ৱায়েলশঙগী অশোনবা পাঙদবা থৌওংবু করেম্নদুনা ইরি। অপীকপা কেশ মচা অমফাও মতম চানা লোইশিনবা ঙমদবা মওংদু ৱারীসিগী থৌদোক অমদা য়েক্তুনা উংনবা হোংনরি। য়োংচাক পাম্বী অমগী ৱাহৌদগী য়ুমলোন্নবা মচীন-মনাওগী লোইশিনবা ঙমদ্রবা কেশ অমা শুরোল ফংলবা ফাওবা কেশ তৌনবগী থৌদোক উংলি।

'শিগ্রবা' হায়বা ৱারীমচা অসিদা মতমসিগী মীশিংগী অরানবা ৱাখল মীৎয়েং অমদি অফবা অচুম্বগী মফম মাঙশিল্লকপা উংলি। অথোইবা মী অমগী মগুণবু মপাম্বোংগী ওইবা পোৎকী মমলনা লেপ্পা, দান তৌবা ঙম্বা লন য়াম্না লৈবা মীশিংনা চাউরবনি ফরবনি খনবা, লৈজদবা মীশিংবুনা অচুম্বা চংলবসু কনা অমত্তনা উবিদবা শিরবা তুংদসু থাগৎপীদবা, নুংশিনা শোন্নদবা তায়োন্নবা মীওইবগী ৱাখল্লোনসিবু অইবনা য়ানিংদবা উৎপগা লোয়ননা ৱারীমচাসিদা ফোঙদোক্লি। অইবগী মফোঙদোক্তা অরুবা ৱাফমবু অরায়বদা,

অশাউবসু শাউদবা মান্না, অচৌবা ৱাকৎসু অনৌবা শক্তোনদা নাকোয়ননা শক্তন্দুনা, তোপ-তোপ্পা শৃংলাম্লোক্তা লাম্লোরকই।

'তিঙাকোক' ৱারীমচাসিদা, মীওইবগী লন-থুম্মদা মীহৌবা, করম্বা শক্তম উৎনবা হোৎনৈ। লন থুম মীহৌনবদা শিরবা মপাগী হকচাংনা খাঙেনকমদা থাংদোক্তুনা লৈরিঙৈদা মচাশিংনা উংখৎনবগী শক্তম থারকই। মসিবু কোঙদোক্লবা লাক্লবদা অইবনা ফাগীদা যুম্ফম ওইরবা পাউদম্লিবা অসিনা থৌদোক্তু তশেং-তশেংনা থোকপগুম শঙ-শঙ উহনবা ঙম্মী। অপাম্বনা চৈবগী মহুত্তা নোক্লিংবা মওংদা পাউদম্লকই :

> য়াইমদু পীং লাউথ্রমান্নে. নঙনা পীদবদি ঙমগদ্রা হায়রম্মগা ফন চোংশিনখি। তাপ তাপ কোন্নে। মশা মউ হাইরপ মান্নে। অহানবদা মুন্নবগী মওং ওইনা তৌরম্বদগী মখুৎ চান্নবা হেক্তা থোক্লরে। য়াইমনা কৈফাদু লোংনা নমশিল্লগা থোঙজিন্দা মকোক অদু মশমদা পায়রগা ময়া ক্রক ক্রক চীক্তুনা ঙং ঙংদুনা শুখি। মচীনবান্দা ইখেঙ চেম্বরকপা উনবদা ময়াম্বা মনাও পুল্লপ হোৎচিন্দুনা শেক্তোক ফাক্তোক তৌনৈ। ময়াম মরক্তগী কৈফা শং নাম্লোক লিথোক্তুনা ইমুংদা হোৎচিনখি; ময়াম থোইনা খঙনহৌরমদবা য়াই; খুগ্রী লংত্রিক লংবা অমা পায়রগা লাউ খোংদনা অমুক চেম্বরকই। মচীন মনাওশিং শমজি খাইদুনা চেম্লোক্লে।[৫৮]

'প্রু প্রোপর চেনেল' হায়বা ৱারীমচাসিদা লমদমসিগী লৈঙাকলোয়শিংগী দায়িত্ব য়াওদবা থৌওংশিংবু করেম্নদুনা উৎলি। প্রজাগী ৱাকৎ কয়াসু তাবীদবা, মরম অমা নৎত্রেগা অমা হায়জিন্দুনা লৈথোক্লবা হোৎনরিবা মীওইশিংবু থীনা চৈবগী মহুত্তা নাকোয়ননা করেম্নরকই :

> মরি লৈনবা মিনিষ্ট্রিদা তোঙান-তোঙান্না থাগদবনি অমদা পুনশিনবা য়াদে।
>
> মখাদা তৌরম্মিবা সোইদি মশক খঙদে। চেনা অদু হাংদোক্তুনা য়েংউবদা মাগী চে অদু সোই ময়াম্না খজিক্ত ফাওবা হাঙবা লৈতনা, তগৎ-তগৎ তেক্লা লৈরম্মে। থোক খুমজিল্লগা কোইরুক য়েংঙমগুম তৌই। অদুগা চেথী চেকুম থাদনবা থুমোক অদুদা শংত্রিক য়েংখি।[৫৯]

---

৫৮ এলাংবম দীনমনি, *তিংবংলৈ*, ১৯৭৭, দিনেশ্বর, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা:১০৩।

৫৯ *ইবিদ*, ১০৯।

ব্রাকৎ কয়া তাবীনবা লৈত্রবদা প্রজাগী থম্মোয়বদা পেন্দবগা লোয়ননা চৈনিংবশিংদু ফোঙদোক্লি।

'তোলেন কমিসশন' হায়বা ব্রারীমচাসিদসু লৈবাক্কী অঙম-অথৌ, লৈঙাকলিবা লুচিংবশিং, সমাজ সেবা তৌরিবশিং লাইনীং লাইশোন্দা পুক্লীং লুপ্পবা মীশিং, নাং য়োকখৎতুনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবশিংগী মোরেল উৎনবা হোৎনরি। মরুওইনা মরৈবাক্কী সেবা তৌবগী মিংদা লৈঙাকলিবা ফম্নাইবশিংগী মোরেলবু য়ৌনা করেম্মবা উৎলি। লৈবাক্কী অরুবা সমস্যাশিংদগী মশাগী মরন্নাইগী পুক্লিবুনা হেন্না লুনা লৌবা, ময়ামগী সেবাগী নামাদা ভোট লেপ্পগা নুংদনা মরন্নাই নুংঙাইনবনি খনবা ইমুং-মনুং, মরী-মতাবু থবক হাপনবা হোৎনবা অসিনচিংবা কয়ানা শোকচিল্লক্লিবা লমদমসিগী চিংখৎপদা ব্রারগদবা ফীভম অসিবু অইবনা পুথোক্তুনা উৎলক্লি :

> কায়রে কায়রে ...। লোইনা শিরে ! ঐগী রিপোর্টতা? তোলেনগী রিপোর্ট? ... চুম্মী ! ঐ চৎলগে ...। ইচা, ঐগী নুপী শ্যামা, ইবেম্মা। ঐনা ... ...।
>
> নোংমতদা লৈবাক্কী তুরেল মরীমক তোঙান তোঙানবা মফম মঙাখক্তা কায়রে। নোংনা লেপ্পা লৈত্রি।
>
> - হা ! তোলেন কৈদৌরবা ?
> - কেনো'মা তৌথ্রে।[৬০]

মরৈবাকপু থম্মোয়শেংনা নুংশিদুনা য়াইফনবা খনবা মী লৈরক্তবনা হীরম পুন্নমক্তা অরুবা সমস্যা ওইরক্তুনা কাং খোং চাইবগী ফীভম অসিবু য়াম্না সিম্বোলিক ওইবা ব্রাহৈদা ফোঙদোক্লি।

*পিস্তোল অমা কুন্দাম্লে অমা* দা য়াওরিবা 'হোটেল অমা মিতিং অনী গিলাস অহুম' হায়বা ব্রারীমচাসি মতমসিগী নীশা থিংবগী খোঙজঙসিগা য়াম্না চাননা ইরকপা ব্রারীমচানি। মিংথোলসিগা থিমগসু চুশিন্নে। মপাম্ফোংদা মু থকপা য়ারোই, ফত্তবা নীশা থাদোক্কদবনি হায়না লাউরগা মনুংদা থিংলিবা মখোয়সু অদুম থকপা চাবদি লেপ্তবা অমুকসু নীশা থিংবগী পান্দমদা চত্থরিবা মীফম কয়া শিল লাংবগী অব্রা পোথানবদা য়ুনা লোইশিনবা, তৌরিবা থবকশিংদুগী মগুণ লৈহন্দবা, অরেম্বা তাবা থৌরাংদু অইবনা ফাগীরোমদা

---

৬০ *ইবিদ*, লা: ১৩০।

পুখোক্তুনা ৱারীমচাসিগী মিংথোলদগী হৌরগা করেম্নরি। হৌজিক্কী মতমসিদা থোক্লিবা ৱাথোকশিংগা মরী লৈনবা সমস্যানি।

*ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্* গী লাইরিক্তা য়াওরিবা 'নোংথক খোংনাং' ৱারীমচাসি লমদমসিগী মীওইশিংগী হৈনবী ওইনা চুপ্রবা তোকঙা হায়বসিগী মতাংদা ইবনি। করিসু লৈতবা ৱাফম অমবু অঙম-অথৌশিংগী শক্তিনা লৈবাক্কী অচৌবা ৱাথোক ওস্থোক্তুনা চীনঙ্খাং য়েনা শন্দোক্লনবা অমদি অসিগুম্বা থৌওংনা লৈবাক মীয়াম লাঙহনবা, অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা অকায়বা থোকহনববু নাকোয়ননা উৎলি মদুদি খোংনাংনা মথক্তা হৌবা ওইথোক্তে খঙনা খঙনা নোংথক্কী খোংনাং অমবু নিলাম লাওগনি হায়বা তোকঙানা মীয়ামবু থাজহন্দুনা লাঙহল্লি।

'পেনসন' হায়বা ৱারীমচাসিদা সরকারগী লৈরিবা লোইশঙশিংদা কর্ম্মচারীশিংনা মথৌ নীংথিনা তৌনিংদবা, শেল য়াওদ্রবদি ফাইল প্রোসেস তৌবিদবা, পেন্সন ফংলবা অহলশিংগী অৱাবা উবীদবা মতৌশিংদু উৎলি। মখোয়গী অশোয়বশিংবু অইবনা য়াম্না মতা চানা অহল অমগী ৱাঙাঙদা করেম্নবা ৱাহৈ ফুমদুনা ফোঙদোকহল্লি :

> খুরানা লাঞ্জরক্তবা শেংলবদি, নহোয়সে পেনসন লোইনা ফংবফাওবদদি
> থবক তৌবা অদুগা মতুংদা কুইনা তেক্ত কায়দনা চিংবা ওইয়ুকো।
> - খুরাবু খুরাবু ! ওইজগে।[৬১]

নাকোয়ননা হায়বা ৱাঙাঙনি। মশাদা থোক্লবা মতমদা খঙগদবনি হায়না মচেক্লা য়েনা ফোঙদোকপা খৃৎফোঙদোক্লি।

লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা 'ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্' হায়বা ৱারীমচাসিদা মন্ত্রি, ইঞ্জিনিয়ার অমদি থিকাদারশিংগী অঙকপা থৌওং কয়াবু ময়েক শেংনা উৎলি। লৈবাক্কী ওইবা থোং শাবগী স্কুলনচিংবা শেমজিনবগী মিংদা কায়থরিবা শেনফমশিংদু মখোয় মশেল য়েন্নবা অমদি কায়থোকপীবগী অৱামল ওইনা পীনবা হোৎনবদা নীংথিনা থবক তৌবগী মহুত্তা চেখক্তদা রিপোর্ট ফজহনবগী অমোৎপা হৈনবী অমদি মরী লৈনবা অচৌবশিংনসু খঙনা খঙনা কুপশিন্দুনা থম্বগী নমথাক্লা শোকচিল্লবা ফীভমদু উৎলি।

---

৬১ এলাংবম দীনমনি, *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ্ হঙ্ !*, ১৯৮৩, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ৫৬।

'থিঙেলদাম, নাশিখোং অমদি' হায়বা ৱারীমচাসিসু মথক্কী থিম অসিগা নকশিন্নবা ৱারীমচানি। মসিদা শাবা লোইবদা ঙায়রিবা শঙ্গাদ্রিবা দাম অমা নীংখায়বগী ৱাথোক অমমু ৱারীগী মরুওইবা মচাক ওইনা পুখৎলকই। কায়থরকপা শেনফম অদুদগী খরতনা হৈনা শাবনা কালিটি লৈতবা দাম ওইদুনা মাঙহল্লিবা কয়া অদু উৎপনি। অসিগুম্বা নমথাক্কী মীওইশিংবু মচেক্লা য়ৈরগা নাকোয়ননা করেম্নরকই :

বড় মন্ত্রীনা হায়রিবদুবু নাশিখোং হায়বরা থিঙেল দাম হায়বা ওইবিরবরা?

- হোজনে থিঙেল দাম হায়বনিনে
- হোয় ! নাশিখোংদি লৈতবা ! লৈতবা দাম অমা নীংখায় ....
- নীংখায়ববু লৈতবা নীংখায়গদ্রা ! হা ! অরৈবদু নীংখায়রে।

ঐনা হায়বদি নীংখায়নবা লৈহল্লিব্রাইবা ! লুপা ক্রোর ক্রোর অসিবু ফাগীরো! পায়খৎকদবা থৌরম কয়া থম্মগা অদোমগী মায়কৈনি হায়দনা য়াম্বিবা নৎত্রা! হৌজিক করি শারে শেনসু মাঙঙে থবকসু ওইদ্রে প্রজাসু মমা উরে। ঠিকা পীবদা মুন্না য়েংলগা পীবা য়াদ্রা! করি শারে। নে নে তৌবা থোক হৈবা কাঙবুদা মীৎ উইশিল্লগা শিন্নবিরুরৈনি।[৬২]

'চুমথাং মখোং' হায়বা ৱারীমচা অসিদা লমদমসিগী চৎনবী থৌরমনচিংবদা শেল কা হেন্না চঙহনবা, পোৎপাং পীনবদা শেল য়ামদ্রবদি ইকায়নরিবা, অচা-অথক্কী মতাংদসু অরেম্বদা হুন্দোকপা ঈশ্বরদা কৎলিনি হায়দুনা কা হেন্না মাঙহনবা অহেনবা চৎনবী কয়া হাপচিনবনচিংবা কয়াবু য়ানিংদবগা কোন্ননা চৎনবীসিনা তুংদা লৈবাক্কী মাঙনিংঙাই মচাক্লি হায়বদু উৎলি। ৱাহৈ ৱাতাদা ফাগী হাপ্পুনা সমাজগী ফত্তবা চৎনবীবু নাকোয়ননা ফোঙদোকলি।

'গাড়ী একসিদেন্ত' ৱারীমচা অসিদা, লমদমসিদা লৈরিবা ডিমোক্রেসিগী লৈঙাক পথাপ অসিগী অশোয়বা কয়াবু করেম্নবা উৎলি। মীয়াম্না মীয়ামগীদমক শেমজবা হায়বা ফজরবা ৱাখল্লোন চেনবা ডিমোক্রেসিগী লৈঙাকলোন অসিনা প্রজাশিংবু নুংঙাই য়াইফনা পালহনগনি হায়না আশা চাউনা থমলুরগা, লৈঙাক পথাপসিগী অশোয়বা অমদি লমদমসিগা চূশিন্নদবা মতৌসিনা প্রজাশিংগী নীংবা কায়নীংঙাই ওইরক্লিবা অসিদা অইবনা নুংনাংবা

---

৬২ *ইবিদ*, লা: ৯৬।

কোঙদোক্লি। রাজনীতিগী লুববা সমস্যা অসিবু ৱাহে ৱাতাদা ফাগী হাপ্তুনা পাউদম্বা অসিনা মকওইবা পান্দমনি। অইবগী খুৎফোঙদোক অসিসু অমুক য়েংবা য়াই:

অহানবদা ঙংঙকই হৌনা; নোংমদোন খোঙচৎকী খোঙহৌদা মীবৈবাক ঈবৈবাক্কী স্পেস সেন্তবশিংদা কমদৌনরম্বা য়াবা হায়বগী মনি তাবমগনি। গাড়ী অদুনা খজিক্ত লেঙবা হৌরকপগী অদুদা মহোয় হুমফু অদুনা লৈনবকপা কক্লবকপা স্তাবিং অসি মহানি। খজিক খক্তা নত্তে মথৱাই খুবাক্তা হাপতুনা মুক্লবকই। মপা মপাদা লৈবা থোঙনাওদসু মখুৎ মখুৎ অদু খিন্দুনা মহোয়না চৎকদবা মায়কৈ তমদুনা সাইন তৌনবকই খুদোম্বীনা খুবীনা খুৎয়াইনা, কনা কনাগুম্বনা খুবাক খুতুম খুনয়া তৌনবসু য়াওই। গ্যাবগীনা কবি ওইবিবা হাযবদুদি খন্নকবা খঙদে অদুগা মখোলদি অসুম অসুম হৌগৎলকই। অয়েংবশিং মনা মেনশিন্নবকই, মমীৎ মনা লংখৎলকই। ঙাইহাক লৈবগা গাড়ী অদু খপচোং-খপচোং চোংলকই। মযায় শমজী খাইদুনা কায়নৈ। গাডী খপ্লি।[৬৩]

সিম্বোলিক ওইবা ৱাহেশিং শীজিন্নদুনা পাউদম্বা অসিনা অপাবশিংবু নোকহল্লি নুংঙাইহল্লি। চুম্না নোকহনবদা নত্তনা অকুবা সমস্যা অমগী মশক তাকলি।

'লাইবেল মবীম্বোং' হাযবা ৱারীমচা অসিসু সমাজসিগী মকওইবা সমস্যা কয়া উৎপগা লোযননা সমস্যাশিং অদু কোকহন্নবা লম্বীসু তাকপা খুৎইনি। অইবগী মফোঙদোক্লা অপাবশিংবু ফাগীগী মহাও ফংদুনা নুংঙাইহনবগী মথক্তা অকবা ৱাফমবু ফোঙদোক্লবা হোৎনবিবা ফাগী চেনবা ৱাঙাঙ কয়া হাপ্লা ৱারীমচানি। উৎলিবা মকওইবা সমস্যাদি লৈঙাকলোনগা মবী লৈনবা অশোয়বশিংনি। লুচিংবশিংগী অশোযবা, মীচমগী ফত্তবা কয়াদগী থোবকপা মখল কযাগী সমস্যাশিংবু তাকপগা লোয়ননা তুংগী মীবোলগী য়াইফনবগীদমক অনৌবা শাসন অমা তঙাইফদ্রে হায়বদু উৎলি। ৱারীমচা অসিদা অইবনা সমস্যাগী ফীভমবু মশক মুন্না খঙলবা চবিত্র অহুম পুথোবকই, মখোয়শিং অদুদি ওজা দাস, মাইবা দাস, দাবোগা দাসনি। চবিত্র অহুমসিগী ৱারী-ৱাতাইদা মীয়ামগী অমদি লৈঙাক্কী সমস্যা কয়াবু ফোঙদোক্লি। থবক্কী লমদদা নত্তনা মহে

---

৬৩ *ইবিদ*, ১০২।

মশিং তম্না ফাওবদা শেঙ্গা-থুমজা য়াওবা লৈবাক অসিগী শক্তম অমিদু মাইকেল দাস হায়না খঙনবা রামদাসকী ৱাহৈয়া অইবনা অসুমনা য়ারি :

> ... অশিংবা মমা মপা ঐবে [illegible]
>
> মখোঙশিংদুনা ইচা পরীক্ষা অমহনবা মতিকলে। শালা, সুয়র! ইমু ডাক্তর তম্নবা লীশিং য়াম্মে শক্তোম তৌত্তাদা হায়রনা পীরক্লবদু মমা য়োংজাওশিংদুনবু তরাকাও মনুং চনবা কেলমেনশিংদু খনবা ঙমগদ্রো।'[৬৪]

অমোৎপা কয়ানা থম্লবা মণিপুরগী রাজনীতিগী ওইবা মমকেন্দ্রু অইবগী মীৎয়েং তাবকই। মসিবু চরিত্র অসিগী চিন্দা অইবনা য়ায়খ্রি :

> পার্টিগী মেম্বর খুদিংমক জেনেরেল সেক্রেটরী হেক ওইনবগা নুমীত্তগী থা অহুম হেক সুবা নুমিত্তা মম্না মীখল নত্রগা অমদি শোয়দ্রবনিনে কোংয়ানবা! কুইস্রবোই নেত্তানা উখোঙ রাখোঙ নোম্মবনি; মীতিংনা কুদীং খুত্রবনি খুবাকমুক শাকপা লম্পাক অমতম উবা য়াববোই মাইকতা ওনশিল ওনশিল। ... হায়রবা হয়ানবা, লেপ্তানা অদু তৌবা অদা তৌবিদবা ...। ভীমনা লোয়া লোয়া চানিবা মথামদো সোকনীনা উতোন ৱাতোপ্পগী ফোংনা ফোংনা শীগী তৌনজবনি। হূবানববু হূবানবনা হূরানবশিং মথাক্তদা কা-নরবিনি।[৬৫]

ৱাঙাঙ অসিনা, বাজনীতিৱালাশিংনা মীখল মথাদা ঙাঙবনা অমা, তৌথোবকপনা অমা তৌবা মওংদু তাকলি।

ৱাবীসিদা, অসিগুম্বা অমোৎপা কয়াসি উরবা অমসুং মুম্না খঙলবা দাস অহুম অসিনা মতম চঙনা থম্নদুনা সমাজ শেমদোক্লবগীদমক শুখোসল্লিনা অনৌবা কাঙলোনশিং অদু লৈবাক মীয়াম অমদি সরকারনা অঙাওবগী চোইবোল তাহনখি। মখোয় অহুম ৱাখল চোইরে হায়দুনা মেন্টেল হোসপিতালদা থম্নখি। মতৌ অসুম্না অথিরবা সমাজ অসিদা মচুম্না মীদি অঙাওবা তাবদু উৎলি।

'এডভর্টাইজমেন্ট অমগী পাউখুমদা' হায়বা ৱারীমচা অসি সাহিত্যগী ওইবা মনা পীবগী মতাংদা ৱাচং ৱানোয়বগী চৎনবী লৈরিবা অসিগী মরমবা

---

৬৪ এলাংবম দীনমনি, *মাইকেল মধুসূদন*, ১৯৯১, দিলেশ্বরী, দিলেশ্বর অমদি কাটির, বোবী পব্লিকেশন, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ১২৩॥

৬৫ *ইবিদ*, লা: ১২৪।

নাংকোয়ননা ফোংদোকপা ৱারীমচানি। ৱারীসিদা মনা লীনবগী নোতিশ খোঙ্গাগী মতাংদা লীরিবা ৱারোলবু অইবনা করেম্নদুনা অসুম্না ইরি :

> ৱানোমদে হায়বগী প্রমান খজিত্তং হেক কংবদা লাইরিক অদু মনাগীদমক্তা খন্নবা য়াওহল্লোই। অরোনবা রিভ্যুয়রশিংগী মিং পরেং অমা লোইশংগী নোটিশ বোর্ডতা য়েংবিবা য়াগনি। ওন্নবা হোৎনবদা লীজিন্ননীংবা পাম্বে লীজিন্নবিবা য়াগনি। মথা তানা পাম্বে কয়াগী মতাংদা লোয়শঙ অসিগা অকুপ্পা মরোল তান্নবিবা য়াগনি। তৌবতবু প্রজাগী, মরুওইনা নহারোলশিংদগী খুদোংথীবা থেংনরবদি লোয়শঙনা দাই পুজরোই। তান্নবা লাকপদা নুপাদি সুকচঙ চঙহল্লদে।... [৬৬]

অসুম্না ৱারীমচা অসিদা য়াওরিবা এডভর্টাইজ অসিদা য়াওরিবা ফাগীনা করপসনগী অশেংবা শক্তম অমা উৎপা ঙম্মী। মসি অইবগী হৈ-শিংবা খুদফোংদোক অমনি।

'শোজাউ ৱাইখু' হায়বা ৱারীমচাদা শেঞ্জা-থুমজানা থল্লবা লৈবাক অসিগী সমস্যা উৎননবা হোৎনরি। ৱারী অসিদা করিগুম্বা থবক অমগী ইন্টরভিয়ু লৌননবগীদমক চেকশিন্না খন্দুনা লোন্না লৈরিবা মেম্বরশিংবু থি হুমদুনা লাক্লগা শেঞ্জা-থুমজাগী থবক চৎথনবা হোৎনরকপা উৎলি। শোজাউ ৱাইখু কয়া লীজিন্নদুনা চেকশিন্না লোল্লবসু শেঞ্জা-থুমজাগী লম্বীদি মনুংদা ফাওনবা ঙম্মী হায়বদু উৎনবা হোৎনৈ। শেংনা চৎনিংবা ইন্টরভিয়ু বোর্দকী মেম্বর ওইরিবা অহল অসিগী মচানিপানা মাগী মরূপ অমা পুশিল্লকপদগী অহল অদুগী শেংজরবা ৱাখল অদু ৱানোম্বা হৈবা নুপাদুগী পৈশাগী লাংদা ইরায়-লায়না তাখিবা উৎলি।

'তৌরিসিবু' হায়বা হায়রিবা ৱারীমচা অসিদা মীওইবগী তেল্লবা পুন্সি খোঙচৎতা থোক্লিবা মখল কয়াগী সমস্যাশিংবু অইবনা নোক্লিংবা মওংদা ফাগীগা লোয়ননা ফোংদোক্লি। লমদমসিদা য়াম্না তোয়না কৌরিবা বন্দ অমদি অতে থৌদোক কয়াবু করেম্নবা মীৎয়েংগা লোয়ননা অইবনা ৱারীমচা অসিদা ফাগীগী মফোংদোক্তা লাম্থোরক্লি :

> ... মরক অসিদা তৌপ্রিবা বন্দ অসিনা ফ্লাসকী ব্লাইন্ড শোদা ট্রেন অমা থাদরমদাইমক্ত ফাওবা লাউরকই- মাইনস বন্দ। যুম্নান কৈবানগী মতাংদদি পোষ্টরগী য়াখিবা মহোয় মমা মচা অহম অদুনা মতৌরিব্রা অদুগা কোবী

---

৬৬ *ইবিদ*, লা: ৫৯।

> মখোক লুথোং খাংঙে অমসিদদি-শীংজমৈ বন্দ ষ্ট্রাইক বন্দ, ককচীং চুরাচাঁদপুর তমেংলোং তুবী, দিল্লীদ নত্তে হেনোলুলু কাওবা বন্দ। অস্তাং মকোক পাংপগী থানাদা ৱাকংলুবদা শেক্ষং পীয়ু য়াদবগী ওইরিব্র, হয়েংদগী বন্দ মচা নুমীৎ ৯নিদংগী অমা লৈ। বন্দগী মরোক্তা কৌবা ওইরম্বসু য়াই। চাইরম্বা চেদুদি য়াওরি, পাবা শংজুহ্রি; বন্দ মায়োক্তক্রিডেদা বোনসকী শেনফম মচা অমা লৌনবা বেক্তকী পরীংদা লেপ্লি। ওসাই লোয়শঙ পুঙফম মমাঙদগী লেপ্লকপনি।[৬৭]

অসুম্না সমস্যাশিং অসিবু অইবনা সেতয়ারগী ওইবা খুংইদা ইদুনা ফোঙদোকলি।

'লাইকিশি' হায়বা ৱারীমচা অসিদসু লৈঙাকলোনগী রাজনীতিবালাশিংগী অশোয়বা মশক উংনবা হোৎনৈ। ৱারীমচাসিদা রিট, হ্যমর অমসুং সেতয়ার পূন্না য়াওই। মসিদা য়ুম্ফম ওইরগা সমাজগী অরুবা সমস্যাবু উংনবা হোৎনবনি। ৱারীগী মনুংগী অর্থনা লৈবাকী ফীভমবু খঙহন্নবগা লোয়ননা ৱাখলসু খন্থহল্লি। মসিমক মহাক্কী ৱাহৈশিংসিদা উবা ফংই :

> খরগী মতম লৈরগা; শরীক খীংলকই; খুন্দিন্নবগী পাউ ফংনৈ। শেমজীনবা নংহৌদ্রবা মান্দোপ্তা লোইনা চঙনরকই। অনৌবা ফিজোল অনৌবা ফীওং অনৌবা মচুনি। কুদামসু অনৌবা ! মীওই হান্ন হান্নগী মাল্লী। অমনা কাব্রংনা য়োম্বা ময়োম অচৌবা অমা থোক্লগা লাউরকনি সনাদ সনানি। অমনা খুম্মকনি নুঙদা নুঙনি। পুঙনুঙ নুঙনি। কৌ পরেং লেংবা লংলাদা লাইকিশি তাই।[৬৮]

রাজনীতিবালাশিংগী মোরেল, ঙাইহাক লৈতনা দল অমদগী অমদা চোংথোক-চোংশিন তৌবা, অনৌবা দল, অনৌবা মেনিফেষ্টোদি শেম্না, মীশিংগী ৱাখল মীৎয়েংদি হোংদবা অঙকপা মতৌশিংবু করেম্মদুনা ইরি।

*লাইকিশি* দা য়াওরিবা 'উচী অপুম্বা' হায়বা ৱারীমচা অসিদা লমদমসিগী অচৌবা সমস্যা কয়াদা প্রজাশিংনা মশাগী দায়িত্ব অমত্তা লৌবা ঙমদে, লৌসু লৌদে। মরম্নাইগী ওইবা পুন্সিনা হেল্লা মরুওইনা লৌখিবদগী লৈবাক্কী সমস্যাশিংনা চৈথেং পীরকপদু উংপগা লোয়ননা উনা উনা খঙদ্রিন উশিন্নদনা লৈথোকলিবা

---

৬৭ *ইবিদ*, লা: ১১৫-১১৬।

৬৮ এলাংবম দীনমনি, *লাইকিশি*, ১৯৯৭, ডা: ইবেহানবী অমদি দিনেশ্বর সিংহ এলাংবম, বোবী পব্লিকেশন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা: ১৬।

[illegible] মতম্দু চুমদবনি, ইশাগী ইন্নমদম চাওখৎনবা হোৎনবদা প্রজাশিংগী [illegible] থৌনাং নৈ য়াম্বদু পিরেল শীজিন্দুনা অক্কি। বারীমচাসিদা সেন ওফ [illegible] মং বাদনা য়াওই। মশাক্লেগী ওইবা শাগৎলিবা বারীসিদি ইচম চম্বী অদুগা নুরা লোতুনা থম্রিবা অমদি মগুণ য়াম্না লৈরি। ইমুং অমগী থোঙনাও মপা [illegible] উস্রী অপুবা অমা মতম কুইনা লৈবগী নমথিবা মনম্না পুম্নমকপু লৈবা [illegible] অদুনু উস্রী অপুবদু লৌথোক্লগা মনমদু কোকনি হায়বা খঙনা খঙনা লৌথোক্লে খনবদি অমত্রা য়াওদে, অমগা অমগা ইন্নদুনা লৈ, খন্নদুনা লৈ, থবক্তি [illegible], মসি লৈবাক্কী সমস্যাদা প্রজানা ভুক্কিন লৈশিনবা থৌওং অদুগী চপ চাবা [illegible]নি। অসিদসু নত্তনা দীনমনিগী অনৌবা চাংয়েং অমা ওইনা মৈতে ফুঙ্গা বারীগী ফুঙ্গম ওইরমা বারীমচা পুথোক্লবা হোৎনরি। মসি মণিপুরী সাহিত্যদা তঙনা থোকপা করা অমনি। ফুঙ্গা বারীগী থিম লৌরবসু অনৌবা মহাও অমা [illegible]। *লাইহিশি*দা য়াওরিবা 'নেং-নেং কোৎ' হায়বসিদা ইত্র থাউমৈগী ফুঙ্গা বারীদুগা মান্নদবা মীৎয়েংদা লৈকাইনা হরানবা থাজিল্লকপগী উপাই লৈত্রবা মশক অদু উৎনবা হোৎনরি।

মতৌ অসুম্না এলাংবম দীনমনিনা মীওইবগী ইচম-চম্বা থৌদোক্তগীনা সমাজগী অরুবা সমস্যাশিং, অচৌবা থৌদোক বাথোকশিংবু বারীমচাগী মচাক ওইনা লৌখত্নুনা ফাগী অমদি করেম্নবগী খুৎই খুৎফোঙদোক্তা অইবনা হায়নিংলিবা, খঙহন্নিংলিবা অমদি পান্দবা য়ানিংদববু থীনা হায়বগী মহুত্তা ফাগী ওইনা করেম্নবা অমগা লোয়ননা হায়নবা হোৎনৈ অমদি অপাবগী নুংদা ফাওহন্নিংলিবদু মচেত্রা হৈরেগা অর্থ চেনবা বাঙাঙদা ফোঙদোকই। অইবনা অরুবা সমস্যাশিংবু য়েক্লকপদা হৈ শিংলবা ফাগী চেনবা বাঙাঙ কয়া শীজিন্নদুনা হেন্না মনুং হনজিন্না উৎলকই লোয়ননা সমস্যা কয়াবু কোকহনবা য়াবা অনৌবা লম্বীসু তাকলকই। অইবগী বারীমচা খুদিংমত্তা পাউজেল নৎত্রগা পান্দম অমমম থম্মী।

পামলিবা পান্দমশিং অদু ফংনবা হোৎনবদা নাকোয়নবা বাঙাঙ অমদি পাউদমনা ফোঙদোরকই। মসিমক অইবসিগী মীৎয়েংবু মপুঙ ফানবা হোৎনবদা শীজিন্নবা তোপ-তোপ্পা মফোঙদোকী মশক অমনি।

*মঙাশুবা পন্দুপ*

# অরোইবা শরুক

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মতমনি হায়না লৌনরিবা ২০শুবা চহীচা অসিগী হৌগৎলকপদা সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা মচলশিং অমদি মণিপুরী ৱারীমচা পোক্লকখি। চহীচা অসিগী অঙনবা মতমদা সমাজগী অনৌবা য়াওল অমা লাকখিবগী অহোংবা মশক অমসু নৌহৌননা থোরকখি। অসিগুম্বা মতমসিদা মণিপুরদা পুরকখিবা অওনবশিং হায়বদি লৈঙাকলোনগী ফীভম, সমাজগী অহোংবা মশকশিং সমাজগী সংস্কৃতি, কলাবিদ্যা, জগোই, ঈশৈ, ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিগী ঈহৌশিং অসিনচিংবগী শাফুদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অসি পোক্লকখিবনি। মতমসিদা থোরকখিবা লময়ানবা অইবা খ্বাইরাকপম চাউবা, ডা.লমাবম কমল, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, হুৱাইবম নবদিপচন্দ্র, অশাংবম মীনকেতন, সোরোকখাইবম ললিত, অমসুং লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল নচিংবনা মশা-মশাগী ওইবা মীৎয়েংদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশকশিং হায়বদি হান্না লৈরমদবা সাহিত্যগী অনৌবা মচলশিং- মহাকাব্য, উপন্যাস, ড্রামা, শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচানচিংবা খুৎই কয়া অসি অনৌবা নিয়মশিং ঙাক্তুনা অমদি কল্পনা শীজিন্নদুনা সাহিত্যগী তোপ-তোপ্পা মহাও হাপ্তুনা পুথোরকপনি। খুদম ওইনা, হিজম অঙাংহলগী *খম্বা থোইবী শৈরেং* (মহাকাব্য), ডা. কমলগী *মাধবী* (উপন্যাস ) অমদি *লৈপরেং (শৈরেং )*, খ্বাইরাকপম চাউবগী ৱারেংগী লাইরিকশিং- *ছাত্রমচা, কান্নবা ৱা, ৱাখলগী ঈচেল, ৱাখল, ফিদম* অমদি শৈরেংদা *থায়নগী লৈরাং*, লাইরেনময়ুম ইবুঙোহলগী *নরসিংহ ( ড্রামা )* নচিংবা পনবা য়াই। হায়রিবা সাহিত্যগী অনৌবা মচলশিং অসিগা লোয়ননা 'ৱারীমচা' হায়বা অনৌবা সাহিত্যগী খুৎই অসিসু বাংলা সাহিত্যগা শম্নরুবদগী মণিপুরী সাহিত্যদা পোক্লকখি হায়বসি চুম্নবা ৱাফমনি।

'ৱারী' হায়বসিগী হৌরকফম, মরী মখোঙ লৈ অমদি হকম খুদিংমক্তা থায়নদগী দীনদুনা তানদুনা লাক্কিবা ফুঙ্গাৱারীগা ৱারীমচাগা মরী লৈনৈ। নোংচুপলোমগী লমশিং জর্মনি, আমেরিকা, রুসিয়া, ফ্রান্সনচিংবা লৈবাকশিংদা ১৯শুবা চহীচা অদুবাইদগী ৱারীমচা উবা ফংলকখি অমদি মথং মথং চাওখৎলক্তুনা নোংপোক্কী লমফাওবা শন্দোরকখিবনি। ভারতনা বৃটিশ শাসনগী মখাদা লৈরবা মতুং, ইংরেজশিংগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা শকখঙনরুবদগী অমদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা লাকপদগী ইংরেজশিংগী সাহিত্যগা অহানবা শকখঙনরুবা বাংলা সাহিত্যদা ১৯শুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপদা ৱারীমচা পোক্লকপা, চাওখৎলকপা অদুগা ২০শুবা চহীচাগী অঙনবা মতম, ইং ১৮৯১দগী বৃটিশকী মীখ্যু পোন্দুনা অনৌবা লৈঙাক্লোন অমগী মখাদা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী ভারত অমদি নোংচুপকী শিক্ষা ফংবদগী মরুওইনা বাংলা সাহিত্যগা হেন্না তিন্ন-তোৎনরুবা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদসু ৱারীমচা পোক্লকখিবনি । মণিপুরী ৱারীমচাগী কলা অসি ১৯৩০গী মতমদা অহানবা ওইনা তোঙান-তোঙানবা চেফোঙশিংদা ফোঙনরকখিবনি, খুদম ওইনা য়াকাইরোল চেফোঙদা খুথিং তাংখুলগী *ইমা ৱা তান্নবা* সর্ব্বজিৎ সিংহগী *য়ুম পানবা* অমসুং ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাদা ডা.কমলগী *ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা* অমদি চেফোঙ অসিমক্কী ওল্লকপা চহীদা সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহগী *লমন* ফোঙখিবনচিংবা পনবা য়াই । অসুম্না মণিপুরী চেফোঙশিংদা অহবা কয়ানা ৱারীমচা কয়ামকম ফোঙনরক্তুনা মণিপুরী ৱারীমচাগী মশক অমা মথং মথং উবা ফংলকপসি মরুওইবা খোঙহৌ অমনি।

মসিগী মতুংদা মতমদুগী চেফোঙ কয়াদা ফোঙনরম্বদগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা অনৌবা য়াওল অমা লাক্তুনা অনৌবা পুন্সি মরেল অমা লাকপগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদসু ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা পুথোরকখি। ইং১৯৪৬তা ইহান হানবা ওইনা রাজকুমার শীতলজীৎনা *লৈকোননুংদা,* অমসুং *লৈনুংশি* হায়বা লাইরিক অনীসি ফোঙলকখি। অনৌবা খোঙথাং অসি মশক থোকপা ৱারীমচাগী খোঙহৌ অমসুনি অমসুং ৱারীমচাগী ঈচেল অমা চেম্থরক্ত বগী চেৎলবা য়ুম্ফম অমসু ওইখি। মসিগী মতুংদগী অহবা অহবী কয়ানা মতম মতমগী ওইবা হীরম কয়াবু থিম ওইনা লৌখৎতুনা ৱারীমচা ইদুনা লাইরিক ফোঙনরকপদুনা ঙসিফাওবা লেপ্তবা ৱারীমচাগী ঈচেল অমা চেম্থরি। চেম্থরিবা ঈচেলসিদা দীনমনিগী ৱারীমচাশিংসু চাউরবা শরুক অমা কল্লি।

দীনমনি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা শরুক্লাইরবা অইবনি, অনুবাদকনি, সমালোচকনি, উপন্যাসকারনি, কবিনি। সাহিত্যগী অতৈ মচঙশিংদা খুৎ থাররবসু অইবা অসিবু ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা শীংথানে। দীনমনিগী ৱারীমচাগী লাইরিক তরাগী মনুংদগী নুপী ওইবীশিংদা তোপ-তোপ্পা মীৎয়েং থমদুনা ইবা ৱারীমচা খরা খনগৎতুনা কুপ্পা নৈনবদা নুপীগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমদি নুপীগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা সমস্যা কয়া থেংনৈ। ৱারীমচাশিং অদুদি- *থরুবী*দগী থরুবী; *মোরাম্বী অঙাওবী*দগী ৱানোম্বা, হৈরুক ওকপা, ইতৈমা, মোরাম্বী অঙাওবী; *তিংখংলৈ*দগী তিংখংলৈ অমদি চহিসিগী মনা; *পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা*দগী ৱারীমচাগী লাইরিক্কী মিংথোল ওইরিবা ৱারীমচা পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা, লৈচিন্দা পল্লবা থাজ অমসুং থাশিগী মঙাল; *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙু হঙু* দগী ইদুনিংথৌ ইপাম মৈ চূরো; *কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট*তগী য়েক্লবা *মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র*দগী কুফেৎ কাফেৎপা বল্ব অমসুং *ঈপাক*তগী লাইরিক্কী মিংথোলসু ওইরিবা ৱারীমচা ঈপাক অসিনচিংবা ৱারীমচাশিং অসিদগী মরুওইবা নুপী চরিত্রশিং লৌখৎলগা ৱারীমচা অমদি চরিত্রশিংবু নৈনবদা তোঙান-তোঙানবা নুপীশিংদুগী মশক অমা উবা ফংই। খুদম ওইনা নুপানা খুল্লিংবা সমাজনা, ফীভম অমদি মতমনা লৈখা তাহল্লবা চরিত্রদা 'থরুবী'গী কোম্বীসনা, 'মোরাম্বী অঙাওবী'গী লখি য়াওরি। সমাজগী অমোৎপা শেঙ্গা-থুমজানা চৈথেং নংহল্লবী চরিত্র, 'তিংখংলৈ'গী প্রতিমা, অমদি 'চহিসিগী মনা'গী রাধারানী, সাইকোলোজিকেল ওইবা মীৎয়েংদগী নুপীগী থম্মোয়গী মশক উৎপা চরিত্র 'পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা'গী ইবেমহল, 'কুফেৎ কাফেৎপা বল্ব'কী প্রতিমা অসিনচিংবা চরিত্রশিংদা উবা ফংই। অসুম্না অইবনা মান্নদবা তোঙান-তোঙানবা নুপী চরিত্র কয়া শাগৎতুনা য়েকপদু ইশাগী ওইবা মীৎয়েংগা লোয়ননা উৎনবা হোৎনবনি।

অইবগী ৱারীমচা অতৈদসু পুন্সিদা থেংনরকপা, হকথেংনরুবা নৎত্রগা নাকোয়ননা ফংলকপা এক্সপিরিয়েন্স কয়াদগী খঙলকপা উরকপা ফাওরকপা অসিনচিংবনা ওইহল্লকপা অইবগী তোপ-তোপ্পা মীৎয়েংশিং উৎলি। অইবনা মীওইবগী পুন্সিগী নাক য়েৎতা অমসুং সমাজদা য়েংলিবা অমদি মনুং হুৎনা উরিবা থৌরবা মীৎয়েংশিং অসি সাহিত্যগী তোঙান-তোঙানবা খুৎইশিংদা ফাগী অমদি করেম্নবনা মাগী মফোঙদোক্কী হৈনজবী পাম্বে অমা ওইনা শীজিন্নদুনা চঙশিল্লকলি । মীওইবগী নৎত্রগা সমাজগী অশোয়বা, অরানবা, চৈনিংবা, ঙাওনিংবা কয়াবু হকথেংননা তথি-তথিনা চৈবগী মহুত্তা নাকোয়ননা ফাগীদা

য়ুম্ফম ওইদুনা ফোঙদোকপা হায়বসিনা দীনমনিগী পামজবা অমদি থাজবা খুৎফোঙদোক্লি হায়বদু অইবগী ৱারীমচাশিংদগী খুদম খরা লৌথকুনা নৈনবদগী খঙবা ঙম্মী। ৱারীমচাদা নত্তনা অতৈ খুৎইদসু ফাগী অমসুং করেম্নবগী খুৎই য়াওদবা নত্তে,অদুমকপু লাইরিক অসিদদি ৱারীমচাদা য়ুম্ফম ওইরগা নৈনজবনি।

অসুম্না দীনমনিগী ৱারীমচাশিং নৈনজবদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা অইবা অসিগী চাউরবা থৌদাং অমদি মীওইবগী পুন্সিদা অমদি সমাজদা য়েংলিবা মীৎয়েং কয়াসু উবা ঙম্লে। মরুওইনা মতাংসিদা পনবা য়াবদি নুপানা পানবা সমাজ অসিগী মনুংদা চৈনা চৈথেং কয়াগা লোয়ননা ৱানা হিংলিবী নুপীশিংবু মীনুংশি পোকপগা লোয়ননা নুপীবু ফু-চৈদুনা ওৎ-নৈবা, হক মৎপীবা, তুহৎ-নৈহৎপীবা অমসুং লৈখা তাহনবনচিংবা থৌওংশিংবু য়ানিংদবা উৎলি। অমদি নুপীশিংবু ইম্নুং মনুংগী কুপনোমদা পুল্লিবসিদগী নাম্থোকহনদুনা ফংফম থোকপা হক্কা লোয়ননা লৈকাইগী অমদি সমাজগী ওইবা থবক্তসু অচৌবা থৌদাং লৌহন্নিংলি। পেত্রিয়ার্কল সমাজগী চৎনবীনা লেপ্পা নুপী ওইবীশিংগী মমলদগী খরা কোমথোকহন্দুনা নুপীশিংবু থাক অমদা অইবনা থম্লিংই হায়বদু মহাক্কী সাহিত্য, মরুওইনা ৱারীমচাশিং অসি নৈনবনা মপূঙ ফানা খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী ৱারীমচা কয়া অসিদা ফংলিবা নুপী ওইবীশিংগী শক্তমশিং অসি য়েংলগা হৌজিক্কী মণিপুৱী সমাজদা সমস্যা ওইরিবা নুপীগী মশক অসি ফনা নীংথিনা উরগনি। মসিনা সমাজ অসিগী হৌজিক্কী অমদি তুংগী পুন্সিদা ওইরিবা অমদি ওইরক্কদবা অফ-ফত্ত কয়াদগী মাঙজৌননা মশক খঙদোক্কুনা অচুম্বা লম্বীদা পুরক্কনি হায়না চেৎনা থাজে।

---

# বিব্লিওগ্রাফি

## মণিপুরী লাইরিকশিং


অরুনা নকহাকপম — *কুনশুবা চহীচাগী মণিপুরী উপন্যাস নৈনবা*, যশবন্ত সিংহ, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল, ১৯৯১।

---- — *নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ*, চুংখাম যশরন্ত সিংহ, কৈশামথোং, ইম্ফাল, ২০০১।

ইবোমচা য়ুম্লেম্বম — *নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লকলি*, পোক্লফম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯১।

কমল তোইজাম্বা — *শক্তম মচেৎ মচেৎ মঙ মচা মচা*, তোইজম পব্লীকেসন্স চুরাচান্দপুর, ১৯৯৯।

কালাচাঁদ শাস্ত্রী — *অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, চিরোম জুগেশ্বর সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৯৭।

গোজেন্দ্র লমাবম — *মঙগা তাইবঙগা*, রাইটরস ফোরম ইম্ফালগীদমক, লমাবম ওংবী ভিক্টোরিয়া, ইম্ফাল, ১৯৯৬।

থোইবী — *পোষ্ট মোর্টেম*, রাইটরস ফোরম ইম্ফালগীদমক, অইবী মশা, ১৯৯০।

দীনমনি এলাংবম — *থক্লবী*, টি. গোগোনচন্দ্র সিংহ, সেগা লম্বী, ইম্ফাল, ১৯৭০।

---- — *মোরাম্বী অঙাওবী*, শ্রীয়ুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৭৪।

---- — *তিংখংলৈ*, দিনেশ্বর, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৭৭।

---- — *পিস্তোল অমা কুন্দাল্লৈ অমা*, এলাংবম ইবেহায়বী দেবী, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৮১।

দীনমনি এলাংবম — *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হক্তু হক্তু*, দিনেশ্বরী অমসুং দিনেশ্বর, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৮৩।

---- *মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্র*, দিনেশ্বরী, দিনেশ্বর অমদি অপু, ইম্ফাল, ১৯৮৬।

---- *লাইরেল মরীশ্নোং*, দিনেশ্বরী, দিনেশ্বর অমদি কার্টর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯১।

---- *কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট*, শ্রীমতী এলাংবম ইবেহায়বী দেবী, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৫।

---- *লাইকিশি*, ডা. ইবেহায়বী অমদি দিনেশ্বরী সিংহ এলাংবম, বোবী পব্লিকেসন্স শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৭।

---- *ঈশাক*, ডা: য়ুম্নাম ইবেহায়বী দেবী, দিনেশ্বর এলাংবম অমদি কাতার এলাংবম শীংজমৈ, ইম্ফাল, ২০০০।

---- *মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার*, অইবা মশা, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৬৯।

---- *খাইরাকপম চাউবা*, শ্রীমতি ইবেহায়বী দেবী, শীংজমৈ, ১৯৭১।

---- *ডা. কমল পুন্সি অমসুং সাহিত্য*, অইবা মশা, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৮২।

---- *অঙাংহল সাহিত্য সমাজ অমাদ সংস্কৃত*, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯২।

---- *ভারতকী কাব্যশাস্ত্র*, ডা. ইবেহায়বী অমদি দিনেশ্বর বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ১৯৯৯।

---- *চোইজাইনরবা*, কু: ই: মেমচা দেবী, ইম্ফাল, ১৯৭২।

--- *লুরিবদি*, দিনেশ্বরী অমসুং ইবেহায়বী, ভী. আই. প[illegible]কেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৮৭।

দীনমনি এলাংবম — *কুম্বং শারবা পরেং*, দিনেশ্বরী অমসুং দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৫।

---- *শৈরেং খুদাপ অমত্তং*, মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, ২০০২।

---- *তরঙ খোংনাং চাউখোইবা*, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৩।

---- *বন্দ কৈখেল*, শ্রীমতী এলাংবম ইবেহায়বী দেবী, ১৯৯৫।

---- *খোঞ্জেল লীলা অহুম*, ইবেহায়বী দেবী অমদি দিনেশ্বর বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৮।

---- *বিজ্ঞাওল্লবা এক্স গ্রেসিয়া*, দিনেশ্বরী অমদি রোমিতা এলাংবম, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ২০০৬।

---- *খোঙসনা*, অইবা মশা, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৪।

---- *কাপখাইরমদাই*, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৪।

---- *রাকৎ উপু*, দিনেশ্বর এলাংবম, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৮।

---- *শঙাইশেল*, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৭।

---- *লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি*, দিনেশ্বর, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৮।

---- *মণিপুরী অমদি মণিপুরী: রাখল মতেক মতেক*, ইবেহায়বী, দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বর বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৬।

---- *ত্যাগ পত্র*, হন্দোকপা মশা, পব্লিক বুক ষ্টোর, ইম্ফাল, হঞ্জিনবা খুৎনম, ১৯৮৪।

| | |
|---|---|
| দীনমনি এলাংবম | ***অমম্বা যুগ***, হন্দোকপা মশা, পব্লিক বুক ষ্টোর, ইম্ফাল, ১৯৯৫। |
| ---- | ***হয়বদন***, হন্দোকপা মশা, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯২। |
| ---- | ***ঈঙাগী নোংমা***, দীনেশ্বরী ভবন, কাঞ্চিপুরগীদমক ডা. ইবেহায়বী অমদি শ্রীমতী রোমিতা, বোবী পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ২০০১। |
| ---- | ***নাগমণ্ডল***, দিনেশ্বর, দিনেশ্বরী, ইবেহায়বী, বোবী পব্লিকেসন্স, শীংজমৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৪। |
| দেবী নী | ***শোল্লবা মরী***, চনু শিল্পা, ২০০২। |
| নবচন্দ্র পোলেম | ***সাহিত্যগী মহৌশা অমসুং অতৈ বারেংশিং***, দুর্গামোহন পোলেম, সগোলবন্দ, ইম্ফাল, ২০০০। |
| নীলবীর শাস্ত্রী | ***বাসন্তী চরোং***, দেবেশ্বর অমসুং তরুনকুমার, ইম্ফাল, ১৯৬৭। |
| প্রকাশ খুমন্থেম | ***ইচেগী শম***, বীমলা দেবী, ইম্ফাল, অনীশুবা খৃৎনম, ১৯৭৪। |
| প্রিয়োকুমার কৈশাম | ***নোংদি তারকখিদরে***, রাজকুমার ব্রজেন্দ্র, রাজ পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৯। |
| ---- | ***লান অমসুং মঙ***, রাজ পব্লিকেসন্সগীদমক, রাজকুমারী দিবিতা, নম্বোল, মণিপুর, ২০০০। |
| প্রেমচান্দ এল. | ***ইমাগী ফনেক মচেৎ***, লাইরেনলাকপম রাজমোহন, থৱানমিচাক পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৯৬। |
| বিনোদিনী | ***নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী***, লাইফংবম সোমি রয়, য়াইস্কুল পুলিশ লেন, ইম্ফাল, মণিপুর, ৩শুবা ফোঙবা ২০০১। |
| বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম | ***অমম্বদসু অঙানবদসু***, রাইটরস ফোরম ইম্ফালগীদমক, নাওরেম সুরচন্দ্র, ইম্ফাল, ১৯৯২। |
| বীরমনি লমাবম | ***কাক্কী মচা কাক উরোক্কী মচা উরোক***, কুমারী লমাবম [illegible]রবতি দেবী, ভী, আই, পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অনীশুবা [illegible], ১৯৯৩। |

দীনমনি এলাংবম — *চেক্লা পাইশ্রবদা*, রাজকুমারী তোম্বীসনা দেবী, ভী, আই, পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অহুমশুবা খৃৎনম, ১৯৯৭।

---- — *পিকনিক পিকনিক*, ভী. আই, পব্লিকেসন্সকীদমক, লমাবম ঙানবা সিংহ্, ইম্ফাল, অহুমশুবা ফোঙবা, ১৯৯৮।

মেমচৌবী — *ৱাকমা মাইবী অমসুং অতৈ ৱারেংশিং*, রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল, ১৯৯৯।

রাজেন তোইজাম্বা — *সাহিত্য অমদি নাৎকী ৱারেং খরা*, কে. কে. বুক ষ্টোর, ইম্ফাল, ১৯৯৭।

---- — মণিপুরী ড্রামাদা রিএলিজম, রাইটরস ফোরম ইম্ফালগীদমক লোংজম অরুন, ইম্ফাল, ২০০৭।

শর্ম্মা কুমার অরিবম — *সাহিত্যদা রস অমসুং অতৈ নৈন-ৱারেং খরা*, রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল, ১৯৯৯।

শর্ম্ম গোপাল শামুরাইলাৎপম ডা. *কমলগী খোমজিনবা লাইরিক*, পোক্লফম পব্লিকেসন্স, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৯।

শরতচন্দ্র ডা. লোঙজাম্ব *সাহিত্যদা ক্রিটিসিজম অমদি নৈন-ৱারেংশিং*. থৌদাং পব্লিকেসন্স, ২০০০।

শ্রীবীরেন — *নৈচিল্লক্কী থাজ*, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, কৈশামপাৎ, ১৯৬৭।

--- — *মী শুম্লবা কোল্লু*, পি. সরত খুমন, পি.এস. পব্লিকেসন্স, মণিপুর, ইম্ফাল, ১৯৯৫।

সাহিত্য সেবা সমিতি — *সাহিত্য নৈনরোল*, ককচিং, মণিপুর, ২শুবা ফোঙবা, ১৯৯৭।

সিংহ্ ইরাবত হিজম — *ঈমাগী পুজা*, ইরাবত লাইরিক ফোঙবা লুপ, ইম্ফাল, ১৯৮৭।

সিংহ তোম্বী ডা. নোংমাইথেম

সিংহ, ইবোহনবী ডা. থোকচোম (সম্পা:) *মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ২০০১।

সিংহ গৌরদাস হাওবম (সম্পা:) *মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা*, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ৩শুবা ফোঙবা, ২০০০

সিংহ দামোদর লৈমপোকপম, .

সিংহ যোগেন্দ্র থোকচোম (সম্পা:) *অনৌবা মণিপুরী ৱারীমচা*, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, ১৯৯২।

আই. এস. ডা. কাঙজম, ·

সিংহ, গোজেন্দ্র লমাবম (সম্পা:) *পরিষদকী খঙ্গৎলবা ৱারীমচা*, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ৩শুবা ফোঙবা, ১৯৯৭।

সিংহ প্রফুল্লো থোকচোম *কবি খাইরাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য*, শ্রীমতি খাইরাকপম সোরোজিনি দেবী, চীংঙামখা, ইম্ফাল, ১৯৯৬।

সিংহ বিহারী প্রোফেসার হুইরেম .

সিংহ দীনমনি প্রোফেসার এলাংবম

শর্মা কুমার শ্রী অরিবম (সম্পা:) *কাঞ্চি ৱারীমচা*, মণিপুর য়ুনিভর্সিতি, কাঞ্চিপুর, ১৯৯৬।

সিংহ কুঞ্জমোহন নোংথোম্বম *বসন্ত মমৈগী কোকিল*, সেঞ্চুরী পব্লিকেসন্স, উরিপোক, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা ১৯৯৯।

--- *চেনখিদ্রবা ঈচেল*, সেঞ্চুরী পব্লিকেসন্স, উরীপোক, ইম্ফাল, অনীশুবা খৃৎনম, ১৯৮৫।

সিংহ শ্রীম্নাহল রাজকুমার (সম্পা:) *মৈতৈ চেফোঙ*, শ্রীমতী ৱাহেংবম নিঙোল ইবেমচা দেবী, রাজকুমার পব্লিকেসন্স, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল, ১৯৮২।

সিংহ গুণ হিজম *লংজিন মাঙখ্রবা কিশি*, হিজম চনু সুরধ্বনী, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল, ১৯৮১।

সিংহ মণি রাজকুমার *ময়াই কারবা শামু*, রাইটরস ফোরম ইম্ফালগীদমক, সুলোচনা দেবী, ইম্ফাল ১৯৮৯।

সিংহ শীতলজিৎ *লৈকোন্‌নুংদা*, অইবা মশা, কৈশামথোং, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৮৩।

---- *লৈনুংশি*, অইবা মশা, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৪

সুধীর নাউরোইবম *লৈই খরা পুম্সি খরা*, রাজকুমারী হরজিতা, রাজ পব্লিকেসন্স, নম্বোল, ১৯৯৮।

সুনিতা নিংঙোম্বম *খোঙজি মখোল*, চনম্বম জর্মা অমসুং নিংঙোম্বম নিংঙোল চনম্বম ওংবী তোম্বী, মণিপুর সাহিত্য সমিতি থৌবাল, ২শুবা খৃৎনম, ২০০৭।

সোনামনি *মংশৎ তানবা*, এলাংবম কমলাম্না রাজকুমারী, ইম্ফাল, ২শুবা ফোঙবা, ১৯৯১।

---- *হায়নবীদো*, এলাংবম কমলাম্না রজকুমারী মোইরাংখোম, ইম্ফাল, ১৯৯০।

---- *ব্লোমকুদা শিকার*, এলাংবম কমলাম্না রাজকুমারী, ইম্ফাল, অনীশুবা খৃৎনম, ১৯৯১।

# মণিপুরী চেফোঙশিং

খোগেন্দ্র থোকচোম (সম্পা:) *ৱাখল*, ১৭শুবা মশীং, ৬শুবা চহী নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ১৯৭৩।

দীনমনি ডা. এলাংবম (সম্পা:) *সাহিত্য*, ১০৮শুবা মশীং, ৩৬শুবা চহী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মে, ২০০০।

দেবী যামিনি ডা. চোংথাম (সম্পা:) *ভোইস ওফ ৱুইমেন, (নুপীগী খোল্লোল)*, মণিপুর ষ্টেট কমিশন ফোর ৱুইমেন ভোল্যুম, ওক্টোবর, ২০০৭।

বিক্রম হিজম (সম্পা:) *লম্বী*, ১৩/১৪শুবা মশীং, ১৭শুবা চহী মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট ষ্টুডেন্টস ৱেলফেয়ার এসোসিয়েসন, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, কাঞ্চিপুর।

শর্ম্মা কুমার অরিবম (সম্পা:) ***ঋতু***, ৯২শুবা মশীং, ৩৩শুবা চহী ডা. হুইরেম বিহারী, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফাল।

--- ***ঋতু***, মণিপুরী শৈরেংদা অখন্নবা চেফোঙ, ৯৩শুবা মশীং, ৩৪শুবা চহী, ডা. হুইরেম বিহারী, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফাল।

শর্ম্মা জয়ন্তকুমার বি. (সম্পা:) ***সাহিত্য***, ১১৫-১১৬শুবা মশীং, ৩৮শুবা চহী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী-মে, ২০০২।

সিংহ নীলমনি নোংমাইথেম (সম্পা:) ***ঋতু***, ১১১শুবা মশীং, ৪৮শুবা চহী, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, এপ্রিল ২০০৬।

সিংহ ইবোহনবী টি. ঐচ (সম্পা:) ***ৱাখল***, ৬৬/৬৭শুবা মশীং নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, দিসেম্বর ১৯৮৯-মার্চ ১৯৯০।

সিংহ কোকঙাং পি. (সম্পা:) ***মীৎয়েং***, ৫শুবা মশীং, ৩শুবা চহী, মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা উরিপোক, ইম্ফাল, এপ্রিল ১৯৭৩।

সিংহ লৈরেন নিংথৌজম (সম্পা:) ***য়াকাইরোল***, অহানবা মশীং, অনীশুবা চহী, ওক্টোবর ১৯৩১।

---- ***য়াকাইরোল***, ৮শুবা মশীং, অনীশুবা চহী, মে ১৯৩২।

# हिन्दी

| *लेखक* | *पुस्तक का नाम, प्रकाशक और वर्ष* |
|---|---|
| वासुदेव एम. ए. प्रोफेसर | ***हिन्दी कहानी और कहानीकार***, मुकुन्ददास गुप्त 'प्रभाकर', वाणी-विहार, वाराणसी, तृतीयावृत्ति, १६६१। |
| जैनेन्द्रकुमार | ***त्यागपत्र***, पुर्वोदय प्रकाशन, प्रदीप कुमार, १६६६। |

# ENGLISH


| *Author / Editor* | *Name of Book, Publisher & Year* |
|---|---|
| Abrams, M.H. | *A Glossary of Literary Terms*, Rajiv Beri for Macmillan India Limited, 2000. |
| Cuddon J.A. (Ed.) | *A Dictionary of Literary Terms and Literary Theory*, Maya Blackwell, Doaba House, 4th Edition, 1998. |
| Chekhov Anton | *Selected Works in two volumes* Progress Publishers, Moscow, 2nd Edition, 1979. |
| Hudson, W.H. | *An Introduction to the study of English Literature*, New Impression (Reset), A.I.I.B.S. Publishers & Distributors, 'Regd.' 2nd Edition, 2000. |
| Iyengar Srinivasa KR & Nandakumar Prema | *An Introduction to the Study of English Literature*, Sterling Publishers, S.K. Ghai, New Delhi, 4th Edition, 1984. |
| J. Long William | *English Literature, Its History And Its Significance*, Kalyani Publishers, New Delhi, 7th Edition, 1982. |
| Rees, R.J. | *English Literature, An Introduction for Foreign Readers*, Rajiv Beri for Macmillan India Limited. |
| Singh Dinamani Elangbam | *Hijam Anganghal Singh, Makers of Indian Literature*, Sahitya Akademi, 1997. |
| William K Wimsatt JR & Brooks Cleanth | *Literary Criticism, A Short History*, Oxford & IBH Publishing Co. 1957. |
| | *Contemporary Indian Literature*, Sahitya Akademi, New Delhi, 4th Edition, 1981. |
| | *Modernity and Contemporary Indian Literature*, Registrar Indian Institute of Advanced Study, Simla 1968. |

# ENCYCLOPAEDIA

| *Editor* | *Name of Encyclopaedia, Publisher & Year* |
| --- | --- |
| Lal Mohan (Ed) | *Encyclopaedia of Indian Literature*, Sasay to Zorgot, Professor Indra Nath Choudhuri, Secretary, Sahitya Akademi, New Delhi, Vol.V. 1992. |
| | *Encyclopaedia of Literature* Merrian Webster Incoorperated Springfied, Massachusetts, 1995. |
| | *Encyclopaedia Britanica,* Society of Gentleman in Scotland, William Benton; U.S.A. Vol.20, 1768. |
| | *Encyclopaedia Americana,* American Coorperation, U.S.A. Vol.24, 1829. |

# ৱাহৈগী য়াওফম



রোজিকা নাওরেম (১৯৮১, জুলাই ১) সেগা রোড থৌদা ভাবোক লৈকাই ইম্ফালদা পোকই। নাওরেম ইবোতোম্বী অমসুং থোকচোম মেমচা অনীগী মচা মরি (নুপা ২, নুপী ২)গী মনুংদা অহুমশুবা ওইনা ফংজবী মচানুপীনি। মণিপুর য়ুনিভর্সিতি কাঞ্চিপুরদা এম.এ. (মণিপুরী) ফার্স্ট ক্লাস সেকেণ্ড পোজিসন ফংখি অমসুং এম.ফিল. (মণিপুরী) দা ফার্স্ট ক্লাস, ফার্স্ট পোজিসন ফংখি অদুগা হিন্দী রত্ন অমসুং দিপ্লোমা ইন স্পিসিয়েল ইদুকেসন (মেন্তেল রিটার্দেসন) সু লোইরে। লোয়ননা টিচর ইলিজিবিলিটি টেষ্ট (টেট্)সু কালিফাইদ ওইরে। হৌজিক্তা কোমেট হায়র সেকেন্দরি স্কুল, চঙাংগে উচেক্লোন ইম্ফালদা মণিপুরীগী লেকচরর ওইরি। দীনমনিগী হারীমচা নৈনবা হায়বা অসিনা অইবীগী অহানবা লাইরিক্নি।



ISBN 978-93-81800-02-7